দাদা ভগৱান কথিত

# মপুরোইবা-লোয়নবীগী দিব্য ব্যাবহার

(তেন্তক্লা)



একসেপ্ট তৌ অরান্বা অমনা অমাগী, মদু ওইরগদি ওইগনি লুহোংলবা পুন্সি নুংঙাইবদা।

'ৱান ফেমিলী'দৌনা লৈয়ু নুংশিন্না, মদু ওইরগদি লৈররোই পুন্সি অৱাবদা।

Manipuri

দাদা ভগৱান কথিত

# মপুরোইবা-লোয়ন্নীগী দিব্য ব্যাবহার

(তেন্তক্কা)

‘Edited by Dr. Niruben Amin and Translated in Manipuri by Followers ’

**Publisher** : **Mr. Ajit C. Patel**

Dada Bhagwan Vignan Foundation,
1, Varun Apartment, 37, Shrimali Society,
Opp. Navrangpura Police station,
Navrangpura Ahmedabad: 380009
Gujarat, India.
Tel: +91 79 3500 2100, +91 9328661166/77



**First Edition** : 500 copies, November, 2024

**ভাৱ মমল** : ‘পরম বিনয়’ অমসুং
‘ঐ করিগুম্বা অমত্তা খঙজদে’, হায়বা ভাৱ!

**Price** : ₹ 70

**Printer** : Amba Multiprint, in front of H.B Kapadiya New
High School, Chhatral-Pratapura Road, Chhatral,
Ta.Kalol, Dist.Gandhinagar-382729, Gujarat.
Phone : +91 7935002142

**ISBN/eISBN** : 978-93-91375-74-4

**Printed in India**

# ত্রি-মন্ত্র








**নমো অরিহন্তানম**

**নমো সিদ্ধানম**

**নমো আয়রিয়ানম**

**নমো উবজজায়ানম**

**নমো লোয়ে সব্বসাহুনম**

**এ্যায়সো পনচা নমুক্কারো**

**সব্ব পাবপ্পনাশনো**

**মঙ্গলাণম চ সব্বেসিম**

**পঢমম হব্বই মঙ্গলম ॥১॥**

**ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ॥২॥**

**ওঁ নমঃ শিবায় ॥৩॥**

**জয় সচ্চিদানন্দ**



## দাদা ভগৱান কনানো?

ইং1958গী ইঙা থাগী নুমিদাং ৱাইরমগী পুং৬ মতম্নি, মীয়াম্না, পীক-থল্লবা সুরত শহরগী রেলৱে স্তেশনদা ফমলিবা শ্রী এ.এম পাতেল মওং ওইবা হকচাং-মন্দির 'দাদা ভগৱান'বু মপুংফানা ফাওগৎখিরম্মী অমসুং মহৌশানা শেল্লকপা অধ্যাত্মাগী খ্বাইদগী অচৌবা অঙকপা। পুং৯গী মনুংদা ব্রমহানবু উখিরম্মী। 'ঐ কনানো? ভগৱান কনানো? জগত কনানা শিল্লীবনো? কর্ম করিনো? মুক্তি করিনো? 'অসিদসু নত্তনা জগতকী অধ্যাত্মাগী ৱাহং কয়াগী মপুং ফারবা খোংফম লম্বী প্রকত ওইখি।

মহাক্না ফংখিবগুম্না, মদুগুম্না শুপ্নতগী পুং২গী মনুংদা অতোপ্পবুসু ফংহল্লমই, মহাক্কী অঙকপা সিদ্ধ তৌরবা জ্ঞান প্রয়োক্তগী। মদুবু 'অক্রম লম্বী' কৌই। ক্রম হায়বদি সিরীগী মথক্তা সিরী, মথং-মনাও নায়না মথক্তা কাবা! অক্রম হায়বদি ক্রম নত্তবা, লিফ্টকী লম্বী, শোর্ট-কট।

মহাক মশামক্না মীওই খুদিংমকপু 'দাদা ভগৱান কনানো'?মদুগী মরি-মথোং ফোংদোক্তুনা হায়রম্মী মদুদি, ''মসি অদোম্না উরিবসি মহাক দাদা ভগৱান নত্তে, ঐহাক্তি জ্ঞানী পুরুষনি অমসুং মনুংদা প্রকত ওইরিবা, মহাক 'দাদা ভগৱান'নি। লোক ১৪গী মপুনি।মহাক অদোমদসু লৈ, পুম্নমক্তসু লৈ। অদোমদা ফোংদোক্তবা মওংদা লৈ অমসুং 'মসিদা' ঐহাক্কী মনুংদা মপুংফাবা মওংদা ফোংদোক্লি।ঐহাক ইশামক ভগৱান নত্তে।ঐহাক্কী মনুংদা প্রকত ওইরিবা দাদা ভগৱানবু ঐহাক্নসু খুরুমজে।"

## আত্মাজ্ঞান ফংন্নবগী প্রত্যক্ষ লিঙ্ক

পরম খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱান(দাদাশ্রী)না 1958তা আত্মাজ্ঞান প্রকত ওইখি। মদুগী মতুংদা 1962দগী 1988ফাও দেশ-বিদেশ কোইদুনা মুমুক্ষুশিং(মুক্তিবু ফংনিংলিবা)বু সতসঙ্গ অমদি আত্মাজ্ঞানবু ফংহল্লম্মী।

দাদাশ্রীনা লৈরিঙৈদা খুরুমজনিংঙাই ওইরবা ডা. নীরু বহেন অমীন(নীরু ইমা)বু আত্মাজ্ঞান ফংহন্নবগী জ্ঞানসিদ্ধি খুৎশিন্নখি। দাদাশ্রীনা হকচাং থাদোক্লবা মতুংদা নীরু ইমানা মদুগুম্না মুমুক্ষুশিংবু সতসঙ্গ অমসুং আত্মাজ্ঞানবু ফংহন্নবা, নিমিত্ত ভাৱদগী তৌরম্মী।

আত্মাজ্ঞানী খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দীপক ভাই দেসাইবু দাদাশ্রীনা সতসঙ্গ তৌন্নবগী সিদ্ধি খুৎশিন্নখি। হৌজিক খুরুমজনিংঙাই ওইরবা নীরু ইমাগী অশীর্বাত্তগী খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দীপক ভাই দেশ-বিদেশতা নিমিত্ত ভাৱদগী আত্মাজ্ঞান ফংহল্লি।

মসি আত্মাজ্ঞান ফংলবা মতুংদা, মুমুক্ষু লিশিং কয়ানা সংসারদা লৈরসু, মথৌ পুম্নমক পাংথোক্তুনা মুক্তা লৈদুনা আত্মাদা লৈবগী নুংঙাইববু অনুভব তৌরি।

# থঙহনজবা

জ্ঞানী পুরুষ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱাননগী শ্রীমুখদগী অধ্যাত্ম অমসুং ব্যবহারজ্ঞাননগা মরিলৈন্না ঙাংখোকরকপা ৱাহৈ, মদুবু রেকোর্ট তৌদুনা খোমজিন্বা অমসুং নমথোক্তুনা লাইরিক্কী মওংদা পুথোকচরি। ওরিজিনেল মওং ওইনা গুজরত্তি লোনদা পুথোকপা ওই। মসি মদুগী ওরিজিনেল লাইরিক্তুদগী হন্দোকপনি। তোঙান-তোঙান্বা সবজেক্টশিংগী মথক্তা খোল্লকপা সরস্বতীগী অঙকপা অদুগী খোমজিন্বা মসি লাইরিক অসিদা তৌরি, অনৌবা পাবিরিবশিংগীদমক বর্দান মওং ওইনা খুদম ওইগনি।

পুথোকচারিবা লোন-হন্থোচবা অসিদা ঐহাক্না মরুওইবা চেকশিন্বা অসি থমজৈ মদুদি পাবিরিবনা দাদাজীগী ৱাহৈবু তবিরিবগুম, অসিগুম্না ইশাদা ফাওবা অসি ওইশনু হায়না, মসিনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা মফমশিংদা লোন হন্দোক্লিবগী ৱাহৈপরেং মনিপুরি ব্যাকরনগী মতুং ইন্না অশোয়-অঙামশিং য়াওবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মসিদা নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন অদুবু খঙবিদুনা পাবিরবদি হেন্না কান্নাবা ওইগনি।

পুথোক্লিবা লৈরিক অসিদা মফম খুদিংদা ব্রেকেটকী মনুংদা উৎলিবা ৱাফম নত্রগা ৱাহৈ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীনা ঙাংখোল্লকপা ৱাহৈশিংবু থোইদোক হেন্থোক্লা ময়েক শেংনা খঙনবগীদমক ইজবনি। হায়বদি মফম খরাদা অংগ্রেজি ৱাফমশিংগী মনিপুরি অর্থগী মওংদা থমজরি। দাদাশ্রী শ্রীমুখদগী খোল্লকপা গুজরত্তি ৱাহৈ মদুগা চপ মান্না ইটালিক্সতা থমজরি, মরমদি মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মনিপুরিদা অসিগুম্বা ৱাহৈ লৈতে, মদুগী মপুংফাবা অর্থ পীবা ঙম্বা। মসি নত্তবদা মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মান্নবা ৱাহৈ, অর্থগী মওংদা ব্রেকেটত পিজরি।

জ্ঞানীগী ৱাহৈবু মনিপুরি লোন্দা চপ-মান্না হন্দোকপা ঙম্নবা হোৎনজৈ তৌইগুম্বসুং দাদাশ্রীগী আত্মাজ্ঞাননগী অশেংবা নুংগী ৱাখললোন, চপ-চানা চপ-মান্না মদুদি, অদোম্না গুজরত্তি লোনদা ওইনা হেন্না মমুত্তগনি। কনাগুম্বনা জ্ঞানবু থমথেংনা খঙগে হায়রবদি, জ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাফমবু খঙগে হায়রবদি, মহাক্না মসিগীদমক গুজরত্তি লোনবু তম্বিয়ু, অসুম্না ঐহাক্না নোল্লুক্না খঙহনজরি।

লোন হন্দোকপগা মরিলৈনবা অৱাৎপাশিংগীদমক অদোমদা ঙাকপীয়ু হায়জরি।

We will appreciate your suggestion & grammatical mistake correction. You can give your valuable feedback at nlt.m@dadabhagwan.org

## Books Published by Dada Bhagwan Foundation

1.Adjust Everywhere
2.Ahimsa : Non-Violence
3.Anger
4.Aptavani-1
5.Aptavani-2
6.Aptavani-4
7.Aptavani-5
8.Aptavani-6
9.Aptavani-8
10.Aptavani-9
11.Autobiography of Gnani Purush A.M Patel
12.Avoid Clashes
13.Brahmacharya
14.Death: Before, During &After
15.Flawless Vision
16.Generation Gap
17.Harmony in Marriage
18.Life Without Conflict
19.Money
20.Noble Use of Money
21.Pratikraman
22.Pure Love
23.Right Understanding to Help Others
24.Science of Karma
25.Science of Speech
26.Shree Simandhar Swami : The Living God
27.The Essence Of All Religion
28.The Fault Is Of The Sufferer
29.The Guru and The Disciple
30.The Hidden Meaning Of Truth & Untruth
31.The Practice of Humanity
32.Trimantra: The mantra that removes all the worldly obstacles
33.Whatever Happened is Justice
34.Who Am I ?
35.Worries

- ❖ Dada Bhagwan books are availables in different languages: Gujarati, Hindi, English, Marathi, Telegu, Kanada, Oriya, Malayali, Bengali, Punjabi, Assamese, Tamil, German, Spanish, Russian etc
- ❖ 'Dadavani' Magazine is published Every month in three Languages :Gujarati, Hindi, English.

**Website : www.dadabhagwan.org**

# Preface

নিগোদ(খ্বাইদগী নেম্বা থাক্তা লৈবা ইন্দ্রিয়া অমগী মথাদা লৈবা জিবশিং) তগী ইন্দ্রিয়া অমা অমসুং ইন্দ্রিয়া অমদগী ইন্দ্রিয়া ৫ ফাওবগী ইবোল্যুসন অমসুং মদুদগী মীওইবগী পরিণমন (শেমলকপা হৌবা) মদুদগী য়ুগলিক (জুল্লা-ওইবা) নুপী অমসুং নুপা লোয়ন্না পোকপা, লুহোংই অমসুং পোথাবা ওইরে... অসিগুম্না উদয়দা লাক্লি মীওইবগী মপুরোইবা-লোয়ন্বীগী ব্যাবহার! সতয়ুগ, দ্বাপর অমসুং ত্রেতায়ুগতা প্রাক্রুতিগী ওইবা সরলতা (ইচম চমজবা)গী মরম্না মপুরোইবা-লোয়ন্বীগী মরক্তা পুন্সিদা প্রোব্লেমশিং করিগুম্বদা খরা থক লাকপা ওই। ঙসি, মসিগী কলিকাল অসিদদি তোইনা মফম খুদিংদা নুমিৎ খুদিংগী মপুরোইবা-লোয়ন্বীগী মরক্তা খৎন্বা, ঙাংনা-শক্নবা, অমসুং মোৎ-খেৎন্বা কয়া উবা ফংঙি। মসিদগী মপান থোক্লক্তুনা মপুরোইবা-লোয়ন্বীগী আদর্শ (অথোইবা) পুন্সি করম্না হিংগনি, মসিগী লম্বী-লমজিংবা মসি কালগী মতুং ইন্না করম্বা শাস্ত্রাদা ফংগনি? হৌজিক করি তৌবা তাবগে? হৌজিক্কী মীয়ামশিংগী হৌজিক হৌজিক ওইবা প্রোব্লেম অমসুং মখোয়গী লোন্দা থক মদুগী প্রোব্লেমশিংদুগী উপায়, মসি মতমসিদা শাফোংলিবা জ্ঞানীপুরুষ থক্লা পীবা ঙম্মী। অসিগুম্বা শাফোংলিবা জ্ঞানী পুরুষ, অথোইবা ইরাৎ চবদা মতীক চারবা দাদাশ্রীবু মহাক্কী জ্ঞান অবস্থাগী চহী ৩০দা মপুরোইবা-লোয়ন্বী অনীগী মরক্তা থোকপা থেংগায়ন্বগী সোল্যুশনগীদমক হংখিবা ৱাহং ১০০০ কয়াশিংগী মনুংদগী খরা খোমজিন্দুনা মসিদা পুথোক্লিবা লাইরিকসিদা ফোংদোকচবা ওইরি।

মপুরোইবা-লোয়ন্বী অনীগী মরক্তা কমপ্রেক্স প্রোব্লেম কয়াগী সমাধান মওং ওইবা থম্মোয়দা ফাওবা ঙমবা অমসুং মতমচুপ্পগী সমাধান তৌবা ওইরিবা ৱাঙাং মসিদা খঙনিংনা পানীংলিবশিংবু মখোয়গী লুহোংলবা পুন্সিদা অমনা-অমগী মথক্তা দেবী-দেবতগুম্বা মীৎয়েং নিশঙ্ক (চীংন্বা; অকীবা লৈতবা) পোকপা ওইগনি, অদুবু মদু থম্মোয়-শেংনা থক পাদুনা খঙলবা থক্তদগী ওইগনি।

শাস্ত্রাশিংদা অরুবা তত্বজ্ঞান ফংবা ওই, তৌইগুম্বসুং মদু ৱাহৈ থক্তদা ফংবা ওই। শাস্ত্রানা মদুদগী হেন্না মমাংদা পূবা ঙম্বা ওইদে। ব্যাবহার ওইরিবা পুন্সিগী পঙ্কচরবু তাইশিন্নবদি মদুগী এক্সপার্ট অনুভব ওইরবা থক্লা তাকপা ঙম্বা ওই! মপুংফারবা আত্মাজ্ঞানী দাদাশ্রীনি, লোয়ন্বীগা লোয়ন্না আদর্শ ব্যাবহারবু মপুংফানা অনুভাব ওইদুনা অনুভাব-ৱাহৈদগী সমাধান তৌই, প্রভাবসু মপুংফাবা মওংদা থবক তৌবা ওই। মসিগী মতমসি অক্রম জ্ঞানীগী মালেমগীদমক মসি মপাং-নীংঙাই লৈত্রবা খুদোল পোৎনি, ব্যাবহার জ্ঞানগী বোধকলা তৌই!

সমপুজ্য (খুরুমজনীংঙাই ওইরবা) দাদাশ্রীগী মফমদা মপুরোইবা, লোয়ন্বী কয়া অমসুং অনীমক্লা মশাগী অৱাবা ওইরবা পুন্সিগী প্রোব্লেমশিং পুথোকখি; করিগুম্বদা মতোম্তা, নম্রগা মীয়াম্না তীনবা-ওইবা সতসঙ্গদা। অনম্বা ৱাফমশিংদি অমেরিকাদা তৌখি, ফ্রীলী, ওপনলী (মীয়াম পুন্নমক্কী মমাংদা, অপন্বা নাইদনা) মশাগী পুন্সিগী মরম পুন্বদা ঙাংবা ঙম্মী। নিমিত্ত অমগী মথা-পোন্না পরম পুজ্য দাদাশ্রীগী অনুভাব

ৱাহৈ থোক্লক্লি, মদুগী খোমজিন্বা পাবা ওইরিবা মপুরোইবা-লোয়ন্বী কয়াগী লম্বী-তাকপা ঙমবা ওই। করিগুম্বা মতমদা মপুরোইবদুবু হন্থনা ঙাংবা ওইরি, নত্রগা করিগুম্বদা লোয়ন্বীবু তাথীনা ঙাংবীবা, কনাগুম্বা নিমিত্তনা করিগুম্বা হায়নবগী মথৌ তাবা, মদুবু-মনুং মপান য়েংদুনা দাদাশ্রীনা এক্সট্রেক লৌথোক্তুনা শক্তি লৈরবা ৱাহৈশিংদগী লায়নবু নির্মুল (মাংহন্বা) ওই।

জ্ঞানলৈরবা পাবীরিবশিংদা খঙহনজরি মদুদি মখোয়না খঙদবদগী লান্না-লৌশিল্লোইদবনি মদুদি দাদাজীনদি নুপীশিংগী দোষ থক য়েংলি নত্রগা মপুরোইবা-ওইবগী খুবম থকপু দোষ ওইনা তাক্লি! মপুরোইববু মপুরোইবা-ওইবগী দোষ উহন্বা ৱাহৈ অমসুং লোয়ন্বীবু মহাক্কী প্রাক্রুতি-ওইবা দোষশিংবু প্রকট (পুথোকপা) ওইহন্বা ৱাহৈ দাদাশ্রীগী চিন্বান্দগী চেন্থরি। মদুবু অশেংবা অর্থদা লৌশিন্দুনা মশামক্কী শুদ্ধিকরন (শেংদোক্লবগী) ফীরেপকীদমক পূক্নীংদা ফজনা থন্থবা, ৱাখল তৌন্নবগী পারিবশিংদা নোল্লুক্লা হঙগৎচরি।

**- ডা. নীরু বহেন অমিন**

# Editorial

লুহোংবগা ফংলি, চাক-থোংন্বা ফ্রী ওফ কোস্টতা,

ৱাইশিৎপা, ৱাইতৈবা অমসুং ফীসুন্বা লেপ্পা!

পুং২৪ নর্সরী, অমসুং মপুরোইববু সিন্সিয়র,

লৌরি মপুরোইবগী সাগে, থাদোক্লি মমা-মপা, মশাগী-ইমুং মপাম!

নিখিদে কৈদৌনুংদা থাগী তোলোপ-বোনস-কমিশন নত্রগা গীফ্ট!

করিগুম্বদা নিরগদি সারি, মতমদুদা করিগী মপুরোইবনা পৈথোক্লি?

শরুক তংথায় অঙাংশিংদা, তৌইগুম্বসুং ডিলীবরী কনানা তৌবগে?

মদুগী মতুংদা মমিংনা মপুরোইবগী, মতুংদা করিগী কোচী-কোৎলি?

য়েংউ নুপীশিংগী অরান্বা অনী থক, চরিত্রা নত্রগা য়ুমগী অমাংবা,

কড়ী থুময়াকপা নত্রগা নুংশেন-থুগায়বা, অপীকপা অরান্বশিংবু ঙাকপীবা ওইয়ু!

লোয়ন্বীনা থোয়না চৎপা মতমদা, য়েংউ গুণ, থিয়ু কৎথোকপা,

য়ুমগী-মৌবু ঙাকশেল্লু, মদুদা পুরুষ নহাক্কী চাওথোক-চনিংঙাই!

নপুরোইববু করম্বা কান্দা থনগনি, অপঙবী ৱাখল লৈতবী?

য়েংদুনা-খঙদুনা নশামক্লা পাম্বা থন্দুনা পুরকখি, নশাগী অপাম্বা!

অপাম্বা থনখি, নীথি মপুরোইবা, চহীদসু ইশাদগী চাউবা,

হৌগৎহন্বা–ফমহন্বা তৌরি, তমপাক্তা অপীকপা পুরক্লল্লগদি

মশক ফজবা, লাইরিক-লাইসু হৈবা, অৱাংবা থাক্কা, নীথি সুপীরিয়র,

পামদে অপংবা–চাক থোংবা, পাম্মী সুপর!

লুহোংলবা মতুংদা, নং অসিগুম্বা, নং মদুগুম্বা করিগী তৌগনি?

থম্মু সুপীরিয়র অরোইবা ফাও, মদু ওইরগদি সংসার ফাজগনি!

মপুরোইবা থৌনা-পুথোক্লি য়ুমদা, উচুক্তা য়ুংদুনা লৈবা ষণবু ফুরি,

অরোইবদা শাউরা কান্দা শষদু, কৈ-নুপীগী শক্তম লৌরক্কনি!

চহী ৫০ ফাও, ৱাহৈ খুদিংগী চৈরি অহিং–নুংথিল!

লমন-ওইনা অমুক অঙাংশিংনা লৌরি মমাগী মীচংদা!

'মীচং লৈতবা' ওইদুনা লৈ অপংবা, য়ুমগী মীওইশিংগী চারি-চৈনা,

চুমথোক্লবা ওইরো, চুমথোক্লবা ওইরো, ফংউ 'নাম্থোক্লবা'গী অধিকার!

অনোইবা মপুরোইবনা থীরি ফিগর, মশক-ফজবগী পোং-চাউথোক্লগদি

ফজে হায়রগদি লোয়ন্নীবু, পুক্নীংদগী লৌগনি মহাকপু বোগ!

অহানবা গুরুনা স্কুলদা, অদুদগী ওইহল্লি লোয়ন্নীবু গুরু,

অহান্নদা পাম্বা ওইখিদে অনোপ, মতুংদা শেমখিরম্মী 'অনোপ উপ্পী মৌ'!

পুক্নীংনা পাম্বা থীবদা, ওইখ্রে অচৌবা অরান্না,

লুহোংদুনা পেন্দবা ফাওরি, মুনখ্রে পুল্লপ পুন্না!

থৎন্না য়াম্না থোকপা লোয়ন্নীগা লোয়ন্না, মদু ওইরগদি বিষয় থিংউ,

চহী অমগী মতুংদা পরিণাম য়েংউ, মীৎ-পাংদোক্কনি বিষয়গী মীৎতাংবা!

ব্রহ্মচর্যগী নিয়ম থম্মু, লুহোংলবশিংনা মসি নহাক্কী লক্ষ,

হিদাক করম কান্দা থক্কনি, নাকন অনীমক্তা লাইহৌ-হৌবা কান্দা!

থুম্বা ওই মরমদুনা হিদাক অদু, হঞ্জিন-হঞ্জিন থক্কদবা নত্তে,

থকউ নিয়মগা লোয়ন্না করিগুম্বা, লাইহৌ-হৌরবকান্দা অনীমক।

লোয়ন্নী অমথক লৈবা, দৃষ্টি(মীৎয়েং)সু মপানদা শোয়দবা,

কলিয়ুগতা লৈরি মসি ব্রহ্মচর্য, জ্ঞানী পুরুজ দাদাজিনা হায়রি!

অখোয়বা লোয়ন্নীদা, ঐ চুমদ্রিং-চুম্বা, অনীমক্তা কনানা পুণ্য লৈবগে?

খোয়রিবা নহাক্কী পাপতগী, পুণ্যদগী ফংলি চুমদ্রিং-চুম্বা!

কনাগী মরাল? কনানো জজ? অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল,

মহৌশাগী নিয়ায় খণ্ডজিল্লু, অরান্না ওইগনি নির্মূল(জিরো)!

ঙাকশেল্লি মরুপ অমসুং খুঙ্গংবু, তৌরি য়ুমদা খৎনা-চৈন্না,

ঙাকশেল্লগদি পুন্সি-চুপ্পা, মদুদা শোয়রেনে অপং!

মপান্দা কংখৎলি ইজৎ, ইজৎ লৈতে য়ুমদা তৌইগুম্বসুং!

য়েংউ ওন্নবা নিয়ায়, বাসমতীদা য়ানশিল্লি নুং!

‘ঐগী নুপী ঐগী নুপী’ হায়দুনা, লৈশিল্লি মমতাগী স্কু,
‘ঐগী নত্তে, ঐগী নত্তে’ হায়দুনা, হাংদোক্লি মনুংগী স্কু!
লুহোংদুনা হায়রি মপুন্রোইবনা, নহাক য়াওদনা করম্না হিংগনি?
শিবকান্দা ‘সতা’, উবা ফংদে হৌজিক সতীসু উবা ওইদে!
মসিদি আশক্তিনি পুদগলগী, নত্তে অশেংবা নুংশিবা!
য়েংদ্রগদি দোষ, নন্রগা অপাম্বা, থম্বা ওইদে য়েংথিন্বা মদুনি অশেংবা নুংশিংবা!
নং অসিগুম্বা, নং মদুগুম্বা, অভেদতা(অমত্তা ওইবদা)লাক্লি থায়দোক্নবা,
ওইগনি শান্তিগী অন্রোইবা, খজিক্তংফাও খেৎন্বা থল্লগদি!
মীৎয়েং অমনা নুংশিবা, অমসুং অনীসুবা মীৎতনা স্রিক ওইবা,
য়েংলবদি মসিগুম্না লোয়ন্নীবু, মায়পাক্কনি মহাক্না সংসারগী-ওইবা হিরমদা!
ৱন ফেমিলি ওইদুনা হিংউ, তৌগনু ঐহাক্কী–নহাক্কী,
শেমদোক্কবা নুপীবু চৎলি, ঐখোয় ইশাবু শেমদোক্লব্রা?
আর্য নুপীগী লাইবক্তা বিনদী, মপুন্রোইবা অমথক্কী দ্যান,
মচু শঙগদবা ওইরি মায় অমসুং শম, মপান-লমগী নুপী ওইরগদি!
অমনা অমগী অশোয়বা য়ান্নবা চৎলু, মদুনি নুংশিবনা থল্লবা পুন্সি,
হন্থবা-হেঙ্গৎপা লৈতবা কৈদৌনুংদা, মদুনি অশেংবা নুংশিবগী দর্শন!

**– ডা. নীরু বহেন অমীন**

# Contents

# মপুরোইবা-লোয়ন্নীগী দিব্য ব্যাবহার

## (তেন্তক্রা)

## [1] ৱন ফেমিলি

পুন্সি হিংবদা নুংঙাইবা করম কান্দা মান্নবগে মদুদি নুমিৎ চুপ্পা *ওপাধি* (মপান্দগী লাকপা অৱাবা) লৈতবা, পুন্সিসি শান্তি ওইনা চত্থারবা, মতমদুদা পুন্সি হিংবা নুংঙাইবা ওই। মসিদি য়ুমদা থৎন্দুনতা লৈ, মতমদুদা পুন্সিসি হিংবা করন্না নুংঙাইবা ওইগনি? মসিদি তোংজবা ওইদেদনা! য়ুমদা থৎন্বা ওইরোইদবনি। করিগুম্বদা য়ুমথংন্বগা লোয়ন্না নত্রগা মপানগী মীয়ামশিংগা লোয়ন্না থোকপা ওইবা, তৌইগুম্বসুং য়ুমদসু? য়ুমদা ফেমিলিদৌনা লাইফ অসি হিংবা ওইগদবনি। ফেমিলি লাইফ করন্না তৌবগে? য়ুমদা নুংশিবা, নুংশিবা অমসুং নুংশিবা থক্তা শাৎকায়দুনা লৈবা। হৌজিক্তি ফেমিলি লাইফ কদায়দা লৈবগে? হৱাই-থোংবদা থুম য়াকপা ওইরগদি ঙাংনা শক্লদুনা থৎন্বা তৌরি। মদুগী মথক্তা 'হৱাই-থোংবা থুম য়াকই' হায়বা ওই! অন্ডর ডেবেলপ্ড মীয়াম। ডেবেলপ্ড কনাবু হায়বগে মদুদি হৱাই-থোংবদা থুম য়াকপা, মদু ওইরগদি মদুবু নাকন্দা থমদুনা লেমহৌরিবা চানা থক্লবদু চাও। অসুন্না তৌবা য়াদব্রানে? থৱাই থোংবদু নাকন অমদা থমদুনা অতোপ্পা পুন্নমক্তু চাবা য়াদব্রা? 'দিস ইজ ফেমিলি লাইফ।' মপান্দা থেংগায়নৌ! মাই ফেমিলিগী অর্থ করিনো? মদুদি ঐখোয়গী মরক্তা থেংগায়ন্বা লৈতে করিগুম্বা মখল অমত্তগী। এডজস্টমেন্ট লৌগদবনি। ইশাগী ফেমিলিদা এডজস্ট তৌবা হৈগদবনি। এডজস্ট এবরীৱেহর।

অদোমদা 'ফেমিলি ওর্গনাইজেসন'গী জ্ঞান লৈব্রা? ঐখোয়গী হিন্দুস্তানদা 'হাও টু ওর্গনাইজ ফেমিলি', মদুগী জ্ঞানদুগী অৱাৎপা লৈ। 'ফোরেন' মীশিংদি 'ফেমিলি'গুম্বসি করিসু খঙবা ওইদে। মখোয়দি, জেম্স চহী ২০ শুরগদি, মহাক্কী মমা-মপা, ৱিলিয়ম অমসুং মেরি, জেম্সতা হায়গনি মদুদি, 'নং তোঙান্না অমসুং ঐখোয়নি তেনৌৱা-চোংঙা তোঙান্না!' মখোয়না 'ফেমিলি ওর্গনাইজেসন' তৌন্বগী হৈন্বী লৈতেদনা! অমসুং মখোয়গী ফেমিলিদি তশেং-তশেংনা ফোংদোকপা ওইরি। মেরীগা লোয়ন্না ৱিলিয়ম্না লোইন্বা নুংঙাইবা ওইদ্রগদি 'ডাইবোর্স' থক্তগী ৱাফম্নি! অমসুং ঐখোয়গী মসিদদি 'ডাইবোস' কী ৱাফমদি কদায়দা? ঐখোয়দি লোয়ন্না-লোয়ন্না লৈগনি। থেংগায়নগনি অমসুং মতুংদা লোয়ন্না মদুগী কা অমথক্তুদা তুম্বসু তুমগনি। মসি হিংন্নবগী মওং নত্তে। মসিবু ফেমিলি লাইফ কৌবা ওইদে!

অমসুং ঐখোয়গী লৈবাক্তদি মীয়াম্না ফেমিলি ডোক্টরসু থম্মী। অরে, হৌজিক ফেমিলিদি শেম্বা ওইদ্রি, মদুদা কদায়দগী ফেমিলি ডোক্টর থম্বগে!

মখোয় মীয়াম্না ফেমিলি ডোক্টর থম্মী, তৌইগুম্বসুং মসিদা লোয়ন্বী ফেমিলি নত্তব্রা? হায়নরি, 'ঐখোয়গী ফেমিলি ডোক্টর লাক্লি!' মদু ওইরগদি মহাক্কা লোয়ন্না কনাগুম্বনা হঙ্গিন-হঙ্গিন ঙাংনা-শক্কদে। ডাক্টরনা বিল য়াম্না শেল্লবসু মতমদুদসু হঙ্গিন-হঙ্গিন ঙাংনদে। মদুদা হায়, 'ঐখোয়গী ফেমিলি ডোক্টরনিদনা!' মখোয়না পূক্নীংদা অসিগুম্না থল্লি মদুদি ঐহাক্কী পব্রর পাইরে, ফেমিলি ডোক্টর থম্বা, মরমদুনা!

ফেমিলিগী মীওইশিংনা অসিগুম্না থুৎ-থেংখ্রবদি মদু ওইরগদি ঐখোয়না মহাক্কা লোয়ন্না থৎনব্রা? থৎনদেনা! ফেমিলি অমগুম্না লৈয়ু। তৌশিন্নবা তৌগনু। মীয়াম্না মপান্দা তৌশিন্বা, মদুগুম্না নত্তে। ফেমিলি অমা... 'নহাক য়াউদনদি ঐহাক্না নুংঙাইবা ওইদে।' অসিগুম্না হায়য়ু। মহাক্না ঐখোয়বু চৈরগদি, ঙাইহাক লৈরগা হায়য়ু, 'নংনা ফনমক চৈজরবসু তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না নহাক য়াওদনদি নুংঙাইবা ওইদে।' অসিগুম্না হায়য়ু। গুরু মন্ত্রা মসিখক্তা হায়য়ু। অসিগুম্না কৈদৌনুংদা ঙাংদেদনা! অদোম্না ঙাংবদা করিগুম্বা কায়বা ওইব্রা? নহাক য়াওদনা নুংঙাইবা ওইদে! পূক্নীংদা নুংশিবা শোইদনা থম্মু তৌইগুম্বসুং খজিক্তং উৎথোকপা ওইয়ু।

## [2] য়ুমদা থৎনবা

করিগুম্বদা য়ুমদা *কলেশ*(থৎন্বা) থোকপ্রা? অদোম্না করি ফাওবগে? য়ুমদা থৎন্বা থোকপা মদু নুংঙাইবা ফাওব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** থৎনা-চৈন্বা য়াওদনদি চত্তে সংসার।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মফমদুদা ভগৱান লৈরোই। থৎন্বা থোকপা মফমদুদা ভগৱান লৈত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি অচুম্বনি তৌইগুম্বসুং করিগুম্বদদি থোকপা ওইগদবনিদনা, অসিগুম্না থৎনবা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মদুগী থৎন্বা থোকপা ওইরোইদবনি। থৎন্বা করিগী থোক্কদৌরিবা মীওইবগী য়ুমদা? থৎন্বা করিগীদমক থোকপা ওইগদোইবা? অমসুং থৎন্বা থোক্লগদি নুংঙাইবা ফাওগদ্রা? থৎন্বা লৈরগদি অদোম্না থা কয়াফাও নুংঙাইবা ফাওগদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** খজিক্তংফাও ফাওরোই।

**দাদাশ্রী :** থা ১ফাও নুংঙাইবা ওইরোই, নত্রনে? অহাওবা চানা-থক্লবা, শানাগী লিক্কোন শীবা অমসুং মদুগী মথক্তা থৎনবা। হায়বদি পুন্সিসি হিংবসু হৈতে মদুগী মসি থৎনবনি। পুন্সি হিংন্বগী কলা খঙদে, মদুগী মসি থৎন্বনি। অদোমদি করন্বা কলাগী হৈথোই-শিংথোইবগে মদুদি ডোলর করন্না তানগনি! মসিখক্তা মদুবু থন্দুনা লৈ। তৌইগুম্বসুং পুন্সি করন্না হিংগনি, মদুগী মরমদদি থন্দে। থল্লোইদ্রনে?

**ৱাহং-হংলিবা :** থনগনি, তৌইগুম্বসুং মীপুম খুদিংমক্কী তোঙান-তোঙান্বা মওং ওই।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, পুম্নমক্কী মওং তোঙান-তোঙান্বা ওইদে, মখল অমা থক্তনি। ডোলর, ডোলর। অমসুং মতুংদা খুত্তা লাক্লবা মতুংদা ডোলর ১০০০ মদুদা স্টোরদা খর্চ তৌবা ওই। পোৎ-চৈশিং য়ুমদা পুরক্তুনা লৈতেংলি। অমসুং মসিদা মহাক্না করিগুম্বা লৈতেংলিবদু মদুবু য়েংদুনা লৈগদ্রা? মতুংদা মল্লকান্দা অতোপ্পা লৈরকপা ওই। নুমিৎ চুপ্পা খুদেকপা–শেমজিন্বা, খুদেকপা–শেমজিন্বা, অৱাবা, অৱাবা অমসুং অৱাবা, প্রোব্লেম-প্রোব্লেম অমসুং প্রোব্লেম। অরে, অসিগুম্বা পুন্সি করম্না হিংগনি? অসিগুম্বা মীওইববু লেমজব্রা? থৎন্বা–চৈন্বা থোক্লোইদবনি, *কলহ* (অশাউবদু কুইনা-শাংনা নোংঙাল্লবফাও চত্থাদুনা লৈবা)থোকহল্লোইদবনি। করিসু থোকহল্লোই দবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং *কলেশ* (থৎন্বা) করম্ববু কৌবগে?

**দাদাশ্রী :** ওহো... অসুম্না য়ুমগী মীওইশিংগা, মপানগী মীওইশিংগা লোয়ন্না, ৱাইফকা লোয়ন্না থেংগায়ন্বা, মদুবু *কলেশ*(থৎন্বা)কৌই। পূক্নীং থেংগায়ন্বা অমসুং মতুংদা মতম থরা তোঙান্না লৈরবা, মদুবু *কলেশ* কৌই। পুং ২-৩ চৈনা-ঙাংন্বা অমসুং মতুংদা খুদক্তা অমত্তা ওইবা মদু ওইরগদি কায়বা ওইদে তৌইগুম্বসুং থেংগায়দুনা লাপনা লৈরগদি, মদু ওইরগদি *কলেশ* কৌবা ওই। পুং ১২ লাপ্পা লৈরগদি নুমিদাং পুম্বা *কলেশ*তা লেন্বা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না *কলহ* ৱাফম হায়বদু মদু নুপাদা হেন্না য়ামব্রা নত্রগা নুপীদনা হেন্না য়ামব্রা?

**দাদাশ্রী :** মদুদি নুপীদনা হেন্না য়াম্বা ওই, *কলহ* ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগী মরম করিনো?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, করিগুম্বদা ঙাংনা–শক্লবা থোকপা মতমদা, মতমদুদা থৎন্বা থোকপা ওই। *কলেশ* (থৎন্বা) থোকপা হায়বদি খুদক্তা চাক্তুনা মুৎপা। পুরুষ অমসুং নুপীদা থৎন্বা থোকপা মতমদা নুপানা মদু থাদোক্কনি, তৌইগুম্বসুং নুপীশিং মদুবু থুনা থাদোকপা ওইদে অমসুং থৎন্বদগী *কলহ* থোকপা ওই। মতুংদা মহাক্না মমায় পোমদুনা চৎলী, ঐখোয়না মহাকপু নুমিৎ হুম্নি চাক পীজদবগুম মদুগুম্না তৌদুনা লৈ!

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি ওইরগদি মসিগী *কলহ* অসিবু মাংহন্নবগীদমক করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** অদোম্না থৎন্বা তৌরোইদবনি, মতুংদা *কলহ* থোক্লরোই। তশেংবদদি অদোম্না থৎন্দুনা মৈ-চাকহল্লি। ঙসি ইঞাং ফজনা থোংদে, ঙসিদি ঐগী

মায় শুগৎলি, অসিগুম্না তৌদুনা থৎন্বা হৌবা ওই অমসুং মতুংদা মহাক্না *কলহ* তৌই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মরু ওইবা ৱাফমদি মসিনি মদুদি য়ুমদা শান্তি লৈগদবনি।

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং শান্তি করম্না লৈগনি? নুপীমচাগী মমীং শান্তি থমগদ্রা, মদু ওইরগসু শান্তিদি লৈবা ওইদে। মদুগীদমক্তদি ধর্ম থঙগদবনি। য়ুমগী মীওই পুন্নমকশিংদা হায়গদবনি মদুদি, 'ঐখোয় য়ুমগী মীওই পুন্নমক অমনা-অমগী মনুংদা কনাগুম্বগী লমন-থুন্বা লেপ্পা মদুগুম্বা নত্তে, কনাগুম্বগী কনাগুম্বগা থৎন্বা লৈতে। ঐখোয়না মোৎ-খেৎন্বগী করিসু মথৌ তাদে। মনুংদা অমগা-অমগা ফম্মিন্দুনা-য়েন্নদুনা শান্তিগা লোয়ন্না চাও-থকউ। নুংঙাইনা লৈয়ু, হরাওনা লৈয়ু।' মতৌ অসুম্না ঐখোয়না থন্থদুনা-জ্ঞানতানা পুন্নমক তৌগদবনি। য়ুমগী মীওইশিংগা লোয়ন্না থৎন্বা কৈদৌনুংদা তৌরোইদবনি। মদুগী য়ুমদুদা তাদুনা লৈগদবা মতুংদা থৎন্দুনা করি কান্নবগে? কনাগুম্ববু অৱাবা পীদুনা মশামক্না নুংঙাইবা ওইবা য়াবা, অসিগুম্বা কৈদৌঙৈদসু ওইদে। ঐহাক্তি নুংঙাইববু পীদুনা নুংঙাইববু লৌবা। ঐখোয়না য়ুমদা নুংঙাইবা পীরবদি, মতমদুদা নুংঙাইবা ফংগনি অমসুং মহাক্না চা-ঈশিংসু ফজনা লোন্দুনা পীগনি, নত্রগদি মাংহন্দুনা পীগনি।

মসিদি কয়াদা চীন্তাগী-মৈশানি! মোৎ-খেৎন্বা থজিক্তং ফাও হন্থবা ওইদে, মদু ওইজরবসু পূক্নীংদা থন্বা ওই মদুদি ঐহাক্না ধর্ম কয়াম্না তৌরিবা! অরে, য়ুমদা মোৎ-খেৎন্বা থীংলব্রা? হন্থবসু ওইরব্রা? চীন্তা হন্থবা ওইরব্রা? করিগুম্বা শান্তি লাক্লব্রা? মতমদুদা হায়বা ওই মদুদি লাক্তে, তৌইগুম্বসুং ঐনদি ধর্মদি তৌইদনা? অরে, নংনা করম্ববু ধর্ম কৌবগে? ধর্মদগীদি মনুংদা শান্তি পীবা ওই। মফমদুদা *আধি*(হকচাং)-*ব্যাধি*(ৱাখল)-*উপাধি* লৈতবা, মদু ধর্মনি! স্বভাব(আত্মা)কী মায়গৈরোমদা চৎপদু ধর্ম কৌবা ওই। মসিদি থৎন্বগী পরিণাম হেঙ্গত্তুনা লৈ!

ৱাইফকী মথুত্তগী করিগুম্বা ১৫-২০ অসুক য়াম্না চাওখ্রবা লিক্লিগী প্লেটশিং অমসুং গ্লাস-ৱয়ের তাদুনা কাইরবদি? মদুগী মতমদুদা অদোমদা করিগুম্বা ইফেক্ট ফাওব্রা?

নুংঙাইতবা ফাওই, মরমদুনা করিগুম্বা থরাদি ঙাংদনা তুমিন্না লৈবা ওইদেদনা! মসি রেডিও খোংদনদি লৈতেদনা! নুংঙাইতবা ওইবগা রেডিয়ো খোংবা হৌই, মরমদুনা মহাক্না(ৱাইফনা) নুংঙাইতবা ওই। মদু ওইরগদি মতুংদা মহাক্নসু করি হায়গনি? হোয়, নহাক্কী খুৎতগীদি কৈদৌনুংদা করিগুম্বা অমত্তা কায়বা ওইরম্লোই! মসি থঙবা য়াবা ৱাফম্নি মদুদি প্লেটশিংসু তাবা ওইদনা। মঙোন্দা ঐখোয়না হায়রগদি মদুদি নং থুগায়য়ুনে মদু ওইরগদি থুগায়রোই। থুগায়গনি

করিগুম্বদা? মদু কনানা থুগায়বা ওইরমগনি? মসি পৃথিবিদা কনাগুম্বা মীওইবা অমত্তনা প্লেট অমফাও থুগায়ন্বগী শক্তি লৈতে। মসিদি হিসাব পুন্নমক চপ–মান্ননা ওইরি। প্লেট কায়বা মতমদা ঐখোয়না হংগদবনি মদুদি নংদি শোকপা ওইদেদনা?

করিগুম্বা সোফাগীদমক খৎন্বা ওইরগদি সোফাবু মপান্দা লংথোকখো। মদুগী সোফাদুদি লিশিং ১০–২০গী ওইরমগনি, মদুগীদমক করিগী খৎন্বা? শেগায়রিবদুগী মথক্তা মঙোন্দা য়েংথীন্বা ফাওবা ওই। অরে ইবুংঙো, হুন্দোক্তুনা লাকউ। য়ুমদা খৎনা–চৈন্বা থোকহন্বা মদুগুম্বা পোৎতুবু মপান্দা লংথোক্তুনা লাকউ।

খঙলিবা মদুমখৈ, মদুমখৈ থাজবদা ফমবা ওই। মদুমখৈসু মহৈ পীবসু ওই, মতেং–পাংবা ওই। থাজবা ফমদ্রগদি মদু মতেং–পাংবা ওইদে। মরমদুনা খঙদুনা চৎলগদি ঐখোয়গী পুন্সি নুংঙাইবা ওইগনি অমসুং মহাক্কীসু নুংঙাইবা ওইগনি। অরে! অদোমগী লোয়ন্বীনা অদোমদা বোরা অমসুং জলেবিশিং হৌদুনা পীদব্রনে?

**ৱাহং–হংলিবা :** হৌদুনা পীজে!

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি করিগী? মহাক্কী উপকার লৌদে, মরমদি মহাক ঐহাক্কী পার্টনরনি, ‘মসিদা মহাক্কী করি উপকার?’ ঐহাক্না পৈশা পুরকই অমসুং মহাক্না মসি পুন্নমক তৌবা ওইরি, মদুদা অনীমক্কী পার্টনরশিপনি। অঙাংশিংসু পার্টনরশিবতা লৈ, মহাক মতোম্তা থক্তগীরা? মহাক্না পোক্লি মদু ওইরগদি মহাক মতোম্তগীরা? অঙাং অনীমক্কী ওইবা ওই। অনীমক্কীরা নত্রগা মহাক্কী মতোম্তগীরা?

**ৱাহং–হংলিবা :** অনীমক্কী।

**দাদাশ্রী :** হোয়। নুপাদুনা অঙাংদু পোক্কদবা ওইব্রা? হায়বদি মসিগী জগতসি খঙবা য়াবা মদুগুম্বনি! করিগুম্বা মরমদা খঙবা য়াবা মদুগুম্বনি। অমসুং মদুগী ৱাফম জ্ঞানী পুরুষনা খঙহল্লি। মহাক্না করিসু লৌগদবা–পীগদবা ওইবা ওইদে। মরমদুনা মহাক্না খঙহল্লি মদুদি ইবুংঙো, মসি ঐখোয়গী কান্নবদা লৈ। মদুদগী য়ুমদা খৎনা চৈন্বা হন্থবা ওই, থুগায়বসু হন্থবা ওই।

কৃষ্ণ ভগৱানন্না হায়রি, বুদ্ধি মখল অনীগী ওই, অব্যভিচারিণী অমসুং ব্যভিচারিণী। ব্যভিচারিণী হায়বদি অৱাবা থক্তা পীবা ওই অমসুং অব্যভিচারিণী বুদ্ধি, নুংঙাইবা থক্তা পীবা ওই। অৱাবদগী নুংঙাইবা থীবা ওই। অমসুং মসিদি বাসমতী চেংদা নুংয়ানশিন্দুনা চাবা ওই। মসিদা অমরীকাদা চান–থক্লবা য়াম্না ফৈ অমসুং অশেংবা ঘী ফংবা ওই, দহী ফংবা ওই, কয়াদা ফগ্রবা চিঞ্জাক! পুন্সি হিংবদা লাইবা ওই মদু ওইজরবসু পুন্সি হিংবদি হৈতে, মরমদুনা চৈনা ফংলিদনা মীয়াম্না! ঐখোয়গীদমক কান্নবা করিনো, মসি থক্তি খঙবা মথৌ তাইদনা! লুহোংথি, মদুগী নুমিত্তুগী নুংঙাইবদু নিংশিংউ, মদু কান্নব্রা নত্রগা পাথ্রা ওইবদু, মদুগী নুমিত্তুগী অৱাবদু নীংশিংলগদি, মদু কান্নব্রা?

ঐহাক্তি লুহোংবগী মতমদুদা পাথ্রা ওইন্বগী ৱাখল লাক্লম্মী! মতমদুদা লুহোংবকান্দা অনৌবা কোয়েৎ য়েৎলম্মী। ঐহাক্তি ক্ষত্রিয়ামচা কৌই, মদুগী মতমদুদা কোয়েৎ য়েৎলম্মী অমসুং পুময়াৎ লিৎতুনা চহী ১৫–১৬ মতমগী নুপামচা য়াম্না ফজনা উরম্মী। অমসুং ক্ষত্রিয়ামচা হায়বদি মশা-মউ লিংবা ওই।

মতুংদা কোয়েৎ লেংবদগী মনুংদা ৱাখল লাকই মদুদি মসি লুহোংদি লুহোংলি, ফদি ফৈ, লুহোংবদি হোংলি, তৌইগুম্বসুং অনীমক্তগী অমদি লুখ্রা ওইগনি!

**ৱাহং-হংলিবা :** চহী মদুখক্তুদা অদোম্না অসিগুম্বা ৱাখল লাকপ্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, লাক্লোইদ্রনে? মথোং অমদি তেক্কনিদনা? লুহোংলগদি লুখ্রা ওইবা লাক্তনদি তোক্লোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং লুহোংবগী মতমদদি কোকথক্তা লুহোংবগী ইনোৎ কোক্তা কাবা ওই, মোহ কয়াম্না ওই! মদুদা অসিগুম্বা *বৈরাগ্য* (ডিটেস্মেন্ট)গী ৱাখল কদায়দা লাকপগে?

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং মদুগী মতমদুদা ৱাখল লাকই মদুদি লুহোংলি অমসুং মতুংদা লুখ্রাদি শোয়দনা লাক্কনি। অনীমক্তগী অমদি লুখ্রা লাক্কনি, মঙোন্দা লাক্কনি নত্রগা ঐঙোন্দা লাক্কনি।

পুম্নমক্কী মমাংদা, সুর্য়নারায়ণগী সাক্ষীদা, পন্ডিতজীগী সাক্ষীদা লুহোংথি মদুগী মতমদুদা পন্ডিতজীনা হায়খি মদুদি 'মতমগী মতুং ইন্না চেকশিল্লু'। মদু ওইরগদি নহাক্না চেকশিন্বসু হৈতে? মতমগী মতুং ইন্না চেকশিনগদবনি। পন্ডিতজীনা হায়রি মদুদি 'মতমগী মতুং ইন্না চেকশিল্লু'। মদুবু পন্ডিতজীনা থঙই, তৌইগুম্বসুং লুহোংলিবনা করিবু থঙগনি? চেকশিন্বগী অর্থ করিনো? করিগুম্বা লোয়ন্বীনা শাউবা মতমদুদা নংনা ঈংথনা লৈয়ু, চেকশিন্দুনা লৈয়ু। 'মতমগী মতুং ইন্না চেকশিল্লু' হায়বদি মতম লাকপদুগুম্না, মদুগী মতুং ইন্না চেকশিন্না লৈবগী দরকার ওই। মদু থক্তদা সংসারদা লুহোংগদবনি। করিগুম্বা মহাক্না শাউগৎলগদি অমসুং ঐখোয়নসু শাউগৎলগদি চেকশিনদবা কৌগনি। মহাক্না শাউগৎপা মতমদা ঐখোয়না ঈংনা লৈগদবা। চেকশিন্না লৈবগী দরকার ওইদব্রা? হায়বদি ঐহাক্তি চেকশিন্না লৈরম্মী। লৈ-ঈ চৎপা ওইহনদে। লৈ-ঈ চৎলগদি খুদক্তা ৱেল্ডিঙ্গ সেট তৌবা হৌই।

**ৱাহং-হংলিবা :** থৎন-চৈন্বগী মরু ওইবা হৌরকফম করিনো?

**দাদাশ্রী :** য়াম্না শাথীবা অজ্ঞান্তা! মহাক্না সংসারদা হিংবা হৈতে, মচানুপাগী মপা ওইবা হৈতে, লোয়ন্বীগী মপুরোইবা ওইবা হৈতে। পুন্সি হিংন্বগী কলাসু হৈবা ওইদে। মসিদি নুংঙাইবা লৈরগসু নুংঙাইবা লৌবা ঙমদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং থৎন-চৈন্বা থোকপগী মরম মসিনি মদুদি, স্বভাব মান্নবা ওইদে?

**দাদাশ্রী :** অজ্ঞান ওইবনি, মরমদুন্নি। সংসারগী অর্থদি মসিনি মদুদি কনাগুম্বগী স্বভাব কনাগুম্বগা মান্নবা ওইদে। মসি জ্ঞান অসিবু ফংলিবা মহাক্কী মনাক্তা লম্বী অমথক লৈ, 'এডজস্ট এবরীৱেয়র'।

থৎনব-চৈন্বা থোক্লিবদুদা, মদুদা ভগৱান লৈবা ওইদে। হায়বদি ঐখোয়না ভগৱানদা হায়রি, 'সাহেব, অদোম লাইশংদা লৈয়ু, ঐহাক্কী য়ুমদা লাক্কনু। ঐখোয়না লাইশং শাগনি, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী য়ুমদা লাক্কনু।' থৎনব-চৈনদবা মফমদুদা, মদুদা ভগৱান খোংদবা শুংশোয়-শোয়দবনি, মসিগী ঐহাক নহাকপু 'গেরেন্টী' পীগে। থৎনবা থোকপগা মদুদগী ভগৱান চৎখিবা ওই। অমসুং ভগৱান চৎখ্রগদি মীয়াম্না ঐখোয়বু করি হায়বগে, ললোন-ঈতিক্তা তোংবা লৈতে। অরে, ভগৱান চৎখ্রে মসিগী মরম্না তোংবা ওইদে। ভগৱান করিগুম্বা লৈরগদি, মতমদুফাও ললোন-ঈতিক্তা ফজনা তোংবা ওই। অদোম্না পামব্রা থৎনব-চৈন্বা?

**ৱাহং-হংলিবা :** পামদে।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইজরগসু থোকপা ওইদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বদা।

**দাদাশ্রী :** মদুদি দিৱালিসু করিগুম্বা থক্তদা লাকপা ওইদনা, নুংতিগী থাওইনা লাকপ্রনে?

**ৱাহং-হংলিবা :** মতুংদা মিনিত ১৫দা ঈংথবা ওই, থৎনবা লেপ্পা ওই।

**দাদাশ্রী :** ঐখোয়গী মনুংদগী থৎনব-চৈন্বদু লৌথোকউ। কনাগুমবগী মদুদা য়ুমদা থৎনব-চৈন্বা লৈবা, মদুদগী মীওইবা-ওইবা মাংবা ওই। অচৌবা পুণ্যদগী মীওইবগী পুন্সি ফংবা ওই, মদুসু হিন্দুস্তানগী মীওইবা! অমসুং মদুসু মসিদা (অমেরিকাদা) অদোম্না, মদুদা হিন্দুস্তানদদি অশেংবা ঘী থীবা কান্দসু ফংবা ওইদে অমসুং অদোম্না মসিদা নুংতীগী অশেংবা ফংবা ওই। শেংদবদি থীবা কান্দসু ফংবা ওইদে, কয়াদা পুন্য লৈরিবা! তৌইগুম্বসুং মসি পুন্যগীসু মতুংদা *দুরুপযোগ* (লান্না শিজিন্নবা) ওইরি।

ঐখোয়গী য়ুমদা থৎনব-চৈন্বা লৈতবা পুন্সি হিংগদবনি, মসিথক হৈথোই-শিংথোইবদি অদোমদা লৈগদবনি। অতোপ্পা করিসু হৈত্রগদি মহাক্না খঙগদবনি মদুদি 'থৎনব-চৈন্বা থোক্লগদি ঐখোয়গী য়ুমদগী ভগৱান চৎখ্রগনি। মরমদুনা নংনা ফিরেপ লেপ্লু মদুদি ঐখোয়না থৎনা-চৈন্বা তৌররোই!' অমসুং নংনা লেপ্লো মদুদি ঐখোয়না থৎনা-চৈনরোই। লেপ্লবা মতুংদা থৎনবা থোক্লগদি খঙউ মদুদি মসি অদোমগী সত্তাগী মপান্দা থোক্লি। হায়বদি মহাক্না থৎনবা তৌজরগসু অদোম ফৈজুপ চিংথৎতুনা তুম্মু। মহাকসু মতম থরাগী মতুং তুমখ্রগনি। তৌইগুম্বসুং অদোমসু মহাক্না ৱাতা-খোন্দনরগদি?

থৎনবা থোক্তন্বা অসিগুম্না লেংদনা লেপ্লু! নুমিৎ ৩ গীদমক্তি লেংদনা লেপতুনা য়েংউ! চাংয়েং তৌবদা করিবু কায়বগে? নুমিৎ হুমনিগী ব্রত তৌইদনা হকচাংগীদমক? মদুগুম্না মসিসু লেপতুনা য়েংউ। য়ুমদা অদোম পুন্নমক পুন্না লেপতুনা য়েংউ মদুদি 'দাদানা ৱাফম হায়খিবদু, মদুগী ৱাফমদু ঐহাক্না পাম্বা ওই, মরমদুনা ঐখোয়না ঙসিদগী থৎনবা তোক্লসি।' মতুংদা য়েংউ।

**ৰাহং-হংলিবা :** মসিদা অমেরিকাদা নুপীশিংসু থবক তৌইদনা, মরমদুনা খরা হেন্না পাৰর লাকপা ওই নুপীশিংনা, মরমদুনা হজবেন্ড-ৰাইফ তা ঙাংনা-শক্নবা থোকপা ওই।

**দাদাশ্রী :** পাৰর লাক্লগদি ফৈদনা মসি নত্তবদা, অদোমদি মসিবু খঙগদবনি মদুদি 'ওহোহো! পাৰর লৈরমদে, হৌজিক পাৰর লাক্লগদি ফবা ওইরে ঐহাক্কীদমক!' ষণগাড়ী ফাজনা চৎকনিদনা? ষণগাড়ী ষণ নোপ্পা ওইরগদি ফব্রা নত্রগা পাৰর ওইবা ওইরগদি?

**ৰাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং অরান্বা পাৰর তৌরগদি, মতমদুদা শোয়না চৎকনিদনা? অফবা পাৰর তৌরগদি ফৈ।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, পাৰরবু থাজজবা লৈত্রগদি, মদু ওইরগদি মহাক্কী পাৰরদু ফক্লাংদা থেংগায়গনি। মহাক্না অসিগুম্না পাৰর তৌরগসু অমসুং মদুগুম্না মুকথায়গনি তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা অদোমদা করিসু ইফেক্ট ফাওদ্রগদি মহাক্কী পাৰর পুম্বা ফক্লাংদা থেংগায়দুনা মতুংদা মহাকপু অমুক-হন্না থেংগায়গনি।

**ৰাহং-হংলিবা :** অদোম্না হায়বগী অর্থদি অসিগুম্বনি মদুদি ঐথোয়না নুপীশিংগী তারোইদবনি?

**দাদাশ্রী :** তাউ, ফজনা তাউ, অদোমগী কান্নগদবা ৰাফম ওইরগদি পুম্নমক তাউ অমসুং পাৰর থেংগায়বা কান্দা, মদুগী পুংফমদুদা তুমিন্না লৈয়ু। অদোম্না মসি য়েংউ মদুদি কয়াম্না থকপা ওইথিবগে। থক্লমগনি, মদুগী মতুং ইন্না পাৰর শিজিন্নগনিদনা?

**ৰাহং-হংলিবা :** ফারে। মদুগুম্না নুপানসু কান্নদবা পাৰর উৎপা কান্দা?

**দাদাশ্রী :** মতমদুদা অদোম খরা চেকশিল্লু। ঙসি খরা ওন্না-তৈন্না চৎলি অসিগুম্না পুক্লীংদা হায়য়ু, চীন্দা করিসু হায়গনু।

**ৰাহং-হংলিবা :** হোয়... নত্রগদি হেন্না ওন্না-তৈন্না তৌগনি।

**দাদাশ্রী :** 'ঙসি ওন্না চৎলি, হায়রি... অসিগুম্না তৌরোইদবনি। কয়াদা ফজখ্রবা... মরুপ অনী অমনা-অমগী অসিগুম্না তৌব্রা? অসিগুম্না তৌবা কান্দা মরুপ ওইবা তেক্ত-কায়দা লৈগদ্রা? মদুগুম্না মসি নুপা-নুপী অনীমক মরুপ থক্তা কৌগনি। হায়বদি মরুপ-ওইবা ভাৰদগী য়ুম চলাইগদবনি, মদুগী মহুত্তা মসিগী দশা তাহল্লি! মসিগীদমক মীয়াম্না গ্রীন কার্ড লৈবশিংগা লোয়ন্না মশাগী মচানুপীশিংবু লুহোংহনব্রা? অসিগুম্না তৌন্বগীদমক? মসিবু ঐথোয়দা লেমজব্রা? অদোম্না করি থন্বগে? মসি ঐথোয়দা লেমজদে। সংস্কারী ওইবা করম্ববু কৌবগে? য়ুমদা খৎনচৈন্বা থোকপা, মদু সংস্কার লৈবা কৌব্রা নত্রগা খৎন-চৈন্বা থোক্তবা, মদু?

অহান্বদদি য়ুমদা খৎন-চৈন্বা থোকহল্লোইদবনি অমসুং করিগুম্বা থোকপা ওইরগদি মদুবু নাথৈগদবনি। খজিক্তং থোংপা-হৌবা অসিগুম্না ওইরগদি, ঐথোয়না মাল্লগদি হৌজিক মৈ-হৌগনি, মদুগী মমাংদুদা ঈশিং থিক্তুনা ঈংথহল্লু। হান্নগীগুম্না খৎন-চৈন্বা থোকপা পুন্সি হিংবদা মদুদা করি কান্নবগে? মদুগী অর্থ করিনো? খৎন-চৈন্বা থোকপা পুন্সি লৈহল্লোইদবনি? করিবু য়েন্নদুনা পুগনি? য়ুমদা পুন্না

চামিন–থকমিন্নগনি, মতুংদা *কলহ(শাউনবদু কুইনা শাংনা মথংগী নুমিৎফাওবা চৎথদুনা লৈবা)* করম্বা ৱাফমগী? করিগুম্বা কনাগুম্বা, অদোমগী ইপুরোইবগীদমক করিগুম্বা থরা হায়রগদি নুংঙাইতবা ফাওই মদুদি ঐহাক্কী ইপুরোইবগী মরমদা অসিগুম্না হায়রি অমসুং মশামক মপুরোইবদা হায় মদুদি 'নহাক অসিগুম্বনি, মদুগুম্বনি', অসিগুম্বা পুন্নমক তৌরোইদবনি। মপুরোইবনসু অসিগুম্না তৌরোইদবনি। অদোমদা থৎন–চৈন্বা থোক্লগদি, মদু ওইরগদি অঙাংশিং পুন্সিদা ইফেক্ট ওইগনি। থোৎলবা অঙাংশিংদা পুন্নমক ইফেক্ট ফাওবা ওই। মরমদুনা থৎনবা লৈহল্লোইদবনি। থৎনবা লৈতবা মতমদুদা য়ুমগী অঙাংসু জ্ঞানতাবা ওই। মসিদি অঙাং পুন্নমক শোয়বা ওইরি।

ঐহাক্তি মসি জ্ঞান ফংবা মতমদুদগী, চহী ২০ দগী থৎনবা অমত্তা লৈত্রে, তৌইগুম্বসুং মদুগী চহী ২০গী মমাংদসু থৎন্বা লৈরমদে। হান্নদগী হৌনা, থৎন্বদি ঐহাক্না লৌথোকখি। করিগুম্বা ফীভম অমদা থৎন্বা তৌবা য়াবা মদুগুম্বা নত্তে মসি জগতসিদা।

হৌজিক অদোম থন্দুনা থবক তৌ নত্রগা 'দাদা ভগৱান'গী মমীং লৌ। ঐহাকসু 'দাদা ভগৱান'গী নাম শোন্দুনা থবক পুন্নমক তৌই! 'দাদা ভগৱান'গী নাম শোল্লগদি খুদক্তা অদোম্না পামবা মদুগুম্না তৌবা ওইগনি।

## [3] মপুরোইবা- লোয়ন্বী অনীমক্তা মোৎ–খেৎন্বা

ঐখোয়না রুট(মরু) অশাউবা–নাপল–মায়া–মীহৌবা মাংন্বা, মোৎ–খেৎন্বা হন্থবা, অসিগুম্বা পাম্মী। অদোম্না মসিদা থমথেংবদুবু ফংগে হায়রগদি, মঙাল ফংগে হায়রগদি। মসিদা করম কানফাও অমমবদা লৈগনি? ঐখোয়গী অশাউবা–নাপল–মায়া–মীহৌবগী অশোন্বশিং, মোৎ–খেৎন্বা উরব্রা?

**ৱাহং–হংলিবা :** য়াম্না।

**দাদাশ্রী :** কদায়দা? কোর্টতা?

**ৱাহং–হংলিবা :** য়ুমদা, কোর্টতা, মফম পুন্নমক্তা...

**দাদাশ্রী :** য়ুমদবু কদায়দা থোকপবগে? য়ুমদদি অদোম মীওই ৩থক, মদুদা মোৎ–খেৎন্বা করম্না? লৈসু লৈতে নচানুপী ২–৪–৫শিং, অসিগুম্বদি লৈবা ওইদেদনা। অদোম মীওই ৩নি, মদুদা মোৎ–খেৎন্বা করম্না?

**ৱাহং–হংলিবা :** নত্তে, তৌইগুম্বসুং ৩ থক্তদা মোৎ–খেৎন্বা কয়া অমা লৈ।

**দাদাশ্রী :** অহুম থক্তদসু? অসিগুম্না!

**ৱাহং–হংলিবা :** করিগুম্বা পুন্সিদা কোনফ্লিক্ট(মরৈ–য়েৎন্বা)লৈত্রগদি, মদু ওইরগদি পুন্সিগী মহাওদি লাক্লরোই!

**দাদাশ্রী :** ওহোহো... মহাওদু মসিদগী লাকপ্রা? মদু ওইরগদি নুংত্তীগী তৌদনা! মসি কনাগী থীজিনবনো? মসি করম্বা মকোক–লৈবা কোক্কী থিজিনব্রা?

মদু ওইরগদি নুংতিগী মোৎ-খেৎন্বা তৌগদবনি, কোনফ্লিক্টকী মহাও তংগে হায়রগদি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি নুংঙাইবা ওইরোই।

**দাদাশ্রী :** মসিদি মশাগী কন্হোকপা ওইরি মীয়াম্না। মোৎ-খেৎন্বা হোঙব্রা নত্রগা তাংব্রা? চাং-থজিক্তং নত্রগা চাং-য়াম্না?

**ৱাহং-হংলিবা :** চাং য়ামদনা ওইবসু ওই অমসুং চাং য়াম্না ওইবসু ওই।

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বদা দিৱালি অমসুং করিগুম্বদা হোলি! মদুদা নুংঙাইবা ওইব্রা নত্রগা নুংঙাইবা মাংব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিদি সংসার চক্রা অসিদি অসিগুম্বনি।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মীয়ামবু ওইদবা হায়জিন্বগীদমক মসি ফজরবা অমা ফংলি। সংসার চক্রা অসিগুম্বনি, অসিগুম্না হায়জিল্লি, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্নদি হায়দে মদুদি ঐহাক্কী অশোন্বনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অশোন্বদি ওইবা ওইরি। অশোন্বনি, মদুননিদনা অৱাবা ওইদনা!

**দাদাশ্রী :** হোয় মসিখক, হায়বদি মীয়াম্না সংসার চক্রা হায়দুনা মদুবু কুপশিন্নবা তৌরি। মরমদুনা কুপশিনবা মরম্না, মদু মদুগুম্না অদুম লৈরি। মদুগী অশোন্বদুনা করি হায়বগে? 'ঐহাকপু থঙদ্রিবফাও, মদুফাও ঐহাক্না চৎলোই?' সংসার থজিক্তংফাও অথীংবা ওইদে। সংসার *নিরপেক্ষ*( কনাগুম্বগী মথা-পোন্দব ) নি। *সাপেক্ষ*( মথা-পোন্বা ) সুনি অমসুং *নিরপেক্ষ*নি। মদুদি ঐখোয়না অসিগুম্না তৌরগদি অসিগুম্না অমসুং অসিগুম্না তৌদ্রগদি করিসু তৌদে, করিসু লৌগদবা–পীগদবা লৈতে। মোৎ-খেৎন্বদি কয়াদা চাওখ্রবা অশোন্বনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং য়ুমদা মোৎ-খেৎন্বা থোক্তুনা লৈ, মসিদি সংসারনিদনা!

**দাদাশ্রী :** মীয়ামদি মসিখক্তা, নুংতীগী থৎন্বা থোকইদনা, মদু ওইজরগসু হায় মদুদি 'অসিগুম্নদি চত্থদুনা লৈ।' অরে, তৌইগুম্বসুং মদুদগী ডেবেলপমেন্ট ওইবা ওইদে। করিগী থোক্লিবনো? করিগী মরম্না থোক্লিবনো? অসিগুম্না করিগী হায়রিবনো? করিবু চত্থবা ওইবগে? মদুগী থীজিন্বা মথৌ তাই।

য়ুমদা করিগুম্বদা মোৎ-খেৎন্বা থোকপা, মতমদুদা করি হিদাক তৈবগে? হিদাক্কী বোটল থমব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মোৎ-খেৎন্বগী করিগুম্বা হিদাক লৈতে।

**দাদাশ্রী :** হে! করি হায়বা? মদু ওইরগদি অদোম মসিগী কাদা তুমিন্না, লোয়ন্বী মদুগী কাদা তুমিন্না, অসিগুম্না শাউদুনা তুমদুনা লৈবা? হিদাক তৈদনা? মতুংদা মদু মতৌ করম্না মাংবা ওইবগে? অশোকপা অদু ফগৎলকপ্রা? ঐঙোন্দা মসি হায়য়ু মদুদি হিদাক তৈদনা অশোকপা অদু করম্না ফগৎকনি? মসিদি অয়ুকফাও অশোকপা অদু ফাগৎপা ওইদে। অয়ুক্তা চাগী কপ পীবা মতমদা অসিগুম্না য়ৈদুনা

পী। অদোমসু খঙবা ওই মদুদি হৌজিক নুমিদাংগী অশোকপা ফবা ওইদ্রি। অসিগুম্না থোকপ্রা নত্রগা থোক্তব্রা? মসি ৰাফম অসি অনুভাব (একসপরিরেন্স)কী মপান্দা ওইব্রনে? ঐখোয় পুন্নমক অমত্তা থক্নি। হায়বদি অসিগুম্না করিগী তৌবগে মদুদি হৌজিকফাও মো-খেৎন্বগী অশোকপদু তাদুনা লৈরি।

তৌইগুম্বসুং নুংতিগী মদুগী অশোকপদু মদুগুম্না অদুম লৈ। অশোকপা অদুদি ফবা ওইদে, অশোকপা অদুদি লৈদনা! খোৎখিবদু লৈবা ওইরি, মরমদুনা অশোকপদু থোকহল্লোইদবনি। মরমদি করিগুম্বা হৌজিক মহাকপু নমথরগদি, মদু ওইরগদি অদোমগী হনুৱাবা কানদুদা লোয়ন্বীনা অদোমবু নমথগনি। হৌজিক্তি পুক্নীংদা হায় মদুদি কন্বা ওইরি মসি, মরমদুনা মতম থরা য়ান্বা চৎকনি। মতুংদা মহাক্কী মতাং লাক্কনি, মতমদুদা অদোমবু খঙহনগনি। মসিগী মহুত্তা ব্যাপার অসিগুম্না থম্মু মদুদি মহাক্না অদোমদা নুংশীবা, অদোম্না মহাকপু নুংশিবা। অশোয়-অঙামদি পুন্নমক্তগী থোকপা ওইদনা। অশোয়-অঙামদি থোক্তব্রা? অশোয়-অঙাম থোকপদা মোৎ-খেৎন্বা করিগী তৌগনি? মোৎ-খেৎন্বা থমগে হায়রগদি কনাগুম্বা মশা কনবগী মনাক্তা চত্তুনা খৎনৌ মরমদি অদোমবু খুদক্তা পাউখুম ফংনবা। মসিদদি খুদক্তা পাউখুম ফংলোই কৈদৌনুংদা। মরমদুনা অনীমক্না খঙউ। অসিগুম্বা মোৎ-খেৎন্বা কৈদৌনুংদা থোকহনগনু। করিগুম্বা মোৎ-খেৎন্বা তৌরগদি হায়য়ু মদুদি দাদাজীনা করি হায়খিবগে? অসিগুম্না করিগী মাংহল্লিবনো?

মোৎতি থল্লোইদবনি। অরে! অনীমক্না লুহোংখি মতুংদা মোৎ তোঙান্বা করম্না? অনীমক্না লুহোংখি, মতুংদা মোৎ তোঙান্না থম্বা য়াব্রা?

**ৰাহং-হংলিবা :** থল্লোইদবনি, তৌইগুম্বসুং লৈবা ওই।

**দাদাশ্রী :** মদুবু অদোম্না লৌথোকউ। তোঙান্বা মোৎ থম্বা য়াব্রা? নত্রগদি লুহোংলোইদবনি। লুহোংবা ওইরগদি অমত্তা ওইয়ু।

হায়বদি মসি পুন্সিসি হিংবসু হৈতে! চীন্তাদা হিংলি! ‘নতোঙ্তরা?’ মদুদা হায়রি, ‘নত্তে, য়ুম-কৈ পাল্লবনি’। মদু ওইরগদি ৰাইফ লৈ, মদু ওইরবসু নহাক্কী চীন্তা মাংদ্রি! চীন্তা মাংহন্বা ওইহল্লোইদ্রা? মসি পুম্বা ঐহাক্না ৰাখল থনথীরম্মী। মসি পুন্নমক মীয়াম্না থল্লোইদ্রা? য়াম্না পাক-চাউবা জগতনি, তৌইগুম্বসুং মসিগী জগত ঐখোয়গী রুমগী মনুংদনি, অসিগুম্না থন্বা ওইরি, অমসুং মদুসু করিগুম্বা জগতনি থল্লগদি মদু ওইরগসু ফৈ, তৌইগুম্বসুং মদুদসু ৰাইফকা লোয়ন্না থৎন্বা তৌই।

**ৰাহং-হংলিবা :** কোন অনী ওইরগদি মখোল থোকপা ওই অমসুং মতুংদা ঈংথবা ওই।

**দাদাশ্রী :** মখোল থোক্লগদি নুংঙাইব্রা? ‘খজিক্তংফাও মকোক লৈতে’ অসিগুম্নসু হায়বা ওইরি।

**ৰাহং-হংলিবা :** মহাক্তি মতুংদা মসিসু হায়দনা মদুদি ঐহাক্না অদোম নত্তনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমত্তা পামবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** হোয়, অসিগুম্নসু হায়ব্রা!

**ৰাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং কোন-লিক্তি য়ুমদা মখোন্থোক্কনিদনা?

**দাদাশ্ৰী :** নুংতিগী কোন মথোল থোক্লগদি কৰম্না নুংঙাইবা ওইগনি? মসিদি খঙবা ওইদেদনা, মৰমদুনা চৎথৰি। জাগ্ৰত ওইবা অদুদি, মোৎ-খেৎন্বা অমা থোক্লগদি নুমিদাং চুপ্পা তুম্বা য়াদে! মসি কোনশিংগী (মীওইবশিংগী) দি স্পন্দন (বাইব্ৰেসন) লৈ, মৰমদুনা নুমিদাং হিপতুনসু বাইব্ৰেসন পীদুনা লৈ মদুদি 'মসিদি অসিগুম্বনি, অখোয়বনি, ওন্নবনি, ওক্তবনি, লৌখোকদবা মদুগুম্বনি।' অমসুং মদুগী কোন-লিকশিংদুগী কৰিগুম্বা বাইব্ৰেসন লৈব্ৰা? ঐখোয়গী মীয়াম খঙদনা 'হোয়' হায়বদুদা 'হোয়' হায়দুনা য়াৰি মদুদি কোন অনী লোয়ন্না লৈমিন্নৰগদি মথোল থোক্কনি! অৰে, ঐখোয়বু কোনলা মদুদি ঐখোয়না মথোল থোক্কদবা? মসি 'দাদা'বু কনাগুম্বনফাও কৈদৌনুংদা থেংগায়ন্বদা উৰপ্লোই! মংদা ফাও লক্লপ্লোই অসিগুম্না! থেংগায়ন্বা কৰিগী? থেংগায়ন্বদি ঐখোয়গী খুদোং-থীনিংঙাইগী মথক্তনি। মসিবু কনাগুম্বা অমগী খুদোং-থীনিংঙাইৰা? চা থুনা পুৰকপা ওইদ্ৰগদি অমসুং অদোম্না টেবলদা অদোম্না ৩ লক য়ৈবা, মদুগী খুদোং-থীনিংঙাই ওইবদু কনাগী? মসিগী মহুত্তা অদোম কৰিসু খঙদবগুম্না ফমদুনা লৈৰগদি। চা ফংবা ওইৰগদি ফাৰে নত্ৰগদি ঐহাক্তি চৎলে ওফিস। কৰি লান্বগে? চাগীসু কৰিগুম্বা মতমদি লৈৰমগনিদনা? মসি সংসাৰগী নিয়মগী মপান্দদি লৈৰপ্লোইদনা? মৰমদুনা ঐহাক্না হায়ৰিদনা মদুদি 'ব্যাবস্থিত'! মহাক্কী মতম ওইৰগদি চা ফংগনি। অদোম্না য়ৈবগী মথৌ তাদে। অদোম বাইব্ৰেসন তৌহন্দ্ৰগসু চাদি লাক্কনি অমসুং বাইব্ৰসন তৌৰগসু মতমদুদসু লাক্কনি। তৌইগুম্বসুং বাইব্ৰেসনশিংদগী ৱাইফকী একাউন-বোইদা হিসাবতি তুংগনি মদুদি অদোম্না মদুগী নুমিত্তুদা টেবল য়ৈথিদনা!

য়ুমদা ৱাইফকা লোয়ন্না মোৎ-খেৎন্বা ওইবা, মতমদুদা মদুগী সোল্যুশন পুৰকপা হৈতে, অঙাংশিংগা লোয়ন্না মোৎ-খেৎন্বা থোক্লগদি মদুগী সোল্যুশন তৌবা হৈতে অমসুং চম্মনদুনা লৈ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মপুৰোইবা অদুদি অসিগুম্না হায়গনি মদুদি 'ৱাইফ সোল্যুশন তৌ, ঐদি তৌৰোই।'

**দাদাশ্ৰী :** হুম.. হায়বদি 'লিমিট' লোইবা ওইৰে। 'ৱাইফ' সমাধান তৌবা অমসুং ঐখোয়না তৌদবা, মতমদুদা ঐখোয়গী লিমিট লোইবা ওইৰে। নুপাদি অসিগুম্না হায়গদবনি মদুদি 'ৱাইফ'না হৰাওবা ওইবা অমসুং অসিগুম্না তৌদুনা গাড়ী মমাংদা চৎহনগনি অমসুং অদোমদি নুমিৎ ১৫-১৫ফাও, থা-থা ফাও গাড়ী লেপহন্দুনা থম্মী, মদুদি চৎথবা য়াৰোই। মাংদা লৈৰিবদুগী পুক্নীংগী সমাধান ওইদ্ৰিফাও, মতমদুফাও অদোম্না অৱাবা ওইগনি। মৰমদুনা সমাধান তৌ।

মতৌ অসুম্না অদোম্না য়ুমদা মোৎ-খেৎনৰগদি কৰম্না চৎথগনি? নুপীনা হায়ৰি 'ঐ নহাক্কীনি' অমসুং মপুৰোইবনা হায়বা ওই মদুদি 'ঐ নহাক্কীনি', মতুংদা মোৎ-খেৎন্বা কৰম্না? নখোয় অনীগী মৰক্তা 'প্ৰোব্লেম' হেঙ্গৎলগদি তোখায় তান্বা ওইগনি। 'প্ৰোব্লেম' 'সোল্ব' ওইৰগদি, মদু ওইৰগদি তোখায় তান্বা ওইৰৰোই। খায়দোক্লবগী মৰমদি অৱাবনি। অমসুং পুম্নমক প্ৰোব্লেম লৈবদি ওই, নহাক নতোম্তা থোকপা ওইবা অসিগুম্বা নত্তে। লুহোংলিবা পুম্নমক মখোয় পুম্নমকপু প্ৰোব্লেম থোক্তনদি লৈবা ওইদে।

লোয়ন্বীগা লোয়ন্না মোৎ-খেৎন্বা ওই মহাক্লা! মহাক্কা লোয়ন্না... ডবল বেড লৈব্রা নত্রগা ফমুং অমথক্তা ওইব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** নত্তে, ঙাকপীয়ু। অমথক ওইবা ওই।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মহাক্কা থৎন্বা অমসুং নুমিদাংদা খোংনা কাউরক্লগদি মতমদুদা করি তৌগনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** মথাদা।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মহাক্কা লোয়ন্না এক্তা থম্মু। ৱাইফকা লোয়ন্নসু মোৎ-খেৎন্বা ওইবা, মদুদসু এক্তা লৈত্রগদি মদু ওইরগদি মতুংদা অতোপ্পা কদায়দা লৈগনি? এক্তা হায়বদি করিনো হায়বদা মদুদি কৈদৌনুংদা মোৎ-খেৎন্বা লৈতবা ওইবা। মসিগী মীওই অমথক অসিগা লোয়ন্না লেংদনা লেপ্লু মদুদি 'নংগা অমসুং ঐগা অনীগী মরক্তা মোৎ-খেৎন্বা থোক্তন্বা, মদুথক এক্তা তৌগদবনি।' মদুগুম্বা এক্তা থমব্রা অদোম্না?

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্না কৈদৌনুংদা থনখিদে। মসি ইহান হান্না থন্বা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মসি থন্বা মথৌ তাইদনা? ভগৱান্না কয়াদা ৱাথল তৌদুনা মোক্ষতা চৎখ্রে!

ৱারী শাওদনা! মদুদা করিগুম্বা থরা থঙবা ঙমগনি। মসিদি সঙয়োগ ফল্লি, মরমদুনা পুনমীন্নবা ওইরি, নত্রগদি পুনমীন্নবা ওইরোই! মরমদুনা করিগুম্বা ৱারী থরাদি শাওদনা! মসিদা করিবু কায়বগে? ঐখোয় পুন্নমক চপ-মান্নে। অদোম্না খেৎন্বা মাল্লি, মরমদি খেন্বা-বুদ্ধিদগী মীওইবনা খেৎন্বা মাল্লি। মসি নত্তনা পুন্নমক অমত্তনি। মীওইবদা খেৎন্বা-বুদ্ধি লৈদনা! ৱাইফকা লোয়ন্নদি খেন্বা-বুদ্ধি লৈবা ওইদেদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, মদুগুম্না থোকপা ওই।

**দাদাশ্রী :** মসিগী ৱাইফকা লোয়ন্না তোখায়-তারিবসি কনানা তৌহন্বগে? বুদ্ধি থক্লা!

লোয়ন্বী অমসুং মহাক্কী মপুরোইবা অনীমক্লা য়ুমথংন্বগা লোয়ন্না থৎন্বা ওই, মতমদুদা করম্না অমত্তা ওইদুনা থৎন্নে! অনীমক্লা অসিগুম খুৎ-শা তৌনদুনা, নং অসিগুম্বা অমসুং নং মদুগুম্বা। অনীমক্লা অসিগুম খুৎ-শা তৌই মদুদা ঐহাক্লা থল্লি মদুদি ওহোহো! মসি অনীসিদা কয়াদা এক্তা! মসি মখোয়গী 'কোর্পোরেশন' অমত্তনি, অসিগুম্না ঐহাক্লা থল্লি। অমসুং মতুংদা য়ুমদা লাক্তুনা অনীমক থৎনরি, মতমদুদা করিবু হায়গনি? য়ুমদা মখোয় অনী থৎনব্রা নত্রগা থৎনদব্রা? করিগুম্বদগী থৎনরমগনিদনা! মদুগী 'কোর্পোরেশন' মনুং-মনুংদা থৎন্বা মতমদা, 'নং অসিগুম্বা অমসুং নং মদুগুম্বা', 'নং অসিগুম্বা অমসুং নং মদুগুম্বা...' মতুংদা য়ুমদা ফজনা থৎন্বা থোকইদনা! মতমদুদা হায়বা ওই, 'নং চৎখ্রো, মসিদগী, নশাগী য়ুমদা চৎখ্রো। ঐহাক্লা নহাক্কী দরকার ওইদে।' হৌজিক মসি জ্ঞান তাদবা নত্রনে? অদোম্না করি মান্বগে? মদু ওইরগদি অমত্তা ওইরম্বদু, মদু কায়খ্রে অমসুং তোখায়-তান্নবা

ওইখ্রে। হায়বদি ৰাইফকা লোয়ন্নসু ‘নং নং, ঐ ঐ’ থোকপা ওই। ‘নং অসিগুম্বনি অমসুং নং মদুগুম্বনি!’ মতমদুদা মহাক্না হায়, ‘নংদি কদায়দা খোয়দবগে?’ হায়বদি য়ুমদসু ‘ঐ অমসুং নং’ থোকপা ওই।

‘ঐ অমসুং নং, ঐ অমসুং নং, ঐ অমসুং নং’। অহান্বদা অমত্তা ওইরমবদু, ‘ঐখোয় অনী অমত্তনি, ঐখোয় অসিগুম্বনি, ঐখোয় মদুগুম্বনি। ঐখোয়গীনি মসি।’ মদুদগী ‘ঐ অমসুং নং’ ওইরে! হৌজিক, ঐ অমসুং নং ওইরে মরমদুনা চীংথোক-চীংজিন থোকপা ওই। মদুগী চীংথোক-চীংজিন মতুংদা কদায় ফাওবা য়ৌথিবগে? অরোইবদা, হল্দীঘাটী থৎন্বা হৌবা ওই। পুমমাং মাং-তাকন্ববু বাটোন তৌন্বগী খুৎলাইনি, মসি চীংথোক–চীংজিন! মরমদুনা চীংথোক-চীংজিনদি কনাগুম্বগা লোয়ন্না থোকহনগনু।

নুংতিগী ‘ঐহাক্কী ৰাইফ, ঐহাক্কী ৰাইফ’ হায়বা ওই অমসুং নোংমা নুমিৎ অমা মহাক্না মহাক্কী ফীরোল মপুরোইবগী বেক্তা থম্বা ওই। মতমদুদা মথংগী নুমিত্তা মপুরোইবনা করি হায়গনি? ‘ঐহাক্কী খাওদা নহাক্না সাড়ীশিং করিগী হাপলি?’ মসিনি ইজ্জৎ লৈবগী মচানুপা! মহাক্কী সাড়ীশিংদুনা মহাকপু চাখ্রে! তৌইগুম্বসুং মহাক্না মশাগী তোঙান্বা আইদেন্টিটী লৈরিদনা! ৰাইফ অমসুং হজবেন্ট, মখোয়দি বিজনেসগীদমক অমত্তা ওইরি। কোন্ট্রেক্টনি মসি। মদুগী তোঙান্বা আইদেন্টিটী মদু মাংবা ওইব্রা? আইদেন্টিটী তোঙান্না লৈবা ওই। ‘ঐহাক্কী বেক্তা সারিশিং করিগী থল্লিবনো’ অসিগুম্না হায়ব্রা নত্রগা হায়দব্রা?

**ৰাহং-হংলিবা :** হায়বা ওই, হায়বা ওই।

**দাদাশ্রী :** মসিদি *কলহ* তৌরি মদুদি ঐহাক্কী বেক্তা নহাক্কী সাড়ীশিং করিগী হাপলিবনো? মসিদা লোয়ন্বীনা হায়, ‘করিগুম্বা নুমিত্তা মহাক্কী বেক্তা করিগুম্বা হাপলগদি অসিগুম্না লাও-খোংলি। মান্নরুরনু, ইপুরোইবা থন্বদা ঐহাক্না শোয়খিবা ওইরে। অসিগুম্বা নপুরোইবসি কদায়দগী ফংলি?’ তৌইগুম্বসুং হৌজিক করি তৌগনি? উচুক্তা পুন্বা ওইরি! (মপান লমদা) ‘মেরী’ ওইরগদি মথংগী নুমিত্তা চৎখিবা ওইগনি, তৌইগুম্বসুং ইন্ডিয়নশিংদি করম তৌনা চৎকনি? উচুক্তা পুন্বা ওইরিবা! মদুদা থৎনবগীসু মফম লৈতবা, অসিগুম্বা মফমদা থৎনরগদি মদু ওইরগদি থৎন্বা য়াবা মফমদদি হাৎকনিদনা মসিগী মীয়ামসি!

অরে, নত্রগদি করিগুম্বা নক্লনা বেক থম্বা ওইরগসু হায়গনি, ‘থাংগৎলু নংনা নশাগী বেক মসিদগী।’ অরে, লুহোংলবনি, লুহোংখি, অমত্তরা নত্রগা নত্তব্রা? অমসুং মতুংদা করি ইবগে? অর্ধাংগিনী করিগী ইরিবনো? মদুদা, হকচাং তংখায় নত্তব্রা বেক্তা! ঐহাক্না কনাগী ফাগী তৌরিবনো, নুপাশিংগী নত্রগা নুপীশিংগী? অসিগুম্না হায়দনা! অর্ধাংগিনী হায়দব্রা?

**ৰাহং-হংলিবা :** হায়নৈ!

**দাদাশ্রী :** অমসুং অসিগুম্না লৈথোক্লগা চৎলি মতুংদা। নুপীশিংদি খুৎথিংজিন্দে। নুপীশিংগী বেক্তা করিগুম্বা অদোমগী ফীরোল হাপলগদি মহাক্না খুৎথিংজিন্বা তৌদে। অমসুং মসি মঙোন্দদি য়াম্না চাউবা অহংকার। চিক্লবগী

তায়ারি তৌদুনা লৈবা, ব্রিষিক তৌনা, খজিক্তং থেংলগদি অসিগুম্না হেক্তা চিকপা ওই, খঙহৌদনা।

মসিদি ঐঙোন্দা থোকখিবা মদু ঙাংবা ওইরি। মসিদি ঐহাক্কী থোকখিবা ফোংদোকপা ওইরি, মরমদি অদোম পুন্নমক্কী খঙবদা লাক্লবা মদুদি মঙোন্দা অসিগুম্না থোকখি। অদোম্না অসুম হেক্তা চুমদ্রিং-চুম্না একসেপ্ট তৌবা ওইরোই, মদুদি ঐহাক্লা একসেপ্ট তৌবা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না ফোংদোক্লি, মতমদুদা পুন্নমক্লা অমুক-হন্না মশাগী নীংশিংবা ওই অমসুং একসেপ্ট তৌবা ওই।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, তৌইগুম্বসুং অদোম্না একসেপ্ট তৌবা ওইদে, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্তি একসেপ্ট তৌবা ওইরি মদুদি ঐঙোন্দা অসিগুম্না থোকখি। ইশামক্তা হকথেংন্বা থোক্তব্রনে? অরে! চিকপা মতমদা করম্না চিকপা ওইবগে, মদুদি 'নং নশাগী য়ুমদা চৎখ্রো' হায়বা ওইরি। অরে! চৎখ্রবা মতুংদা নহাকী করি দশা ওইগনি? মহাক্তি মসি কর্মনা পুনশিল্লি। কদায়দা চৎকনি তোল্লবী? তৌইগুম্বসুং মসি নহাক্লা ঙাংলিবসি মদু মাংবা ওইরোই। মসিনা মহাক্কী থম্মোয়দা চুগনি, মতুংদা মদুগী চুবদু নঙোন্দা চুবা ওইগনি। মসি কর্ম ফুগৎকদবা ওই। মদুদি পুক্নীংদা অসিগুম্না থল্লি মদুদি হৌজিক কদায়দা চৎকনি? অসিগুম্না ঙাংলোইদবনি। করিগুম্বা অসিগুম্না ঙাংলগদি মদু অরান্বা কৌগনিদনা! পুন্নমক্লা খজিক্তং ওইরবসু কোচী-কোৎতুনা ঙাংবদি পীখীব্রা নত্রগা পীদব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, পীখি। পুন্নমক্লা পীখি। মসিদা শুংথোক-থোক্তবদি নত্তে। য়াম্বা-য়ামদবা ওইরমগনি, তৌইগুম্বসুং শুংথোক-থোক্তবদি ওইদে।

**দাদাশ্রী :** হায়বদি অসিগুম্বনি পুন্নমক। হৌজিক মথোয় পুন্নমকপু জ্ঞান-তানবা শেমগদৌরি, হায়বিয়ু হৌজিক, মথোয়সে মতৌ করম্না জ্ঞান-তাবা ওইগনি? য়েংউ মপান্দা লাও-থোংলি, লাও-থোংলি! অসিগুম্না কেগে থাও থকপগুম্না, অসিগুম্না মায়থোং ওইরি! হাওরবা খের অমসুং অহাও-অহাওবা চিনজাক চাবা ওই, মদু ওইজরবসু মায়থোংদি কেগে থাও থকপগুম্না, অসিগুম্না মান্বা ওইরি। কেগেগী থাওদি তাংবা ওইরে, মদু ওইরগদি কদায়দগী পুরক্কুনা থক্কনি? মসিদি অসুম হেক্তা, কেগে থাও থকপা অসিগুম্বা মায়থোং ওই!

**ৱাহং-হংলিবা :** য়ুমদা মোৎ-খেৎন্বা মাংহন্নবগী করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মোৎ-খেৎন্বা করিগী থোক্লিবনো, মসিগী খিজিল্লু হান্না। করিগুম্বদা অসিগুম্বা মোৎ-খেৎন্বসু থোকই মদুদি, নুপা অমা অমসুং নুপী অমা লৈ, মদু ওইরগদি অনীমক নুপা করিগী ওইদ্রিবনো, অসিগুম্বা মোৎ-খেৎন্বা থোকপ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** থোক্তে, য়েংলুরদি অপীক-অপীকপা ৱাফমশিংদা মোৎ-খেৎন্বা থোকপা ওই।

**দাদাশ্রী :** অরে, অপীকপা ৱাফমশিংদদি, মদুদি ইগোইজমনি। মরমদুনা করিগুম্বা মহাক্লা হায়বা মদুদি 'অসিগুম্বনি', মতমদুদা হায়য়ু, 'ফরে।' অসিগুম্না

হায়রগদি মতুংদা করিসু থোক্লরোই। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না মতুংদা ইশাগী হৈশিংবা মরক্তা পুরকই। হৈশিংবদগী কোক থেংগায়ন্বা ওই, মরমদুনা মোৎ-খেৎন্বা থোকপা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** 'মদু চুম্মী' অসিগুম্না চিন্বানদগী ঙাংথোক্লবগীদমক করি তৌবা মথৌ তাবগে? অসিগুম্না ঙাংথোকপা ঙমদে, মসিগী অহমসিবু করম্না লাপ্পনা থমগনি?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্না ঙাংথোকপা ঙমদে, অশেংবদু হায়রি। মসিগীদমক নুমিৎ খরা প্রেক্টিস তৌবা মথৌ তাই। মসি ঐহাক্না হায়রিবসি, মদু উপায়দু তৌন্নবগীদমক নুমিৎ খরা প্রেক্টিস তৌদনা! মতুংদা মদু ফিট ওইগনি, খুদক্তা হেক্তা ওইবা য়ারোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মোৎ-খেৎন্বা করিগী থোকপগে? মসিগী মরম করিনো?

**দাদাশ্রী :** মোৎ-খেৎন্বা থোক্লি, মতমদুদা মসি থন্বা ওইরি মদুদি ঐহাক কোক-লৈবনি অমসুং মহাক্না থন্বা ওই মদুদি ঐহাক কোক-লৈবনি। কোককী *বারদান* (অহাংবা বোরা থাও) লাক্লি! য়োন্বা ওইরগদি আনা ৪ ফাও ফংবা ওইরোই, কোককী *বারদান* কৌরি মদুবু। মসিগী মহুত্তা ঐখোয়না চীংলেম্লগদি, মহাক্কী মকোকপু ঐখোয়না য়েংবা ওইবা মদুদি অহোহো... কয়াদা মকোক লৈরিবা! মতমদুদা মহাকসু ঈংথবা ওইগনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়সু কোক-লৈবা অমসুং মহাকসু মকোক-লৈবা, কোক-য়ৈথায়ন্বা মফমদুদা, মদুদা করিবু থোক্কনি মতুংদা?

অদোমদা মোৎ-খেৎন্বা য়াম্না থোকপ্রা নত্রগা মহাক্না হেন্না থোকপ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাক্না হেন্না থোকই।

**দাদাশ্রী :** ওহোহো! মোৎ-খেৎন্বা হায়বদি করিনো? মোৎ-খেৎন্বগী অর্থ অদোমদা তাক্কে। মসি থৌরি-চীংবী মশান্না লৈদনা, উরব্রা অদোম্না?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়।

**দাদাশ্রী :** মীওই ২-৪না মসিরোমদা চীংবা ওইরি অমসুং মীওই ২-৪না মদুরোমদা চীংবা ওই। মোৎ-খেৎন্বা হায়বদি থৌরি চীংবী। হায়বদি ঐখোয়না য়েংগদবনি মদুদি য়ুমদা লোয়ন্বী য়াম্না কান্না চীংবা ওইরি অমসুং ঐখোয়নসু কন্না চীংগনি মতমদুদা করি থোক্কনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** তৎপা ওইগনি।

**দাদাশ্রী :** অমসুং তৎলবা মতুংদা কীশি কীবা মথৌ তাই। মদু ওইরগদি কীশি কীদুনা মতুংদা চৎহন্বা, মসি নত্তবদা করিগুম্বা তৎতনা থল্লগদি, মদুদা করি কায়বা ওইবগে? মরমদুনা করিগুম্বা মহাক্না য়াম্না চীংলগদি, মতমদুদা ঐখোয়না থাদোক্কদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং অনীগী মনুংদা কনানা থাদোক্কনি।

**দাদাশ্রী :** জ্ঞানতাবা, মকোক য়াম্না লৈবদুনা মহাক্না থাদোক্কনি অমসুং কোক হন্থবদুদি চীংদনদি তোক্লোই! মরমদুনা ঐখোয় কোক লৈবনা থাদোক্কদবনি,

থাদোকপা মদুসু খঙথা-থাদোক্কদবা নত্তে। খঙথা-থাদোকপা, মদু ওইরগদি মাংদা লৈরিবদু তুবা ওইগদি। মরমদুনা তপ্না-তপ্না, তপ্না-তপ্না থাদোকউ। ঐহাক্কা লোয়ন্না কনাগুম্বনা চীংবা ওইরগদি মতমদুদা ঐহাক্না তপ্না-তপ্না থাদোকপা ওই, নত্রগদি তুবা ওইগনি তোল্লবা। হৌজিক অদোম থাদোক্কদ্রা অসিগুম্না? হৌজিক থাদোকপা হৈরগদ্রা? থাদোক্কনিদনা? থাদোকউ, নত্রগদি থৌরিদু কীশি-কীদুনা চৎহন্বা মথৌ তাগনি। নুংত্তি-নুংতীগী কীশি কীবা, মসিবু পামব্রা? মতুংদা কীশিদি কীবা মথৌ তাইদনা! অমসুং মতুংদা থৌরিদুদি চৎথহন্বা মথৌ তাইদনা! অদোম্না করি মান্বগে?

য়ুমদা মোৎ-খেৎন্বা থোকহনগদ্রা? কৈদৌনুংদা থোকহল্লোইদবনি! য়ুমদা করিগুম্বা মোৎ-খেৎন্বা থোক্লগদি য়ু আর অনফিট। করিগুম্বা হসবেন্ড অসিগুম্না তৌরগদি মহাক অনফিট ফোর হসবেন্ড অমসুং ৱাইফ অসিগুম্না তৌরগদি অনফিট ফোর ৱাইফ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মপুরোইবা-লোয়ন্বীগী থৎন্বশিংনা অঙাংশিংগী মথক্তা করি ইফেক্ট ওইবগে?

**দাদাশ্রী :** ওহোহো! য়াম্না ফত্তবা ইফেক্ট ওইবা ওই। অসুক-থক চাউবা অঙাং ওইরগসু মহাক্লসু অসিগুম্না য়েংদুনা লৈবা ওই। পাপানা ঐহাক্কী মম্মীগা লোয়ন্না য়াম্না থৎনরি। পাপা মীফত্তনি। তৌইগুম্বসুং মহাক্না ঙাংথোকপা ওইদে। মহাক্না খঙবা ওই মদুদি ঙাংলগদি ফুগন্নি ঐহাকপু। পুক্নীংদা মসি পুন্নমক 'নোট' তৌশিল্লি, নোটেড ইটস কন্টেন্টস। তৌইগুম্বসুং য়ুমদা অসিগুম্বা নোংলৈ-নুংশিৎ উরগদি মতুংদা পুক্নীংদা কীশি কিবা ওই মদুদি 'চাউরবা মতমদা পাপাবু ফুগনি।' ঐখোয়গীদমক হৌজিক্তগী লেপ্পা ওই। মতুংদা মহাক্না চাউরকান্দা ফুবা ওই! 'অসিগুম্না ফুন্বগীদমক ঐহাক্না নহাকপু চাউন্বা য়োকপ্রা?' 'মদু ওইরগদি অদোমবু কনানা য়োকপগে?' মহাক্না হায়গনি! 'অরে, মদু ফাওবা, ঐহাক্কী পাবুং ফাও য়ৌবা?' মদুদা হায়গনি, 'অদোমগী ইপু ফাও য়ৌগনি।' অদোম্না অসিগুম্বা ঙাংন্নবগী খুদোংচাবা পীদনা? অসিগুম্বা কীশি কীহন্বা ওইরগদি অদোমগী মরাল থক্লিদনা! য়ুমদা করিগীদমক চৈবগে? করিগুম্বদা মহাকপু চৈগনু মদু ওইরগদি অঙাংসু য়েংবা ওই মদুদি পাপা কয়াদা ফ্রাখ্রবা!

নুপামচাশিংনা, লুহোংন্বগীদমক 'য়াদবা' করিগী তৌবগে? ঐহাক্না মঙোন্দা হংখি মদুদি 'করি কায়বা লৈবগে অদোমবু? ঐঙোন্দা তাকউ মদুদি নহাক্না নুপীবু পামদব্রা? নত্রগা অদোম নুপা নত্তব্রা মদুদি তশেংবা করিনো ঐঙোন্দা তাকউ।' মতমদুদা মহাক্না হায়, 'নত্তে, ঐহাক্না লুহোংলোই।' ঐহাক্না হংখি, 'করিগী?' মদুদা হায়, 'লুহোংবদা নুংঙাইবা লৈত্তে, মসি ঐহাক্না উরে।' ঐহাক্না হায়, 'হৌজিক নহাক্কী চহীসু য়াউদ্রি অমসুং লুহোংদনা নহাক্না করম্না খঙগনি, করম্না অনুভাব ওইগনি?' মতমদুদা হায়বা ওইরি, 'ঐখোয়গী ইমা-ইপাগী নুংঙাইবা(!)ঐহাক্না য়েংদুনা লাকই মরমদুনা ঐহাক্না মখোয়গী নুংঙাইবা খঙলে! মখোয় মীয়ামশিংনা নুংঙাইবা লৈবা ওইদে, মদু ওইরগদি ঐহাক্না লুহোংলগদি হেন্না অৱাবা ওইগনি।' হায়বদি অসিগুম্নসু থোকপা ওই?

অসিগুম্বনি, হৌজিক ঐহাক্না হায়রগদি ইবুংঙো, মসি মতমসি মপান্দা মমবা ওইখ্রে। মদু ওইরগদি মসি ইবুংঙোনা, 'নত্তে, নুমিৎ ঙাল্লি। মতমদুদা ঐহাক্না হায়রগদি, মদুদি ইবুংঙো, ঐহাক্না অদোমবু হংগৎচরি, অদোম অমুক-হন্না য়েংবীয়ুদনা।' মতমদুদা হায়, 'নত্তে, নুমিৎ ঙাল্লি।' মতমদুদা ঐহাক্না খঙবা ওই মদুদি মহাক্না উবা মদুগুম্না ঙাংলি। মীওইবগী মীংয়েংগী মপান্দা দ্রষ্টি মপান্দা চৎপা ঙমদে। মরমদুনা মতুংদা ঐহাক্না মঙোন্দা হায়বা ওই মদুদি অদোমগী বিয়ু পোইন্টদগী অদোম চুম্বনি। হৌজিক ঐহাক্কীদমক করিগুম্বা অতোপ্পা থবক লৈরগদি তাকপীয়ু। মসি থক্তা হায়, 'য়েস, য়ু আর করেক্ট বাই য়োর বিয়ু পোইন্ট!'(হোয়, অদোম ইশাগী মীৎয়েংদগী চুম্মী) হায়দুনা ঐহাক মমাং চৎখৎলি। মহাক্না লোয়ন্না কদায়দা নুমিদাং চুপ্পা মফমদুনা লৈগনি? মহাক্তি অসিগুম্না অদুম লৈরগনি। মতৌ অসুম্না মোৎ-খেৎন্বগী উপায় তৌ।

লৌবীয়ু মদুদি মসিদগী ফুট ৫০০ লাপনা ঐহাক্না য়াম্না ফজবা অঙৌবা শগোল লেপহল্লি অমসুং মসিদা মীপুম খুদিংমকপু উহন্দুনা হংলগদি মদুদি মদুদা করি উবগে? মতমদুদা কনাগুম্বনা ষণনি হায়রগদি, মদু ওইরগদি ঐখোয়না মদুগী করি তৌগনি? ঐখোয়গী শগোলবু কনাগুম্বনা ষণনি হায়রগদি, মদুগী পুংফমদুদা মহাকপু ফুগদ্রা নত্রগা করি তৌগনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** ফুরোইদবনি।

**দাদাশ্রী :** করিগী?

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাক্কী মীৎয়েংদগী ষণ ওইনা উরি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মহাক্কী অনোপ অদু অসিগুম্বনি। অদোম্না খঙগদবনি মদুদি মসি তোল্লবগী নম্বর লৈরেদনা। মরমদুনা মহাক্কী মরাল নত্তে। মরমদুনা অদোম মহাকপু চৈবা য়াদে। মঙোন্দা হায়য়ু মদুদি 'ইবুংঙো, চুম্মী অদোমগী ৱাফম।' মতুংদা অতোপ্পদা হংউ মদুদি করি উবা ফংবগে? মতমদুদা হায় মদুদি, শগোল উই। মতমদুদা অদোম খঙগনি মদুদি মহাক্কী নম্বর লৈতে। মতুংদা অহুমসুবদা হংই মদুদি করি উবগে? মহাক্না হায়, 'অচৌবা ষণপোক লাবগুম্না মাল্লি।' মতমদুদা ঐহাক্না মহাক্কী অনোপকী নম্বর খঙবা ওইগনি। উদবা হায়বদি নম্বর লৈ, অসিগুম্না খঙউ। নহাক্না করি মান্বগে?

ঐহাক্না লুহোংখিবা চহী ৫৫ সুবা ওইরে। মদু ওইরগদি চহী ২৫–৩০ ফাওবগী চহী ফাও, জ্ঞানগী মমাংদা, অশোয়-অঙাম খরা য়াউখিবা ওইরমগনি। চহী নৌরিঙৈদা ঐহাকসু চহী খরাফাও চেগপপু পায়দুনা অসিগুম্না কন্না লংলম্মী। ইজ্জৎ লৈবা মীওইনিদনা! চাউখৎপা ইমুং! খুঙ্গং ৬কী পটেল!! মতুংদা খঙবা ওই মদুদি ঐহাক্কী মসি চাউখৎপা অসি মাংখ্রে। ইজ্জৎ লিলাম তৌবা ওইখ্রে। চেগপনা থারি মদুগী মীৎকুপতুদগী ইজ্জৎকী লিলাম ওইখ্রে অসিগুম্না হায়রোইদ্রা? লোয়ন্বীবু করিগী চেগপনা থাব্রা ঐখোয়গী মীয়াম্না? খঙহৈতবগী বোরাখাও! মদু ওইরগদি অতোপ্পা করিসু ফংদব্রা মদুদি চেগপ্পা থারিবা? মসিবু ঐখোয়বু লেমজব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** চেগপনা থারি মদুদি অমুক্তং থাবদা লোইরে, তৌইগুম্বসুং মদুগী, মনুংগী মোৎ-খেৎনবদুদি, মদুদি বিহেবিয়রদা পরিণাম ওইবা ওই, মদুদি য়াম্না শাথীবা কৌগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** মনুংগী মোৎ-খেৎনব্রা? মদুদি য়াম্না শাথীবা ওই!

তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না থীজিনখি মদুদি মসি মনুংগী মোৎ-খেৎনবসিগী করিগুম্বা উপায় লৈব্রা? তৌইগুম্বসুং মদু করিগুম্বা শাস্ত্রাদসু ফংদে। মতুংদা ঐহাক্না ইশামক্না থীজিনখি মদুদি মসিগী উপায় মসি থক্নি মদুদি ঐহাক্না ইশাগী মোৎপু থাদোকপা, মতমদুদা করিগুম্বা মোৎ-খেৎন্বা লৈররোই। ঐহাক্কী মোৎ লৈত্রে, অদোমগী মোৎ অদু ঐহাক্কী মোৎনি।

হৌজিক অমুক থক্তি ঐহাক্না হীরা *বা* (ইমা: ইকায়খুম্নবগী মীংথোল অহল ওইরবা নুপীবু)গা মোৎ-খেৎন্বা থোকখি। ঐহাকসু চপপা ওইখি। ঐহাক্কী ৱাইফপু ঐহাক্না 'হীরা বা'হায়বা ওই। ঐহাক্তি জ্ঞানী পুরুষ, ঐহাক্তি পুম্নমকপু 'বা' কৌই অমসুং মসি লেমহৌবা পুম্নমক ইচানুপী কৌই! করিগুম্বা ৱারী তাগে হায়রগদি লিগে। মসি য়াম্না শাংবা ৱাফম নত্তে, অতেন্বা ৱাফম্নি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, মদুগী ৱাফমদু তাকপীয়ু!

**দাদাশ্রী :** নোংমা মোৎ-খেৎন্বা থোকখি। ঐহাক্কী অশোয়বনি মদুদা, মহাক্কী অশোয়বা নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি মহাক্কী থোক্লমগনি, তৌইগুম্বসুং অদোম হায়বা ওই মদুদি ঐহাক্কী অশোয়বা থোকখি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী অশোয়বা থোকপা ওইদে, ঐহাক্কী অরান্বা। ঐহাক্না মোৎ-খেৎন্বা থোকহল্লোইদবনি। মহাক্তি থোক্লগসু কায়বা ওইদে অমসুং থোক্ত্রগসু কায়বা ওইদে। ঐহাক্না (মোৎ-খেৎন্বা) থোকহল্লোইদবনি, মরমদুনা ঐহাক্কী অরান্বা কৌগনিদনা! মসিদা অসিগুম্না তৌরগদি চৌক্রিবু চৈনা ফংব্রা নত্রগা ঐহাকপু?

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোমবু

**দাদাশ্রী :** মরমদুনা ঐহাকপু খঙবা মথৌ তাইদনা!

মদুগী মতুংদা নোংমা নুমিৎ মোৎ-খেৎন্বা থোকখি। ঐহাক চপ্পা ওইখি। **ঐঙোন্দা** মহাক্না হায়খি, 'ঐহাক্কী ইবুংগী নুপীমচা ৪শিং লুহোংবা লাক্ক**দৌরি**, মদুদা মসি অহান্বা নুপীমচাগী লুহোংবনি মদু ওইরগদি ঐখোয়না লুহোংবদা করিবু পীগনি?' মদুদা অসিগুম্না হংদ্রগসু য়াবনি। করিগুম্বা অমা হেক পীরগসু, মদুগীদমক ঐহাক্না 'য়াদে' হায়বা ওইদে। ঐ**ঙোন্দা** হংখি মরমদুনা মতুংদা ঐহাক্কী কোককী মতুং ইন্না চৎলি। মহাক কুম্বা কোক ঐঙোন্দা কদায়দগী লৈগনি? মহাক্না হংখি মরমদুনা ঐহাক্না করি হায়বগে? 'মসিগী অলমারীদা চানদীগী লৈরিবদু, মদু পীখো, অনৌবা শাবগী মহুত্তা! মসি চানদীগী কোন–লিক অলমারীদা লৈরি অপীক–অপীকপা, মখোয়গী মনুংদা ১–২ পীখো!' মসিদা মহাক্না ঐঙোন্দা করি হায়বগে খঙব্রা? ঐখোয়গী য়ুমদা 'ঐহাক্কী–নহাক্কী' অসিগুম্বা ৱাহৈ থোকখিদে। 'ঐখোয়গী' অসিগুম্না ঙাংন্বা

ওইরম্মী। হৌজিক মহাক্না অসিগুম্না ঙাংখি মদুদি 'অদোমগী মাম্মাগী মচানুপাশিংগী নুপীমচাশিংগী লুহোংবদদি অসুক য়াম্না চাউবা চানদীগী পুখম পীদনা!' মদুগী নুমিত্তুদা 'ঐহাক্কী-অদোমগী' ঙাংলম্মী। অসুম ওইনদি অনম্বা মতমদা 'ঐখোয়গী' থক ঙাংলম্মী। ঐহাক্কী–নহাক্কী থায়দোক্লবদগী ঙাংলমদে। ঐহাক্না থনখি, 'ঙসি ঐহাক চপলে।' ঐহাক্না খুদক্তা থঙলে। মরমদুনা মসিদগী নাপ্লোক্লবা লম্বী থীবা হৌরম্মী। হৌজিক মতৌ করম্না শেমদোক্কনি। ঈ-থোকপা হৌরে, হৌজিক মতৌ করম্না ফীনা পুনশিনগনি মদুদি ঈ-লেপ্পবা, মদু ঐহাক্না হৈবা ওইরম্মী!

হায়বদি মদুগী নুমিৎ**দুদা** ঐহাক্কী–নহাক্কী! 'অদোমগী মাম্মগী মচানুপা' হায়খি! মসি ফাও দশা ওইখি, ঐহাক্কী থঙহৌদবনা অসুক য়াম্না ওন্নবা! ঐহাক্না থনখি, মসিদি খুদি-খিজিন্বা মদুগুম্বা ওইরে ঙসিদি! মরমদুনা ঐহাক্না খুদক্তা ওন্থোকখি। ওন্থোকপদা কায়বা ওইদে। মোৎ-খেৎন্বা থোকপা, মদুদগীদি ওন্থোকপনা ফৈ। খুদক্তা ওন্থোকখি পুন্নমক...। ঐহাক্না হায়, 'ঐহাক্না অসিগুম্না হায়বা নত্তে।' ঐহাক্না চীনথীখি, ঐহাক্না হায়, 'ঐহাক্কী ৱাফম তোঙান্বনি, অদোম্না থঙবদা থজিক্তং শোয়খ্রে। ঐহাক্না অসিগুম্না হায়বা নত্তে।' মতমদুদা হায়বা ওই, 'মদু ওইরগদি করি হায়বনো?' মতমদুদা ঐহাক্না হায়খি মদুদি, 'মসিগী চানদীগী অপীকপা কোন-লিক পীয়ু অমসুং অতোপ্পা লুপা ৫০০কেস ওইনা পীয়ু। মদু মহাকপু কান্নবা ওইগনি।' 'অদোমদি পংবা ওই। অসুক য়াম্বা কনানা পীব্রনে?' মসিদা ঐহাক্না থঙলে মদুদি ঐহাক মায়পাক্লে! মতুংদা ঐহাক্না হায়, 'মদু ওইরগদি অদোম্না পীনিংবখৈ, মদুখৈ পীয়ু। নুপীমচা ৪ মক ঐখোয়গী ইচানুপীশিংনি।' মতমদুদা মহাক্না হরাওখি। মতুংদা 'দেব গুম্বনি' অসিগুম্না হায়রম্মী!

য়েংউ, ফীনা-পুনশিল্লিদনা! ঐহাক্না থঙখি মদুদি ঐহাক্না ৫০০ হায়রগদি পীগদবা, অসিগুম্বা নত্তে মহাক! মদু ওইরগদি ঐখোয়না মহাকপু অধিকার পীয়ুদনা! ঐহাক্না স্বভাব থঙবা ওই। ঐহাক্না ৫০০ পীরগসু মহাক্না ৩০০ পীদুনা লাকই। মদু ওইরগদি হায়য়ু, সত্তা খুশিন্নবদা ঐহাক্না কায়বা ওইগদ্রা?

## [4] চাক-চাবা মতমদা ঙাংনা-শক্লবা

য়ুমদা করিগীদমক মসি খুৎ-খিংজিন্বগে? মীওইবদগী শোয়বা ওইদব্রা? তৌবা ওইবদগী শোয়বা থোকপ্রা নত্রগা তৌদবদগী?

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌবা ওইবদগী।

**দাদাশ্রী :** মতমদুদা 'কড়ী (গুজরাতি মথেল অমা) থুময়াকই' অসিগুম্না অশোয়বা পুথোক্লোইদবনি। মদুগী কড়ীবু তোঙান্না থমদুনা, অতোপ্পা করিগুম্বা মদু চাবা ওইগদবনি। মরমদি মহাক্কী হৈন্বী মদুদি অসিগুম্না অরান্বা পুথোক্তুনা লোয়ন্নীবু কীহন্বা। মসি মহাক্কী হৈন্বীনি মরমদুন্নি। তৌইগুম্বসুং মদুগী ইবেম্মাসু করিগুম্বা ৱাৎপদি নত্তে। মসি অমেরিকানা অসিগুম্না তৌরি, মদু ওইরগদি রশিয়ানসু মদুগুম্না তৌরি। হায়বদি অমেরিকা অমসুং রশিয়া মদুগুম্না থোক্লে মসিদি। হায়বদি অমেরিকা অমসুং রশিয়া মদুগুম্না থোক্লগদি, ইমুং–মনুংদা, ফেমিলিদা। মরমদুনা লেপ্পা লৈতনা মনুংদা কোল-ৱার চথদুনা লৈ। অসিগুম্না, ফেমিলি শেমগনু। ঐহাক্না অদোমবু

খঙহনগে মদুদি ফেমিলি ওইদুনা করম্না লৈগনি! মসিদদি য়ুমথোং থুদিংগী থৎন-চৈনবনি।

'কড়ী থুময়াক্লা থোংবা', অসিগুম্না অদোম্না হায়দ্রগদি য়ারোইদ্রা? ওপীনিয়ন পীদ্রগদি মথোয় মীয়াম্না খঙলোইদ্রা নত্রগা ঐখোয়না হায়গদবা দরকার ওইব্রা? অদোমগী মসিদা গেস্ট লাক্লগদি, মদু ওইরগদি গেস্টশিংবুসু চাহন্বা ওইহন্দে। মদু ওইরগদি ঐখোয়না অসিগুম্না করিগী ওইগনি? মহাক্লা চারগদি মদু ওইরগদি মহাক্লা খঙলোইদ্রা মদু ওইরগদি অদোম থক্তনা ময়েপ-থোংবগী মথৌ তাব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** কড়ী থুময়াকপা ওইরগদি থুময়াকই হায়বা মথৌ তাইদনা?

**দাদাশ্রী :** মতুংদা পুন্সি য়াকপা ওইগনিদনা! অদোম 'থুময়াকপা' হায়দুনা মাংদা লৈরিবদুগী ইকায়বা–পীরি। মদুবু ফেমিলি কৌবা ওইদে!

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐগী ওইবশিংদদি হায়বা য়াইদনা, অতোপ্পাশিংবু হায়বা য়াব্রা?

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি ইশাগী ওইবশিংবু অৱাবা পীগদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়রগদি অনীরকসুবদা ফজনা তৌগনিদনা, মরমদুনা।

**দাদাশ্রী :** মহাক্লা ফজনা থোংবা নত্রগা থোংদ্রগসু, মদুগী ৱাফমশিংদু গপ্পনি। করিগী মথা-পোন্না থোকপগে? মদু ঐহাক্লা খঙই। থোংবা ওইরিবগী মথুত্তা সত্তা( শক্তি)লৈতে অমসুং নহাক্কী, হায়রিবগী মথুত্তসু সত্তা লৈতে। মসিগী সত্তা পুন্নমক করিগী মথা–পোন্না চৎথরিবগে? মরমদুনা ৱাহৈ অমফাও ঙাংগদবা লৈতে।

নং খরা জ্ঞান তারব্রা? হৌজিক খজিক্তং-হেন্না জ্ঞানতাব্রা নত্রগা তাদ্রিব্রা? জ্ঞানতাবা ওইরগনিদনা! মপুংফানা জ্ঞানতাবা ওইগদবনি। য়ুমদা ৱাইফনা হায়গনি, 'অরে! অসিগুম্বা ইপুরোইবা হন্না–হন্না ফংবা।' ঐঙোন্দা ঙসিফাও ইবেম্মা অমা থক্তনা হায়বা ওইরি, 'দাদাজী, ইপুরোইবা ফংলগদি মসিমক অদুম ফংবা।' নং থক অসিগুম্না ফংলি। নত্রগদি অনম্বদদি মচিন্দা অফবা ঙাংই, তৌইগুম্বসুং মতুংদা অদুক্কী মতীক তাথীনা-ঙাংবা ওই। 'ঐহাক্লা খঙবা ওইরি', অসিগুম্বা হায়বা ওইবা নুপীসু অমা ফংলি!

মসি নত্তনা নুপীশিংবু হঞ্জিন–হঞ্জিন্না ইকায়-থীবা পীবা তৌরোইদবনি। 'ইঞাং ঈংবা করিগী ওইরিবনো? হৱাই-থোংবদা ছোক করিগী ফজনা য়ৈদ্রিবনো?' অসিগুম্না ঙাংনা–শক্কবা করিগী তৌরিবনো? থা ১২শিংদা নোংমা অমুক্তং ৱাহৈ অমত্তং হায়রগদি ফৈ, তৌইগুম্বসুং মসিদি নুংতিগী? 'মকুবোক্লা লিমিট তা লৈরগদি মমৌসু ইকায়থুম্নবদা।' অদোম্না লিমিটতা লৈগদবনি। হৱাই ফজনা থোংদ্রগসু, ইঞাং ঈংবা ওইরগদি মদু ওইরগদি মদু পুম্বদি নিয়মগী মথা–পোল্লি। করিগুম্বা কা হেন্না থোক্লগদি করিগুম্বা মতমদা হায়বা মথৌ তারগদি তপ্না হায়য়ু মদুদি 'মসিগী ইঞাং নুংতিগী ফোং-ফোং শাবা ওই, মতমদুদা য়াম্না পাম্বা ওই।' মসিগুম্না হায়রগদি মহাক্লা ইন্দিকেসনদা খঙবা ওইগনি।

ঐহাক্কী মসিদদি য়ুম্নদসু কনাগুম্বনা খঙদে মদুদি ‘দাদা’বু মসি পামবা ওইদে নত্রগা পামই। মসি চাক-ইঙ্গাং থোংবা ইঙ্গাং থোংলিবগী মখুৎকী মশান্নরা? মসিদি চাবা ওইরিবদুগী ‘ব্যবস্থিত’কী হিসাবতগী পুখমদা লাকই, মদুদা খুৎ-থীংজিল্লোইদবনি।

## [5] ইপুরোইবা পাম্মী, মপুরোইবা-ওইবা (বোস) পামদে

লুহোংদ্রিঙৈগী মমাংদা নুপী য়েংবা ওই, মদুদা কায়বা ওইদে। য়েংউ, তৌইগুম্বসুং পুন্সি চুপ্পা মদুগুম্না লৈগদবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি য়েংউ। মদুগুম্না লৈব্রনে? হান্না উখিবা মদুগুম্না? তৌইগুম্বসুং হোংদনদি তোক্লোই? মতুংদা হোংবদি ওইগনিদনা, মদু থাংবা ঙপ্লোই, অৱাবা ফাওবা ওইগনি। মতুংদা চৎকনি কদায়দা? অসিগুম্না ফাজিনখি, ইবুংঙো, অসিগুম্না ফাজিনখি!

মতুংদা লুহোংবা করিগীদমক? অদোম্না মপান্দগী তান্দুনা পুরকপা, মহাক্না য়ুমগী থবক তৌবা অমসুং অদোমগী সংসার চৎথন্বা, লোয়ন্না ধর্ম তৌবা ঙম্নবা, মসিগীদমক লুহোংগনি। অমসুং লোয়ন্বীনা হায় মদুদি অঙাং ১-২দি পাম্মী, মদু ওইরগদি মদুখৈ পাংথোকলো, মতুংদা রাম নহাক্কী মায়া! তৌইগুম্বসুং মসিদি মতুংদা মপুরোইবা ওইবা চৎলি। অরে, মপুরোইবা ওইবা করিগী চৎলিবনো? নঙোন্দদি মতীক-মগুণদি লৈতে অমসুং মপুরোইবা ওইবা চৎলি! কয়াদা চাওথোক্লা মপু ওইবা লাক্লি! মমায়দি য়েংউ মহাক্কী, মপুরোইবশিংগী! তৌইগুম্বসুং মীয়ামদি মপুরোইবা-ওইবা(বোসশিজম) তৌইদনা?

ষণগী স্বামী(মপু) ওইদুনা ফল্লি, ইরোইগীসু, তৌইগুম্বসুং ষণশিংসু নহাকপু স্বামী(মপু)গী শক্তমদা একসেপ্ট তৌদে। মদুদি অদোম্না পুক্নীংদা থল্লি মদুদি মসি ষণ অসি ঐহাক্কীনি। অদোমদি লশিংসু(লৌবুক্তা থাবা)ঐহাক্কী হায়রি, ‘মসি ঐহাক্কী লশিংনি।’ লশিংদি খঙবা ওইদে তোল্লবনা। অদোমগী ওইরগদি অদোমবু উবগা ৱাংগনি অমসুং অদোম্না য়ুমদা চৎখিবা মতমদা ৱাংলোই। তৌইগুম্বসুং মসি লশিংদি নুমিদাংদসু ৱাংবা হেঙ্গৎলি। লাশিংনা নুমিদাংদা হেঙ্গৎপ্রা নত্রগা হেঙ্গত্ত্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হেঙ্গৎলি।

**দাদাশ্রী :** মহাক্না নহাক্কী করিসু দরকার ওইদে, মহাক্তি নোংগী দরকার ওই। করিগুম্বা নোং তাদরগদি, মতমদুদা থুইবা ওই তোল্লবা!

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মহাক্না ঐহাক্কী মপুংফানা য়েংশিল্লোইদ্রা?

**দাদাশ্রী :** ওহোহো! লোয়ন্বীবু য়েংশিন্নবগীদমক পুরকপ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মরমদুগীনি লোয়ন্বীবু য়ুমদা পুরক্লিবা!

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, শাস্ত্রাকারশিংনা হায়রি মদুদি মপুরোইবা ওইবা তৌরোইদবনি। তশেংবদা নহাক মপুরোইবা নত্তে, নহাক্কী পার্টনরশিপনি। মসিদি মসিদা ব্যাবহারদা হায়বা ওই মদুদি লোয়ন্বী অমসুং মপুরোইবা, বোর-কৈনা! তৌইগুম্বসুং তশেংবদা পার্টনরশিপনি। মপুরোইবা ওই, মরমদুনা অদোমগী হক-ক্লেম নত্তে। ক্লেম তৌবা য়াদে। জ্ঞানতাহন-তাহন্দুনা থবক পুন্নমক তৌগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** কনয়াদান তৌথি, দানদা কনয়া পীরি, মরমদুনা মতুংদা ঐহাক মহাক্কী মপুরোইবা ওইরেদনা?

**দাদাশ্রী :** মসি সিবিলাইজ ওইরবা সমাজকী থবক নত্তে, মসি ৱাইল্ড (শারমচৎ) সমাজকী থবকনি। ঐখোয়না, সিবিলাইজ ওইরবা সমাজনা, মসি য়েংগদবনি মদুদি লোয়ন্বীবু খজিক্তংফাও ৱাবা ওইদন্বা। নত্রগদি অদোম নুংঙাইনা লৈবা ঙম্লোই। লোয়ন্বীবু অৱাবা পীদুনা কনাগুম্বনা নুংঙাইবা ওইদ্রি। অমসুং কনাগুম্বা নুপীনা মপুরোইববু করিগুম্বা অৱাবা পীরগদি, মদুগী নুপীসু কৈদৌঙৈদা নুংঙাইবা ওইদ্রি!

মসি মপুরোইবা (বোস) ওইবা মরম্ননি মহাক্না কোকথক্তা কাখত্তুনা ফম্লি। হৌজিক মপুরোইবা ওইবা অসি ফুগৎকনি, *ভোগৱটা* (নুংঙাইবা-অৱাবগী ইফেক্ট) নি মদু, পার্টনরশিপ নি। ৱাইফকা লোয়ন্না পার্টনরশিপনি, মপু ওইগদবা নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিদা ৱাইফনা বোস ওইদুনা ফম্লি, মদু ওইরগদি মদুগী করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মদুদা কায়বা ওইদে, মহাক্তি জলেবী, বোরা হৌদুনা পীদনা। ঐখোয়না হায়বা মদুদি ওহোহো! নংনদি বোরা–জলেবী হৌদুন্না পীজৈদনা! অসিগুম্না তৌরগদি হরাওগনি, হয়েং অমুক-হন্না ঈংথবা ওইগনি, মশা-মতোম্তা। মহাক্কী অকীবা থমগনু। মহাক্না ঐখোয়দা করম কান্দা কোক্তা কাখৎপগে? করিগুম্বা মহাক্কী মকোয় হৌরবদি, মতমদুদা কোক্তা কাখৎকনি। তৌইগুম্বসুং মকোয় হৌগদ্রা? অদুক্কী মতীক হৈশিংবা ওইরগসু, মদু ওইজরগসু মকোয় হৌগদ্রা?

মসি নত্তনদি মপোক অমদি অদোমগী হিসাব ওইবদুমখৈ মদুখৈ ওইগনি। অতোপ্পা কুইনা–শাংথবা হিসাব ওইগদবা নত্তে। মপোক অমদি হিসাব শুংশোয়–শোয়দবনি, মদু ওইরগদি করিগীদমক অদোম্না ঈংথদুনা লৈরোই?

হিন্দু মীয়ামশিংদি মরুদগী থৎন–চৈন্বা স্বভাবকী ওইবা ওই। তৌইগুম্বসুং মীওই থরাদি অসিগুম্না পক্কা ওইবা ওই মদুদি মপান্দা থৎন্দুনা লাকপা, তৌইগুম্বসুং য়ুমদা লোয়ন্বীগা লোয়ন্না থৎন্বা তৌদে। থরাদি মশাগী লোয়ন্বীবু ঝুলাসু (হায়ন্বা ফম্বম) নোম্বীবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাক্না ঝুলা হায়রম্মী, মিয়াভাই (ইবুংঙো)! মদুগী ৱাফমদু তাকপীয়ুনে!

**দাদাশ্রী :** নোংমা নুমিৎ অমা ঐহাক্না মিয়াভাই অমগী মদুদা চৎলম্মী। মদুগী মিয়াভাই লোয়ন্বীবু ঝুলা হায়রম্মী! মসুদা ঐহাক্না হংই মদুদি, 'অদোম অসিগুম্না তৌবা মসিনা মহাক্না অদোমগী মথক্তা কাখৎতব্রা?' মতমদুদা মহাক্না হায় মদুদি 'মহাক্না করম্না কাখৎকনি, মহাক্কী মনাক্তা করিগুম্বা থুলাই লৈত্তে, করিসু লৈত্তে।' ঐহাক্না হায় মদুদি, 'ঐখোয় হিন্দুশিংদি কীবা ওই মদুদি লোয়ন্বীনা মথক্তা কাখৎলগদি করি থোক্কনি? মরমদুনা ঐখোয়না ঝুলা নোম্বা ওইদে।' মতমদুদা মিয়াভাইনা হায় মদুদি 'মসি ঝুলা নোম্বগী মরম অদোম্না খঙব্রা?'

মদুদি অসিগুম্না থোকখি মদুদি 1943–44দা ঐহাক্লা গবর্মেন্টকী থবক্কী কোন্ট্রেক্ট লৌরম্মী, মদুদা মীস্ত্রি ওইবগী মকোক ওইবা, লেবর কোন্ট্রেক্ট ওইবা। মহাক্লা কোন্ট্রেক্ট পুন্নমক লৌবা ওইরম্মী, মহাক্কী মমীং অহমদ মিয়া, মদুগী অহমদ মীয়া মতম কয়াদগী হায়রম্মী মদুদি, 'সাহেব ঐহাক্কী য়ুমদা অদোম লাকপীয়ু, ঐহাক্কী থাংপোকশংদা লাকপীয়ু।' থাংপোকশং হায়রম্মী তোল্লবা। ৱারী–ৱাতাই শান্নবদা য়াম্না জ্ঞানতাবা ওইরম্মী, তৌথোরকপা ৱাফম তোংঙাল্লম্বসু য়াই নত্রগা তোংঙান্দ্রগসু, তৌইগুম্বসুং ৱারি-ৱাতাই শান্নবদা ওইজ–ওইথক লৈতবা, মদুদা নুংঙাইবা ওই।

মদুগী অহমদ মিয়ানা নোংমা হায়রম্মী, 'সেঠজী, ঙসি ঐহাক্কী য়ুমদা লেংশিনবীরকউ। ঐহাক্কী মসিদা খোংশানবীরকউ মরমদি ঐহাক্কী লোয়ন্বী–অঙাং পুন্নমকপু হরাও–তায়াম্নবা।' মতমদুদা জ্ঞান–বানদি লৈরমদে তৌইগুম্বসুং ৱাখল য়াম্না ফজবা, পুন্নমক্কীদমক ৱাখলশিং য়াম্না ফজবা। ঐখোয়গী মসিদগী পৈশা-তাল্লিবা ওইরগদি মহাক্কীদমক, 'করম্না ফজনা তানগনি', অসিগুম্বা ভাৱনাসু লৈরম্মী। অমসুং মদুগী অৱাবদুদগী নাম্থোক্তুনা নুংঙাইবা ওইন্বা, অসিগুম্বা ভাৱনা!

মসিদি ঐহাক্লা উথি মদুদি মসি কম্মিয়ুনিটীদা করম–করম্বা গুণ লৈবগে! ঐহাক্লা হায়, 'করিদমক্কী লাক্লোইদোইবা? নহাক্কী মদুদা হান্না লাক্কনি।' মতমদুদা হায়রম্মী, 'ঐহাক্কী মসিদদি কা অমখক্লি, অদোম কদাদা ফমহনগনি?' মতমদুদা ঐহাক্লা হায়, 'ঐহাক্তি অমদা হেক ফমগনিদা, ঐহাক্তি চৌক্রি অমথক দরকার ওই, অমসুং চৌক্রি লৈত্রগসু, ঐহাক্লা য়াগনিদা। নহাক্কী মদুদা শুংশোয়দনা লাক্কনি। নহাক্কী অপামবনি, মরমদুনা ঐহাক্লা লাক্কনি।' মতুংদা ঐহাক্তি চৎলম্মী। ঐহাক্কী কোন্ট্রেক্টকী বিজিনেস, মরমদুনা ঐহাক্লা মুসলমানগী য়ুমদা চৎপসু য়াওরম্মী, মদুদা চাসু থক্লম্মী। ঐহাক্লা কনাদগীসু তোখায়-তাবা লৈরমদে।

ঐহাক্লা হায়, 'অরে, মসিগী কা অমথক চাউই অমসুং অতোপ্পদি টোইলেট কুম্না পীকপা ওই।' মদুদা হায়, 'সাহেব, করি তৌগনি? ঐখোয় লাইরবগীদমক মসি থক য়াম্না য়াম্লে।' ঐহাক্লা হায়, 'নহাক্কী ৱাইফ কদায়দা তুম্বগে?' মতমদুদা হায়, 'মসি কাসিদা, মসিবু বেড রুম হায়রগসু, মসিবু ডাইনিঙ্গ রুম হায়রগসু, পুন্নমক মসিদা।' ঐহাক্লা হায় 'অহমদ মিয়া, নুপীগা লোয়ন্না করিগুম্বা থৎন্বা থোক্তব্রা?' 'মসি করিনো হায়রিসিবো?' ঐহাক্লা হায়, করিবু? মদুদা মহাক্লা হায়, 'কৈদৌনুংদা থোকপা ওইদে। ঐ অসিগুম্বা অপং মীওই নত্তে।' 'তৌইগুম্বসুং মোৎ-খেৎন্বা?' মতমদুদা হায়, 'তৌদে, মোৎ-খেৎন্বা লোয়ন্বীগা লোয়ন্না তৌদে। করি হায়বা, লোয়ন্বীগা লোয়ন্না ঐগী থেংগায়ন্বা থোক্তে।' ঐহাক্লা হায়, 'করিগুম্বা লোয়ন্বী শাউবা মতমদা?' মদুদা হায়বা ওই, 'নুংশিবী, মপান্দা মদুগী সাহেবতুনা অৱাবা পীবা ওই অমসুং মথক্তা নংনা অৱাবা পীরগদি ঐহাক্কী করি ওইগনি?' মদুদা তুমিন্না লৈবা ওই!

ঐহাক্লা হায়, 'মোৎ-খেৎন্বা থোক্তে, মরমদুনা প্রোব্লেম ওইদ্রেদনা?' মদুদা হায়, 'নত্তে, মোৎ-খেৎন্বা থোক্লগদি মহাক্লা কদায়দা তুমগনি অমসুং ঐনা কদায়দা তুমগনি? মসিদা মথোল ২–৩ লৈরগদি ঐনা খঙগনি মদুদি অহুমসুবা মথোলদা চৎকনি। তৌইগুম্বসুং মসিদদি মসিগী কা অসিদা তুমগনি। ঐনা অশোমদা

মায়ওন্দুনা তুম্বা অমসুং মহাক্না মদোমদা মায়ওন্দুনা তুমগনি, মতুংদা করিবু নুংঙাইবা ওইগনি? নুমিদাং চুপ্পা তুম্বা য়ারোই। অমসুং মদুগী মতুংদা সেঠজী ঐ কদায়দা চৎকনি? মরমদুনা মসি লোয়ন্বীবুদি করিগুম্বদা অৱাবা পীদে। লোয়ন্বীনা ঐহাকপু ফুরবসু, মদু ওইজরবসু অৱাবা পীদে। মরমদুনা ঐহাক্না মপান্দা পুন্নমক্কা লোয়ন্না খৎন্দুনা লাকই, তৌইগুম্বসুং লোয়ন্বীগা লোয়ন্নদি 'ক্লিয়র' থম্মী। ৱাইফপু করিসু তৌরোইদবনি।' খুৎ হাকৎচরকপা হৌবগা, মতমদুদা মপান্দা খৎন্দুনা লাকই, তৌইগুম্বসুং য়ুমদদি নত্তে।

লোয়ন্বীনা সুলেমানদা শা-লৈরক্তুনা পুরক্লবা হায়রগদি, তৌইগুম্বসুং সুলেমানবু তোলোপ খজিক্তং ফংলগদি, মদু ওইরগদি মহাক তোল্লবনা কদায়দগী শা কদায়দগী পুরক্কনি? সুলেমানদা লোয়ন্বীনা থা অমদগী হায়দুনা লৈরি মদুদি 'মসি অঙাং পুন্নমকশিংনা, তোল্লবাশিংনা য়াম্না অপাম্বা ওই। হৌজিক্তি শা পুরকউ।' মতুংদা নোংমা নুমিৎ অমা লোয়ন্বীনা মপুক্নীংদা য়াম্না শাউবা ওইরগদি মহাক্না হায়, 'ঙসিদা লৈদুনা পুরকউ', মহাক্কী মনাক্তা পাউখুম শেমশাদুনা লৈ, ঙাংবা ওই মদুদি পাউখুম পীদ্রগদি ফত্তবা ৱাঙাং-ঙাংগনি। মদুগী মতুংদা হায়বা ওই মদুদি 'ঙসি লৈরক্কে।' অসিগুম্না হায়দুনা য়েথোকই। করিগুম্বা পাউখুম পীদ্রগদি চৎপা মতমদা লোয়ন্বীনা ঙাংবা ওইগনি। মরমদুনা খুদক্তা পোজিটিব পাউখুম পীবা ওই মদুদি 'ঙসি পুরক্কনি, অমদগী ওইরবসু লৈদুনা পুরক্কনি।' মতমদুদা লোয়ন্বীনা খন্বা ওই মদুদি ঙসিদি লৈদুনা পুরক্লগদি মতুংদা থোংগনি, তৌইগুম্বসুং মহাক্না লাকপা মতমদা খুৎহাংনা উবদুদা লোয়ন্বীনা কন্না লাউবা ওই। সুলেমান য়েংঙগদি য়াম্না খঙহৈশিংবা ওই, মরমদুনা লোয়ন্বীবু জ্ঞানতাহল্লি মদুদি, 'ঐগী ফীভম ঐতনা খঙই, নহাক্না করিবু খঙগনি।' ৱাহৈ ১–২ অসিগুম্না হায় মদুদি লোয়ন্বীনা হায়গনি, 'ফারে মতুংদা পুরকউ।' তৌইগুম্বসুং নুমিৎ ১০–১৫ নিগী মতুংদা লোয়ন্বীনা অমুক হন্না হায়রগদি, মতুংদা 'ঐগী ফীভম ঐতনা খঙই' অসিগুম্না হায় মদুদা লোয়ন্বীনা য়াবা ওই। মহাক্না কৈদৌনুংদা খৎন্বা তৌদে।

অমসুং ঐখোয়গী মীয়ামদি মদুগী পুংফমদুদা হায়বা ওই মদুদি 'নং ঐঙোন্দা পৱার উৎবা ওইরি?' অরে, নুপীদা অসিগুম্না হায়রোইদবনি। মদুগী অর্থদি ইট সেল্ফ হায়বা ওইরি, নং নমথবদা লৈরি। অরে, তৌইগুম্বসুং নঙোন্দা করম্না পাৱর তৌগনি? লুহোংবা মতমদসু নহাক্কী খুৎ মথক্তা থম্মী, মদু ওইরগদি নঙোন্দা করম্না পাৱর উৎকনি? খুৎ মথক্তা থমদুনা লুহোংখি অমসুং খল্লুনে ঙসি পাৱর উৎপা ওইরগদি অদোম্না ঈংনা লৈগদবনি। শক্তি লৈতবদুদি মহাক্তি শাউবা ওই।

মতুংদা হকীমগী মচানুপা অমা লাক্লম্মী, ঔরঙ্গাবাদ তা। মহাক্না তারমগনি মদুদি দাদাগী মফমদা আত্মাজ্ঞান খঙবা মতীক চাবনি। মরমদুনা মদুগী নুপামচা লাকই, চহী ২৫ থক্কী ওইরম্মী। মতমদুদা ঐহাক্না সতসঙ্গগী ৱাফম পুন্নমক তৌখি, জগতকী। মরমদি মসি বৈজ্ঞানিক লীথোং অসি ফজবা ওই, অদোম্না তাবা য়াবা মদুগুম্বনি। ঙসি ফাওবা চৎথরিবা, মদু মতম-মতমগী মথা–পোন্না ইথিবা ওই। ওইরিবা মতমদুগুম্না, মদুগুম্না ফোংদোকপা ওইখি। হায়বদি মতম হোংবগী মতুং ইন্না, মদুগুম্না ফোংদোকপসুদু হোংবা ওইরি। অমসুং পৈগম্বর সাহেব হায়বদি

করিনো? খুদা(ইশ্বর)গী পৈগাম(পাউজেল) মসিদা পুরক্তুনা পুম্নমকপু য়াউহন্বা মদুগী স্মীং পৈগম্বর সাহেব।

ঐহাক্লা ফাগী তৌথি মঙোন্দা, ঐহাক্লা হংখি মদুদি 'অরে, লুহোংলব্রা নত্রগা অসিগুম্না কোয়তুং–তুংইন্নরিব্রো?' 'লুহোংলে' হায়রম্মী। ঐহাক্লা হায়, 'করম কান্দা? ঐহাকপু নহাক্লা কৌরক্তে?' 'দাদাজী ঐহাক্কী অদোমগা শখঙ–মায়খঙনখিদে নত্রগদি কৌরমগনি মদুগী নুমিত্তুদা, লুহোংবা থা ৬তা ঙাইরি।' ঐহাক্লা ফাগী খরা তৌথি। 'নমাস কয়ারক পাবগে?' 'সাহেব, ৫ রক' হায়রম্মী। অরে, নহাক্লা নুমিদাংদা মতৌ করম্না নমাজ পাবগে পুং অহুমদা? 'শোয়দনা পাগদবা ওই, মদুদা নাম্বোকপা য়াদে। পুং অহুমদা হৌগত্তুনা তৌগদবা। অঙাং ওইরিঙৈদগী তৌদুনা লাকই। ঐহাক্কী ফাদর হকীম সাহবসু তৌরম্মী।' মতুংদা ঐহাক্লা হংলম্মী, 'হৌজিক্তি লোয়ন্বী লাক্লে, হৌজিক্তি মহাক্লা করম্না তৌহনগনি, পুং অহুমদা?' 'লোয়ন্বীনসু ঐঙোন্দা হায়রম্মী, নং নমাস পাগদবা।' মতমদুদা ঐহাক্লা হংই, 'লোয়ন্বীগা লোয়ন্না খৎন্বা থোক্তব্রা?' 'মসি করিনো হায়রিসিবু?' ঐহাক্লা হায়, 'করি তৌরগে?' হায়রম্মী 'ওহোহো লোয়ন্বীদি চীন্বানগী ৰব্রা! মহাক্লা ঐবু চৈরগদি ঐনা য়াম্বা চৎকনি, সাহেব। লোয়ন্বীগী মরুমদগী হিংলিবনি, লোয়ন্বীনা ঐবু য়াম্না নুংঙাইহন্বা ওই। মহাক্লা অহাও–অহাওবা চাক–ইঙ্গাং থোংদুনা পীজৈ। মহাকপু করম্না অৰাবা পীগনি। হৌজিক মসি খক খঙলগসু য়াম্না ফরে। লোয়ন্বীদা পাৰর তৌবা ওইদে। ঐখোয়না খঙলোইদ্রা? লোয়ন্বীগী করিগুম্বা মরালরা? 'চীন্বানগী ৰব্রা'না চৈরগসু, মদু ওইরগসু কায়বা ওইদে।' অতোপ্পা কনাগুম্বনা তাথীনা চৈরগদি য়েংগনি।' য়েংউ! হৌজিক মখোয় মীয়ামশিংনা মমল কয়াদা লৈরিবা!

## [6] অতোপ্পগী মরাল পুথোকপগী হৈন্বী

**ৰাহং–হংলিবা :** মরালবু পুথোকপা মতমদা নুংঙাইতবা ওই মহাক্লা অমসুং পুথোক্রগসু নুংঙাইতবা ওই।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, নত্তে, নুংঙাইতবা ওইদে। অদোম্না মরালবু থোক্রগদি মহাক্লা হায়গনি, 'কড়ী থুময়াকপা, মদু ওইরবসু হায়দে! মতমদুদা হায়য়ু, 'নহাক্লা খঙগনিদনা, ঐহাক্লা করিগী হায়গনি?' তৌইগুম্বসুং মসিদি কড়ী থুময়াকপা থোংলগদি মমায় শুগৎপা ওই, 'কড়ী থুম য়াম্না য়াকই!' অরে! করম্বা মখলগী মীওইনো? মসিবু মপুরোইবগী মওংদা করম্না থমগনি? অসিগুম্বা মপুরোইবা থোকখ্রো মপান্দা তৌগদবনি। অসিগুম্বা অশোন্বা ইপুরোইবা! অরে, লোয়ন্বীনা খঙদব্রা নংনা মহাকপু হায়রিববু! কোক–থুগায়ন্বা তৌরি? মতুংদা মহাক্কী থম্মোয়দা চৈনা ফাওরোইদ্রা? পুক্নীংদা হায়গনি, 'মসিবু ঐহাক্লা খঙদব্রনে? মসিদি ঐঙোন্দা তেন কাপলি।' মসিগী মীফত্তা নুংতিগী ঐহাক্কী অরাম্বশিং খক পুথোক্তুনা লৈ।' মীয়াম্না তৌগে–হায়দুনা অসিগুম্বা অরাম্বশিং পুথোক্তুনা লৈরি। মদুনা মসিনা সংসার হেন্না শোয়হন্বা ওইরি। অদোম্না করি মান্বগে? হায়বদি ঐখোয়না খরা খন্থরবদি করি কায়বগে?

**ৰাহং-হংলিবা :** অসিগুম্বা অরান্বশিং পুথোক্লগদি মতুংদা মঙোন্দগী অমুক হন্না শোয়বা ওইররোইদনা?

**দাদাশ্রী :** ওহোহো, হায়বদি পারা তম্বীনবগীদমক! মদুদা মরাল পুথোকপদা অকায়বা ওইদে, ঐহাক্না অদোমদা করি হায়বগে মদুদি অরান্বা পুথোকউ, তৌইগুম্বসুং মহাক্না উপকার থন্বা মতমদা অরান্বা পুথোকউ। মহাক্না হায়বা মদুদি 'য়াম্না ফরে অদোম্না ঐহাক্কী অরান্বা তাকপীরি। ঐহাক্তি থঙলমদে।' অদোমবু উপকার ওইনা থনব্রা? ইবেম্মা, অদোম মহাক্কী উপকারনি লৌব্রা?

**ৰাহং-হংলিবা :** লৌদে।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মদুগী কান্নবা করিনো? অরানশিং মহাক্না থঙবা ওইবদু, মহাকপু তাকপগী মথৌ করি তাবগে? মদুবু নুপীশিংনা কলমুহা(মীফত্তা) হায়রি, মদুদি 'মীফত্তা য়েংউ-য়েংউবদা ঙাংদুনতা লৈ।' মদুগী অরানবা মহাক্না থঙবদু, মদুগী অরান্বা ঐখোয়না পুথোক্লোইদবনি। অতোপ্পা করিগুম্ববু থোক্লগদি, কড়ী থুময়াক্না থোংবা নত্রগা মতুংদা শাক-থোংবা শোয়রবসু, মহাক্না চাবা মতমদা মদুদা মহাক্না থঙগনি নত্রগা থঙলোইদ্রা? মরমদুনা ঐখোয়না হায়বগী মথৌ তাদে! তৌইগুম্বসুং অরান্বা মহাক্না থঙদবা, মদু ঐখোয়না তাক্লগদি মহাক্না উপকার লৌগনি। মসি নত্তনা, মহাক্না থঙবদু, মদুগী অরান্বা উৎলগদি মরালনি। ঐখোয়গী ইন্ডিয়ন মীয়াম থক্তনা পুথোকই।

ঐহাক্তি সান্তাক্রুজতা অহুমসুবা মথোন্দা য়ুমদা ফম্বা মতমদা চা লাকই। মতমদুদা করিগুম্বা নুমিত্তা চীনি-থরা থাকপা কাউরগদি, থকপা ওই অমসুং মদুসু দাদাগী মমীংদা। মনুংদা দাদাজীদা হায় মদুদি 'চাদা চীনি হাপ্পু সাহেব!' মতমদুদা দাদানা হাপ্পা ওই! হায়বদি চীনি য়াউদবা চা লাকপা মতমদসু থকপা ওই বস। ঐহাক্তি করিগুম্বা প্রোব্লেম লৈতেদনা! অমসুং মতুংদা মহাক্না চেন্দুনা চীনি পুরকপা ওই। ঐহাক্না হংই, 'ইবুংঙো, চীনি করিগী পুরক্লিবনো? মসি চাগী কপ-প্লেট পুথো!' মতমদুদা হায়বা ওই, 'চা চীনি থাক্তবা ওই মদু ওইজরবসু অদোম্না চীনি নীদবা!' ঐহাক্না হায়, ঐহাক্না করি হায়গনি? অদোম্না থঙবা য়াবা মদুগুম্বা ৱাফম্নি।

ইবুংঙো অমদা হংই, 'য়ুমদা করিগুম্বদা লোয়ন্বীগী মরাল পুথোকপরা?' মদুদা হায়বা ওই, 'মহাক্তি মরাল থক্তা লৈবা ওই, মরমদুনা মরাল পুথোকপা মথৌ তাইদনা!' য়েংউ, মসি কোক্কী বোরাখাও লাক্লি! য়োম্বা চৎলগদি আনা ৪সু অহাংবা বোরখাওগী শিংলোই অমসুং পুক্নীংদা ফমদুনা লৈরি মদুদি ঐগী লোয়ন্বী শোয়গন্বীনি, য়েংউ!

**ৰাহং-হংলিবা :** মীওই কয়া মশাগী মরাল থঙবা ওই, মদু ওইজরবসু হোংদোক্তবা ওইরগদি?

**দাদাশ্রী :** মখোয়বু হায়বদগী হোংদোকপা ওইরোই। হায়বদগীদি ওন্ন-তৈন্না চৎলি। মদুদি করিগুম্বা মতমদা থনবা কান্দুদা, মদুদা অদোম্না হায়যু মদুদি মসি অরান্বসি মতৌ করম হোংদোক্কনি? ইমাং-মক্তদা ৱারি শান্নৌ, অসিগুম্না ফ্রেন্ড তৌনা। ৱাইফকা লোয়ন্না ফ্রেন্ডশিপ থমগদবনি। থল্লোইদ্রা? অতোপ্পশিংগা লোয়ন্না ফ্রেন্ডশিপ থম্বা ওই। ফ্রেন্ডকা লোয়ন্না অসিগুম্না নুংতিগী থৎনদুনা লৈব্রা নুংতিগী?

মহাক্কী অরান্নবশিং ডায়রেক্ট উৎতুনা লৈব্রা? লৈতে! মরমদি ফ্রেন্ডশিপ মাংদন্বা। অমসুং মসিদি লুহোংখি, কদায়দবু চৎকনি? অসিগুম্না ঐখোয়না লেমজদে। পুন্সি অসিগুম্না শেম্মু মদুদি লৈকোলগুম্না। য়ুমদা মোৎ-খেৎন্বা থোক্তবা, করিসু থোক্তবা, য়ুম লৈকোলগুম্না মানগনি। য়ুমদা কনাগুম্ববু খজিক্তংফাও থুৎথিংজিন্বা তৌহনগনু। অপীকপা অঙাংগীসু অরান্বা, করিগুম্বা মহাক্না খঙলগদি উৎলোইদবনি। খঙদবা মদুগী অরান্বা উৎপা ওইগদবনি।

মদুদি কান্নদবদা অঙাওবগুম্বনি, মপুরোইবা-ওইবা(বোস)নি হায়দুনা উৎনবগী। হায়বদি মপুরোইবা-ওইবা উৎলোইদবনি। মপুরোইবা-ওইবদি করম কান্দা কৌগনি মদুদি মাংদা লৈরিবদুনা *প্রতিকার*(মহাক্কী মথক্তা ক্লেম) তৌদ্রকান্দা, মতমদুদা খঙউ মদুদি মপুরোইবা ওইবনি। মসিদি খুদক্তা *প্রতিকার* তৌবা ওই।

য়ুমদা নুপীগা লোয়ন্নদি মীওই অনম্বনা ঙাংনা–শক্নবা তৌই, মসি মথৌনা লৈবগী খুদম নত্তে। মথৌনা লৈবদি কনাবু কৌবগে, নুপী নত্রগা সন্তশিংবু, কনাগুম্ববুসু অৱাবা পীদে। অঙাংনা করিগুম্বা ওন্না–তৈন্বা ঙাংলগদি, তৌইগুম্বসুং মমা–মপানা শোয়বা ওইদবা, মতমদুদা অচুম্বা কৌগনি। অঙাংদি অরোইবদদি অঙাংনি। অদোম্না করি মান্বগে? নিয়ায়না করি হায়বগে?

করম্বা ৱাফমগীদমক অদোম্না ঙাংবগী মতৌ তাবগে মদুদি মদুগী মহাক্না খঙবা ওইদবা। মদুবু ঐখোয়না মহাকপু খঙহনগদবনি। মহাক্না মশাগী খঙবা লৈরি। মদুবু ঐখোয়না হায়রগদি, মতমদুদা মহাক্কী ইগোইজমবু অশোকপা পীবা ওই। অমসুং মতুংদা মহাক্না তানজা-চাবা থীবা ওই মদুদি ঐহাক্কী খুত্তা লাকসনু নোংমা। তানজবু ঙাইদুনা লৈ। মদু ওইরগদি অসিগুম্না তৌবগী করিবু দরকার ওইবগে? হায়বদি মহাক্না খঙবা ঙমবা মদুগুম্বা ৱাফমশিং ওইরগদি, মদুগীদমক ঙাংবগী মথৌ তাদে।

য়াম্না হেন্না খাবা ওইরগদি অদোম্না ইতোম্তনা থকপা ওইগদবনি, তৌইগুম্বসুং নুপীশিংবু করম্না থকহনগনি? মরমদি আফ্টর ওল অদোম মহাদেবজীনি। অদোম মহাদেবজী নত্তব্রা? নুপা মহাদেবজীগুম্না মান্নবা ওই। হেন্না অখাবা ওইরগদি হায়য়ু, 'নং তুম্মু, ঐনা থক্লগনি!' নুপীশিংসু সংসারদা সহয়োগ(মতেং-পাংদব্রা) তোল্লবী? মদু ওইরগদি মহাক্না লোয়ন্না খুৎথীংজিন্বা করিগী? মহাক্না করিগুম্বা অৱাবা ওইরগদি, মতমদুদা পশ্চাতাপ তৌগদবনি ইতোম্তা লৈবা কান্দা মদুদি হৌজিক অৱাবা পীরোই। ঐহাক্কী অরান্বা ওইরে মসি।

য়ুমদা করম্বা মখলগী অৱাবা ওইবগে? করম্বা মখলগী খৎন্বা ওইবগে? করম্বা মখলগী মোৎ-খেৎন্বা ওইবগে? মসি পুম্বা অনীমক ইদুনা পুরক্লগদি, মদু ওইরগদি পুং ১দা পুম্নমক্কী লোইশিন্বা পুরক্কনি। মোৎ-খেৎন্বসি অন্ডরসেন্টিংগী অৱাৎপা থক্তদগী থোকপা ওই। মসি নত্তবদা অতোপ্পা মরম লৈতে।

ঐখোয়গী য়ুমগী ৱাফম য়ুমদা লৈবা, অসিগুম্না ফেমিলিদৌনা পুন্সি হিংবা ওইগদবনি। মসি থক অহোংবা পুরক্লগদি য়াম্না ফৈ। খৎন্বদি থোকহল্লোইদবনি। অদোম্না ডোলর ফংবা, মদু থক্তদা লেন্বা ওইয়ু। অমসুং ইবেম্মা অদোম্না করিগুম্বা পৈশাগী মতাং চাবা ওইদ্রগদি, মতমদুদা সাড়ীশিংগীদমক হাথুবা তৌরোইদবনি।

অদোম্নসু থন্বা ওইগদবনি মদুদি ইপুরোইববু প্রোব্লেমদা, অৱাবদা তাহল্লোইদবনি। হেন্বা ওইরগদি খর্চ তৌ।

## [7] গাড়ীগী অশাবা মুড

মসিদি নুমিদাংদা করিগুম্বা মপুরোইববু য়ুম হন্বদা থেংবা ওইরগদি, করিগুম্বা সঙয়োগ অমদগী, 'হে... অসুক য়াম্না থেংনা লাক্কৱা?' মদু ওইরগদি মহাক্না খঙদৱা মদুদি থেংবা ওইরে? মহাক্কী মনুংদসু পামদবদি ওইরমগনি মদুদি য়াম্না থেংবা ওইরে, য়াম্না থেংবা ওইরে। মদুদা মসি ৱাইফ অসিনা অসিগুম্না হায়রগদি 'অসুক য়াম্না থেংলকান্দা কনানবু লাক্কবগে?' তোল্লবা! অসিগুম্বা মীনিংগলেস ৱাফম তৌগদ্রা? নহাক্না জ্ঞানতাৱা? হায়বদি মহাক্না য়ুম থেংনা হল্লক্লগদি, মদুগী নুমিত্তুদা অদোম্না য়েংগদবনি মদুদি মুড করম তৌবগে? মরমদুনা খুদক্তা হায়য়ু মদুদি অহান্বদা চা থকউ, মতুংদা চাক-চান্বগীদমক ফম্মু। মতুংদা অফবা মুডতা লাকপা ওই। মুড ওন্নবা ওইরগদি অদোম্না মহাকপু চা-ইশিং পীথক্কুনা হরাওহল্লু। পুলিস ওইবশিং লাকপা ওইরগদি, ঐখোয়গী মুড লৈত্রগসু, মদু ওইরবসু চা-ঈশিং তৌদৱা? মসিদি ঐখোয়গীনি, মহাকপু হরাও হল্লোইদ্রা? ঐখোয়গীনি, মদু ওইরগদি হরাও হনগদবনি। মীয়াম অনম্বনা খঙলমগনি, করিগুম্বদা গাড়ী মুডতা লৈদে, অসিগুম্না ওইদৱা? শাবা ওইবা মতমদুদা গাড়ীবু চৈনা য়ৈবা ওইরগদি? মদুবু মুডতা পুরক্লবগীদমক ঈংথহন্বা খরা মথৌ তাই, রেডীয়েটর হাংদোকপা, ফেন হুম্বা। তৌদৱনে?

**ৱাহং-হংলিবা (নুপী) :** ব্রান্ডী থকপা করম্না থীংহনগনি?

**দাদাশ্রী :** য়ুমদা নহাক্কী নুংশিবা উরগদি পুন্নমক থাদোক্লগনি। নুংশিবগী মরম্না পোৎ পুন্নমকপু থাদোক্লবা লেপলি। মসিদা নুংশিবা উবা ওইদে মরমদুনা য়ুদা নুংশিবা তৌরি, কনাগুম্বা অমদা নুংশিবা ওইরি। নত্রগদি বীচ(সামুদ্রা মপান্দা) চৎতুনা লৈরি। অরে, মসিদা নহাক্কী নপানা করিবু ফুম্বগে, য়ুমদা চৎলুনে! মতমদুদা হায়রি, 'য়ুমদদি ঐহাক্না লৈনিংদে।'

## [8] হোংদোকহনগদ্রা নত্রগা হোংদোক্কদ্রা?

হায়বদি মসি মরি-মতা রিলেটিবনি। মীওই কয়ানা করি তৌবগে মদুদি লোয়ন্বীবু হোংদোকহন্নবগীদমক অদুক্কী মতীক মচীং কন্বা ওই মদুদি নুংশিবগী লংলা টৎপাফাও মদু ফাওবা মচীং হন্দবা ওই। মহাক্না করি থন্বগে মদুদি মসিবু ঐহাক্না হোংদোক-হনগদবনি। অরে! নং হোংউ অমুক্তং। অমসুং মসিদি রিয়ল নত্তে, রিলেটিবনি! তোঙান-তাথিবা ওইগনি। মরমদুনা ঐখোয়না তৌশিন্নবগী-তৌশিন্বা নাটক তৌদুনসু মহাক্কী গাড়ী লম্বীগী মথক্তা পুরকপীগনি। মসিদগী লম্বী মথক্তা কাখৎপা ওইরগদি স্টেশন য়ৌগনি, থুনা-য়াংনা। হায়বদি মসি রিলেটিবনি অমসুং জ্ঞান তাহন্দুনা-য়াম্বা তৌদুনা সোল্যুশন পুরক্কদবা।

**ৱাহং-হংলিবা :** পুক্রুতিদি হোংবা ওইদে, তৌইগুম্বসুং ব্যাবহারদি হোংদোকপা ওইগদবনিদনা?

**দাদাশ্রী :** ব্যাবহারদি মীয়াম্না হৈবা ওইদে। করিগুম্বা ব্যাবহার হৈবা ওইরগদি, অরে! পুংখায় অমফাও ব্যাবহার তৌবা হৈরগদি মদু ওইরগসু য়াম্না ঙমলে! ব্যাবহারদি খঙবা ওইদে। ব্যাবহার হায়বদি করিনো? মথক-মথক্তগী। ব্যাবহার হায়বদি সত্য(অচুম্বা) নত্তে। মসিদি ব্যাবহারবু অচুম্বনি খল্লি। ব্যাবহারদা অচুম্বা হায়বদি রিলেটিব অচুম্বা। মরমদুনা মফমসিগী নোট অশেংবা ওইরগসু নত্রগা জালি ওইরগসু, অনীমক 'মফমদুদা' (মোক্ষ)কী স্টেশন মথক্তা কান্বা ওইরোই। মরমদুনা মসিবু থাদোকউ অমসুং ইশাগী থবক লোইশিনহৌরো! ব্যাবহার হায়বদি লৌথিবা, মদুবু অমুক হন্না পীবা মদু। হৌজিক কানগুম্বনা হায়বা মদুদি, 'ইবুংঙো, নংঙোন্দা কোক লৈতে' মদু ওইরগদি খঙউ মদুদি মসিদি পীখিবা মদু অমুক-হন্না লাক্লি। মসিবু করিগুম্বা খঙলগদি মদু ব্যাবহার কৌগনি। ঙসিদি ব্যাবহার কনাগুম্বা অমত্তদা লৈতে। কনাগুম্বগী ব্যাবহার ব্যাবহার ওইরগদি, মহাক্কী নিশ্চয়(অরেপ্পদু) নিশ্চয়নি(অরেপ্পনি)।

কনাগুম্বনা হায়রগদি মদুদি, 'ইবুংঙো, মদুবু চুমথোকউ।' অরে! মদুবু চুমথোকপা চৎলগদি নং খোয়বা ওইগনি। মরমদুনা ৱাইফপু চুমথোকপা তৌগনু, ওইরিবা মদুগুম্না মহাকপু 'করেক্ট' হায়য়ু। ঐখোয়না মহাক্কা লোয়ন্না মতম চুপ্পগী লোয়ন্না-লৈমিনগদৌবা ওইরগদি অতোপ্পা ৱাফম্নি, মসিদি মপোক অমগী মতুংদা মতুংদা কদায় কদায়দা চোখায়নখিবা ওইগনি। অনীমক্কী শিবগী মতমসু তোঙাল্লি, অনীমক্কী কর্ম তোঙাল্লি। করিসু লৌগদৌবসু লৈতে অমসুং করিসু পীগদবসু লৈতে! মসিদগী মহাক কনাগী মফমদুদা চৎখিগনি কনানা খঙবগে? ঐখোয়না চুমথোকপা অমসুং মথংগী মপোক্তা চৎখি অতোপ্পগী শরুক্তা!

মশামক চুমথোকপা ওইবদুনা, মহাক থক্লা অতোপ্পশিংবু হোংহন্বা ঙম্মী। প্রক্রুতি চৈবা-কীহন্বদগী হোংদোকহন্বা ঙমদে, নত্রগা কন্ট্রোলদা লাক্তে। চৈবা-কীহন্বদগীদি সংসার শেম্বা ওইরি। চৈবা-কীহন্বদগীদি মহাক্কী প্রক্রুতি হেন্না য়াম্না শোয়গনি।

মাংদা লৈরিবদুবু হোংদোক্লবগীদমক করিগুম্বা অদোম মীনুংশি চেন্বা ওইরগদি চৈগনু। মহাকপু হোংদোক্লবগীদমক মহাক্কী লেংবান্নবা মহাক্লা ফংবা ওইগনি।

ঐখোয়গী ঙাকশেন্বগী মনুংদা লৈবদু, মহাক্কী নখেবা করম্না তৌগনি? মশামক্কী মখাদা মরোমদোম-থুপ্পা লাকপা মহাক্কী ঙাকশেন্বা তৌ, মদু মপুংওইবা পান্দম ওইগদবনি। মহাক্লা লান্বা ওইরগদি, মদু ওইরগসু মহাক্কী ঙাকশেন্বা তৌগদবনি। মসি মপান লমগী সৈনিক মসিদা হৌজিক জেলদা লৈরি, মদু ওইজরবসু ঐখোয়গী সৈনিক মহাক্কী করম্না ঙাকশেন্বগে! মতমদুদা মসিদি ইশাগী ইমুংগী মীওইনিদনা? মসিদি মপানগী মীওইশিংগা মনাক্তা পাংদবা ওইবা ওই, মদুদা খৎন্বা তৌদে অমসুং য়ুমদা থক পুন্নমক তৌই।

## [9] কোমনসেন্স তগী 'এডজস্ট এবরীৱেয়র'

কনাগুম্বগা লোয়ন্না মোৎ-খেৎন্বা অমসুং ফক্লাংদা থেংগায়বা অনীমক চপ-মান্নে, অদুগী অনীমক্তুদা করিসু খেৎন্বা লৈতে। ফক্লাংগা থাংগায়ন্বা ওই, মদু

উদবনা মরম ওইদুনা থেংগায়বা ওই অমসুং মোৎ-খেৎন্বদুদি, মদুগী মোৎ-খেৎন্বদুসু উদবনা মরম ওইদুনা থোকপা ওই। মমাংগীদু মহাক্না উবা ফংদে, মমাংগীদু মহাক্না সোলয়ুশন ফংবা ওইদে, মরমদুনা মোৎ-খেৎন্বা থোকপা ওই। মসি অশাউবা থোকপা ওইরি, মদুসু উদবদগী থোকপা ওই। মসি অশাউবা–নাপল–মায়া–মীহৌবা অসিনচীংবা তৌই, মসি পুন্নমকসিসু উদবা থক্তদগী তৌই। মদু ওইরগদি ৱাফমবু মসিগুম্না খঙগদবনিদনা! থেংজিল্লিবা মহাক্কী মরালনিদনা, ফক্লাংগী করিগুম্বা মরাল লৈব্রা? অমসুং মসি জগত্তা অসিদা পুন্নমক ফক্লাং ঙাক্তনি। ফক্লাংগা থেংগায়ন্বদা ঐখোয়না মহাক্কা লোয়ন্না অচুম–অরান তৌবা চৎতেদনা মদুদি মসি ঐহাক্কী অচুম্বনি? অসিগুম্না খৎন্নবগীদমক প্রোব্লেম ওইবা তৌদেদনা?

থেংগায়বদুদি, খঙউ মখোয় পুন্নমক ফক্লাং ঙাক্তনি। মতুংদা থোং কদায়দা লৈবগে মদু থীগদনি, মদু ওইরগদি অম্মবা ওইজরগসু থোং ফংগনি। অসিগুম্না খুৎনা থী–থীদুনা চৎলগদি থোং ফংব্রা নত্রগা ফংদব্রা? অমসুং মফমদুদগী থোকখো। থেংগায়গদবা নত্তে, অসিগুম্না নিয়মগী য়াথং ইনগদবনি মদুদি 'কনাগুম্বগা লোয়ন্না থেংগায়রোই।'

## [10] ডিপার্টমেন্ট অনী তোঙাল্লি

নুপানা নুপীগী মরমশিংদা খুৎ-থীংজিন্বা তৌরোইদবনি অমসুং নুপীনা নুপাগী মরমশিংদা খুৎ-থিংজিল্লোইদবনি। মশা–মশানা মশা–মশাগী 'ডিপার্টমেন্ট'তা থক্তা লৈগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** নুপীগী ডিপার্টমেন্ট করম্বনো? করম–করম্বদা নুপাশিংনা খুৎ-থিংজিল্লোইদবগে?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, করি থোংগনি, য়ুম করম্না চলাইগনি, মসি পুন্নমক নুপীগী ডিপার্টমেন্টনি। গেহু কদায়দগী পুরকপগে, কদায়দগী পুরক্তবগে মসিবু খঙবগী ঐখোয়না করিবু দরকার ওইবগে? মহাক্না করিগুম্বা অদোমদা হায়রগদি মদুদি গেহু পুরকপদা প্রোব্লেম ওইবা ওইরগদি মদু তোঙান্বা ৱাফম্নি। তৌইগুম্বসুং মহাক্না অদোমদা হায়দ্রগদি, চেং–হৱাই উৎত্রগদি, মদু ওইরগদি ঐখোয়না মহাক্কী 'ডিপার্টমেন্ট' তা খুৎ-থিংজিন্বগী দরকারবু করি ওইবগে? 'ঙসি খের থোংউ, ঙসি জলেবী হৌ।' অসিগুম্নসু হায়বগী করিবু দরকার ওইবগে? টাইম লাক্কনি মতমদুদা মহাক্না( পুখমদা) থমগনি। মহাক্কী 'ডিপার্টমেন্ট', মদু মহাক্কী স্বতনত্র( নীংখা তম্বা)! করিগুম্বদা য়াম্না অপাম্বা ওইরগদি হায়য়ু, 'ঙসি লড্ডু শেম্মু।' ঙাংবগীদমক য়াদবা থীংদে, তৌইগুম্বসুং মরম লৈতনা অতোপ্পা মশোমলোমদা লাও–খোংলগদি মদুদি 'কড়ী থুম য়াম্না য়াকই, থুম য়াম্না য়াকই', মসি পুম্বা জ্ঞানতাদবগী ৱাফমশিংনি।

জ্ঞানতাবা নুপাদি য়ুমগী মরমদা খুৎ-থীংজিন্বা তৌদে, মদুবু নুপা কৌই! নত্রগদি নুপীগুম্না ওইবা ওই। কনাগুম্বা নুপাদি য়ুমদা চৎতুনা মরু–মরাংগী কৌতা য়েংবা ওই মদুদি, 'মসি থা ২গী মমাংদা পুরকখি মদু ওইরগদি অসুক য়াম্না থুনা

লোইরব্রা।' অরে, অসিগুম্না পুন্নমক য়েংব্রা মদু ওইরগদি অসিগুম্না করম্না লোইশিন্বা ওইগনি? মদুদি 'ডিপার্টমেন্ট' ওইরিবা, মহাক্না চীন্তা ওইদব্রা? মরমদি পোৎ-চৈশিংদি শিজিন্নদুনা লৈ অমসুং অনৌবসু পুরকপা ওই। তৌইগুম্বসুং মসি মরম লৈতনা মকোক হেন্না লৈন্বা চৎলি। মহাক্কী চাকখুম ডিপার্টমেন্টতা খুৎ-থিংজিল্লোইদবনি।

ঐহাক্কসু হৌরকপদা চহী ৩০ ফাও প্রোব্লেম থরা ওইরম্মী। মতুংদা খন্দোক-খন্দোক্তুনা পুন্নমক লৌথোকখি অমসুং ডিবিজন তৌখি মদুদি চাকখুম একাউন অদোমগী অমসুং পৈশা-তানবগী একাউন ঐহাক্কী, তানগদবনি ঐখোয়না। অদোমগী একাউন্দা ঐহাক্না খুৎ-থীংজিল্লোই। ঐহাক্কী একাউন্দা অদোম্না খুৎ-থীংজিল্লোইদবনি। সাক-ইঙাং অদোম্না পুরক্কদবনি।

তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী য়ুমগী চৎন্বী অদোম্না উরগদি য়াম্না ফজবা মানগনি। হীরা বা গী হকচাং ফরিফাও, মতমদুফাও, মপান্দা সোসায়টিগী অরোইবদা ইঙাং য়োনফম লৈরম্মী, মদুদা মশামক চৎতুনা ইঙাং লৈবা চৎলম্মী। মতমদুদা ঐহাক্না ফম্বা ওইরগদি, মদু ওইরগদি হীরা বা ঐঙোন্দা হংলম্মী, 'অদোম্না ফগদবদু, মদু পুরকউ।' মতুংদা মহাক্না পুরকপা ওই। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্না নুংতিগী চত্থদুনা লৈরগদি করি থোক্কনি? মহাক্না মতুংদা হংবা লেপকনি। হীরা বা না হায়গনি, অরে, ঐহাকপু মহাক্না করি হায়বগে? অদোম্না ফগদবদু মদু। মতুংদা নুমিৎ ৫-৭নি হংবা লেপথি। মতুংদা নোংমা নুমিৎ অমা ঐহাক্না হায়থি মদুদি, 'করোট অথাবী করিগী পুরক্লিবনো?' মতমদুদা মহাক্না হায়রম্মী, 'ঐহাক্না হংবা মতমদা মদুদা হায়বা ওই, অদোম্না ফগদবদু মদুবু পুরকউ অমসুং ঙসি মসি পুরক্লগদি অদোম্না অশোয়বা ঙাংলি?' মতমদুদা ঐহাক্না হায়রম্মী, ''নত্তে, ঐহাক্না অসিগুম্বা চৎন্বী থমনীংই। অদোম্না ঐঙোন্দা হংগদবা, 'করি ইঙাং পুরকউগে?' মদুদা ঐহাক্না হায়গনি, 'অদোম্না ফগদবা মদু'। মসি ঐখোয়গী চৎন্বী চৎথহন্দুনা থম্মু।'' মদুদা মহাক্না অরোইবা ফাও চৎথদুনা থল্লম্মী। মসিদা য়েংবা ওইরিবদুনসু লেমজবা ওই মদুদি ৱাহ! মসি য়ুমগী চৎন্বীদি করি হায়গনি! হায়বদি ঐখোয়গী ৱাবহার মপান্দা য়েংবদা ফজনা উগদবনি। নাকন অমত্তগী থক ওইহল্লোইদবনি। মহাবীর ভগৱান করম্না থোংফম শোয়দবগে! বাবহার অমসুং নিশ্চয় অনীমক তোঙান্না। নাকন অমথক নত্তবা। উদব্রা ব্যাবহারবু? মীয়াম্নসু নুংতিগী য়েংইদনা। 'নুংতিগী অদোমদা হংই?' ঐহাক্না হায়, 'হোয়, নুংতিগী হংই।' 'মদু ওইরগদি চোকথদব্রা?' হায়বা ওই। ঐহাক্না হায়, 'অরে, করিগী চোকথদোইবা *বা* না? দোলান-মথোন কাখৎতৌব্রা নত্রগা চীং কাগদব্রা?' ঐখোয় অনীগী ব্যাবহার মীয়াম্না য়েংবা মদুগুম্না তৌ।

**ৱাহং-হংলিবা :** নুপীনা নুপাগী করম্বা ৱাফমদা খুৎ-থীংজিল্লোইদবগে?

**দাদাশ্রী :** নুপাগী করিগুম্বা ৱাফমদা খুৎ-থিংজিল্লোইদবনি। 'দুকান্দা পোৎ কয়াম্না লাক্লে? কয়াম্না চৎখ্রে? ঙসি থেংনা করিগী লাক্লিবা?' মতুংদা মহাক্না হায়বা মথৌ তাবা মদুদি 'ঙসি পুং ৯গী গাড়ী নাম্থোকখ্রে।' মতমদুদা লোয়ন্বীনা হায়গনি মদুদি, 'অসিগুম্না করম্না কোয়দুনা লৈবগে মদুদি গাড়ী নাম্থোকপা ওইবা?' মতুংদা মহাক্না শাউবা ওই। মহাকনসু পুক্নীংদা ফাওবা ওই মদুদি করিগুম্বা ভগৱানসু অসিগুম্না হংলম্লগদি, মহাকপু ফুরমগনি। তৌইগুম্বসুং মসিদা করি তৌগনি হৌজিক?

মরম লৈতনা থুৎ-থীংজিল্লি। অফবা বাসমতী চেং থোক্লম্মী অমসুং মতুংদা মদুদা নুং হাপতুনা চাই। মদুদা করিবু মহাও লাক্কনি? নুপী–নুপাবু অমগা অমগা মতেং পাংমিন্নগদবনি। মপুৰোইবনা চীন্তা লৈরগদি লোয়ন্বীনা অসিগুম্না ঙাংগদবনি মদুদি মহাকপু চীন্তা লৈতন্বা, অমসুং মপুৰোইবনসু, লোয়ন্বীবু ৱাদন্বা, অসিগুম্না ধ্যান পীগদবনি। মপুৰোইবনসু খঙগদবনি মদুদি লোয়ন্বীবু য়ুমদা অঙাংশিংনা কয়াদা অৱাবা পীরমগনি? য়ুমদা করিগুম্বা পোৎ-কায়বা ওইরগদি নুপানা লাও–খোংলোইদবনি। তৌইগুম্বসুং মদুসু মীয়াম্না লাও–খোংবা ওই মদুদি 'মমাংদা খ্বাইদগী ফবা দর্জন কপ–প্লেট পুরকখি, মদু লোয়নমক অদোম্না করিগী থুগায়রিবা? পুন্নমক মাংহন্বা ওইরি।' মসিনা লোয়ন্বীবু পুক্নীংদা ফাওবা ওই মদুদি 'ঐহাক্না থুগায়খিব্রা? ঐহাক্না মদুবু চাখিব্রা? কায়খ্রদি কায়খ্রে, মদুদা ঐহাক্না করি তৌগনি?' 'ঐনা করি তৌগনি?' হায়গনি। হৌজিক মদুদা খৎনা–চৈন্বা। <u>মদুদা করিসু লৌগদবা লৈতবদুদা</u>, করিসু পীগদবা লৈতবা। মদুদা খৎনবগী করিসু মরম লৈতবা মদুদসু ফুন্বা ওইরি?

ডিবিজনদি ঐহাক্না হান্নদগী, অঙাং ওইরিঙৈদগী তৌবা ওইখি মদুদি, মসি চাকখুম একাউন মহাক্কী অমসুং ব্যাপার একাউন ঐহাক্কী। অঙাং ওইরিঙৈদা য়ুমগী নুপীনা ৱ্যাপারগী হিসাব নীরগদি, মদু ওইরগদি ঐহাক্কী কোক লৈগৎপা ওই। মরমদি ঐহাক্না হায়, নহাক্কী লাইন নত্তে। নং বিদাওট এনী কনেকশন হংবা ওইরি? কনেকশন লোয়ন্না ওইগদবনি। মহাক্না হংলম্মী 'হন্দক চহী কয়াম্না তানবগে?' ঐহাক্না হায়রম্মী, 'অসিগুম্না অদোম্না হংলোইদবনি। মসিদি ঐহাক্কী পর্সনল মেটর ওইরে।' অদোম্না অসিগুম্না হংলি? মদু ওইরগদি হয়েং অয়ুক করিগুম্বা ঐহাক্না কনাগুম্ববু লুপা ৫০০ পীদুনা লাক্লগদি, মদু ওইরগদি অদোম্না ঐহাক্কী থাও শুমদোক্কনি।' কনাগুম্ববু পৈশা পীদুনা লাকপদা মতমদুদা হায়গনি, 'অসিগুম্না মীয়ামবু পৈশা য়েন্দুনা চৎলগদি পৈশা লোইবা ওইগনি।' অসিগুম্না নহাক্না ঐহাক্কী থাও শুমদোক্কনি, মরমদুনা পর্সনল মেটরদা নহাক্না থুৎ-থীংজিল্লোইদবনি।

## [11] চীংন্বনা চাকথেকহল্লি সনাগী লংকা

য়ুমদা অয়াম্বদা থেংগায়ন্বা হৌজিক কালদি চীংন্বগী মরম্না ওইহন্বা ওইরি। মসি করম্না তৌবগে মদুদি চেংন্বগী মরম্না বাইব্রেশন(ইপোম) হৌবা ওইরি অমসুং মসি ইপোমশিংদগী মৈরি থোরক্লি। অমসুং করিগুম্বা *নি:শঙ্ক* (চীংন্বা লৈতবা) ওইরগদি, মদু ওইরগদি মৈচাক মশা-মতোম্তা থক ঈংথবা ওইগনি। মপুৰোইবা–লোয়ন্বী অনীমক চীংন্বা ওইবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি মৈচাক্তু করম্না ঈংথগনি? অমা নি:শঙ্ক ওইবা, মতমদুদা নান্থোকপা ঙমগনি। মমা–মপাগীশিংগী থেংগায়ন্বদগী অঙাংশিংগী সংস্কার শোয়বা ওইরি। অঙাংশিংগী সংস্কার শোয়দন্বা, মরমদুনা অনীমক্না জ্ঞানতানা সোল্যুশন পুরক্কদবনি। মসিগী চীংন্বা কনানা লৌথোক্কনি? ঐখোয়গী মসি 'জ্ঞান'দি মপুংফানা নি:শঙ্ক শেমহন্বা মদুগুম্বনি!

মপুৰোইবা অমনা মশাগী ৱাইফকী মথক্তা চীংন্বা পোক্লম্মী। মদু লেপ্পা ওইগদ্রা? ওইরোই। মদু লাইফ-টাইম চীংন্বা কৌবা ওই। থবক ওইরেদনা, পুণ্য

লৈবা মীওই(!) পুণ্য মীওইবনা থোকপা ওইদনা! মসিগুম্না ৱাইফপুসু মপুরোইবদা চীংন্বা ওইরগদি, মদুসু লাইফ টাইম মাংবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌরোইদবা ওইরগসু মদু ওইজরগসু থোক্লগদি, মদু করিনো?

**দাদাশ্রী :** ইশাগী-থন্বা, মপু-ওইবা। ঐহাক্কী ইপুরোইবনি! মপুরোইবা ফনমক ওইরগসু, মপুরোইবা লৈবদা কায়বা লৈতে। 'ঐগী' হায়বদা কায়বা ওইদে, মমতা থল্লোইদবনি। ঐগী হায়বা, 'ঐগী ইপুরোইবা' অসিগুম্না ঙাংবা, তৌইগুম্বসুং মমতা থল্লোইদবনি।

মসি মালেমসিদা পোৎ অনীখক থমগদবনি। মথক–মথক্তগী থাজবা থীয়ু অমসুং মথক–মথক্তগী চীংন্বা তৌ। লুখনা কুমথগনু। অমসুং অরোইবদদি, থাজবা থীবা ওইবা মেড ওইবা ওই, মীয়াম্না মেন্টল হোস্পিটলদা থমগনি। মহাক্না লোয়ন্বীদা নোংমা হায়রগদি, 'মসিগী করি প্রমাণনো মদুদি নং অশেংবনি?' মতমদুদা ৱাইফনা করি হায়গনি, 'শা-গুম্বনি অপঙ।'

মসিগী নুপীমচাশিং মপান্দা চৎপা, লাইরিক তম্বা চৎপা মতমদুদসু অসিগুম্বা চীংন্বা! 'ৱাইফ'কী মথক্তসু চীংন্বা! অসিগুম্বা পুন্নমক লৌনম–নমথাক! য়ুমদসু লৌনম–নমথাক থক্তনিদনা, মসিগী মতমসিদা! মসি কলিয়ুগতা মশাগী য়ুমদা থক মীনম্বা ওইবা ওই। কলিয়ুগ হায়বদি মীনম্বগী কাল। *কপট* (লোৎনা থুপ্পা) অমসুং মীনম্বা, *কপট* অমসুং মীনম্বা, *কপট* অমসুং মীনম্বা! মসিবু নুংঙাইন্বগীদমক তৌব্রা? মদুসু থঙদনা, জ্ঞান-মাংদুনা! অশেংবা বুদ্ধি ওইবগী মফমদা কপট অমসুং মীনম্বা তৌদে। মসিদি 'ফুলিশ' (অপঙ) মীওইবনা মসি মীনম্বা অমসুং কপট তৌবা ওই। কলিয়ুগতা 'ফুলিস' থক্তা তুংবা ওইরিদনা!

মীয়াম্না হায়বা ওইবা মদুদি মসি মরমচৎ-চাদবা মীওইনি, মদু ওইজরবসু অদোম্না মদুবু মতীক চাবা হায়য়ু। মরমদি মরমচৎ-চাদবা ওইদ্রগদি অমসুং মহাকপু মরমচৎ-চাদবা হায়রগদি মরাল য়াম্না চাউবা ওইগনি। সতী ওইবা মহাকপু করিগুম্বা 'বৈশ্য'(লমচৎ-কাম্বীনি) হায়রগদি য়াম্না খুদোং-থীনীংঙাই ওইবা মরালনি! মদুগীদমক মপোক কয়াফাও ফুগত্তুনা লৈবা ওইগনি। মরমদুনা কনাগুম্বগী শাজৎলোনগা মরি লৈন্বদা ঙাংগনু। মরমদি, করিগুম্বা মদু লান্বা ওইরগদি? মীয়াম্না হায়বগী মতুং ইন্না অদোমসু হায়বা ওইরগদি, মদুদা অদোমগী মমল করি লৈরিবগে? ঐহাক্তি অসিগুম্বা করিগুম্বদফাও কনাগুম্বগী মরমদা ঙাংবা ওইদে, অমসুং কনাগুম্ববুসু হায়বা ওইদে। ঐহাক্তি খুৎ-থীংজিন্বা তৌদেদনা! মদুগী দাইতা কনানবু লৌগনি? কনাগুম্বগী শাজৎলোনগী মতাংদা চীংন্বা তৌরোইদবনি। মদুদা য়াম্না খুদোং-থীনিংঙাইনি। চীংন্বদি ঐহাক্না কৈদৌনুংদা তৌবা ওইদে। ঐহাক্না করিগী খুদোংথীববু থাংগৎকনি?

মীওই অমনা মহাক্কী ৱাইফকী মথক্তা চীংন্বা ওইরম্মী। মঙোন্দা ঐহাক্না হংলম্মী মদুদি চীংন্বা করি মরমদগী থোকপা ওইবগে? নংনা উবা, মরমদুনা চীংন্বা ফাওরিব্রা? নংনা উদবা, মতমদুদা অসিগুম্না থোক্তব্রা? মীয়ামদি ফারিবদুবু মহাকপু 'হুরান্বা' হায়বা ওই। ফাদবা ওইরিবদু মথোয় পুন্নমক মনুংদগী হুরান্বনি।

তৌইগুম্বসুং মসিদি, ফাবা ওইরিবদু মদুবু ‘হুরান্বা’ হায়রি, অরে! মহাকপু করিগী হুরান্বা কৌরিবনো? মহাক্তি শোন্বনি, হুরান্বা হন্থনা তৌই মরমদুনা ফাবা ওইরি। হেন্না হুরান্বা তৌবদু ফাবদা লাক্লমগদ্রা?

হায়বসি কনাগুম্বনা লোয়ন্বীগী শাজৎলোনগা মরি লৈন্বা শান্তি পাল্লগদি, মহাক্না মুশুক-মুবা মশকখীবা লোয়ন্বী পুরক্কদবনি মরমদি মহাক্কী কনাগুম্বা মীওই লৈবা ওইদনবা, কনাগুম্বা মহাকপু থমদন্বা। অমসুং মহাক্না অসিগুম্না হায়বা মদুদি, ‘ঐহাকপু শেন্নগদৌবা কনাগুম্বা লৈতে, মসি ইপুরোইবা অমখক ফংলি, মহাক থক্না শেন্নবা ওই।’ হায়বদি মহাক্না অদোমগী মথক্তা সিন্সিয়র লৈগনি, য়াম্না সিন্সিয়র লৈগনি। মসি নত্তনা, করিগুম্বা ফজবা ওইরগদি মীয়াম্না নুংঙাইথোক্কনি। ফজবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি মীয়ামগী দ্রষ্টি(মীৎয়েং) শোয়বা থক ওইগনি! কনাগুম্বনা ফজবা লোয়ন্বী পুরকপা মতমদা ঐহাক্না মসি ৱাখল লাকই মদুদি মসিগী করি দশা ওইরমগনি! মুশুক-মুবা ওইরগদি, মতমদুদা সেফ-সাইড লৈগনি।

লোয়ন্বীনা য়াম্না ফজবা ওইবা, মতমদুদা মহাক্না ভগৱানবু কাওগনিদনা? অমসুং মপুরোইবা মশক মতৌ লৈবা ওইরগদি মদুগী নুপীনসু ভগৱান কাওবা ওইগনি! হায়বদি ইচম-চম্বা মওংদা পুন্নমক ফবা ওই। ঐখোয়গী অহল ওইবশিংদি অসিগুম্না হায় মদুদি ‘লৌবুক থম্মু লৈতেং-মান্ননা অমসুং লোয়ন্বী থম্মু মশকখীবা?’

মখোয় মীয়ামদি করম্না তৌবগে মদুদি ‘হোটেল উবগা মদুদা চা-থকপা ওই।’ হায়বদি চীংন্বা য়াবা মদুগুম্বা জগত নত্তে। চীংন্বা থক অৱাবনি।

অমসুং মসি মীয়ামদি, ৱাইফনা থরা থেংনা লাক্লগদি, মতমদুদসু চীংনদুনা লৈ। চীংবা তৌবা য়াবা মদুগুম্বা নত্তে। *ঋণানুবনধ* (হিসাব; মমাং-মপোক্কী মরি)গী মপান্দা করিসু থোক্কদৌবা লৈতে। মহাক্না য়ুমদা লাকপা মতমদা জ্ঞান-তাহল্লু, তৌইগুম্বসুং চীংন্বা তৌগনু। চীংন্বদি মদুগী মহুত্তা হেন্না পুক্নীং-থৌগৎহল্লি। হোয় চেকশিনহন্বা শোয়দনা তৌ, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা মখলগী চীংন্বা তৌগনু। চীংন্বা তৌবা মীওই মোক্ষ মাংহল্লি। মরমদুনা অদোম্না করিগুম্বা নান্থোক্কে থল্লগদি, মোক্ষতা চৎকে থল্লগদি অদোম্না চীংন্বা তৌরোইদবনি। কনাগুম্বা অতোপ্পা মীওই অদোমগী ‘ৱাইফ’গী লেংজুমদা থুৎথমদুনা চৎপা ওইরগদি অমসুং মদু অদোম্না উবদা লাক্লগদি, মদু ওইরগদি অদোম্না হুথক্কদ্রা?

করিগুম্বা ৱাফমদা চীংন্বা ফাওরগদি মদুগী চীংন্বশিংদু থমগনু। অদোম জাগ্রত লৈয়ু তৌইগুম্বসুং মাংদা লৈরিবদুদা চীংন্বা থমলোইদবনি। চীংনবা ঐখোয়বু হাৎপা ওই। মহাক্কীদি থোক্কদবদু থোক্কনি, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়দি মদুগী চীংন্বদুনা হাৎপা ওইগনি। মরমদি চীংন্বদি, মীওইবনা শিরবফাও, মদুফাওবসু মহাকপু থাদোক্তে। চীংন্বা তৌরগদি মীওইবগী অরুম্বা হেঙ্গৎপ্রা? মীওইবনা অশিবগুম্না হিংবা ওইবা, মদুগুম্না ওইবা ওই।

## [12] মপু থক ওইনিংবা মপুরোইবশিংগী মৱাল

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওই থরা নুপীদগী শাউনদুনা য়ুমদগী চেন্বা ওই, অসিগুম্না করিগী?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, কৈদৌবগী চেনদৌবা ওইগদৌরিবা? ঐখোয় পুন্নমক পরমাত্মানি। অদোম্না চেন্নবগী করিবু দরকার লৈবগে? অদোম্না মদুগী 'সমভাব (চান্নবসু থোক্তবা অমসুং য়েংথীন্বসু থোক্তবা)গা লোয়ন্না *নিকাল* (লোইশিন্বা)' তৌগদবনি!

**ৰাহং-হংলিবা :** *নিকাল* তৌগদবা ওইরগদি মতৌ করম্না তৌগনি? পুক্নীংদা ভাব তৌগদবা মদুদি মসি মমাং-মপোক্কী লাক্লিবনি?

**দাদাশ্রী :** মদু খক্তগী *নিকাল* ঙম্লোই। *নিকাল* হায়বদি মাংদা লৈরিবদুগা লোয়ন্না ফোন-শন্নবা মথৌ তাই, মহাক্কী আত্মাবু পাও-পীবা মথৌ তাই। মদুগী আত্মাগী মমাংদা অসিগুম্না একসেপ্ট তৌবা মথৌ তাই মদুদি ঐহাক্কী লান্বা ওইখ্রে হায়বদি অচৌবা প্রতিক্রমণ তৌবা ওইগদবনি।

**ৰাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বনা ঐখোয়বু ইকায়বা পীরগদি, মদু ওইজরগসু ঐখোয়না মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** ইকায়পীবা মতমদুদা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি, ঐখোয়বু ইকায়খুম্নবা মতমদুদা তৌরোইদবনি। প্রতিক্রমণ তৌবদগী মহাক্কী মথক্তা য়েংথীন্বা ভাৱদি লৈবা ওইরোই। মসিগী মথক্তা মঙোন্দা অফবা ইফেক্ট ফাওগনি। ঐখোয়গী মথক্তা য়েংথীন্বা ভাৱ লৈরোই, মদুদি খঙউ অহান্বা স্টেপ, তৌইগুম্বসুং মতুংদা মহাকপু পাওসু য়ৌবা ওই।

**ৰাহং-হংলিবা :** মহাক্কী আত্মাবু য়ৌব্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, শুংশোয়-শোয়দনা য়ৌই। মতুংদা মদুগী আত্মা মহাক্কী পুদগলবুসু ইনশিন্বা ওই মদুদি 'ফোন লাক্লি নহাক্কী।' ঐখোয়গী মসিদদি প্রতিক্রমণনি, মদু অতিক্রমণগী মথক্তনি, ক্রমণগী মথক্তা নত্তে।

**ৰাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণ য়াম্না তৌবা মথৌ তাব্রা?

**দাদাশ্রী :** অথুবা সপীড তগী ঐখোয়না য়ুম শাগে হায়রগদি, মিস্ত্রী মদুমখৈ ঐখোয়না হেঙ্গৎহন্বা মথৌ তাই। অসিগুম্বনি, মদুদি মপানগী মীয়ামগী মথক্তা প্রতিক্রমণ তৌদ্রগসু য়াগনি, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী নক্লবা অমসুং নক্লবা য়ুমগী মীওই, মখোয়গী প্রতিক্রমণ হেন্না তৌবা মথৌ তাই। য়ুমগী মীওইশিংগীদমক পুক্নীংদা ভাৱ থম্মু মদুদি লোয়ন্না পোকমিন্নরি, লোয়ন্না লৈমিন্নরি, মখোয় নোংমা মসি মোক্ষ লম্বীদা লাক্লবা।

ইবুংঙো অমা ঐহাক্কী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রম্মী, 'দাদা, ঐহাক্না লুহোংদি লুহোংই, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না ঐহাক্কী লোয়ন্বী পাম্বা ওইদে।' ঐহাক্না হায়, 'করিগী, পামবা ওইদবগী করি মরম্লো?' মতমদুদা হায়, 'মহাক মখোং-শোয়নায়, শেক্তুনা চৎলি?' 'মদু ওইরগদি নহাক্কী লোয়ন্বীনা নং পামব্রা নত্রগা পামদব্রা?' মদুদা হায়রম্মী, 'দাদা, ঐদি পামবা ওইগদবা মদুগুম্বনিদনা! শক ফজৈ, লাইরিক লাইশুসু হৈ, পৈশাসু তাল্লি অমসুং শোয়নায়বসু নত্তে।' মদু ওইরগদি মদুদা মরাল নহাক্কীনি। নহাক্কী অসিগুম্বা মরাল করম্না ওইরিবা মদুদি নহাক্না মখোং-শেকপা ফংলি অমসুং মহাক্না কয়াদা অফবা পুণ্য তৌথি মদুদি নং অসুক য়াম্না

ফবা মহাক্কা ফংলি? অরে, মসিদি ঐখোয়না তৌথিবা ঐখোয়গী মাংদা লাক্লি, মদুদা মাংদা লৈরিবদুগী করিগী দোষ য়েংবগে? চৎলু, নহাক্কী মরাল ফুগৎলু অমসুং নহৌন্না অনৌবা মরাল তৌগনু। মদুগী ইবুংঙোদুনা খঙখ্রে অমসুং মহাক্কী 'লাইফ' ফ্রেকচর ওইদৌবদগী শন্নদগী লিৎথোকহৌরে অমসুং হোংদোকখ্রে।

## [13] দাদাগী মীৎয়েংদগী চৎলু, মপুরোইবশিং...

**ৱাহং-হংলিবা :** ৱাইফনা অসিগুম্না হায়বা মদুদি অদোমগী পেরেন্টসপু ঐখোয়গা লোয়ন্না থল্লোই নত্রগা কৌরোই, মদু ওইরগদি করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মতমদুদা জ্ঞানতানা থবক লৌ। ডেমোক্রেটিক মওংদা থবক লৌ। মহাক্কী মমা-মপা কৌদুনা মখোয়গী য়াম্না সেবা তৌগদবা..

**ৱাহং-হংলিবা :** মমা-মপা অহাল ওইরগদি, চহী য়াম্লবা অহাল ওইরগদি, নাকন অমরোমদা ইমা-ইপা অমসুং অনীসুবারোমদা লোয়ন্বী লৈরি, মতমদুদা মখোয় অনীমক্কী মনুংদগী অহান্বদা কনাগী ৱাফম তাগনি?

**দাদাশ্রী :** লোয়ন্বীগা লোয়ন্না অসিগুম্বা অফবা মরি থম্বা ওইয়ু মদুদি ৱাইফ অদোমবু অসিগুম্না হায়বা মদুদি 'অদোমগী ইমা-পাবুংগী য়েংশিন্বা তৌ! অসিগুম্না করিগী তৌরিবনো?' ৱাইফকী মমাংদা ইমা-ইপাগী মরমদা খজিক্তং শোয়না ঙাংউ। মীয়ামদি করি হায়বগে? ঐহাক্কী ইমাগুম্বা অতোপ্পা কনাগুম্বগী মমা লৈরম্লোই। নং মহাক্কীদমক ঙাংগনু। মতুংদা মহাক্কা ওন্না-চৎলকান্দা মতমদুদা অদোম্না হায়যু মদুদি ইমাগী স্বভাব হৌজিক কাল অসিগুম্না ওইবা ওইরে। ইন্ডিয়ন মাইডদি ওন্না-চৎপগী হৈন্বী ওই, ইন্ডিয়ন মাইডনিদনা!

নংনা খঙব্রা মদুদি মীয়াম্না ৱাইফপু গুরু শেমগদবা, মদুগুম্বনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, অদোমবু খঙজে।

**দাদাশ্রী :** মহাকপু গুরু শেম্বা য়াবা মদুগুম্বা নত্তে, নত্রগদি মমা-মপা অমসুং ইমুং-মনুং পুম্বা প্রোব্লেমদা তাগনি অমসুং গুরু শেমবদা মশামকসু প্রোব্লেমদা তাগনি। মহাকপুসু শান্না-পোৎকুম্না জাগোয় শাবা মথৌ তাগনিদনা! তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কী নাক্তা লাকপশিংগা লোয়ন্না অসিগুম্না থোকপা ওইদে। ঐহাক্কী মনাক্তা লোয়নমক ওল রাইট! হিংসক(হাৎন-শুন্বা; অৱাবা পীবা)ভাৱবু মাংবা ওইদনা! হিংসা তৌন্নবগী ৱাখল লাকপা ওইদে। করম্না নুংঙাইবা ফংহনগনি মসি থক ৱাখল লাকপা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি লেডীজ থবক তৌদুনা চোকথবা য়াম্না ওইগল্লি। থবক হায়রগদি য়াম্না তৌশিন্নবা ওই মদুদি ঐ য়াম্না চোকথরে, কোক য়াম্না চীক্লে, খুৱাং য়াম্না নাবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, মদু ওইরগদি মহাকপু অয়ুক্তগী হায়বা ওইগদবনি মদুদি 'য়েংউ নঙোন্দগী থবক ঙল্লোই, নং চোকথবা ওইরে।' মতমদুদা মহাক থৌনা লাক্কনি মদুদি 'নত্তে নং ফমদুনা লৈয়ু তুমিন্না, ঐহাক্না তৌগনি।' হায়বদি

অদোম্না কলাদগী থবক লৌবা হৈগদবনি। অরে! ইঙ্গাং-শেম্বদসু কলা হৈত্রগদি মসিদা ঈ-থোকপা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না গাড়ীদা চৎপা মতমদুদা মহাক্না ঐঙোন্দা হায়দুনা লৈ, গাড়ী কদায়দা মমায় লৈগনি, কদায়দা ব্রেক ফাগনি, অসিগুম্না গাড়ীদা হায়দুনা লৈ, হায়বদি হৈপা-শাদুনা লৈ গাড়ীদা, 'অসিগুম্না থৌ, অসিগুম্না থৌ!'

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মহাক্কী মথুত্তা পীয়ুদনা। মহাকপু থুৎশিন্লৌ গাড়ী। প্রোব্লেম লৈত্রেদনা। জ্ঞানতাবা মীওই! চগৎ-চগৎ তৌরগদি, মতমদুদা মহাকপু হায়য়ু, 'লৌ, নং থৌ!'

**ৱাহং-হংলিবা :** মতমদুদা মহাক্না হায়গনি, 'ঐহাক্কী পাংগল লৈতে।'

**দাদাশ্রী :** করিগী? মতমদুদা হায়য়ু, 'মদুদা নঙোন্দা করি প্রোব্লেম ওইবগে? মতমদুদা নহাকপু মথক্তা য়ান্দুনা থমব্রা মদুদি চৈদুনা লৈন্বা?' গাড়ী মহাকপু থুৎশিন্লৌ। ড্রাইবর ওইরগদি খঙগনি চৈবা মতমদা, মসিদি য়ুমগী মীওইনি মরমদুনা চৈদুনা লৈ।

**ৱাহং-হংলিবা :** লোয়ন্বীগী মীচং চংদ্রগদি, য়ুমদা থৎন্বা থোক্কনিদনা।

**দাদাশ্রী :** লোয়ন্বীগী থক মীচং চংউ। লোয়ন্বীগী মীচং চংউ, করিসু কায়বা ওইদে। মরমদি লোয়ন্বীগী মীচং চংলকান্দা নুমিদাংবু তুম্বা য়াগনি পোথনা নত্রগদি করম্না তুমগনি? মদুদা কাজী শাগনু।

**ৱাহং-হংলিবা :** য়ুমথংন্বগী মীচংদি চংলোইদবনিদনা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অদোম্না অনম্বা মতমদা য়ুমগী থক্তা উকিল ওইগদবনি, য়ুমথংন্বগী ওইরোইদবনি। ঐখোয়না চারিবা য়ুমদুগী মদুগী... অচুম-চুমদবা মাংদা লৈরিবা য়ুমদুগী তৌরগদি অমসুং চাবানা মসি য়ুমগী! মরমদুনা মাংদা লৈরিবদুগী নিয়ায়(অচুম-অরান) ওন্দুনা য়েংগনু মদুগী পুংফমদুদা। অদোমগী ৱাইফ অনয়ায় ওইবা ওইজরগসু অদোম্না মহাক্কী মখা-পোন্না চৎকদবনি। মদুদা নিয়ায় তৌবা য়াবা মদুগুম্বা নত্তে মদুদি 'নং থক্না কোক য়াওদে মরমদুনা মসি...' মরমদি হয়েং চাক মফমদুদা চাগনি, নং নশাগী কম্পনীদা অচুম-অরান তৌব্রা! অমসুং মদুগুম্না হায়রগদি য়ুমথংন্বগী উকিল ওইরে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মাংদা লৈরিবদুগী সমাধান ওইরে করম্না হায়গনি? মাংদা লৈরিবদুগী সমাধান ওইবা, তৌইগুম্বসুং মদুদা মহাক্কী অমাংবা ওইরগদি?

**দাদাশ্রী :** মদু অদোম্না য়েংগদবা নত্তে। মাংদা লৈরিবদুগী অমাংবা থোকপা মদুদি মহাক থক্না য়েংগদবনি। অদোম্না মাংদা লৈরিবদুগী কান্নবা য়েংগদবনি তৌইগুম্বসুং অদোম, অফবা য়েংবা ওইরিবদুদা, অদোমদা করি শক্তি লৈবগে? অদোম্না ইশাগী অফবা থকপু উবা ঙমদে, মদু ওইরগদি অতোপ্পশিংগী অফবা করিবু উবা ঙমগনি? পুন্নমক্না মশা-মশাগী শক্তিগী মখা-পোন্না অফবা য়েংবা ওই, অফবা মদুখক য়েংগদবনি। তৌইগুম্বসুং মাংদা লৈরিবদুগী অফবগীদমক থেংগায়ন্বা থোকপা, অসিগুম্না তৌরোইদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মাংদা লৈরিবদুগী সমাধান তৌন্নবগী ঐখোয়না হোৎন্বা তৌইগুম্বসুং পরিণাম ফতবা লাক্কদৌরি, অসিগুম্না ঐখোয়না থঙবা ওইরগদি, মতমদুদা ঐখোয়না করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** পরিণাম অমবু ওইজরগসু তৌইগুম্বসুং ঐখোয়দি, 'মাংদা লৈরিবদুগী সমাধান তৌগনি', মসিখক লেপতুনা লৈগদবনি। সমভাব দগী *নিকাল* তৌবা লেপ্পু, মতুংদা *নিকাল* ওইবা নত্রগা ওইদবা, মদু হান্নদগী য়েংবা ওইরোইদবনি, অমসুং *নিকাল* ওইগনি! ঙসি নত্রগদি হয়েং ওইগনি, হাংচিৎ ওইগনি। *ঋণানুবনধ* (হিসাব) য়াম্না নপশিনখ্রবা ওইরগদি চহী ২, চহী ৩ নত্রগা চহী ৫ দসু ওইগনি। লোয়ন্বীগা লোয়ন্না *ঋণানুবনধ* য়াম্না নপ্পবা ওই, মচা-মসুশিংগী য়াম্না নপ্পবা ওই, মমা-মপাগী য়াম্না নপশিনখ্রবা ওই। মদুদা মতম খরা হেন্না চংবা ওইগনি। মখোয় ময়াম ঐখোয়গা লোয়-লোয়ন্না লৈমিন্নে, মরমদুনা মদুদা *নিকাল* তপ্না-তপ্না ওইবা ওই। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা ঐখোয়না *নিশ্চত* (খোংফম লেংদনা) লেপলগদি মদুদি নোংমা নত্রগা নোংমা 'ঐহাক্না *সমভাৱ* দগী *নিকাল* তৌগনি', মরমদুনা নোংমা নত্রগা নোংমা মদুগী *নিকাল* ওইদুনা লৈগনি, মদুগী অরোইবা লাক্কনি।

## [14] 'ঐগী' হায়বগী য়েৎশিনখিবা হন্দোক্কনি অসিগুম্না

লুহোংবগী মতমদা মন্দোপতা ফম্মিদনা! মন্দোপতা ফম্বা ওই, মতমদুদা অসিগুম্না য়েংই। হোয়, মসি ঐহাক্কী ৱাইফ, হায়বদি অহান্বদা য়েৎশিন্বা হৌরে। 'ঐহাক্কী ৱাইফ, ঐহাক্কী ৱাইফ, ঐহাক্কী ৱাইফ, ঐহাক্কী ৱাইফ...' লুহোংন্বগী ফমবা মতমদুদগী য়েৎশিন্বা চত্থদুনা লৈ, মহাক্না। হৌজিক ফাও য়েৎশিন্দুনা লৈরি, মদু ওইরগদি কনানা থঙবগে কয়াম য়াম্না য়েৎশিনলমগনি হৌজিক ফাও! হৌজিক মতৌ করম্না মদুগী য়েৎশিনখিবশিংদু হাংদোক্কনি? মমতাগী য়েৎশিন্বা চত্থরি!

হৌজিক 'নত্তে ঐহাক্কী,' 'নত্তে ঐহাক্কী' অসিগুম্বা জাপ তৌন্দবা জাপ তৌ। 'মসি নুপীসি ঐহাক্কী নত্তে, ঐহাক্কী নত্তে', মসিদগী য়েৎশিনখিবা হাংদোক্কনি। লিশিং ৫০ 'ঐগী-ঐগী' হায়দুনা য়েৎশিনখিবা ওইরগদি, মদু 'নত্তে ঐহাক্কী' মদুগী লিশিং ৫০ য়েৎশিন্বা মতমদা নান্থোক্কনি! মসি করি ভুত নো মরম লৈতনা? মীওই অমগী লোয়ন্বী শিখিবা চহী ১০ শুবা ওইবা ওইখ্রে, মদু ওইজরবসু মহাক্না মদুবু কাওবা ঙমখিদে অমসুং কপতুনা লৈরম্মী। মসি করম্বা ভুত কোনশিল্লিবা? ঐহাক্না মঙোন্দা 'ঐহাক্কী নত্তে,' 'ঐহাক্কী নত্তে' ঙাংন্বা হায়রম্মী। মদুদা মহাক্না করি তৌখি? নুমিৎ হুমনি ফাও 'ঐহাক্কী নত্তে, ঐহাক্কী নত্তে' ঙাংদুনা লৈরম্মী অমসুং কপলম্মী। মতুংদা মহাক্কী কপ্পদু তোক্লম্মী! মসি পুন্নমক য়েৎশিনখিবনি অমসুং মদুদগী মসি ইজ্জৎ-লৈখা তাবা থোক্লি। হায়বদি মসি পুন্নমক *কল্পিত*(মাংলান শাবা)নি। অদোম্না জ্ঞান তারব্রা ঐহাক্কী ৱাফম? হৌজিক অসিগুম্বা অরাইবা লম্বী কনানা তাকপীগনি?

নুমিৎ চুপ্পা থবক তৌদুনা নপুরোইবগী প্রতিক্রমণ তৌদুনা লৈয়ু। নোংমাগী নুমিৎ অমদা থা ৬গী লমন-খুন্নবা থন্বদু মাংবা ওইগনি। অমসুং নোংমগী নুমিৎ তংখায় তৌরগদি থঙলোদনা, থা ৩গী মাংবা ওই। লুহোংদ্রিঙৈ মমাংদা নপুরোইবগী মথক্তা মমতা লৈরমব্রা? লৈতে। মদু ওইরগদি মমতা কদায়দগী য়েৎশিন্বগে?

লুহোংবা মতমদা মন্দোপতা ইমাংদা ফন্মী, মরমদুনা নংনা লেপ্পী মদুদি 'মসি ঐহাক্কী ইপুরোইবা লাক্লি। থরা নোয় অমসুং মুদং তৌই।' মতুংদা মহাক্নসু লেপ্পী মদুদি 'মসি ঐহাক্কী লোয়ন্বী লাক্লে।' মতমদুদগী 'ঐগী-ঐগী' মদুগী য়েৎশিনখিবদু, মদু য়েৎশিন্বদু চথদুনা লৈ। মদু চহী ১৫গী ফিল্মনি, মদুবু 'ঐহাক্কী নত্তে, ঐহাক্কী নত্তে' তৌরগদি, মতমদা মদুগী য়েৎশিনখিবদু হাংদোক্কনি অমসুং মমতা নান্থোক্কনি। মসিদি, লুহোংখিবা মতমদুদগী ওপীনয়ন শেমখিরন্মী, *প্রিজ্যুডিস* (হান্না খজিন্বা) শেমখিবা ওইরন্মী মদুদি 'মসি অসিগুম্বনি, মদুগুম্বনি।' মদুগী মমাংদা করিগুম্বা লৈরমব্রা? হৌজিক্তি ঐখোয়না পুক্নীংদা *নিশ্চয়*(লেংদনা চপ-য়ুংনা লেপ্পা) তৌগদবনি মদুদি 'অমবু ওইজরবসু, মদুদি মহাক থক্লি' অমসুং ঐখোয়না ইশানা পামদুনা পুরকই। হৌজিক নপুরোইববু হোংবা য়াব্রা?

## [15] পরমাত্মাগী নুংশিবদু মশক-খঙবা

মসি সংসার অসিদা করিগুম্বা কনাগুম্বনা হংলগদি মদুদি, 'মসি নুপীগী নুংশিবসি নুংশিবা নত্তব্রা?' মতমদুদা ঐহাক্না তাক্কে মদুদি হেঙ্গৎপা-হন্থবা নুংশিবদু, মদু অশেংবা নুংশিবা ওইবা ওইদে। অদোম্না ডাইমনগী সনা-লিক্কোন লৈদুনা পীবা, মদুগী নুমিত্তুদা নুংশিবা য়াম্না হেন্বা ওই অমসুং করিগুম্বা লৈরক্রগদি নুংশিবা হন্থবা ওই, মসি নুংশিন্বা নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** অশেংবা নুংশিবা হেঙ্গৎপা-হন্থবা নত্তে, মদু ওইরগদি মদুগী শক্তম করম্না ওইবগে?

**দাদাশ্রী :** মদু হেঙ্গৎপা-হন্থবা ওইদে। য়েংউ-য়েংউবদা নুংশিবা হান্নগীদুগুম্না চপ-মান্নবা উবা ওই। মসিদি, অদোমগী থবক তৌবীবা মদুফাও মহাক্না অদোমগী মথক্তা নুংশিবা লৈরি অমসুং থবক তৌদ্রগদি নুংশিবা মাংবা ওইরি, মদুবু নুংশিবা হায়দুনা করম্না কৌগনি? হায়বদি ওইজ-ওইথক লৈতবদুদা মদুগী মফমদুদা অশেংবা নুংশিবা লৈবা ওই। ওইজ-ওইথক করম্বা কান্দা লৈতবগে? ঐগী-নংগী লৈতবা, মতমদুদা ওইজ-ওইথক লৈবা ওইদে। 'জ্ঞান' লৈবকান্দা মতমদুদা ঐগী-নংগী লৈতে। 'জ্ঞান' য়াওদনদি ঐগী-নংগী থোকপা ওইদনা?

মসিদি পুম্নমক 'রোং-বিলিফ'নি। 'ঐ চন্দুভাইনি' মদু রোং-বিলিফনি। মতুংদা য়ুমদা চৎপদা ঐহাক্না হংবা মদুদি 'মসিদি কনানো?' মতমদুদা মহাক্না হায় 'মশক খঙদব্রা? মসি নুপী অসিগী ঐ মপুরোইবনি।' ওহোহো! অচৌবা মপুরোইবা লাক্লি! থল্লু মদুদি মপুরোইবগী মপুরোইবা লৈতবগুম্না, অসিগুম্না ৱারি শান্নবা ওই! মপুরোইবগী মপুরোইবা লৈতব্রা? মদুগী মতুংদা মথক-থোংলিবা মপুরোইবদুগী লোয়ন্বী ওইরেদনা অমসুং অদোমগী লোয়ন্বী মহাকসি ওইরে। মসিগী লৌনম-নমথাকসিদা করিগী তারি? মপুরোইববু করিগী ওইগদৌরিবা? ঐহাক্কী 'কম্পেনিয়ন' নি, হায়রগদি করিবু কায়বগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদানা য়াম্না 'মোর্ডন' ওইবা লোনবু শিজিন্নরি।

**দাদাশ্রী :** মদু নত্রগদি? মরৈ-য়েৎনবা হন্থগনিদনা! হোয়, কা অমদা অনী 'কম্পেনিয়ন' লৈবা ওইরগদি, মতমদুদা মীওই অমা চা লোল্লি অমসুং অনীসুবা

মীওই থকই মতমদুদা অনীসুবদুনা মহাক্কীদমক মহাক্কী থবক তৌবীবা ওই। অসিগুম্না তৌদুনা 'কম্পেনিয়নশিপ' চত্থদুনা লৈ।

**ৱাহং-হংলিবা :** 'কম্পেনিয়ন'দা অশোন্বা লৈব্রা নত্রগা লৈতব্রা?

**দাদাশ্রী :** মদুদা অশোন্বা থোকপা ওই, তৌইগুম্বসুং মদুগী অশোনবদু মৈরিগুম্না ওইবা ওইদে। মসিদি ৱাহৈ অসিগুম্বা লুম্না-অশোন্বা ওইবা ওই। 'মপুৰোইবা ওইবা অমসুং লোয়ন্বী' মসি ৱাহৈশিংদা য়াম্না লুম্বা অশোন্বা লৈ, অমসুং করিগুম্বা 'কম্পেনিয়ন' হায়রগদি থবক পাংথোকপা ওই।

মীওই অমগী ৱাইফ চহী ২০গী মমাংদা শিখিরম্মী। মদুদা ইবুংঙো অমনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী মদুদি, 'মসি খুৱা অসিবু কপহল্লুৱা?' ঐহাক্না হংলম্মী, 'করম্না কপহনগনি?' মসি চহীসিদদি কপলোই। মদুদা মহাক্না হায়রম্মী, 'য়েংউ, মহাক কয়াম্না সেন্সিটিব ওইবগে!' মতুংদা মহাক্না ঙাংলম্মী 'নত্রনে খুৱা, ইনেগীদি ৱাফমদি হংগনু, মহাক্কী পুকচেলদি করম্বা ওইবগে!' মহাক্না অসিগুম্না হায়রম্মী মদুদি খুৱা তশেংনা কপলম্মী! অৱে, করম্বনো মসি মকোক-চাকপা! চহী ৭০দসু হৌজিক লোয়ন্বীদমক কপ্পা ওইরি! মসি করম্বা মখলগী মকোক চাকপ্রা? মসি মীয়ামদি মদুদা সিনেমদসু কপ্পীদনা? মদুদা কনাগুম্বা শিবা ওইরগসু, মতমদুদা য়েংলিবশিংদুসু কপ্পা ওই!

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি মদুগী অশোন্বা নান্থোক্লিবা করিগীনো?

**দাদাশ্রী :** মদুদি নান্থোক্লোই। 'ঐগী-ঐগী' তৌদুনা তৌখিদনা, মদু হৌজিক 'নত্তে ঐগী, নত্তে ঐগী' মদুগী জাপ তৌরগদি, মদু ওইরগদি লেপ্পা ওইগনি। মদুদি য়েৎশিন-য়েৎশিনখিবদুখে, মদুবু হন্দোকপা মতৌ তাইদনা! হায়বদি মসিদি অশোন্বা থক্লি। চেতন (আত্মা)গুম্বা পোৎ নত্তে। মসিদি পুম্নমক চপ্পী থাবা হংগী-লাইনি।

অমসুং অশোন্বা লৈবদুদা, মফমদুদা বাদনাম লাক্তনদি তোকপা ওইদে। মদু অশোন্বগী স্বভাবনি। অশোন্বা ওইরগদি বাদনাম লাক্তুনা লৈ মদুদি 'নং অসিগুম্বনি অমসুং নং মদুগুম্বনি! নং অসিগুম্বা অমসুং নং মদুগুম্বীনি!' অসিগুম্না ঙাংন্দব্রা? অদোমগী খুঙ্গংদা ঙাংন্দব্রা? নত্রগা ঙাংনব্রা? অসিগুম্না ঙাংন্বদু, মদু অশোন্বগী মরম্নি।

মসি নুপীমচাশিংনা মপুৰোইবা থন্বা ওই, অসিগুম্না য়েংদুনা থনবা (সেলেক) তৌবা ওই, মতুংদা থৎনদব্রা? থৎনব্রা? মদু ওইরগদি মদুবু নুংশিবা কৌবা য়াদেদনা! নুংশিবদি মতম চুপ্পগী ওইবা ওই। য়েংলু-য়েংলুবদা, মতমদুদা মদুগা চপ-মান্নবা নুংশিবা। মদুগুম্না উবা ওই, মদু নুংশিবা কৌই অমসুং মফমদুদা আশ্বাসন লৌবা য়াই। মসিদি অদোম্না নুংশিবা ফাওবা অমসুং মদুগী নুমিত্তুদা মহাক্না শাউদুনা ফম্বা, মতমদুদা 'করি তৌগনি', মসি করম্বা নহাক্কী নুংশিবা! মমায়-পোমদুনা চৎলি, অসিগুম্বা নুংশিবগী করিবু তৌগনি? অদোম্না করি মান্বগে?

য়াম্না নুংশিন্বা মফমদুদা, মদুদা পামদবা ওইবা ওই, মসি মীওইগী স্বভাবনি।

মসিদি, সিনেমা চৎপা মতমদা অশোন্বগী থক্তগী শুর-তালদা অমসুং হল্লকপা মতমদা 'মকোক লৈতবনি' হায়রি। মতমদুদা মহাক্লা হায়রম্মী মদুদি 'নঙোন্দা কদায়দা মওং-মরিল তাবগে?' অসিগুম্না ৱা ঙাংনা-ঙাংনদুনা য়ুমদা লাকই। মসিনা মকোক থীদুনা লৈ, মতমদুদা মহাক্লা মওং-মরিল তাবা য়েংই!

অমসুং নুংশিবদগী হোংদোকপা ওইব্রা। মসি পুন্নমকপু হোংদোক্কে থল্লগদি নুংশিবদগী হোংদোকহন্বা ওই। মথোয় পুন্নমকপু ঐহাক্লা হোংদোকহল্লিদনা, মদু নুংশিবদগী হোংদোকহল্লি। ঐহাক্লা নুংশিনা হায়, মরমদুনা ৱা শোয়বা ওইদে। অমসুং খজিক্তং য়েংথীন্বদগী হায়রগদি মদুগী ৱাফমদু শোয়বা ওইগনি। শঙ্গোমদা শঙ্গোম-অফম্বা য়ানশিন্নদ্রগসু অমসুং অসিগুম্না খজিক্তং নুংশিৎনা থেংঙগদি, মদু ওইরগসু শঙ্গোমগী শঙ্গোম অফম্বা শেম্বা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিদা নুংশিবা অমসুং অশোন্বগী খেৎন্বা খরা খঙহনবীয়ু।

**দাদাশ্রী :** *বিক্রুত*(মোহ, মমতা অমসুং এট্রেকসন) নুংশিবদু, মদুগী মমীং আশক্তি(অশোন্বা)। মসি সংসার অসিদা ঐখোয়না নুংশিবা হায়রিবসি, মদু বিক্রুত নুংশিবা কৌবা ওই। অমসুং মদুবু অশোন্বা হায়বা ওইগনি।

মসিদি য়েটুম অমসুং মেকনেট কা ওইবা অশোন্বদুগুম্বা, মদুগুম্বা মসি অশোন্বনি। মদুদা নুংশিবগুম্বা পোৎ লৈতে। নুংশিবা লৈবা ওইদেদনা করিগুম্বা মফমদা। মসিদি য়েটুম অমসুং মেকনেট কী চিংশিন্নবনা মরম ওইদুনা অদোম্না অসিগুম্না মান্বা ওই মদুদি ঐহাকপু নুংশিবা ওই মরমদুনা ঐহাকপু চিংশিল্লি। তৌইগুম্বসুং মদু নুংশিবগুম্বা পোৎ নত্তে। নুংশিবদি, জ্ঞানী পুরুষকী 'নুংশিবা', মদু নুংশিবা কৌবা ওই।

মসি মালেমসিদা শুদ্ধ(অশেংবা)নুংশিবা, মদু পরমাত্মানি। মদু নত্তনা অতোপ্পা কনাগুম্বা পরমাত্মা মালেম অসিদা থোকপা ওইদ্রি অমসুং থোকপসু ওইরোই। অমসুং মফমদুদা থম্মোয়বু ঈংবা ওই মতমদুদা থম্মোয়-লৈতবা থবক পাংথোকপা ওই। নত্রগদি থম্মোয়-লৈতবা থবক পাংথোকপা ঙমদে। মথল অনীদগী থম্মোয়বু ঈংবা ওই। মথাগী গতিদা কুমথগে হায়রগদি, মতমদুদা কনাগুম্বা নুপীদা থম্মোয় পীবা অমসুং মথক্কী গতিদা চৎকে হায়রগদি, মতমদুদা জ্ঞানী পুরুষতা থম্মোয় থম্মু। অমসুং মহাক্তি নহাকপু মোক্ষতা পুবীগনি। মফম অনীমক্তা থম্মোয়গী মথৌ তাগনি, মতমদুদা থম্মোয়-লৈতবা ফংবা ওই।

হায়বদি নুংশিবদুদা অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা করিসু লৈদ্রগদি, নুপী নত্তে, নুপা নত্তে, নুংশিবা চপ-মান্ননা, লেংদনা লৈবা, অসিগুম্বা শুদ্ধ নুংশিবা উবা, মতমদুদা মীওইবগী থম্মোয়দা ঈংথবা ওই।

ঐহাক নুংশিবগী শক্তম ওইবা ওইরে। মদুগী নুংশিবদুদা অদোম লুপ্পশিল্লগদি জগত কাউবা ওইগনি, জগত পুন্নমক *বিসম্রুত* (ৱাখলদগী মাংবা) ওইদুনা লৈগনি। নুংশিবদা লুপশিল্লগদি মতুংদা অদোমগী সংসার ফজনা চত্থগনি, *আদর্শ*(খ্বাইদগী অথোইবা) মওংদা চত্থগনি।

# [16] লুহোংবগী হায়বদি 'প্রোমিস টু পে'

1943দা হীরা *বা* গী মীৎ অমা উখীদ্রে। ডাক্টরনা করিগুম্বা অমা তৌবা চৎপদা, মহাকপু গ্লোকোমাগী লৈনা নারম্মী, মহাক্না গ্লোকোমাগী লায়েংবা চৎপা, মতমদুদা মীৎতা ইফেক্ট ওইখি অমসুং মদুবু অমাংবা ওইখি।

মরমদুনা মীয়ামগী পূক্নীংদা ফাওবা ওইবা মদুদি মসি 'অনৌবা বোর' লৈরে। অমুক-হন্না লুহোংহল্লু। কনয়্য য়াম্না লৈরম্মীদনা অমসুং কনয়্যগী মমা–মপা অপাম্বা অসিগুম্বা মদুদি করিগুম্বা অমা তৌদুনা, মহাকপু গুহাদা থাদরগসু মফম চাহনগনি। মতমদুদা ভাদরণগী পাটীদার অমা লাক্লম্মী। মহাক্কী মবায়গী মচানুপী ওইরমগনি, মরমদুনা লাক্লম্মী। ঐহাক্না হায়রম্মী, 'করি লৈবগে অদোমবু?' মতমদুদা মহাক্না হায়রম্মী, 'অদোমগী মফমদা অসিগুম্না থোক্লে?' হৌজিক মদুগী মতমদুদা 1944 দা ঐহাক্কী চহী 36 ওইরম্মী। মদুদা ঐহাক্না হায়, 'করিগী অদোম অসিগুম্না হংবা লাক্লিবা?' মতমদুদা মহাক্না হায়রম্মী, 'অমরোমদা হীরা বা মীৎ চৎখ্রে, অনীসুরোমদা মসি ওইরে মদুদি অঙাংসু লৈতে।' ঐহাক্না হায়, 'প্রজা লৈতে, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কী নাক্তা করিগুম্বা স্টেট লৈতে। বরোডাগী 'স্টেট'সু লৈতে মদুদি ঐহাক্না মখোয়বু পীগদবা। স্টেট লৈরগদি অঙাংশিংদা পীরগসু কান্নগনি। লৈরমগনি অসিগুম্না য়ুমথক অমা অমসুং লৈবাক থরা, অমসুং মদুসু মতুংদা ঐখোয়না লৌউবা ওইনা ওইহনগনিদনা! করিগুম্বা স্টেট(রাজ্য) লৈরগদি থঙউ মদুদি য়াবা ওই।' মতুংদা ঐহাক্না মঙোল্দা হায়রম্মী মদুদি 'হৌজিক অদোম করিগীদমক মসিবু হায়রিবনো? অমসুং হীরা বা দি ঐহাক্না প্রোমিস তৌখি, লুহোংবা মতমদুদা। মদু ওইরগদি মীৎ অমা তাংজরগসু তাংজনু, অনীমকপু তাংলগসু মহাক্কী মখুৎ পায়দুনা চৎকনি।'

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্কী লুহোংলবা মতুংদা ঐখোয় অনীনা অমনা–অমবু মশক খঙবা ওইরে অমসুং মান্বা ওই মদুদি অপাম্বা থন্বদা শোয়বা ওইখ্রে। কনাগুম্বগী স্বভাব কনাগুম্বগা চান্নবা ওইদে। হৌজিক অনীমক্তা করম্না চানগনি অমসুং মতৌ করম্না তৌগনি মদুনা নুংঙাইনা লৈন্বা?

**দাদাশ্রী :** মসি অদোম্না হায়রিবসি, মদুগী মনুংদা ৱাহৈ অমফাও অচুম্বা নত্তে। অহান্বা ৱাহৈ, লুহোংলবা মতুংদা মীওই অনীমক অমনা–অমবু মশক খঙবা ওই, তৌইগুম্বসুং মমীং খকফাও খঙবা ওইদে। অমসুং করিগুম্বা খঙবা ওইরম্লগদি মসি প্রোব্লেম অসি থোক্লম্লোই। খজিক্তংফাও খঙবা ওইদে।

ঐহাক্নদি বুদ্ধিগী থক্কী ডিবিজন (খায়দোকপা)দগী মোৎ-খেৎন্বা পুম্নমক লোইশিন্বা। তৌইগুম্বসুং হীরা *বা* গী শকখঙবা ঐহাক্না করম কান্দা ওইখি? চহী 60 শুরবা মতমদা, হীরাবু শকখঙখি! চহী 15 সুবা মতমদা লুহোংখি, চহী 45 ফাও মহাক্কী ওবজার্বেসন তৌদুনা লৈখি, মতমদু থক্তদা ঐহাক্না মহাকপু খঙখি মদুদি 'অসিগুম্বনি'!

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি জ্ঞান ফংলবা মতুংদা খঙবা ঙমখি?

**দাদাশ্রী :** হোয়, জ্ঞান ফংলবা মতুংদা থঙখি। নত্রগদি থঙবা ঙম্লরোই। মীওইবনা মশক থঙবা ঙমদে। মীওইবনা মশামকপু মশক থঙবা ঙমদে মদুদি ঐ করম্বনো! হায়বদি মসি ৱাহৈ মদুদি 'অমনা-অমবু মশক থঙই' মসি ৱাফমশিংদা করিসু মমল লৈতে অমসুং অপাম্বদা করিসু শোয়বা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিবু তাকপীয়ু মদুদি মতৌ করম্না থঙগনি? মপুরোইবনা মশাগী লোয়ন্নবীবু তপ্না-তপ্না সূক্ষ্ম মওংদা নুংশিবগী খুৎথাংদগী মতৌ করম্না থঙগনি, মদু তাকপীয়ু।

**দাদাশ্রী :** করম কান্দা থঙগনি? অহান্বদদি লেং-মান্নবনা হক্ক পীবা কান্দা। মহাকপু স্পেস পীবগদবনিবা। মদুগুম্না ঐথোয়না শান্নবা-ফমবদা মমায় ওনশিন্নদুনা, মদুগী মতমদুদা লেং-মান্নবগী লমবা ওইবা ওই, মতমদুদা শান্নবদা নুংঙাইবা ওই। তৌইগুম্বসুং মসিদি লেংমান্নবগী লমবা কদায়দা পীগনি? ঐহাক্না লেং-মান্নবগী লমবা পীবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মতৌ করম্না পীবগে? প্রেক্টিকেলী মতৌ করম্না পীবগে?

**দাদাশ্রী :** পুক্নীংদগী মহাকপু তোঙান্বনি অসিগুম্না মান্বা ওইহন্দে। মহাক্না ওন্না-তৈন্না ঙাংলগসু, মদু ওইজরবসু, লেং-মান্নবা মদুগুম্না, হায়বদি প্রেশর পুরকপা ওইদে।

হায়বদি মাংদা লৈরিবদুগী প্রকৃতিবু থঙবা মদুদি মসি পুকৃতি অসিগুম্বনি অমসুং অসিগুম্বনি। মতুংদা অমসুং অতোপ্পা মওংদগী থীদোক্কনি। ঐহাক্না তোঙান্বা মওংদগী থবক লৌইদনা, মীয়ামগা লোয়ন্না? ঐহাক্না হায়বা লৌব্রা নত্রগা লৌদব্রা পুন্নমক? লৌই। মদু মসিগী মরম্না নত্তে মরমদি হৈথোয় শিংথোয়বা ওইবনা, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না তোঙান্বা মখলদগী থবক লৌবা ওই।

য়ুমদা ফমবা পামদ্রগদি, মদু ওইজরবসু হায়য়ু মদুদি নহাক য়াউদনা ঐহাক্না নুংঙাইতে। মতমদুদা মহাক্নসু হায়গনি মদুদি নহাক য়াউদনা ঐহাক্নসু নুংঙাইবা ওইদে। মতমদুদা মোক্ষতা চৎপা ঙমগনি। দাদা ফংলিদনা, মরমদুনা মোক্ষতা চৎকনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম হীরা *বা*(ইমা)দা হায়ব্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, হীরা *বা*(ইমা)দা ঐহাক্না হৌজিকসু হায়রিদনা!

ঐহাক্না হৌজিকসু, মসিগী চহীসিদসু হীরা *বা* দা হায়রি, মদুদি 'অদোম য়াওদনা ঐহাক্না মপান্দা চৎলি, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না পামবা ওইদে।' হৌজিক মহাক্না পুক্নীংদা করিবু থন্বগে, 'ঐহাক্না পাম্বা ওই অমসুং মহাক্না করিগী পাম্বা ওইদ্রিবনো?' অসিগুম্না হায়রগদি সংসার শোয়রোই। হৌজিক নং ঘী হৈয়ু মসিদগী, হৈদ্রগদি কংবা ওইদনি! হৈয়ু ফজবা ভাৱ! মশোমদা ফল্লিদনা, ঐহাক্না হায়বা ওইরিদনা মদুদা হীরা বা ঐঙোন্দা হায়বা ওই, 'ঐহাকপুসু অদোম্না নীংশিংবা ওইব্রা?' ঐহাক্না হায়, 'ফজনা। মীয়ামবু নীংশিংবা ওই মদু ওইরগদি অদোমবু করিগী নীংশিংলোই-দগে?' অমসুং তাশেংবদা নীংশিংবসু ওই, নীংশিংবা ওইদবা মগুগুম্বা নত্তে!

আদর্ষ(খ্বাইদগী অথোইবা)নি ঐহাক্কী লাইফ(পুন্সি)! হীরা বাসু হায়বা ওই, 'অদোম থুনা লাকউ।'

নুপীগী মপুৰোইবা ওইবা হৈরে, অসিগুম্না করম কান্দা হায়গনি, মদুদি নুপীনা লেপ্পা নাইদনা পুজ্যতা(খুরুমজনীংঙাই) ফাওবা ওইবা! মপুৰোইবদি করম্না ওইগদগে? কৈদৌনুংদা নুপীবু অমসুং অঙাংশিংবু অৱাবা তাহন্দবা, অসিগুম্বা ওইবা। নুপী করম্না ওইগদগে? করিগুম্বদফাও মপুৰোইববু অৱাবা মৈশা-লাংহন্দবা, মদু থক্কী ৱাথলশিংদা পুন্সি হিংবা ওইবা।

## [17] লোয়ন্বীগা লোয়ন্না থেংগায়ন্বা

অনীমক ফনমক ফাগী-তৌন্বা, থৎ-চৈনরগসু তৌইগুম্বসুং অমনা-অমদা শীংন্বা(মহুৎ-লৌগে থন্বা) থমদে। অমসুং ঐথোয়না করিগুম্বা মরক্তা থুৎথীংজিল্লগদি মথোয়না মথোয়বু থবক তৌহনগনি অমসুং মথোয়দি অমুক-হন্না অমত্তা ওইবা। য়ুম তোঙান্না লৈবা চৎত্তে, মসিবু 'তেনৌৱাগী মশান্না' কৌই। ঐহাক্লা খুদক্তা খঙই মদুদি মথোয় অনীনা তেনৌৱা মশান্না হৌরে।

পুং ১ ফাও সেবারীবু, অঙাংশিংবু নত্রগা লোয়ন্বীবু হঞ্জিন-হঞ্জিন কীহন্দুনা লৈরগদি মতুংদা মহাক্লা (মথংগী মপোক্তা) মপুৰোইবা ওইদুনা নত্রগা মনেমপোক ওইদুনা অদোমবু পুন্সি চুপ্পা প্রোব্লেম পীদুনা লৈগনি! নিয়ায়দি তৌগদবনিদনা নত্রগা তৌরোইদ্রা? মসিবু ফুগৎকদবনি। অদোম কনাগুম্ববু অৱাবা পীরগদি অদোমবু পুন্সি চুপ্পা অৱাবা ফংগনি। পুং অমা থক্তা অৱাবা পীরগদি মদুগী মহৈ পুন্সি চুপ্পা ফংগনি। মতুংদা লাও-খোংগনি মদুদি 'লোয়ন্বীনা অসিগুম্না করিগী তৌরিবা?' লোয়ন্বীনা অসিগুম্না থন্বা ওই মদুদি, 'মসি ইপুৰোইবসিগা লোয়ন্না ঐহাকপু অসিগুম্না করিগী তৌরিবনো?' মহাকপুসু অৱাবা ওই, তৌইগুম্বসুং করিবু তৌগনি? মতুংদা ঐহাক্লা মঙোন্দা হংই মদুদি, 'লোয়ন্বী অদোমবু থীদুনা পুরকপ্রা নত্রগা অদোম্না লোয়ন্বীবু থীদুনা পুরকপ্রা?' মতমদুদা মহাক্লা হায়রম্মী, 'ঐহাক্লা থীদুনা পুরকলম্মী।' মতমদুদা তোল্লবী মহাক্কী করি মরাল? অদোম্না পুরক্লবা মতুংদা খোয়বা ওইরল্লগদি, মদুদা মহাক্লা করি তৌগনি, কদায়দা চৎকনি মতুংদা?

**ৱাহং-হংলিবা :** *অবোলা* (থৎন্বগী মরম্না অমগা-অমগা ৱাঙাংন্দবা) থমদুনা ৱাফমবু য়ৈথোকপদগী মদুগী লোইশিন্বা ঙমব্রা?

**দাদাশ্রী :** ঙম্বা ওইদে। অদোমদি মাংদা থেংনরগদি 'নুংঙাইরিব্রা? করিগী নুংঙাইত্রিবা?' অসিগুম্না হায়গদবনি। মাংদা লৈরিবদুনা থজিক্তং লাও-খোংলগদি মতমদুদা অদোম্না তপ্পা 'সমভাবদগী *নিকাল* (লোইশিন্বা)' তৌগনি। মদুগী *নিকাল* দি তৌবা মথৌ তাইদনা, নোংমা নত্রগা নোংমদি? অবোলা থল্লগদি..মদু ওইরগদি মদুদগী করিবু *নিকাল* তৌবগে? মদু *নিকাল* তৌবা ঙমদে, মরমদুননি অবোলা তৌরিবদু। অবোলা হায়বদি পোৎলুম, মদুগী ৱাফমদুগী *নিকাল* তৌদবা মদুগী পোৎলুম। ঐথোয়দি খুদক্তা মহাকপু লেপহন্দুনা হায়গদবনি, 'ঙাইবীথো, ঐহাক্কী করিগুম্বা অরান্বা লৈরগদি তাকপীয়ু। ঐহাক্তি য়াম্না শোয়বা ওই। অদোমদি য়াম্না হৈথোইবনি, লাইরিক-লাইশুহৈবনি, মরমদুনা অদোমদগী থোকপা ওইদে, তৌইগুম্বসুং

ঐহাক্তি লাইরিক য়াম্না তম্বনি, মরমদুনা ঐহাক্তগী অশোয়বা য়াম্না থোকপা ওই।' অসিগুম্না হায়রগদি মহাক হরাওবা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্না হায়বদগী মহাক্না পেৎথবা ওইদ্রগদি করি তৌগদগে?

**দাদাশ্রী :** পেৎথবা ওইদ্রগদি অদোম্না করি তৌগনি? অদোমদি হায়দুনা নাম্হোকউ, মতুংদা করি উপায়? নোংমা নত্রগা নোংমা করিগুম্বা নুমিত্তা পেৎথবা ওইগনি। করিগুম্বা কীহন্দুনা পেৎথহন্বা তৌরগদি মদুদগীদি কৈদৌনুংদা পেৎথবা ওইরোই। ঙসি পেৎথবা ওইনা উগনি তৌইগুম্বসুং মহাক্না পুক্নীংদা *নোনধ* (অদুক্কী মতীক-নুংশিন্বা নত্রগা য়েংথীন্বগা লোয়ন্না মতম-কুইনা নীংশিংদুনা থম্বা)থম্লগদি অমসুং অদোম্না পেৎথবা মতমদা, মদুগী নুমিত্তুদা পুম্নমক লৌথোক্কনি। হায়বদি জগত লমন-খুম্বা ঙাক্তনি। মহৌশাগী নিয়ম অসিগুম্বনি মদুদি জীব খুদিংমক্না মনুংদা লমন-খুম্বা থম্মী। মনুংদা পর্মাণুশিংগী পৈশিন্দুনা থম্বা ওই, মরমদুনা ঐখোয়না মপুংফাবা মওংদগী কেস সোল্যুশন পুরক্কদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি করিসু হায়রোইদব্রা?

**দাদাশ্রী :** হায়গনি, তৌইগুম্বসুং সময়ক (থম্মোয়-শেংনা) হায়গনি, করিগুম্বা হায়বা হৈরগদি। নত্রগদি হুইদৌনা ভৌ-ভৌ তৌবগী করিবু অর্থ লৈবগে? হায়বদি সময়ক হায়যু।

**ৱাহং-হংলিবা :** সময়ক হায়বদি করম তৌননো?

**দাদাশ্রী :** ওহোহো! নংনা মসি অঙাংবু করিগী থাদরিবনো? মসিগী করিগী মরম্নো? মতমদুদা মহাক্না হায়গনি মদুদি, 'থাদগে হায়দুনা থাদগদ্রা? মদুদি ঐহাক্কী খুত্তগী নাম্থিবনি অমসুং তাথিবনি'।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি মহাক্না মচীনথিবা ঙাংলিদনা?

**দাদাশ্রী :** মহাক্না মচীনথীবা ঙাংবা, মদু ঐখোয়না য়েংগদবা নত্তে, মচীন্থীবা নত্রগা অচুম্বা ঙাংলগসু মদু মহাক্কী মখা-পোল্লি, মদু অদোমগী মখা-পোনদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বা হৈত্রগদি মতুংদা করি তৌগনি? তুমিন্না ফমগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** তুমিন্না লৈয়ু অমসুং য়েংদুনা লৈয়ু মদুদি 'করি থোকপগে?' সিনেমাদা অঙাংবু থাদৈ, মতমদুদা অদোম করি তৌবগে? হায়বগী অধিকার লৈব্রা পুম্নমকপু, তৌইগুম্বসুং থৎন-চৈন্বা হেন্না থোক্তবা, মদুগী মওংদা হায়বগী অধিকার লৈ। মসি নত্তবদা হায়বদগী থৎনবা-চৈন্বা হেন্না থোক্লগদি, মদুদি অপংবশিংগী থবক্নি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না থৎন-নীংদবা, ঐখোয়না কৈদৌনুংদা থৎন্বা তৌদ্রগদি, মদু ওইজরবসু য়ুমদা পুম্নমক ইমাংদা নুংতীগী থৎন্বা তৌবা ওই, মতমদুদা করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** ঐখোয়না 'থৎন্বা-প্রুফ' ওইবা ওইগদবনি। 'থৎন্বা-প্রুফ' ওইরকান্দা, মতমদুদা মসি সংসারদা লৈবা ঙমগনি। ঐহাক্না অদোমবু 'থৎন্বা-প্রুফ' ওইহনগনি। থৎন্বা তৌরিবদুসু চোকথবা ওইগনি, অসিগুম্বা শক্তম ওইগদবনি। 'ৱর্ল্ড' পুম্বদা কনাগুম্বনা ঐখোয়বু 'ডিপ্রেস' তৌবা ঙমদবা, অসিগুম্বা ওইবা ওইগদবনি। ঐখোয় 'থৎন্বা-প্রুফ' ওইরগদি, মতুংদা প্রোব্লেম লৈত্রেদনা! মীয়াম্না থৎন-নীংবা ওইরগদি, তাথীনা চৈনীংবা, মদু ওইজরগসু কায়বা ওইদ্রে। মসিগী মথক্তসু ইকায় খঙদবা কৌবা ওইরোই, মসি নত্তবা জাগ্রুতি য়াম্না হেঙ্গৎকনি।

মমাং মপোক্তা থৎন্বা তৌথি মদুগী লমন-তোন্বা ওইথি অমসুং মদু ঙসি থৎন্বগী মওংদা শীংদোকপা ওইরি। থৎন্বা থোকপা ওই, মদুগী মীৎকুপতুদা লমন-শীংন্বগী মরু তাবা ওই, মদু মথংগী মপোক্তা হৌগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি মদুগী মরুদু মতৌ করম্না নান্থোক্কনি?

**দাদাশ্রী :** তপ্না-তপ্না 'সমভাবদগী *নিকাল*' তৌদুনা লৈয়ু, মদু ওইরগদি নান্থোকপা ওইগনি। য়াম্না অরুম্বা মরু তাবা ওইরগদি থেংবা ওইগনি, শান্তি থম্বা মথৌ তাই। প্রতিক্রমণ য়াম্না তৌবা মথৌ তাই। ঐখোয়গী কনানা করিসু লৌবা ওইদে। চরা অনী চাক-চাবা ফংলগদি, ফীরোল ফংবা মতুংদা করিবু পাল্লিবগে? কাদুবু শো-লোনশিন্দুনা চৎলগদি, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না চরা অনীগী চাক-চাবা ফংব্রা নত্রগা ফংদব্রা, মসিথক য়েংগদবনি। ঐখোয়বু য়ুমদা থোং-থীংজিন্দুনা চৎলগসু কায়বা ওইদে। ঐখোয়না তুমগনি। মমাং-মপোক্কী লমন-খুম্নবা অসিগুম্না পুনশিনখিবা ওইরগদি ঐখোয়বু শো-লোনশিন্দুনা থীংজিন্দুনা চৎলি! লমন-খুম্নবা লেপ্পা অমসুং মদুসু খঙদবদা পুনশিনখিবা! জ্ঞানতানা তৌখিবা ওইরগদি ঐখোয়না খঙবা ওইগনি মদুদি মসি জ্ঞান-তানা তৌবনি, মতমদুদসু উপায় লাক্কনি। হৌজিক জ্ঞানতাদবা ওইরগদি, মদুদা করম্না উপায় লাক্কনি? মরমদুনা মদুদা ৱাফমবু থাদোকউ।

হৌজিক লমন-খুম্নবা লেপ্পা পুম্নমক থাদোক্কনি। মরমদুনা করিগুম্বা মতমদা ঐহাক্কী নাক্তগী 'স্বরুপ(ইশাগী-শক্তম ওইবা) জ্ঞান' ফংন্বা তৌ মরমদি লমন-খুম্নবা লেপ্পা পুম্নমক নান্থোক্লবা। মসি মপোকসিদা লমন-খুম্নবা লেপ্পা পুম্নমক থাদোক্কদবনি। ঐহাক্না অদোমবু লম্বী তাক্কনি।

মা(ফমুংদা লৈবা জীব)না চীকপা ওই, মখোয়দি তোল্লবা য়াম্না ফবা ওই তৌইগুম্বসুং মসি মপুরোইবা লোয়ন্বীবু চীকপা ওই অমসুং লোয়ন্বীনা মপুরোইববু চীকপা ওই, মদু মহ য়াম্না চেন্বা ওই। তৌদব্রনে? চীকপ্রা নত্রগা চীক্তব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** চীকই।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মদুবু চীকপা তোংপা ওইগদবনি। মানা চীকপা ওই, মখোয়দি চীক্কুনা চৎখিবা ওই। মখোয় তোল্লবশিংদি মবুক থল্লবা মতমদা চৎখিবা ওই, তৌইগুম্বসুং লোয়ন্বীদি মতম চুপ্পদা চীক্কুনা থক্তা লৈ। মীওই অমদি ঐঙোন্দা হায়রম্মী, 'ঐহাক্কী ৱাইফ ঐহাকপু লিন নুপীদৌনা চীকপা ওই!' মদু ওইরগদি অরে, করিগী লুহোংবগে মদুগী লিন নুপীদুগা লোয়ন্না? মদু ওইরগদি

মহাক লীন নত্তব্রা? অসিগুম্না লিন নুপী ফংবা ওইব্রা? লীন ওইবকান্দা, মতমদুদা লীন নুপী লাকপা ওই।

ঐহাক্তি মসি থক্তা থঙই মদুদি থৎনরবা মতুংদা 'ৱাইফ'কা লোয়ন্না ব্যাবহাৰ থল্লোইদৌবা ওইরগদি তোঙান্বা ৱাফম্নি, তৌইগুম্বসুং মতুংদা ঙাংগদবা ওইরগদি মতুংদা মরক্কী লোন পুন্নমক অরান্বনি। ঐখোয়না মসি লক্ষ্যদা লৈবা ওই মদুদি পুং ২গী মতুংদা অমুক হন্না ঙাংগনি, মরমদুনা মদুগী চীন্দা-পাওদন্বা তৌরোইদবনি। মসিদি, করিগুম্বা অদোম্না ওপীনিয়ন অমুক-হন্না হোংলোইদৌবা ওইরগদি তোঙান্বা ৱাফম্নি। অদোমগী ওপীনিয়ন হোংদ্রগদি, মদু ওইরগদি অদোম্না তৌবা ওইখিবা চুম্মী। অমুক হন্না করিগুম্বা 'ৱাইফ'কা লোয়ন্না ফমগদৌবা ওইদ্রগদি, মদু ওইরগদি থৎন্বা তৌখি মদু চুম্মী! তৌইগুম্বসুং মসিদি হয়েং অমুক হন্না লোয়ন্না ফমদুনা চাক-চামিন্নগদৌবা। মদু ওইরগদি ঙরাং নাটক তৌখিবা, মদুগী করি? মসি থনগদবনি?

থ্বাইদগী অহান্বদা মপুৰোইবনা লোয়ন্বীদা ঙাকপীয়ু হায়গদবনি। মপুৰোইবদি পুকচেল চাউবা ওইবা ওই। লোয়ন্বী হান্না লাল্লে হায়দে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মপুৰোইবা মপুকচেল চাউবা হায়বদগী, মরমদুনা মহাক হরাওরি।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মহাক মপুকচেল চাউবা ওইবা থক্তা ওই। মহাক্কী অচাউবা পুক্কীং ওইবা ওই অমসুং নুপীশিংদি সাহজিক(মহৌশা-ওইবা) ওই। সাহজিক ওইবা ওই, মরমদুনা মনুংদগী উদয় লাক্লগদি, লাল্লে হায়বসু য়াই নত্রগা হায়দবসু য়াই। তৌইগুম্নসুং করিগুম্বা অদোম্না নীরগদি, মদু ওইরগদি মহাক্না খুদক্তা নীগনি অমসুং অদোম উদয় কর্মগী মখা-পোন্না লৈররোই। অদোম জাগ্রুতিগী মখা-পোন্না লৈগনি। অমসুং মহাক্না উদয় কর্মগী মখা-পোন্না লৈ। মদু *সহজ* কৌবা ওইদনা! নুপী *সহজ* কৌবা ওইদনা। অদোমদা *সহজতা* (মহৌশা-ওইবা)লাকপা ঙমদে। *সহজ* ওইবা ওইরগদি নুংঙাইবা য়াম্না লৈগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি অহম অরান্বনি, অসিগুম্না ঐখোয়বু তাকপীবা ওই অমসুং মসি পুন্নমক তাবা ওই, সন্ত-পুরুষসু অসিগুম্না হায়বা ওই, মদু ওইজরবসু মদুগী অহম মাংবা করিগী ওইদ্রিবনো?

**দাদাশ্রী :** অহম করম কান্দা মাংগনি? মদু অরান্বনি, অসিগুম্না ঐখোয়না একসেপ্ট তৌরগদি, মতমদুদা চৎকনি। ৱাইফকা লোয়ন্না থেংগায়ন্বা থোকপা, মতমদুদা ঐখোয়না থঙগদবনি মদুদি মসি ঐখোয়গী অহম অরান্বনি। মরমদুনা মতুংদা অদোম নুংতীগী মদু অহমদু থক্তদগী মনুংদা মহাক্কী ঙাকপীয়ু হায়জদুনা লৈয়ু, মদু ওইরগদি মদুগী অহম মাংবা ওইগনি। করিগুম্বা উপায়দি তৌবা মথৌ তাইদনা?

ঐহাক্না মসি *সরল*(য়াম্না লায়বা) অমসুং চুমদ্রিং-চুম্বা লম্বী তাকপীগে অমসুং মসি থেংগায়ন্বা অসি নুংতী-নুংতীগী থোকপ্রা? মদুদি ঐখোয়গী কর্মগী উদয় ওইবা মতমদা, মতমদুদা থোকপা ওই। মদুগী মতম থক্তুদা অদোমবু এডজস্ট ওইগদবনি। য়ুমদা ৱাইফ কা লোয়ন্না থৎন্বা থোক্লগদি, মদু ওইরগদি থৎনরবা

মতুংদা ৰাইফপু হোটলদা পুদুনা চাক-পীজদুনা হরাও হল্লু। হৌজিক *তন্ত* (অশাউবদু মথংগী নুমিৎ ফাওবা চৎথদুনা) লৈহল্লোইদবনি।

মরমদুনা 'মসি' জ্ঞান লৈবা ওইরগদি মতুংদা মদু প্রোব্লেম ওইবা ওইদে। জ্ঞান লৈবা কান্দদি ঐখোয়না অয়ুক অঙন্বদা দর্শন তৌবা চৎকনিদনা? ৰাইফগী মনুংদসু ভগৱানগী দর্শন তৌবা মথৌ তাইদনা! ৰাইফতসু দাদা উবা ফংলগদি য়াইফবা ওইরে! ৰাইফপু উরগদি মসি 'দাদা' উইদনা! মহাক্কী মনুংদসু শুদ্ধাত্মা উইদনা! মদু ওইরগদি য়াইফবা ওইরে!

মরমদুনা করিগুম্বা অমা তৌদুনা 'এডজস্ট' ওইদুনা মতম লেল্লগদি মদুনা শেন্থোই-শিংদোক্লবা। কনাগুম্বগী চহী ২৫, কনাগুম্বগী চহী ১৫গী, কনাগুম্বগী চহী ৩০গী, পামদ্রগসু শেন্থোইদি শিংদোকপা মথৌ তাই। পামদবা ওইরগসু মদুগী কা অদুদা লোয়ন্না লৈমিন্নগদবা ওই। মসিদা তুম্লবা থাও লোয়ন্বী সাহেবকী অমসুং মসিদা তুম্লবা থাও ইবুংঙো সাহেবকী। মমায় লৈথোক্তুনা তুম্লগসু লোয়ন্বী সাহেবকী ৰাখলদি ইবুংঙো সাহেবকী থক্তা লাকইদনা! করিগুম্বা ওবসন লৈতেদনা। মসি সংসার অসি অসিগুম্বনি। মদুদসু অদোম থক মহাক্না পামদে, অসিগুম্বা নত্তে, মহাক্নসু অদোম পাম্বা ওইদে। হায়বদি মসিদা নুংঙাইবা লৌবা য়াবা মদুগুম্বা নত্তে।

'ডোন্ট সী লো, প্লীস সেটল' (নিয়মবু য়েংগনু, সমাধান তৌ) মাংদা লৈরিবদুবু 'সেটলমেন্ট' তৌন্নবা হায়য়ু। 'নংনা অসিগুম্না তৌ, মদুগুম্না তৌ' অসিগুম্না হায়ন্বা মতম কদায়দা লৈবগে? মাংদা লৈরিবদুগী মরাল ১০০ ওইরগসু, মদু ওইরগসু অদোমদি ইশাগী অশোয়বা হায়দুনা মমাংদা খোং-থাদুনা চৎকদবনি। মসিগী মতমসিদা 'লো (নিয়ম)'বু য়েংবা ওইব্রা? মসিদি অরোইবদা স্টেজ ফাওবা য়ৌবা ওইরে!

**ৰাহং-হংলিবা :** অনম্বা মতমদা য়ুমদা য়াম্না অচৌবা থেংগায়ন্বা থোকপা ওই, মতমদুদা করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** জ্ঞানতাবা মীওইনিদনা, মদু ওইরগদি লুপা লাক্ষ পীরগসু, মদু ওইরগসু থেংগায়ন্বা তৌরোই। অমসুং মসিদি পৈশা য়াওদনা থেংগায়ন্বা ওই, মদু ওইরগদি মহাক অপংবা নত্রগদি করি? ভগৱান মহাবীরবু কর্ম লোইশিন্বগীদমক 60 মাইল চত্তুনা শকখঙদবা ক্ষেত্রদা চৎপা তারম্মী, অমসুং ঙসিগী মীয়াম পুণ্যলৈবনি, মদুদি য়ুমদা ফমদুনা শকখঙদবা-ক্ষেত্রনি! করম্বা কয়াদা লাইবক! মসিদি অদুক্কী মতীক কান্নবনি। কর্ম লোইশিন্নবগীদমক, করিগুম্বা চুম্না লৈরগদি।

য়ুমদা কনাগুম্বনা হংলগদি, এডবাইস নীরগদি মতমদুদা পাওথুম পীয়ু। হংদনা এডবাইস পীন্বা ফমলগদি, মদুবু ভগৱাননা 'অহংকার' হায়রি। মপুরোইবা হংবা মদুদি মসি প্লেট কদায়দা থমগনি? মতমদুদা লোয়ন্বীনা পাওথুম পীবা ওই মদুদি 'মদুগী মফমদুদা থম্মু।' মতমদুদা অদোম্না মদুদা থম্মু। মসিগী মহুত্তা মহাক্না হায়রগদি মদুদি, 'নংদি কোক লৈতে, মদু ওইরগদি নংনা মসিদা কদায়দা থম্নবা হায়রিবনো?' মসিদা লোয়ন্বী হায়গনি মদুদি 'কোক লৈতে মরমদুননি ঐহাক্না নহাকপু অসিগুম্না হায়রি, হৌজিক নহাক্কী কোক্তগী থম্মু।' হৌজিক মসিগী লোইশিন্বা করম কান্দা লাক্কনি? মসিদি সঙয়োগশিংগী থেংগায়ন্বা থক্তনি! মসি খুঙ

(শান্নপোৎ), চাবা মতমদা, হৌগৎপা মতমদা থেংগায়নদুনা লৈ। খুঙ মতুংদা থেংগায়ন্বা ওই, খোৎ-তৎপা ওই অমসুং ঈ-থোকপা ওই! মসিদি মেনটেল (পুক্নীং)গী ঈ-থোকপা ওইদনা! মদুগী ঈ-থোকপা ওইরগদি ফৈ, ফীনা কীশিন্বা মতমদা ফাবা ওই। মসি মেনটেল অশোকপা অসিদদি ফীসু কীশিন্বা য়াদেদনা!

য়ুমদা কনাগুম্ববুসু, লোয়ন্বীবু, অঙাং মচাবু, কনাগুম্বা জীববু *তরছোর* পীদুনা মোক্ষতা চৎপা য়ারোই। খজিক্তংফাও *তরছোর*(কা হেন্না হন্থনা তাথী-তাওইনা তৌবা) পীরগদি, মদু মোক্ষকী লম্বী নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** *তিরস্কার* (তাথী-তাওইনা তৌবা) অমসুং *তরছোর* (কা হেন্না হন্থনা তাথী-তাওইনা তৌবা), মসি অনীমকসিদা করি থেৎন্বগে?

**দাদাশ্রী :** *তরছোর* অমসুং *তিরস্কার*দা তিরস্কারদি করিগুম্বদা খঙদবসু য়াই। *তরছোর*কী মমাংদা *তিরস্কার* য়াম্না মাইল্ড ওইবা পোৎনি, মসি নত্তবদা *তরছোর* গীদি য়াম্না শাথীবা অকী-তুজুংবগী শক্তমনি। *তরছোর*দগীদি খুদক্তা ঈ-থোকপা মদুগুম্বনি। মদুদি মসি হকচাংদগী ঈথোক্তে, তৌইগুম্বসুং পুক্নীংগী ঈ-থোকপা ওই। *তরছোর* অসিগুম্বা য়াম্না শাথীবা পোৎনি।

ইবেম্মা অমা লৈরম্মী, মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রম্মী, 'অদোম ঐহাক্কী ফাদরগুম্না, অসিগুম্না মাল্লি, মমাংগী মপোক্কী।' ইবেম্মা য়াম্না ফবা, য়াম্না সঙস্কার ওইবা ওইরম্মী। মতুংদা ইবেম্মদা হংলম্মী মদুদি, 'মসি নপুরোইবগা লোয়ন্না করম্না য়ান্নবা চৎপগে?' মতমদুদা হায়রম্মী, 'মহাক্না করিগুম্বদা করিসু ঙাংদে, করিসু হায়বা ওইদে।' মতমদুদা ঐহাক্না হায়রম্মী, 'করিগুম্বা নুমিত্তা করিগুম্বদি থোক্লমগনিদনা?' মতমদুদা হায়, 'নত্তে, করিগুম্বদা কোচী-কোত্তুনা ঙাংবা ওই।' 'হোয়', মসিগী ৱাফম অসিদগী ঐহাক্না খঙলে। মতমদুদা ঐহাক্না হংলম্মী মদুদি, 'মহাক্না কোচী-কোৎতুনা ঙাংবা মতমদুদা অদোম্না করি তৌবগে? অদোম্না মদুগী পুংফমদুদা ঈংথব্রা নত্রগা ঈংথদব্রা?' মদুদা মহাক্না হায়বা ওই, 'নত্তে, ঐহাক্না মহাকপু অসিগুম্না হায়বা ওই মদুদি কর্মগী উদয়দগী ঐ অমসুং অদোম থেংনরি। ঐ তোঙান্না, অদোম তোঙান্না। হৌজিক অসিগুম্না করিগী তৌরিবনো? কনাগীদমক কোচী-কোৎতুনা ঙাংলিবনো অমসুং মসি পুম্বা করিনো? মসিদা কনাগীসু মরাল নত্তে। মসি পুম্বা কর্মগী উদয়গী মরালনি। মরমদুনা কোচী-কোৎতুনা ঙাংবগী মহুত্তা কর্ম শিংদোকউদনা!' মদুগী থেংগায়নবদু ফবা কৌগনিদনা! ঙসি ফাওদি নুপী কয়া অমা উরে, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা অৱাংবা অন্দরস্টেন্দিং ওইবদি মসি নুপী অসিখক উই।

ঐহাক্কী স্বভাবকী মরু: ক্ষত্রিয়্য স্বভাব। ঐহাক্কী ক্ষত্রিয়্য ব্লড, মরমদুনা *ঊপরী* (বোস)বু কীহন্বগী হৈন্বী অমসুং অন্ডরহেন্ডকী ঙাকশেন্নবগী হৈন্বী। মসি ক্ষত্রিয়্য ধর্মগী মরু ওইবা গুণ, হায়বদি অন্দরহেন্ডবু ঙাকশেন্বগী হৈন্বী। মরমদুনা ৱাইফ অমসুং পুন্নমক্তি ঐখোয়গী অন্দরহেন্ডে, মরমদুনা মখোয়গী ঙাকশেন্নবগী হৈন্বী। মখোয়না ওন্ন-তৈন্না তৌবা ওইজরগদি ঙাকশেন্নবগী হৈন্বী। সেবারী লৈবা মখোয় পুন্নমক্কী ঙাকশেল্লম্মী, মখোয়গী মরাল থোকখ্রগদি মদু ওইজরবসু মদুগী তোল্লবশিংদা করিসু হায়রমদে অমসুং *ঊপরী* লৈবা ওইরগদি মহাক্কী মকোক

থুগায়গনি। অমসুং জগত পুম্নমক অন্ডরহেন্ডগা লোয়ন্না ঙাংন-শক্নবা তৌই। অরে, নুপীগুম্বনি নং! নুপী অসিগুম্না তৌবা ওই অন্ডরহেন্ডবু! মসি অদোম্না করম্না মান্বগে?

অদোম লুহোংদুনা য়ুমদা পুরকই অমসুং লোয়ন্বীবু চৈদুনা লৈরগদি, মসি করম্বনো হায়বদা ষণবু ঊচুক্তা পুনশিন্দুনা, মহাকপু ফুদুনা লৈরগদি। ঊচুক্তা পুনদুনা মহাকপু ফুদুনা লৈবা কান্দা? মসিদগী ফুরগদি মদুরোমদা চৎকনি তোল্লবী! মসি ঊচুক অমদা পুনশিল্লি কদায়দবু চৎকনি? মসি সমাজ অসিগী ঊচুক অসিগুম্বনি মদুদি চেন্বসু য়াদে। ঊচুক্তা পুল্লিববু ফুরগদি মদু ওইরগদি পাপ য়াম্না চেন্বা ওই। ঊচুক্তা পুন্বা ওইদ্রগদি খুত্তা লাক্লোইদনা! মসিদি সমাজগী মরম্না নমথদুনা লৈ নত্রগদি হান্ননা চেনখীরমগনি। ডায়বোর্স লৌরবা মতুংদা ফুদুনা য়েংউ? মতমদুদা করি থোক্কনি?

'মিনিট'কী ফাও প্রোব্লেম ওইদবা, মদুগী মমীং মপুরোইবা। মরুপকা লোয়ন্না শোয়হন্দবা, মদুগুম্না ঙাকশেল্লু। মরুপকা লোয়ন্না করিগুম্বা ঙাকশেন্দ্রগদি মরুপকী মরিদু তৎপা ওই। মরুপ-ওইবা হায়বদি মরুপ-ওইবা। মহাকপু কন্দীসন তাকউ মদুদি নং মরুপকী মপান্দা, করিগুম্বা আওট ওফ মরুপ ওইরগদি মরাল লৈগনি। অমনা-অমবু মতেং-পাংন্দুনা মরুপ-ওইবা থম্মু।'

ফ্রেন্ডগী মথক্তা সিন্সিয়র লৈবা ওই, অসুম্নদি ফ্রেন্ড লাপনা লৈরগসু হায়বা ওই মদুদি 'ঐহাক্কী ফ্রেন্ড অসিগুম্বনি। ঐহাক্কী মরমদা কৈদৌনুংদা ফত্তবা থন্বা ওইদে।' মদুগুম্না লোয়ন্বীগীসু ফত্তবা থল্লোইদবনি। মহাক ফ্রেন্ডদগী হেন্না হেন্বা ওইদব্রনে?

## [18] নুপীনা শিংদোকই নাপ-ওন্বগা লোয়ন্না

হৌজিক নুমিদাংদা লোয়ন্বীগা লোয়ন্না অদোমগী প্রোব্লেম থোকপা ওইরগদি, মদু ওইরগদি মহাক্কী *তন্ত*(কুইনা শাংনা অশাউবগী মৈরিনা চাক্তুনা লৈবা) অয়ুক ফাওবা লৈবা ওই, মরমদুনা অয়ুক্তা চা পীবা কান্দা য়ৈদুনা পী, অসিগুম্না। অদোম খঙবা ওই মদুদি *তন্ত* নি হৌজিক ফাও, ঈংথবা ওইদে। অসিগুম্না য়ৈবা, মদুগী মমীং *তন্ত*।

মসি মহাক্লা করি তৌবগে? মহাক্লা করিগীদমক অসিগুম্না তৌবগে? মহাক্লা অদোমবু নমথবা পাম্মী। অমসুং নংনা শাউবা ওইরগদি, মতমদুদা মহাক্লা খনগনি মদুদি হোয়, ওইরে, পেত্থাবা ওইরে। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা শাউবা ওইদ্রগদি মতুংদা মহাক্লা হেন্না তৌগনি।' অসিগুম্বা থৎন-লৌন্বগী মতুংদা মপুরোইবনা শাউবা তৌদ্রগদি, মদু ওইরগদি মতুংদা মনুংদা চংদুনা কোন ২-৩শিং অসিগুম্না থাদবা ওই। মদুদা কাং... মখোল থোকপা ওইরগদি মতুংদা মপুরোইবা শাউবা ওই। মদু ওইজরবসু করিগুম্বা শাউবা ওইদ্রগদি মচানুপাবু খুজিন্না শিক্তুনা কপহল্লি। মতমদুদা মহাক্লা শাউবা ওই, পাপা। 'নংনা অঙাংগী মতুংদা ইন্নরি, অঙাংবু মরক্তা করিগী পুরক্লিবনো? অসিগুম্বা মদুগুম্বা...' মসিদগী মহাক্লা খঙবা ওই মদুদি হম, মসি ঈংথরে।

নুপাদি থোকখিবশিংদু কাওবা ওই অমসুং নুপীশিংদি *নোনধ*(থম্মোয়দা ইশিন্দুনা থম্মী) পুন্সি চুপ্পা লৈবা ওই। নুপাদি চাম্বা-ওইবা ওই, থম্মোয়-চাউবা ওই, মরালবু ঙাকপীবা ওই, মরমদুনা মহাক্না কাউবা ওই তোল্লবশিং। নুপীশিংদি হায়বসু ওই মদুদি মদুগী নুমিত্তুদা অদোম্না অসিগুম্না ঙাংই, মদু ঐহাক্কী থম্মোয়দা য়ুদুনা লৈ। অরে! চহী 20 শুরগসু *নোনধ* তগৎ-তগৎ তেক্লা! মচানুপা চহী 20শুবা ওইরে, লুহোংবা মতীক চারে মদু ওইরগসু মহাক্না ৱাফমদু নীংশিংব্রা? পোৎ পুন্নমক পথবা ওই, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী পোৎশিং পথবা ওইদে! নুপীবু অদোম্না পীবা ওইরগদি মহাক্না মদুবু একজেক্ট মফমদা থম্বা ওই, থম্মোয়দা। মরমদুনা পীবা-লৌবা তৌগনু। লৈতে পীবা-য়াবা পোৎ মসিদা। চেকশিন্না লৈগদবা মদুগুম্বনি।

অম্মবা মতমদা নুপীবু অদোম্না ঙম্লিবমখৈ হায়রগসু, মদুগী রেস্পোন্সিবিলিটি লাক্কনি, মরমদি অদোমগী হকচাং ফরিবফাও, মদুফাওবা মহাক্না থাংবা ওই অমসুং পুক্নীংদা করি হায়বগে? মপাংগল শোল্লকান্দা, মতমদুদা জ্ঞান তাহনগনি। মখোয় পুন্নমকপু মপাংগল-শোন্বা ওইখ্রবশিংদু, মখোয় পুন্নমক্কী ভাব তাহনখ্রে। ঐহাক্না উবসু ওইখি। মরমদুনা ঐহাক্না মীয়াম্বু এডবাইস পীরি, 'তৌগনু ইবুংঙো। লোয়ন্বীগা লোয়ন্না থেংগায়ন্বা তৌগনু। লোয়ন্বীগা লোয়ন্না লমন-খুম্নবা থমহনগনু, নত্রগদি য়াম্না খুদোংথীনিংঙাই ওইগনি।'

ভারতকী নুপী জাতিদি সঙস্কারদা লাক্লগদি, মদু ওইরগদি মহাক্তি দেবীনি। তৌইগুম্বসুং মসিদি মপানগী সঙস্কার থেংবা ওইরি, মরমদুনা মৈহৌনা-শাউবা ওইরি হৌজিক। মৈহৌনা-শাউবা ওই! মরমদুনা শাস্ত্রা ইবশিংনা হায়রি মদুদি, '*(রমা রমাড়বী শহেল ছে, বিফরী তো মহামুশকেল থৈ জায়)*' *(নুপীবু শান্নবা-হরাওহন্বা অরাইবনি, শাউরগদি য়াম্না ৱানীংঙাই ওই)* অমসুং মহাক্না মৈহৌনা-শাউবা, অসিগুম্না তৌব্রা মীয়াম্না। মহাকপু লক্কদুনা খোইদৌ-চাকহল্লি অমসুং শাউরকান্দদি নুংশা-নুপীগুম্না ওইবা ওই। মসি ফাওবা য়ৌহল্লোইদবনি অদোম্না। পানখৈ থমগদবনি অমসুং করিগুম্বা নুপীবু প্রোব্লেম পীদুনা লৈরগদি কদায়দা চৎকনি মহাক তোল্লবী? মরমদুনা মহাক্না খোয়না-চৎপা ওই। অহান্বদা খোয়না-চৎপা ওই অমসুং মতুংদা মৈহৌনা-শাউবা ওই! মহাক্না মৈহৌনা-শাউবদি ওইরে! মরমদুনা মহাকপু লক্কবা তৌগনু। লেট গো তৌ।

অমসুং নুপীনা মৈহৌনা-শাউবা কান্দা মতমদুদা নহাক্কী বুদ্ধি চৎলোই, নহাক্কী বুদ্ধি মদুবু ফাজিন্বা ঙম্লোই। মরমদুনা মৈহৌনা-শাউবা তৌদন্বা, মদুগুম্না ৱারি শান্নৌ। মীৎতা নুংশিবনা পীকথন্না থম্মু। করিগুম্বা মহাক্না অসিগুম্বা-মদুগুম্বা হায়রগদি, মতমদুদা মহাক্তি নুপী জাতিনি, হায়বদি লেট গো তৌ। হায়বদি মীৎ অমদা মপুংফানা নুংশিবা থম্মু, অনীসুবা মীত্তুদা স্ত্রিক-ওইবা থম্মু, মদুগুম্না লৈগদবনি। দরকার ওইবা মদুগী মতমদুদা, মদুগুম্না। 100% স্ত্রিক-ওইবা নুংতিগী থল্লোইদবনি। মদুদি মীৎয়েং অমদা স্ত্রিক-ওইবগুম্না অমসুং মীৎয়েং অমদা দেবীগুম্না লৌ। জ্ঞান তারেদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মীৎয়েং অমদা স্ত্রিক-ওইবা অমসুং মীৎয়েং অমদা দেবী, মসি অনীসি এট-এ-টাইম করম্না লৈবা ঙমগনি?

**দাদাশ্রী :** নুপানা অসিগুম্বা পুন্নমক্তি হৈবা ওই! ঐহাক্না চহী 30-35গী ওইরম্মী, মতমদুদা য়ুমদা লাকপদা, মদুগী মতমদুদা হীরা বা(ইমা) মতোম্তা নত্তে, য়ুমথংনবগী নুপী পুন্নমকশিংনা ঐহাকপু য়েংলগদি মখোয়না মীৎ অমদা অকন্বা(স্ত্রিক -ওইনা)উবা অমসুং মীৎ অমদা খুরুমজনীংঙাই ওইবা উবা। মদু ওইরগদি নুপী পুন্নমকশিংনা কোকক্তা ফী খুমদুনা ফম্মী অমসুং অসুন্না টাইট ওই পুন্নমক। অমসুং হীরা বা দি ঐহাক্না য়ুমদা খোং-থাংজিন্দ্রিঙৈ মমাংদা কীবা ওই। খুঙুপকী মখোল তাবগা মদুদি কীবা ওই। মীৎ অমদা স্ত্রিক-ওইবা, মীৎ অমদা খোৎপা। মদু নত্তনদি নুপী চেকশিন্বা ওইদে। মরমদুনা হীরা *বা* না হায়দনা, দাদা করন্না তৌবগে?

**ৰাহং-হংলিবা :** অশাউবা খোয়মুগুম্বা।

**দাদাশ্রী :** 'অশাউবা খোয়মুগুম্বনি', অসিগুম্না অনম্বা কান্দা থম্মী। মহাকপু থজিক্তংফাও কীহন্বা তৌদে। য়ুমদা খোং-থাংজিনবগা মদুদি তুমিন। পুন্নমক বর্ফ কুম্না ঈংথবা ওই, খোংথুঙপ-মখোল তাবগা খুদক্তা!

স্ত্রিক-ওইবা করি মরমগীনো মদুদি মখোয়না খুদি-থীজিন্দনবা, মরমদুনা স্ত্রিক-ওইবা থম্মু। মরমদুনা মীৎ অমদা স্ত্রিক-ওইবা অমসুং মীৎ অমদা নুংশিবা থম্মু।

**ৰাহং-হংলিবা :** মরমদুনা সঙস্কৃত্তা হায়রি, 'য়ত্র নার্য়স্টু পুজ্যন্তে রমনতে তত্র দেবতা!'

**দাদাশ্রী :** হোয়, বস! মরমদুনা ঐহাক্না অসিগুম্না তৌবা কান্দুদা, মতমদুদা মীয়াম পুন্নমক্না ঐঙোন্দা হায়বা ওই, 'দাদা! অদোম নুপীশিংগী মাইকৈদা লৈবনি, পক্ষপাত ওইবনি?'

হৌজিক ঐহাক্না করি হায়বগে মদুদি, 'নুপীশিংগী পুজা তৌ', মসিগী অর্থ অসিগুম্না নত্তে মদুদি অয়ুক্তা চত্তুনা আর্তি তৌ। অসিগুম্না তৌরগদি মহাক্না নংগী থাও-শুমদোক্কনি। মসিগী অর্থ করিনো? মীৎ অমদা নুংশিবা অমসুং মীৎ অমদা স্ত্রিক-ওইবা থম্মু। হায়বদি পুজা তৌগনু। মদুগুম্বা মতীক-চাবা নত্তে। হায়বদি পুক্নীংদগী পুজা তৌ।

হায়বদি লোয়ন্বীদা হায়য়ু মদুদি 'নহাক্না ঐহাক্কা থৎন্নীংবথৈদু মদুথৈ থৎনৌ। ঐহাক্তি দাদানা থৎন্বা তৌগনু হায়। দাদানা ঐঙোন্দা আজ্ঞা পীরি। ঐহাক মসিদা ফমলি, নংনা করিগুম্বা হায়নীংবদু হায়য়ু হৌজিক।' অসিগুম্না মহাকপু হায়য়ু।

**ৰাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মহাক্না ঙাংলোইদনা মতুংদা।

**দাদাশ্রী :** দাদাগী মীং লাকপগা তুমিন্না লৈগনি। অতোপ্পা করিগুম্বা খুৎলায় শিজিন্নগনু। মসি খুৎলায় শিজিন্নৌ।

ইবেম্মা অমনদি ঐহাকপু হায়রম্মী মদুদি, 'লুহোংবা মতমদা মহাক য়াম্না মুকলম্মী।' ঐহাক্না হংলম্মী 'হৌজিক?' মতমদুদা হায়রম্মী, 'দাদাজী, অদোম নুপীগী চারিত্র পুন্নমক থঙবা ওই, ঐহাকপু করিগী হায়হল্লিবনো?' মহাক্না ঐঙোন্দগী করিগুম্বা নুংঙাইবা লৌগে হায়রগদি মতমদুদা ঐহাক্না মঙোন্দা হায়, 'ইবেম্মা সাহেব

কৌবীয়ু।' হায়বদি ইবেম্মা সাব হায়হল্লি মতমদুদা! 'মদুদা ঐহাক্কী করি ইরাল? অহান্বদা মহাক্কা ঐহাকপু ইবুংঙো সাব হায়হল্লি অমসুং হৌজিক ঐহাক্কা ইবেম্মা সাব হায়হল্লি।' জ্ঞান তাব্রা?

মসি পব্বর পায়বসু ওফিসতগী চোকথদুনা য়ুমদা লাকইদনা, মতমদুদা ইবেম্মা সাহেব করি হায়বগে? মদুদি 'পুং ১ মথায় থেংবা ওইরি, কদায়দা চৎলুবগে?' লো! মহাক্কী নুপীনা অমুক্তং মহাকপু কীহল্লম্মী। মতমদুদা অসিগুম্বা নুংশাগুম্বা মীওই, গুজারাত পুম্বনা কীবা মহাকপু, মহাকপুসু কীহল্লম্মী, য়েংউদনা! গুজরাত পুম্বদা কনাগুম্বনা মমীং লৌবা ঙমদবা, মহাকপু মহাক্কী লোয়ন্বীনা ঙাংবা থক্তা নত্তনা অমসুং মহাকপুসু কীহল্লম্মী! মতুংদা ঐহাক্কা মহাকপু নোংমা হংলম্মী, 'ইবেম্মা, নহাক্কী নপুরোইবনা মহাক্কা নহাকপু নতোম্তা থাদোক্লমদুনা নুমিৎ ১০–১৫ মপান্দা চৎলগদি?' মতমদুদা হায়বা ওই, 'ঐহাক্তি কীজে।' 'কনাগী কীবগে?' মতমদুদা হায়বা ওই, 'মনুংদা অতোপ্পা কাদা কোন-মথোল থোংলগদি, মতমদুদা ঐহাক্কী পুক্নীংদা অসিগুম্না ফাওই মদুদি ভুত লাকপা ওইরমগনি!' ঊচী অমনা গ্লাস মথোল থোকহল্লগসু কীবা ফাওই অমসুং মসি নপুরোইবা! নপুরোইবগী মরম্না নহাক্কা কীবা ফাওদব্রা। মদুগী নপুরোইবদুবু মতুংদা নহাক্কা কীহন্দুনা লৈ! কৈগুম্বা নপুরোইবা থাও-শুমদোকপা ওই!

মীওই অমনা লুপা লিশিং অহুমগী শাগোল লৈরক্লম্মী। অসুম্নদি নুংতীগী মদুগী শাগোলদুদা মপা ফমলম্মী। মহাক্কী মচানুপা চহী 24 শুরম্মী। নোংমা মচানা শগোলদা ফমদুনা পুথি মপালদা চৎলম্মী। মদুগী শগোলদুগা লোয়ন্না লক্করম্মী, হৌজিক শগোল লিশিং ৩০০০গী, মহাক্কা লোয়ন্না লক্কবা য়াব্রা? মহাক্কা লোয়ন্না লক্কবা তৌরোইদবনি। মহাক্কা লোয়ন্না লক্কবা তৌরোইদবনি। মহাকপু মহাক্কী শাজৎতগী চৎহন্বা মথৌ তাই। মদুদা মহাক্কা লক্কবা তৌরম্মী, মদুদা শগোলনা য়াংনা চোকখৎতুনা মথোং অনীদা লেপ্লম্মী অমসুং মদুগী মচানুপা অদু তাথিরম্মী। পোৎয়োম মথাদা তাথিরম্মী। হৌজিক মদুগী পোৎয়োম য়ুমদা লাক্তুনা করি হায়বগে মদুদি 'মসি শাগোমবু য়োন্থোকখো, শগোম ফতবনি।' মহাক্কা ফমবা হৈতে অমসুং শাগোলগী মরালপু থোক্লি! য়েংউ, মসি মহাক্কী মপু! মসি মপু পুন্নমক! মতুংদা ঐহাক্কা হায়, 'হোয়, মদুগী শাগোলদু ফত্তে, মসি লিশিং অহুমগী শাগোল!' অরে, নহাক্কা তোংবা হৈতে, মসিদা শাগোলবু করিগী মমীং চেন্থহল্লিবনো? শাগোলদা তোংবা হৈতে হায়গদবনি? মসিদা শাগোলবু মমীং চেন্থহল্লিব্রা?

অমুক্তং মপুরোইবনা করিগুম্বা লোয়ন্বীগী ময়োক্তা তাথীনা ঙাংলগদি মহাক্কী মতীক মগুণ লৈররোই। অদোমগী য়ুম ফজনা চৎথবা, অঙাংশিং ফজনা লাইরিক তম্বা, করিগুম্বা ৱাফমগী প্রোব্লেম লৈতবা অমসুং অদোম্না মদুদা ওন্না উরগদি অমসুং অদোম্না মরম লৈতনা ময়োক্তা লৈরগদি, মতমদুদা অদোমগী কোককী নাপ নুপীনা লৌবা ওই মদুদি মঙোনদি করিসু ডেবেলপমেন্ট লৈতে।

অদোম্না নুপীশিংগা লোয়ন্না 'ডীলিঙ্গ' তৌবা হৈতে। অদোম্না ললোন-ঈতীক তৌবশিংগা করিগুম্বা কস্টমরশিংগা ডীলিঙ্গ তৌবা হৈত্রগদি মথোয় অদোমগী নাক্তা লাক্লরোই। মরমদুনা মীয়াম্না হায়দনা মদুদি 'সেল্স মেন অফবা থম্মু?' অফবা,

হৈ-শিংবা সেল্সমেন ওইরগদি মীয়াম্না মমল থরা হেন্না পীবা ওই। মদুগুম্না অদোম্না নুপীগা লোয়ন্না 'ডিলিঙ্গ' তৌবা হৈগদবনি।

নুপী জাতিকী মরম্না জগতকী মসি পুন্নমক ফজবনি, নত্রগদি য়ুমদা সাধুদগীসু হেন্না ফত্তবা ফীবম ওইগনি। অয়ুক্তা শুমচীৎ-শীৎপসু শীৎলোয়! চাগীসু মফম মতম চারোই! মসিদি ৱাইফ লৈ, মরমদুনা মহাক্না হায়বদুদা, মদু ওইরগদি অয়ুক্তা থুনা-থুনা ইরুজবা ওই। মদুগী মরম্না লেমজবা পুন্নমক্নি। অমসুং মহাক্কী লেমজবা অদোমগী মরমদগীনি।

নুপী হায়বদি সহজ প্রক্রুতি। মপুরোইবনা করোড় ৫ গী অমাংবা ওইরগদি, মদুদা মপুরোইবনা নুমিৎ-চুপ্পা চিন্তা তৌবা ওই। দুকানদা অমাংবা ওইরগদি য়ুমদা লাক্কুনা চাবা থকপসু ওইদে, তৌইগুম্বসুং লোয়ন্বীদি য়ুমদা লাকপগা হায়গনি, 'য়েংউ, হৌগৎলো, হৌজিক য়াম্না চীন্তা তৌগনু, অদোম্না চা থক্লো অমসুং পোত্থদুনা চাক চারো।' হৌজিক তংথায় পার্টনরশিপ ওইরকান্দফাও মহাক্না চীন্তা করিগী ওইদ্রিবনো? মরমদি মহাক *সাহজিক* নি। মরমদুনা মসি *সহজ* কা লোয়ন্না লৈরগদি, মদু ওইরগদি হীংগনি, নত্রগদি হীংবা ঙম্লোই। অমসুং করিগুম্বা নুপা অনী লোয়ন্না লৈমিন্নরগদি শিগনি অমনা-অমগী মমাংদা। হায়বদি নুপীদি *সহজ*নি, মরমদুনা য়ুমদা মসি নুংঙাইবা লৈরি থরা-থজিক।

নুপীদি দেবী শক্তিনি, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা নুপানা খঙলগদি থবক ওইগনি। নুপীগী মরাল নত্তে, অদোমগী ওন্ন-তৈন্না খঙবগী দোষনি। নুপীশিংদি দেবীশিংনি, মখোয়বু দেবী খুবমদগী মথাদা থাংথগনু। 'দেবীনি,' হায়দনা। অমসুং উত্তর প্রদেস্তদি কয়া অমা লাকখ্রে 'লাক্লো দেবী' হায়বা ওই। ঙসিসু হায়নরি, 'শরদা দেবী লাক্লে, মদুগী দেবী, মণী দেবী লাক্লে!' করিগুম্বা মফমশিংদা হাইদ্রনে?

অমসুং নুপা ৪ করিগুম্বা লোয়না-লোয়ন্না লৈমিন্নবা, মদু ওইরগদি মীওই অমনা চাক থোংগনি, মীওই অমনা... মদুগী য়ুমদুদা চাউখৎপা ওইদে। নুপা অমা অমসুং নুপী অমা লৈবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি য়ুম ফজবা ওই। নুপী লৈতেংবসি য়াম্না ফজনা তৌই।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম নুপীশিং থক্তগী পক্ষ(মীচং) চংবীগনু।

**দাদাশ্রী :** ঐহাক্না নুপীশিংগী মীচং চংদে। মসি নুপাশিংগীসু মীচং চংই। অসুম্না নুপীশিংনা মাল্লি মদুদি ঐখোয়গী মীচং চংলি, তৌইগুম্বসুং থাগৎপদি নুপাশিংগী তৌই। মরমদি ফেমিলিগী মপু অদোম্নি। শী ইজ নোট দ ওনর ওফ ফেমিলি, য়ু আর ওনর। (মহাক ইমুংগী মপু নত্তে, অদোম মপুনি)। মীয়াম্না মুম্বৈদা হায়দনা, 'করিগী অদোম্না নুপাশিংগী মীচং চংদ্রিবা অমসুং নুপীশিংগী মীচং চংলিবা?' ঐহাক্না হায়, 'মহাক্কী মবুক্তগী মহাবীর পোকপা ওইরি, নহাক্কী পুক্তগী কনাবু পোক্কগে? মরম লৈতনা নংনা লৌদুনা ফমলি?'

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইজরবসু, অদোম নুপীশিংগী য়াম্না মীচং চংলি। অসিগুম্না ঐখোয়না থল্লি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদু থজিক্তং ঐঙোন্দা *আক্ষেপ*(মরাল শীবা)নি, মফম খুদিংমক্তা তৌবা ওই। মদু মীয়াম্না ঐহাক্কী মথক্তা শীরি, তৌইগুম্বসুং লোয়ন্না নুপাশিংবু অসিগুম্বা জ্ঞান পীরি মদুদি মতুংদা নুপীশিং মহাক্কী ইকায়-খুম্নবা ওই। অসিগুম্বা ব্যাবস্থা শেম্বীবা ওই। মসি নত্তবদা য়েংবদা অসিগুম্না মাম্বা ওইরি মদুদি নুপীশিংগী ইকায়-খুম্নবা তৌরি, তৌইগুম্বসুং তাশেংবদদি মনুংদদি নুপাশিংগীদমক ওইবা ওই। হায়বদি মসি পুম্নমক, করম্বা ব্যাবস্থা তৌগনি, মদুগী লম্বী লৈগদবনি। অনীমকপু অপেন্বা ওইগদবনি।

ঐহাক্তি(ব্যাবহারদা)নুপীশিংগা লোয়ন্নসু য়াম্না নুংঙাইবা অমসুং নুপাশিংগা লোয়ন্নসু মদুগা চপ-মান্ননা নুংঙাইবা ওইবা ওই। তৌইগুম্বসুং তাশেংবদদি ঐহাক্তি নুপীশিংগী মাইগেদা নত্রগা নুপাশীংগী মায়গেদা লৈতে। অনীমক্না ফজনা সংসার চালাইয়ু। হান্নগী মীওইনা নুপীশিংবু মখাদা পুথখি। নুপীশিংদি হেল্লিঙ্গনি। মহাক লৈত্রগদি নহাক্কী য়ুম করম্না চৎকনি?

## [19] লোয়ন্বীগী কমপ্লেনশিং

নংনা কমপ্লেন তৌরগদি নং কমপ্লেন তৌবা ওইরগদি। ঐহাক্তি, কমপ্লেন তৌবা লাকপা মহাকপু মরাল লৈবা ওইনা লৌই। নংনা কমপ্লেন তৌম্বগী মতম করিগী লাক্লিবনো? কমপ্লেন তৌবশিং অনম্বদদি মরাল লৈবা থক্তা ওই। মশামক মরাল লৈবা ওইবা, মতমদুদা কমপ্লেন তৌবা লাকই। নংনা কমপ্লেন তৌরগদি নং কমপ্লেন তৌবা ওইরগনি অমসুং মাংদা লৈরিবদুনা মরাল লৈবা ওইরগনি। মরমদুনা মহাক্কী মীৎয়েংদা নং মরাল লৈবা ওইগনি। মরমদুনা কনাগুম্বগী ময়োক্তা কমপ্লেন তৌগনু।

মদুবু য়েন্থোক্লগদি অদোম্না পুরিনৌ মরমদি মশীং শুন্য(জিরো) ওইনবা। মাংদা লৈরিবদুগী অসিগুম্না থম্বা মদুদি মহাক্না ঐহাকপু অসিগুম্না হায়রি, মদুগুম্না হায়রি, মদু মরালনি। লম্বীদা চৎপা মতমদা ফক্লাং থেংগায়রগদি মহাকপু করিগী চৈদবগে? উপাম্বীবু জড়(থৱায় পান্দবা)করিগী হায়রিবনো? থেংজিন্বশিংদু, মখোয় পুম্নমক অশংবা উপালশিংনিদনা? ষণগী মখোং অদোমদা নেৎলগদি অদোম মহাকপু করিগুম্বা থরা হায়ব্রা? অসিগুম্বা মসি মীওই পুম্নমক্কীনি। 'জ্ঞানী পুরুষ' পুম্নমকপু ঙাকপীবা করম্না পীবগে? মহাক্না থঙবা ওইরি মসি পুম্নমক (মীয়াম্না) থঙদে, উগুম্বনি। থঙবশিংনদি হায়বগী মথৌ তাদে, মহাক্তি খুদক্তা মনুংদা প্রতিক্রমণ তৌবা ওই।

মপুরোইবনা ইকায়বা পীরগদি, মদু কান্দা করি তৌবগে মতুংদা? মরাল শীব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগুম্না তৌবা য়াব্রনে? মদুগুম্না থোকপ্রনে?

**দাদাশ্রী :** মতমদুদা করি তৌবগে? 'ঐহাক্কী আশীর্বাদনি' হায়দুনা তুম্মু! ইবেম্মা, নংনা তুমগদ্রা নত্রগা পুক্নীংদা তাথীবা-ৱাহৈনা চৈদুনা লৈগদ্রা? পুক্নীংদা থক তাথীনা ঙাংদুনা লৈব্রা।

অমসুং মতুংদা লিশিং ৩০০০গী সাড়ী উরগদি য়ুমদা লাক্তুনা মমায় পোমথোকপা ওই। অসিগুম্না উবদা অদোম্না হংউ, 'করিগী অসিগুম্না তৌরিবনো?' মহাক্না সাড়ীদা মাংবা ওইথিরম্মী। লৈদুনা পুরক্লবা কান্দা, মতমদুদা থাদোকপা ওই, নত্রগদি মদু ফাওবা থৎনবদু থাদোকপা ওইদে। অসিগুম্না তৌরোইদবনি।

লোয়ন্বীনা হায়গনি মদুদি, 'মসি ঐখোয়গী সোফাগী ডিজাইন ফজবা ওইদে। অদোমগী মরুপকী মদুদা চৎলুইদনা, মখোয়গী ডিজাইন কয়াদা ফজখ্রবা!' অরে, মসি সোফা, অসিদা নংনা নুংঙাইবা ফংদব্রনে? মতমদুদা হায়বা ওই মদু, 'ফংদে, ঐহাক্না মদুদা উথিবা, মদুদা নুংঙাইবা ফাওই।' মতুংদা মপুরোইবনা মদুগুম্বা সোফা পুরকপা মথৌ তাই! হৌজিক মহাক্না অনৌবা পুরকপা অমসুং করিগুম্বা নুমিত্তা মচানা ব্লেডনা ক্কথৎলগদি অমুক-হন্না মনুংদা আত্মা ক্কথৎপগুম্না ওইবা ওই! অঙাংনা সোফা ক্কথৎপ্রা নত্রগা ক্কথৎতব্রা? অমসুং মদুগী মথক্তা চোংদুনা শান্নেদনা? অমসুং চোংবা মতমদুদা থল্লু মহাক্কী থবাক্তা চোংলিবগুম্না, অসিগুম্না মাল্লি! হায়বদি মসি মোহনি। মদুগী মোহ অদুনা অদোমবু চীক-চীক্তুনা থাও-শুমদোক্কনি।

কান্নদবদা মপোক মাংবা ওই মসিদদি অমসুং অনীসুবদা, নুপীশিংদা হায়রি মদুদি শোপিঙ্গ তৌগনু। শোপিঙ্গ থিংজিল্লু। মসিদি ডালর লাকপগা মদুদি...অরে, দরকার ওইদ্রগদি করিগী লৌরিবনো, য়ুজলেস? করিগুম্বা অফবা লম্বীদা পৈশা চৎপা ওইগদবনি নত্রগা চৎলোইদ্রনে? কনাগুম্বগী ফেমিলিদা অৱাবা ওইবা, মখোয় তোল্লবশিংগী লৈতবা অমসুং ৫০-১০০ ডোলর পীরগদি কয়াদা নুংঙাইবা ফাওগনি! অমসুং শোপিঙ্গদা কান্নদবদা খর্চ তৌবা অমসুং য়ুমদা পুন্নমক তাদুনা লৈবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মতুংদা নুপীশিং *ত্রাগা* (ইশাগী পুক্কীংনা পাম্বা মদুগুম্না/ ৱাবু য়াম্বগীদমক তৌবা ওইবা নাটক) তৌবা ওই!

**দাদাশ্রী :** *ত্রাগা* দি নুপীশিংনা তৌদে, অপং নুপানা তৌই।

হৌজিক কালদি মীয়াম্না য়াম্না তৌইদনা। ত্রাগা হায়বদি করিনো? মশাবু করিগুম্বা নুংঙাইবা ফুগৎন্বগীদমক মাংদা লৈরিববু কীহন্দুনা নুংঙাইবা ফুগৎপা, *ধার্য়ু* (পুক্কীংনা পাম্বা মদুগুম্না) তৌহল্লি!

**ৱাহং-হংলিবা :** মফম পুন্নমক্তা নুপীশিংগী দোষ করিগী উরিবনো অমসুং নুপাশিংগী উবা ওইদে?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, নুপাশিংগী খুত্তা কানুন(অচুম-অরান) লৈরম্মী, মরমদুনা নুপীশিংগী থক অমাংবা তৌরি।

মসি লাইরিকশিংদি নুপাশিংনা ইথিরম্মী, মরমদুনা নুপাশিংবু থক মমাংদা থাহল্লি। নুপীশিংবু লৌথোকখি। মদুদা মহাক্না মহাক্কী বেল্যু মাংহনখি। হৌজিক, চৈনসু মদুগা চপ-মান্ননা চারি। নর্ক তসু মখোয় থক চৎপা ওই। মসিদগী নর্কতা চৎপা ওই। নুপীশিংদা অসিগুম্না লৈতে। ফনমক নুপীগী প্রক্রুতি তোঙান্বা ওই তৌইগুম্বসুং মহাক্কী প্রক্রুতিগী মথা-পোন্না মদুসু মহৈ পীরি অমসুং মসিসু মহৈ পীরি। নুপীগী অজাগ্রত প্রক্রুতিনি। অজাগ্রত হায়বদি সহজ(নেচররেল) প্রক্রুতি।

**ৱাহং-হংলিবা :** করম কানফাও ঐখোয়না অসিগুম্না থাংগনি?

**দাদাশ্রী :** থাংবদগীদি শক্তি য়াম্না হেঙ্গৎপা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি অসিগুম্না থাংদুনা লৈগদবা, অসিগুমৱা?

**দাদাশ্রী :** থাংবা তৌবগী মহুত্তা মদুদা খন্থবা ফগনি। খন্দুনা মদুগী সোল্যুশন পুথোকউ। মসি নত্তনা থাংবা মরালনি। য়াম্না থাংলগদি, মতুংদা স্প্রিঙ্গগুম্না পায়থোকই মতুংদা, মহাক্না য়ুম পুন্নমক্তু মফম-মরাং খঙহনদে। থাংবদি স্প্রিঙ্গনি। স্প্রিঙ্গদা লোড থাংগৎলোইদবনি কৈদৌনুংদা। মদুদি, মতম খরাগীদমক ফৈ। হৌজিক লম্বীদা লাকপা কনাগুম্বগা লোয়ন্না করিগুম্বা থোক্লগদি মতমদুদা, মদুদা খরা মসি স্প্রিঙ্গ শিজিন্নগদবনি। মসিদা য়ুমগী মীয়ামশিংদা 'লোড' থাংগৎলোইদবনি। য়ুমগী মীয়ামগী থাংলগদি করি তৌগনি? স্প্রিঙ্গ চোংথোক্কনি মদুদি।

**ৱাহং-হংলিবা :** থাংবগী লিমিট কদায় ফাও থমগনি?

**দাদাশ্রী :** মদুগীদি লিমিট অমফাও থাংবা ওইয়ু। মতুংদা খন্থদুনা খঙদোকউ মদুদি করিনো মসি তাশেংবদা। খন্থবদা খঙগনি মদুদি মসিগী মতুংদা করিনো! থাংদুনা থক লৈরগদি স্প্রিঙ্গ চোংথোক্কনি। খন্থবগী মথৌ তাই। ৱাখল খন্দবা মরম্না থাংবা ওইরি। খন্থরগদি খঙবা ঙমগনি মদুদি মসিদা অশোয়বা কদায়দগী থোক্লিবনো! মদুদগী মসিগী পুন্নমক সোল্যুশন লাক্কনি। মনুংদা মশিং-থীঙমদ্রবা শক্তি লৈ, মশিং থিঙমদ্রবা শক্তি! অদোম্না নীবথৈদু, মদুগী শক্তি ফংবা য়াবা মদুগুম্বনি। মসিদি মনুংদা শক্তি থীজিন্বা ওইদে অমসুং মপান্দা শক্তি থীবা ওইরি। মপান্দা করম্বা শক্তি লৈবগে?

থাংবা থক্তদগী য়ুম খুদিংদা পোথায়বা ওই। ঐহাক্না কদায় ফাও থাংগনি, পুক্নীংদা অসিগুম্না লৌরি। মসি নত্তবদা, খন্থদুনা লম্বী থীদোক্কদবনি। সনয়োগ ফংবদু, সঙয়োগ মহৌশাগী শেমশাবদু, মঙোনদগী নংনা হৌজিক মতৌ করম্না নান্থোকপা ঙমগনি? অনৌবা লমন-খুন্নবা পুনশিন্দনবা অমসুং অরিবা লমনবু নান্থোক্কে হায়রগদি মদুগী লম্বী থীদোক্কদবনি। মসি মপোক অসি লমন শিংদোক্লবনি, অমসুং লমন শিংদোক্লবগী লম্বী লৈ; 'মীপুম খুদিংগা লোয়ন্না সমভাব তগী *নিকাল* তৌ!' মতুংদা য়েংউ অদোমগী অঙাং কয়াম্না সংস্কারি ওইগনি!

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্কী ইমান্নবীগী ৱাহংনি মদুদি মহাক্কী মপুরোইবা অনম্বা মতমদা মঙোন্দা শাউবা ওই, মদু ওইরগদি মসিগী মরম করিনো?

**দাদাশ্রী :** মদুদি ফৈদনা। মীয়াম্না শাউবা ওইবা, মদুগী মহুত্তা মপুরোইবা ওইরগদি, মদু ফৈ। য়ুমগী মীওইনিদনা!

অসিগুম্বনি, মসি য়োৎসুবা মীয়াম করিগুম্বা অচৌবা য়োৎ ওইরগদি অমসুং মদুবু কোনগে হায়রগদি, মতমদুদা শাহল্লি। করিগী তৌরিবনো? অসিগুম্না ঈংদুনা, কোম্বা য়াদবা মদুগুম্না ওই, মরমদুনা য়োৎপু শাহল্লবা মতুংদা কোম্বা ওই। মহাক্না মতুংদা নুংথংনা অনীরক থাবা, মদু থক্তদা কোম্বা ওই। ঐখোয়না শাগদবা মদুগুম্না শেমবা ওই। পোৎ খুদিংমক শাবা মতমদা কোম্বা ওই অনম্বা কান্দা।

শারিবদুখৈ মদুখৈ অশোন্বা অমসুং অশোন্বা হায়বদি নুংথাংনা ১–২ থাবগা মদুগী মপুরোইবা মদুগুম্বা ডিজাইন অদোম্না পাম্বা, মদুগুম্না ডিজাইন শেমগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** করম্বা ডিজাইন শেমগদগে, দাদা? খুত্তা লাক্লবা মতুংদা করিবু?

**দাদাশ্রী :** অদোম্না শানীংবা অদুগুম্না মদুগুম্না শাবা য়াই ডিজাইন। ইশাগী ইপুরোইববু তেনৌৱগুম্না শেম্বা ওই। লোয়ন্বীনা হায়, 'লাক্লে রাম', মতমদুদা মহাক্লসু হায়গনি, 'লাক্লে রাম'। 'চৎখ্রে রাম' ঙাংলগদি মহাকসু হায়গনি, 'চৎখ্রে রাম।' অসিগুম্না তেনৌৱগুম্না ওইরগনি। তৌইগুম্বসুং মীয়াম্না নুংথংনা য়েবা হৈতেদনা! মদু পুন্নমক অশোন্বশিংনি। শাউবা ওইবা, অশোন্বনি।

অদোম চৎপা ওইবা অমসুং য়ুমথক্তগী কোক্তা নুং অমা তারগদি, অমসুং ঈ-থোক্লগদি, মদু ওইরগদি মদুগী মতমদুদা য়াম্না শাউবা তৌগদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌরোই, মদুদি হেপন (থোকপা)নি।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, তৌইগুম্বসুং মদুদা করিগী শাউবা তৌদ্রিবনো? অদোম্না কনাগুম্ববু উবা ওইদে, মদু ওইরগদি শাউবা করম্না লাক্কনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বনা থংনা–থংনা থোম্বা নত্তে।

**দাদাশ্রী :** হায়বদি ঐখোয়গী নাক্তা কন্ট্রোল লৈ শাউবগী। হায়বদি ঐখোয়না অসিগুম্না থনবা ওই মদুদি থংনা–থংনা কনাগুম্বনা থোম্বা নত্তে মদু ওইরগদি মদুদা কন্ট্রোল থম্বা ঙম্মী। কন্ট্রোলদি লৈরি। মতুংদা হায়রি, 'ঐহাক্না শাউবা লাকপা ওই।' অরে, মদুদা করিগী লাক্ত্রিবনো? পুলিস ওইবশিংগা, পুলিস ওইবশিংনা কীহন্বা মতমদা, মদুগী মতমদুদা করিগী শাউবা ওইদ্রিবনো? মহাক্না লোয়ন্বীদা শাউবা ওই, অঙাংশিংদা শাউবা ওই, য়ুমথংন্বগী মথক্তা, 'অন্ডরহেন্ড', (মখা-পোন্বা) মথক্তা শাউবা ওই, তৌইগুম্বসুং 'বোস'(মথক থোংবা)কী মথক্তা করিগী শাউদ্রিবনো? অশাউবা মীওইবদা লাকপা ঙমদে। মসিদি মহাক্না মশাগী *ধার্য়ু* (পুক্নীংনা পাম্বা) তৌন্বনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** য়ুমদা নত্রগা মপানদা ফ্রেন্ডশিংগা, মফম পুন্নমক্তা, মীওই খুদিংগী মোৎ তোঙান-তোগান্বা ওই অমসুং মদুদা ঐখোয়গী ধার্য়ু ওইবা ওইদ্রগদি মতুংদা ঐহাক্না শাউবা ওই, মতমদুদা করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মীয়াম পুন্নমক্না মশাগী ধার্য়ু তৌবা চৎলগদি, মতমদুদা করি থোক্কনি? অসিগুম্বা ৱাখল করিগী লাক্লিবা? খুদক্তা অসিগুম্বা ৱাখল লাক্কদবনি মদুদি পুন্নমক্না করিগুম্বা মশাগী ধার্য়ু তৌবা চৎলগদি, মদু ওইরগদি মসিদা ইমাংমক্তদা কোন–থুগায়গনি অমসুং চান্নবসু অমত্তা লৈররোই। মরমদুনা ধার্য়ু কৈদৌনুংদা তৌগনু। অপাম্বা থম্বা তৌগনু মরমদি মদুদগী ওন্নবা থোক্তন্বা। মথৌনা লৈবদুনা মহাক্না অপাম্বা থমগনি, অসিগুম্না থম্মু।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না ফনা-য়াম্নমক তুমিন্না লৈরগসু, তৌইগুম্বসুং নুপানা শাউবা ওই, মতমদুদা ঐখোয়না করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মহাক্কা শাউজরগসু অমসুং থৎনগে হায়রগদি অদোমসু শাউবা ওইয়ু, নত্ৰগদি লেপলো। ফিলম লোয়শিনগে হায়রগদি ঈংথবা ওইয়ু অমসুং ফিলম লোইশিনলোই হায়রগদি নুমিদাং চুপ্পা চৎথহল্লু। কনানা থীংবগে? পামবা ওইব্রা ফিলম?

**ৱাহং-হংলিবা :** ওইদে, ফিলম পামবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** শাউদুনা করিবু তৌগনি? মীওইবনা মশামক্না শাউবা ওইদে। মসিদি মেকেনিকল এডজস্টমেন্ট শাউবা ওই। মশামক শাউবা তৌদে। মশাবু মতুংদা পুক্নীংদা পছতাবা (পেনজদবা) ফাওই মদুদি শাউরমদ্রগদি ফারমগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুবু ইংথন্বগী উপায় করিনো?

**দাদাশ্রী :** মদুদি মশীন-শাবা ওইবা, মদুবু ইংথহনগে হায়রগদি ঙৈহাক থম্মু, মশা-মতোম্তা ঈংথবা ওইগনি অমসুং খুৎনা থেংবা অমসুং মহাকপু লকনবা তৌরগদি ঐখোয় চাকপা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐ অমসুং ঐহাক্কী ইপুরোইবগী মরাক্তা শাউবা অমসুং থৎন্বা থোকপা ওই। ৱাতা-খোন্দা থোকপা ওই, মদু ওইরগদি করি তৌগনি ঐহাক্না?

**দাদাশ্রী :** শাউবা নংনা তৌব্রা নত্ৰগা মহাক্না? শাউবা কান্না তৌবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাক্না তৌবা ওই, মতুংদা ঐঙোন্দগীসু থোকপা ওই।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি অদোম মনুংদা ইশাবু চৈয়ু, 'করিগী নহাক্না অসিগুম্না তৌরিবনো?' তৌথিবদু মদু ফুগৎপদি মথৌ তাইদনা! তৌইগুম্বসুং প্রতিক্রমণ(পেনজবা) তৌবদগী দোষ পুম্নমক মাংবা ওইগনি। নত্ৰগদি ঐখোয়না পীথিবা অৱাবদুবু মতুংদা ঐখোয়না ফুগৎপা মতৌ তাইদনা। তৌইগুম্বসুং প্রতিক্রমণ তৌবদগী থরা ইংথবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মপুরোইবা-লোয়ন্বীগী মরাক্তা থজিক্তং শাউবদি থোকপা ওইগদবনিদনা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অসিগুম্বা করিগুম্বা কানুন(লো) লৈতে। মপুরোইবা-লোয়ন্বীগী মরক্তদি য়াম্না শান্তি লৈগদবনি। অৱাবা নংলগদি, মখোয় মপুরোইবা-লোয়ন্বী ওইদে। ফ্রেন্ডশিপতা থোকপা ওইদে। অশেংবা ফ্রেডশিপতা থোকপা ওইদে। মতুংদা মসিদি খ্বাইদগী অচৌবা ফ্রেডশিপনি! মসিদা থোকহল্লোইদবনি। মসিদি মীয়াম্না নম-হাদুনা হাপচিন্বা মদুদি নিয়ম অসিগুম্বনি, হায়রি! মপুরোইবা-লোয়ন্বীগী মরাক্তা থজিক্তংফাও থোকহল্লোইদবনি, অমসুং অতোপ্পদা থোক্লগসু।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়গী শাস্ত্রাশিংদা ইবা ওইরি মদুদি নুপীনা মপুরোইববু পরমেশ্বরগা চপ-মান্না লৌগদবনি অমসুং মহাক্কী আজ্ঞাগী মতুং ইন্না চৎকদবনি, মদু ওইরগদি হৌজিক মসিগী মতমসিদা মসিগী য়াথংইন্বা করম্না তৌগনি।

**দাদাশ্রী :** মদুদি মপুরোইবা করিগুম্বা রামগুম্বা ওইরগদি, মতমদুদা ঐখোয় সীতা ওইগদবনি। মপুরোইবনা খোয়বা ওইরগদি, মদু কান্দা ঐখোয়না খোয়দ্রগদি

মদু ওইরগদি করম্না চৎথবা য়াগনি? চুম্না-লৈবা ঙম্লগদি অথোইবা, তৌইগুম্বসুং চুম্না-লৈবা ঙমদেদনা। মীওইবা মতৌ করম্না চুম্না-লৈবা ঙম্বগে? হঙ্গিন-হঙ্গিন অৱাবা পীদুনা লৈরি। মতুংদা লোয়ন্বীসু করি তৌগনি তোল্লবী? মহাক্তি, মপুরোইববু মপুরোইবগী ধর্ম পাংথোক্কদবনি অমসুং লোয়ন্বীনা লোয়ন্বীগী ধর্ম পাংথোক্কদবনি। করিগুম্বা মপুরোইবগী মরাল থরা লৈরগদি মদুবু য়াদুনা চৎপা, মদুবু 'লোয়ন্বী' কৌগনি। তৌইগুম্বসুং হল্লক্তুনা মহাক্না অদুক্কী মতীক চৈরগদি, মতমদুদা মসি লোয়ন্বী করি তৌগনি তোল্লবী?

**ৱাহং-হংলিবা :** মপুরোইবদি পরমাত্মানি, মদু লানব্রা?

**দাদাশ্রী :** ঙসিগী মপুরোইবশিংবু পরমাত্মা লৌরগদি, মদু ওইরগদি ঙাওদুনা চৎকদবা মদুগুম্বনি!

**ৱাহং-হংলিবা :** অসুম্না হেক্তা মপুরোইববু পরমেশ্বর হায়গদ্রা? মহাক্কী নুংতিগী দর্শন তৌগদ্রা? মহাক্কী চরণাম্রুত থক্কদ্রা?

**দাদাশ্রী :** লোয়ন্বীনা মহাকপু পরমেশ্বর হায়বা, তৌইগুম্বসুং মহাক্না শিরোইদৌবা ওইদ্রগদি, মদু ওইরগদি পরমেশ্বর। শিগদৌবা ওইরিবদুবু, মহাকপু করম্না পরমেশ্বর! মপুরোইবা পরমেশ্বর কদায়দা হায়গনি? মসি মতমসিগী মপুরোইবা পরমেশ্বর ওইরমগদ্রনে?

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্তি নুংতিগী খোয়রম্বা ওই ইপুরোইবগী।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্না তৌদুনা মপুরোইববু নমথাক তৌরমগনি। মপুরোইববু নমথাক তৌরমগনি মখোং-শোক্তুনা। মপুরোইবা হায়বদি মপুরোইবা অমসুং পরমেশ্বর হায়বদি পরমেশ্বর। মদুগী মপুরোইবনবু কদায়দা হায়বগে মদুদি 'ঐ পরমেশ্বরনি'? 'ঐদি নপুরোইবনি' অসিগুম্না হায়দনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, 'নপুরোইবনি' অসিগুম্না হায়বা ওই।

**দাদাশ্রী :** হ..., অসিগুম্নদি ষণগীসু মপুরোইবা লৈ, পুন্নমক্কী মপুরোইবা লৈ। আত্মা থক্তা পরমেশ্বরনি, অশেংবা আত্মা!

**ৱাহং-হংলিবা :** চরণাম্রুত থকপা য়াব্রা?

**দাদাশ্রী :** ঙসিগী মীয়াম, নমথীবা ওইবা মীওইবশিংগী চরণাম্রুত করম্না থক্কনি! মসি মীওইবা মনম-নমথীবা ওই, অসিগুম্না ফম্বা ওইরগসু, মদু ওইরগসু মনম-নমথীবা ওই। মদুদি হান্না মনম-নুংশীবা মীয়াম ওইরম্মী, মতমদুগী ৱাফম তোঙাল্লি। ঙসিদি মীওই পুন্নমক মনম চেন্বা ওই। ঐখোয়গী কোকচীকপসু ওই। য়ানা-য়ান্বা তৌদুনা উৎকদবনি মদুদি মপুরোইবনি-লোয়ন্বীনি ঐখোয়।

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক্তি পুন্নমক্না মদু কেন্সল তৌবা ওইরি, দাদা। হৌজিক পুন্নমক লাইরিক-লাইসু তম্বা ঙাক্তনিদনা, মরমদুনা পুন্নমক্না মদুগী পরমেশ্বর থুবম লৌথোকখ্রে।

**দাদাশ্রী :** মপুরোইবা পরমেশ্বর ওইদুনা ফমলি, য়েংউদনা! মহাক্কী মথুৎতা লাইরিক ইনবগী সত্তা। মরমদুনা কনানা হায়গদৌবা লৈবগে! মায়গৈ অমথক তৌরিদনা? অসিগুম্না তৌরোইদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঙসিগী নুপীশিং মশাগী মপুরোইববু হান্নগী নুপীগুম্না ইকায়খুম্নবা তৌবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** হোয়, হান্নগী মপুরোইবা 'রাম'ওইরম্মী অমসুং হৌজিক 'মরা'নি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি হায়ব্রা য়মরাজ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মপুরোইবগী মথক্তা লোয়ন্বীগী থৌদাং করিনো, মদু খঙহন্বীয়ু।

**দাদাশ্রী :** নুপীবু মতম চুপ্পদা মপুরোইবগী মথক্তা সিন্সিয়র লৈগদবনি। মপুরোইবনা লোয়ন্বীদা হায়গদবনি মদুদি 'নংনা সিন্সিয়র লৈত্রগদি ঐহাক্কী কোক শোয়বা ওইগনি।' মহাকপু মীৎ-না শিংহনগদবনি। 'বিয়েয়র' (চেকশিন্বা) ওইহল্লু, তৌইগুম্বসুং নমহাদুনা তৌরোইদবনি মদুদি নং সিন্সিয়র লৈয়ু। তৌইগুম্বসুং মহাকপু 'বিয়েয়র' হায়বা য়াই। সিন্সিয়র লৈগদবনি পুন্সি চুপ্পা। নুমিদাং নুংথিল সিন্সিয়র, মহাক্কী চীন্তা লৈগদবনি। নহাক্কা মহাক্কী চীন্তা লৈগদবনি মতমদুদা সংসার ফজনা চৎপা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মপুরোইবা সিন্সিয়র লৈত্রগদি, মতমদুদা লোয়ন্বীগী মকোক-ফত্তবা ওইরগদি পাপ চেন্বা ওইদেদনা?

**দাদাশ্রী :** মকোক ফত্তবা ওইরগদি মহাক্কা মহাও তংইদনা! মপুরোইবসু মহাও তংইদনা মতুংদা! অসিগুম্না তৌরোইদবনি। এস ফার এস পোসিবল (য়ারিবমথৈ) মপুরোইবগী পাম্বা ওইদবা অমসুং শোয়-ঙাম্বা ওইরগদি মপুরোইবনা মদুগীদমক লাল্লে হায়জগদবনি, মদুদি 'ঐ লাল্লে হায়জরি, মতুংদা অমুক-হন্না অসিগুম্না তৌজররোই।' সিন্সিয়রদি লৈগদবনি মীওইবনা? সিন্সিয়র লৈত্রগদি করম্না চৎথগনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** ঙাকপীয়ু হায়জে মপুরোইবনা, ৱাফম-ৱাফম খুদিংগী লাল্লে হায়জে, তৌইগুম্বসুং মতুংদা মদুগুম্না তৌবা কান্দা মতমদুদা?

**দাদাশ্রী :** মপুরোইবা লাল্লে হায়রগদি খঙলোইদ্রা মদুদি তোল্লবা কয়াদা শোনজবগী অনুভাব ফাওবা ওইরি! মরমদুনা লেট গো তৌ। মহাকপু মদুগী 'হেবিট'(হৈন্বী) ওইবা ওইদে। 'হেবিচ্যুএটেড' (তুংকোয়না হৈন্বী) ওইবা ওইদে। মহাক্লসু পাম্বা ওইদে তৌইগুম্বসুং করিবু তৌগনি? পামদা-পামদনা অসিগুম্না থোকপা ওই। শোয়বা মতমদুদা থোকপা ওই!

**ৱাহং-হংলিবা :** মপুরোইবনা হেবিট (হৈন্বী) ওইবা ওইরে, মদু ওইরগদি করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** করি তৌগনি মতুংদা? মহাকপু তানথোক্কদ্রা? তানথোক্লগদি ইজৎ মাংবা ওইগনি মপান্দা! মসি নত্তবদা কুপশিন্দুনা থম্বা, অমসুং করিবু

তৌগনি? গটরবু কুপশিনব্রা নত্রগা হাংদোক্তুনা থমব্রা? মসি গটরশিংগী মথুম কুপশিনগদবনি নত্রগা হাংদোক্কদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** কুপশিন্বা ওইগদবনি।

**দাদাশ্রী :** নত্রগদি করিগুম্বা হাংদোক্লগদি নমথীগনি, ঐখোয়গী কোক ঙাওবা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি বিন্দী করিগী নমলিবা? অমেরিকাগী নুপী কয়ানা ঐখোয়দা হংই মদুদি নখোয় মীয়াম্না মসিদা বিন্দী করিগী নল্লিবনো?

**দাদাশ্রী :** হোয়, বিন্দী মরমদি ঐখোয় আর্য নুপীশিংনি। ঐখোয় অনার্য নত্তে। আর্য বিন্দী নম্বা ওইবা ওই। হায়বদি মপুরোইবগা থৎন্বা য়াম্না তৌনজরসু, মদু ওইজরবসু মহাক্না য়ুম থাদোক্তুনা চৎপা ওইদে অমসুং বিন্দী নমদবশিংদি মথংগী নুমিত্তা চৎখিবা ওই। অমসুং মসিদি স্টেডী (লেংদনা) লৈবা ওই, বিন্দী নম্বশিং। মসিদা পুক্নীংগী মফমম্নি, মহাক্না মপুরোইবা অমদা একাগ্রা লৈন্বা, মরমদুন্নি।

**ৱাহং-হংলিবা :** নুপীশিংনা করি তৌগদগে? নুপাশিংগীদি অদোম্না তাকপীরি, তৌইগুম্বসুং নুপীশিংবু মীৎ অনীমক্তা করি থমগদগে?

**দাদাশ্রী :** নুপীশিংদি, মহাক্না মপুরোইবা অমবু হেক ফংলবসু, অমবু ওইরে-অমবু ওইরে ফংলিবা মপুরোইবদু, মদু ঐখোয়গী হিসাবকী মরম্ননি। মপুরোইবা ফংবা, মদু করিগুম্বা গপ্প (তৌশিন্নবা) নত্তে। হায়বদি, ফংলিবা মপুরোইবদুগী মহাক্কী মথক্তা এক পতিব্রতা (মপুরোইবা অমথক্তা থাজবা পুন্নমক থম্বা) ওইন্নবগী হোৎন্বা তৌ। অমসুং করিগুম্বা অসিগুম্বা ওইবা ঙমদ্রগদি, মদু ওইরগদি মহাক্কীদমক মতুংদা লাল্লে হায়জবা। তৌইগুম্বসুং নহাক্কী মীৎয়েং অসিগুম্না ওইগদবনি। অমসুং মপুরোইবগা লোয়ন্না পার্টনরশিপতা মতৌ করম্না মমাং থাগনি, অৱাংবা গতি ওইবা, মতৌ করম্না মোক্ষ ফংবা ওইবা, অসিগুম্বা ৱাখল তৌ!

## [20] পরিণাম থায়ন্বগী

মোৎ-খেৎন্বা পামব্রা? মোৎ-খেৎন্বা থোকপা, মতমদুদা থৎন্বা থোকই, চিন্তা তৌই, মদু ওইরগদি পুক্নীংদগী-লাপথোক্লবদা করি থোকপগে? পুক্নীংদগী লাপথোক্লবা থোকপগা 'ডায়বোর্স' লৌবা ওই অমসুং হকচাংদগী লাপথোক্লবা মতমদুদা অর্থী পুবা ওই!

**ৱাহং-হংলিবা :** ব্যাবহারগী ওইবা মরমশিংদা মোৎ-খেৎন্বা থোকপশিংদু, মদু ৱাখল-খেৎন্বা কৌব্রা নত্রগা মোৎ-খেৎন্বা কৌব্রা?

**দাদাশ্রী :** মদু মোৎ-খেৎন্বা কৌবা ওই। মসি জ্ঞান লৌবা ওইরগদি মদুবু ৱাখল-খেৎন্বা কৌবা ওই, নত্রগদি মোৎ-খেৎন্বা কৌবা ওই। মোৎ-খেৎন্বদগীদি থৎন্বা-থোকপা ওই!

**ৱাহং-হংলিবা :** মোৎ-খেৎন্বা হন্থনা লৈরগদি মদু ফৈদনা?

**দাদাশ্রী :** মীওইবশিংদদি মোৎ-খেৎন্বদি থোকহল্লোইদবনি। করিগুম্বা মোৎ-খেৎন্বা লৈবা, মদু ওইরগদি মদু মীওইবা ওইবা কৌবা ওইদে। মরমদি মোৎ-খেৎন্বদগী করিগুম্বদা পুক্নীংদগী লাপথোক্লবা থোকপা ওই। মোৎ-খেৎন্বদগী পুক্নীং-খেৎন্বা থোক্লগদি 'নং অসিগুম্বনি অমসুং নং নশাগী য়ুমদা চৎথ্রো' অসিগুম্না হায়বা ওই। মসিদা মতুংদা নুংঙাইবা ফাওবা ওইদে। ঙম্নবা পাংথোকপা ওইয়ু।

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক্তি পুক্নীং-লাপথোক্লবদুফাও য়াউবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** মদুনি হায়রিবা, মদু পুন্নমক অফবা নত্তে। মপান্দা ফজবা ওইদে। মসিগী করিগুম্বা অর্থ থোক্তে। হৌজিকসু হোংদোকপা য়াবা ওই। ঐখোয় মীওইবনি, মরমদুনা হোংদোকপা য়াবা ওই। মসি করিগীদমক অসিগুম্না থোকহনগদৌরিবা? অপং, ইজ্জৎ মাংবা তৌদুনা লৈ? করিগুম্বা খঙবদি মখৌ তাইদনা? মসি পুন্নমক্তা সুপরফ্লুয়স লৈগদবনি, মসি নত্তবদা নুপীগী মপুরোইবা ওইনা ফমলি, মীওই খরাদি! অরে অপং! মপুরোইবা ওইবা করিগী তৌরিবনো? মসিদি মসিদা হিংলিফাওগী মতমদুফাও মপুরোইবনি অমসুং হয়েং ডায়বোর্স লৌরোইদ্রা, মতমদুফাও মপুরোইবা। হয়েং লোয়ন্বী ডায়বোর্স লৌরগদি, মতমদুদা নং কনাগী মপুরোইবা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক কাল পুন্নমক্লা ডায়বোর্স লৌবা ওইরি, খায়ন্বা ওইরি। মহাক্লা অপীক-অপীকপা অঙাংশিংবু থাদোক্তুনা খায়ন্বা ওই, মদু ওইরগদি মখোয়গী চৈনা-চৈথেং ফংদব্রা?

**দাদাশ্রী :** পান্বা ওইদনা ফজনা, তৌইগুম্বসুং করিবু তৌগনি মতুংদা? তাশেংবদা খায়নরোইদবনি। তশেংনা হংলগদি খৌদাং পাংথোকপা ওইগদবনি পুন্নমক। অঙাং য়াউদ্রিঙৈ মমাংদা লৌবা ওইরগদি কায়বা ওইদে, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা অঙাং য়াউরবা মতুংদা খায়ন্বা লৌরগদি অঙাংশিংগী চৈথেং ফংবা ওইদনা!

**ৱাহং-হংলিবা :** অঙাংশিংগী মপাগী খজিক্তংফাও মকোক চৎপা ওইদ্রগদি, করিগুম্বা থবক থৌরম তৌদ্রগদি, মোটল চলাইবা হৈত্রগদি অমসুং ফক্লাং মরী মরক্তা য়ুমদা ফমদুনা লৈরগদি, মদু ওইরগদি করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** করিবু তৌগনি তৌইগুম্বসুং? অতোপ্পা চুমদ্রিং-চুম্বা ফংগদ্রা নত্রগা ফংলোইদ্রা, মদুগী থাজবা করিনো?

**ৱাহং-হংলিবা :** থাজবদি ওইদে...

**দাদাশ্রী :** অতোপ্পা করিগুম্বা মদুদগীসু ফত্তবা ফংলগদি, মতমদুদা করি তৌগনি? নুপী কয়া অমবু ফংবা ওইরি অসিগুম্বা। অহান্বা মপুরোইবদু ফবা ওই। অরে, কোক-চাকপা! মদু ওইরগদি হান্না লৈবা মফমদুদা মদুদা লেংদনা লৈগদবনিদনা! মনুংদা অসিগুম্না খন্থগদ্রা নত্রগা খন্থরোইদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাবু খুৎশীন্নবা, মতুংদা অতোপ্পা অচুম্বা ফংগনিদনা!

**দাদাশ্রী :** অফবা ফংবা অমসুং চহী ৩গী মতুংদা মহাকপু অটেক লাক্লগদি, মতমদুদা করি তৌগনি? মসিগী অকীবনা পীকথন্বা ওইরবা সংসারদা করিগীদমক মসি পুম্নমক... ওইরিবদু করেক্ট হায়দুনা য়ানবা তৌরগদি ফগনি।

অহান্বা মপুরোইবা অনম্বা মতমদা অফবা থক ওই, তৌইগুম্বসুং অনীসুবদি অহেন্ববু চানীংদুনা থীবা থক ওই। মরমদি মহাকসু অসিগুম্না থীবা থক ওই। অহেন্ববু চানীংদুনা থীবা থক ওই অমসুং মহাক মশামকসু অহেন্ববু চানীংদুনা থীবা থক ওই, মতমদুদা অনীমক পুন্বা ওইগনিদনা! ঙাওচৎন্বা অনী থেংন্বা ওই। মসিগী মহুত্তা অহান্বা ওইবদু ফবা ওই। ঐখোয়গী খঙবদি ওইদনা! অরে! অসিগুম্বদি নত্তেদনা! মহাক্না নুমিদাংদা খৌরিদি মেৎপা ওইদেদনা! অসিগুম্না নহাক্না থাজবদি ওইদনা! মসি নত্তবদা মীওই অমদুদি খৌরিসু মেৎপা ওই!

অঙাংশিংগীদমক মশামক্না খনগদবনি। অঙাং ১নদ্রগা ২ ওইবা তৌইগুম্বসুং মখোয় তোল্লবশিং ময়ুম লৈতবা ওইরগদিদনা! ময়ুম লৈতবা ওইনা লৌরোইদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** ময়ুম লৈতবা ওইনা লৌগনি!

**দাদাশ্রী :** ইমা কদায়দা চৎখ্রে? পাপা কদায়দা চৎখ্রে? অমুক্তং ইশাগী খোং অমা ক্কলগদি, মতমদুদা মপোক অমা লেন্দব্রা নদ্রগা আত্মাহতয়্য(মশা মতোম্তা শীজবা) তৌব্রা?

নপুরোইবা ফত্তবা মান্দে। অসিগুম্না মান্বা মতমদা করি তৌগনি? মতুংদা মপুরোইবগী মকোক খরা খোয়বা ওইরগদি, তৌইগুম্বসুং লুহোংবা ওইরগদি ঐহাক্কী ইপুরোইবা হায়বদি ঐহাক্কী খ্বাইদগী অফবা–বেস্ট, অসিগুম্না হায়য়ু। হায়বদি ফত্তবা করিগুম্বা মসি মালেমসিদা লৈবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** বেস্ট হায়রগদি মতমদুদা ইপুরোইবা কোক্তা কাবা ওইগনি।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, কোক্তা কারোই। মহাক্না নুমিৎ চুপ্পা তোল্লবা মপান্দা থবক তৌদুনা লৈ, মহাক্না করম্না কোক্তা কাগনি? মপুরোইবদি অদোম্না ফংলিবদু, মদুবু য়ান্বা চৎলু, করিগুম্বা অতোপ্পবু থীবা চৎকদ্রা? য়োন্বা ওইব্রা? করিগুম্বা ওন্না–তৈন্বা তৌবা অমসুং ডায়বোর্স তৌবা, মদুদি শোয়বা-ওইনা উগনি ওন্নবদা। মহাক্লসু হংগনি, ডায়বোর্স রা, মতমদুদা কদায়দা চৎকনি? মসিগী মহুত্তা অমখক্তা লুহোংলগদি *নিকাল* (লোইশিন্বা) তৌরো মদুদা অদুম। হায়বদি মফম পুম্নমক্তা অসিগুম্না থোকপা ওই অমসুং ঐখোয়দগী য়ানদ্রগদি, তৌইগুম্বসুং করি তৌগনি? হৌজিক কদায়দা চৎকনি? মরমদুনা মসিগী *নিকাল* তৌ। ঐখোয় ইন্ডিয়ন, মপুরোইবা কয়াবু ওন্থোক্কনি? মসি অমখক শেম্বা মদুখক... ফংলিবদু মদু অচুম্বনি। কেস, মাইকৈ অমরোমদা থমখো। অমসুং নুপাশিংনা ফংলিবা নুপীদুবু, খৎন্বা তৌবা ওইবা, মদু ওইজরগসু মহাক্কা লোয়ন্না *নিকাল* তৌবা ফৈ। মহাক্না পুক্তা চীক্কদৌবা ওইব্রা? মহাক্তি মপান্দা লাও-খোংবা তৌই নদ্রগা মমায়মক্তদা তাথীবা ঙাংলি, পুক্তা হুচীন্দুনা চীক্লগদি মতমদুদা অদোম করি তৌগনি? মদুগুম্বনি মসি পুম্নমক। রেডিয়ো খক্লি। তৌইগুম্বসুং মসি অদোম্না অসিগুম্না খঙবা ওইরোই মদুদি মসি তাশেংবদা... অদোম্নদি অসিগুম্না মাল্লি মদুদি মসি পুম্নমক তাশেংবমক মহাক্না

তৌরি। মতুংদা মহাক্নসু *পঙতাবা* ফাওবা ওই, মদুদি অরে, ঐহাক্না হায়রোইদবনি অমসুং চীন্বানদগী থোকখ্রে। মদু ওইরগদি মতুংদা মহাক্না তৌব্রা নত্রগা রেডিয়োনা তৌব্রা?

নুপী অমগী সংসার মুখ্বৈদা ফ্রেকচর ওইগদৌবা ওইরম্মী। মপুরোইবনা অতোপ্পা লোৎনা মরী থমলমগনি অমসুং মসি নুপীবুদি খঙবা ওইরে, মরমদুনা ফজনা খৎন্বা থোক্লম্মী। মতুংদা মদুগী নুপীদুনা ঐহাকপু তাক্লম্মী মদুদি 'মসি অসিগুম্বনি, ঐ করি তৌগনি? ঐহাক্না চেননীংই।' ঐহাক্না হায়খি, নুপী অমথক্কী নিয়ম ইল্লগদি, মদুগুম্না ফংলগদি চেনথো। নত্রগদি অতোপ্পা করম্বা অফববু ফংগনি? মদুগুম্নদি অমথক্তং থাম্মীদনা? মতমদুদা হায়, 'হোয়, অমা থক্নি'। মতমদুদা ঐহাক্না হায়খি, 'ফৈ, লেট গো তৌ(য়াম্বা চৎহল্লো), থম্মোয় অচৌবা ওইয়ু। নহাক্না মসিদগী হেন্না অফবা ফংলোই।'

কলিয়ুক তদি মপুরোইবসু অফবা ফংবা ওইদে অমসুং লোয়ন্বীসু অফবা ফংবা ওইদে। মসি পোৎ পুন্নমক ফত্তহাওথী গুম্বনিদনা! পোৎ পাম্বা-পামদবা থনগদবা লৈবা ওইদ্রে। মরমদুনা মসি থনগদবা নত্তে, মসিদি নংনা উপায় পুরক্কদবনি। মসি কর্মশিংগী হিসাব শিংদোক্কদবনি, মরমদুনা উপায় পুরক্কদবনি। মসি নত্তবদা মীয়াম্না নুংঙাইনা থল্লুনে মপুরোইবা–লোয়ন্বী ওইন্বা তৌরি! অরে, লোইশিন্বা তৌরোদনা মসিদগী। করিগুম্বা অমদগী খৎন্বা হন্থবা ওইবা, মদুগুম্না উপায় পুথোক্কদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদা, মহাক্না অসিগুম্বা সঙয়োগ ফংবা, মদুসু হিসাব তগী ওইরমগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** হিসাব নত্তনদি অসিগুম্বা ফংবা ওইরোইদনা!

সংসারনি মরমদুনা অশোকপদি-থোক্কনীদনা! অমসুং ইবেম্মা সাহেবসু হায়গনি মদুদি হৌজিক অশোকপা-তাইশিন্নবা ওইররোই। তৌইগুম্বসুং সংসারদা লুপ্লগদি মদুদি মতুংদা অশোকপদু তাইশিন্নবা ওই। জ্ঞান-মাংবনিদনা! মোহ (এটেসমেন্ট)গী মরম্না জ্ঞান-মাংবা ওই। মোহগী মরম্না অশোকপদু তাইশিন্বা ওই। করিগুম্বা অশোকপা তাইশিন্বা ওইদ্রগদি, মতমদুদা বৈরাগয়্য(ডিটেসমেন্ট) থক্তা লাক্কনিদনা! মোহ করম্ববু হায়বগে? অনুভাব কয়া অমা থোকপা ওইবা ওই, তৌইগুম্বসুং কাওবা ওই। 'ডায়বোর্স' লৌবা মতমদা লেপ্পা ওই মদুদি হৌজিক কনাগুম্বা নুপীগা লুহোংজররোই, তৌইগুম্বসুং মদু ওইজরবসু অমুক-হন্না চোংথরি!

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐনা মঙোন্দা হায়রম্মী মদুদি ঐখোয়গী লুহোংলবা পুন্সিদা ৯৯% অমগা–অমগা মান্নদবা(ইনকমপেটিবল) ওই।

**দাদাশ্রী :** অনম্বা মতমদা মান্নদবা মতৈ–মনাও কৌবা ওইবদু, কলিয়ুগতা করিগুম্বা মান্নদবা মতৈ-মনাও ওইবা ওইরগদি মদুগী মান্নদবা মতৈ–মনাও থক্না মথক্তা পুবা ওইগনি নত্রগা মতুংদা য়াম্না-নেম্বা গতিদা পুবা ওইগনি। অনীমক্তগী অমদি কানবা ওইবা ওই অমসুং মান্নবা মতৈ–মনাও অদুদি কানবা ওইদে। খেৎন্বা(মান্নদবা) মতৈ–মনাও ওইবা, মরমদুনা অৱাংবা গতিদা পুবা ওইগনি অমসুং মান্নবা মতৈ–মনাওদি অসিগুম্না লমমুক্কদুনা লৈগনি লোয়না–লোয়ন্না।

থেৎনবা(মান্নদবা) মতৈ-মনাওদা করম তৌগদগে মদুদি মহাক্কা শোয়বা মতমদা ঐখোয়না ঈংথনা লৈগদবনি, করিগুম্বা ঐখোয়না জ্ঞান-তাবা ওইরগদি। তৌইগুম্বসুং মহাক্কা শোয়বা অমসুং ঐখোয়সু শোয়বা, মদুদা করিবু লৈরিবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** ডায়বোর্স, করম্বা সঙয়োগ থোকপদা ডায়বোর্স লৌগদগে?

**দাদাশ্রী :** মসি ডায়বোর্সতি হৌজিক থোক্লকপা ওইরি। হান্নদি ডায়বোর্স কদায়দবু লৈরম্বগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক্তি থোকলিদনা? মদু ওইরগদি করম্বা সঙয়োগতা মদু পুন্নমক তৌগদগে?

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা অমত্তফাও য়াবা ওইদ্রগদি, মতমদুদা তোঙাম্বনা ফৈ। এডজস্টেবল ওইবা ওইদ্রগদি তোঙান্না তাবনা ফৈ। নত্রগদি ঐখোয়দি ৱাফম অমথক হায়গনি মদুদি 'এডজস্ট এবরীৱেয়র'। অতোপ্পবু হায়দুনা পুরিন্বা তৌগনু মদুদি, 'অসিগুম্বনি অমসুং মদুগুম্বনি।'

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি অমেরিকাদা ডায়বোর্স লৌরিবদু, মদু ফত্তবা হায়গদ্রা নত্রগা মনুংদা অমগা-অমগা য়ানদবা ওইবা, মখোয় মীয়াম্না ডায়বোর্স লৌব্রা?

**দাদাশ্রী :** ডায়বোর্স লৌবগী অর্থ করিনো তৌইগুম্বসুং! মসি কপ-প্লেটরা? কপ-প্লেট তোঙান-তোঙান্না য়েনদে। মখোয়গী ডায়বোর্স তৌদে, মদু ওইরগদি মসি মীওইবশিংগী নুপীশিংগীবু ডায়বোর্স তৌনব্রা? মখোয়শিংগীদমক, ফোরেন মীওইশিংগীদমক য়াই, তৌইগুম্বসুং অদোমদি ইন্ডিয়ননি। মফমদুদা লোয়ন্বী অমা অমসুং মপুরোইবা অমগী নিয়ম লৈরম্মী। লোয়ন্বী অমথক নত্তনা অতোপ্পা নুপীশিংবু য়েংলোই, অসিগুম্না হায়রম্মী, অসিগুম্বা ৱাখল লৈরম্মী। মদুদা ডায়বোর্সকী ৱাখল লেমজব্রা? ডায়বোর্স হায়বদি মসি অমাংবা পুখম-হোংবা। চাক-চারবা মতুংদা অমাংবা পুখম অমুক হন্না অনীসুববু পীবা, মতুংদা অহুমসুববু পীবা। অমাংবগী অমাংবা ঙাক্তা ওইবা কোন-হোংদুনা লৈবা, মদুগী মমীং ডায়বোর্স। পামব্রা নং ডায়বোর্স?

হুই, শা-ষণ পুন্নমক ডায়বোর্স ওইবা ঙাক্তনি অমসুং মতুংদা মসি মীওইবসু মদু তৌরগদি মতুংদা থেৎনবা করিবু লৈবগে? মীওইবা বীস্ট(শা-ষণ) গুম্বা ওইরে। ঐখোয়গী হিন্দুস্তানদদি লুহোংবা অমগী মতুংদা অনীসুবা লুহোংবা তৌদে। মখোয়দি, করিগুম্বা লোয়ন্বীবু শিবা ওইরগদি লুহোংবসু তৌবা ওইদে, অসিগুম্বা মীওই ওইরম্মী! করম্বা পবিত্রা মীওই পোক্লম্মী!

অরে, থায়নরিবা মীওইশিংগা ঐহাক্লা পুং অমদা তাইশিন্নহনগনি অমুক-হন্না! ডায়বোর্স লৌগদৌরদি, মহাকপু ঐহাক্কী নাক্তা পুরক্লগদি ঐহাক্লা পুংঅমদা তাইশিন্নহনগনি। মতুংদা মখোয় অনী লোয়ন্না লৈমিন্নগনি। অকীবা অন্দরস্টেনদিং লৈতবা থক্তদগীনি। থায়নখ্রবা মতৈ-মনাও কয়াশিংগী তাইশিন্বা ওইরি।

ঐখোয়গী সংস্কারনি মসিদি। থৎন-থৎন্দুনা অনীমক্কা চহী ৮০ শুরে, মদু ওইজরবসু শীরবা মতুংদা ১৩ নুমিত্তা সোরাট তৌবা ওই। সোরাটতা খুরানা মসি

পাম্না-চাজবনি অমসুং মসি পামজবনি ইনেনা পুন্নমক মুন্বৈদগী চেন্দুনা থম্মী। মতমদুদা নুপামচা অমা লৈরম্মী, মদুগী চহী ৮০ শুরবী ইনেদা হায়, 'ইমাবু, খুৰাদি অদোমবু থা ৬ মমাংদা ইনথুরম্মী। মতমদুদদি অদোম ওন্নবা ঙাংলম্মী খুৰাগী মরমদা।' 'মদু ওইজরবসু, অসিগুম্বা মপুৰোইবা ফংলরোই' হায়রম্মী। অসিগুম্না হায়রম্মী মহাক্না। পুন্সি চুপ্পগী অনুভাব তগী পুথোক্লম্মী মদুদি 'তৌইগুম্বসুং মহাক থম্মোয়দি য়াম্না ফবনি। মসি প্রক্রুতি খোয়রম্মী তৌইগুম্বসুং থম্মোয়দি...'

মীয়াম্না য়েংবা ওইবা, মদুগুম্বা ঐখোয়গী পুন্সি ওইগদবনি। ঐখোয় ইন্ডিয়ননি। ঐখোয় মপান লমগী মীওই নত্তে। ঐখোয়না নুপীবু য়াম্বা চৎপা অমসুং নুপীনা ঐখোয়বু য়াম্বা চৎপা, অসিগুম্না তৌদুনা চহী ৮০ ফাও চৎপা ওই। মসি নত্তবদা মখোয়দি (ফোরেনর্স)দি পুং ১ থকসু য়াম্বা চৎতে অমসুং মপুৰোইবসু পুং ১ফাও য়াম্বা চৎতে।

মীওই খুদিংমক্কী প্রক্রুতিগী বোমবুলা পোকখায়বা ওই। মসি বোমবুলা কদায়দগী লাকই?

**ৱাহং-হংলিবা :** মশা-মশাগী প্রক্রুতিগীনি!

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা ঐখোয়না থল্লগদি মদুদি 'মসি পোথায়গনি' মতমদুদা ফুস ওইবা ওই! ফুসস...ফুস ওইবা ওই। ওইদব্রা?

অমসুং পুক্নীংনা করিগুম্বা কমপ্লেন তৌরগদি মদুদি 'কয়া য়াম্না ঙাংখিবা! কয়া য়াম্না অসিগুম্না থোকখ্রে।' মতমদুদা (পুক্নীংদগী) হায়য়ু, 'তুমলো, মদুগী অশোকপদু হৌজিক তাইশিন্নবা ওইগনি।' অশোকপা খুদক্তা ফবা ওইগনি...লেংজুমদা থপ-থপ লাওনা থাবা মদু ওইরগদি তুমগনি। নহাক্কী অশোকপা তাইশিন্নবা ওইরেদনা পুন্নমক! নত্রনে? অশোকপা তাদুনা লৈবদু?

**ৱাহং-হংলিবা :** খৎন্বা থোকপা, মতমদুদসু হানজিল্লকপা পোৎ থোক্লকপা ওই?

**দাদাশ্রী :** খৎন্বা থোকপা কান্দা, মতমদুদা মনুংদা অনৌবা পোৎ হানজিন্বা ওই, তৌইগুম্বসুং মসি জ্ঞান ফংলবা মতুংদা হাল্লকপা পোৎ অদু থোকখিবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** অসুম্নদি মপুৰোইবা খৎন্বা তৌবা ওইবা অমসুং মদুগী মতমদুদা ঐনা প্রতিক্রমণ তৌরগদি?

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি কায়বা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মতমদুদা হানজিল্লপা পোৎ থোকখিবা ওইগনিদনা পুন্নমক?

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি পুন্নমক থোকখিগনি। প্রতিক্রমণ তৌবা মফমদুদা মদুদা পোৎ থোকখিবা ওই। প্রতিক্রমণ থক উপায় অমনি মসি জগত অসিদা।

নপুৰোইবনা চৈবা মতমদা করি তৌগনি হৌজিক?

**ৱাহং-হংলিবা :** সমভাব দগী *নিকাল* (লোইশিনবা) তৌগনি।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্না! চৎখিবা তৌরোইদনা হৌজিক?

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌররোই।

**দাদাশ্রী :** মহাক্না চৎখ্রবা, মতমদুদা করি তৌগনি নং হৌজিক? 'ঐহাক্না নহাক্কা লোয়ন্না নুংঙাইররোই' অসিগুম্না হায়গদ্রা মতমদুদা?

**ৱাহং-হংলিবা :** কৌগনি। লাল্লে হায়দুনা খোং-শোক্তুনা অমুক হন্না কৌগনি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, কৌদুনা পুরকউ। জ্ঞান-তাহন্দুনা কোক্তা খুৎথমদুনা, কোক্তা খুৎ নান্থদুনা...অসিগুম্নসু তৌ মদুদি মহাক্না ঈংথন্বা মতুংদা।

কোক্তগী করিগুম্বা থবক ওইবা থক ওইরগদি কোক শিজিননৌ। মতুংদা মথংগী নুমিত্তা মহাক্না অদোমদা হায়বা, 'নংনা ঐহাক্কী খোং শোকইদনা?' মতমদুদা হায়য়ু, 'মদুগী ৱাফমদু তোঙান্বনি। অদোম্না করিগী চেন্বগে, জ্ঞান-তাদবা তৌবগে, মরমদুনা শোকপনি!' মহাক্না থন্বা মদুদি মহাক্না মতম-চুপ্পগীদমক শোক্লি, মদুদি মদুগী মতমদুগী থক্লি, ওন দ মোমেন্ট(মদুগী পুংফমদুগী)নি!

## [21] লৈকোয় তরেৎকী ৱাহন্থোক

পুন্সি হিংনবগী কলা মসি মতমসিদা লৈতে। মোক্ষকী লম্বী তোকখ্রো, তৌইগুম্বসুং পুন্সি হিংবদি হৈগদবনিদনা? ৱাফম থঙগদবনি মদুদি মসিগী লম্বীদা অসিগুম্বনি অমসুং মদুগী লম্বীদা অসিগুম্বনি। মতুংদা লেপকদবনি মদুদি করম্বা লম্বীদা চৎকনি? থঙবা ওইদ্রগদি 'দাদা'দা হংউ, মতমদুদা 'দাদা'না অদোমবু উৎকনি মদুদি মসি লম্বী অহুমসি খুদোং-থীনীংঙাইনি অমসুং মসি লম্বী খুদোং-থীনীংঙাই ওইদবনি। মদুগী লম্বীদুদা ঐহাক্কী বোরর লৌদুনা চৎকদবনি।

য়ুমকৈ পাল্লবশিংনা মান্বা ওইবা মদুদি ঐখোয়দি চপলি ওন্ন-তৈন্না! য়ুমকৈ পান্দবশিংনা মাল্লি মদুদি মসি মীয়াম্না নুংঙাইথোক্লি! মখোয় মরক অনীগী থেৎন্বা কনানা মাংহনগনি? অমসুং লুহোংদনা চৎপা য়াবা মদুগুম্নসু নত্তে মসি মালেমসিদা! মদু ওইরগদি করিগীদমক লুহোংদুনা অৱাবা ওইগদৌরিবা? মদুদা হায়বা ওই, মসি মীয়ামশিং অৱাবদা তাদব্রা, এক্সপীরিয়ন্স (অনুভাব) লৌরিদনা। সংসার চুমব্রা নত্রগা লানব্রা, নুংঙাইব্রা নত্রগা অৱাব্রা? মদুগী হিসাব লৌথোক্লবগীদমক সংসারনি। অদোম্না লৌথোক্লব্রা হিসাব থরা ইশাগী একাউন-বুক্কী?

সংসার পুন্নমক নুংগী-চক্কীগুম্বনি। নুপানা ষণগী মফমদনি অমসুং নুপীশিংনা থাও-শুংলিবগী মফমদা। মদুদা থাও-শুংলিবদুনা শকপা ওই অমসুং মসিদা নুপীনা শকপা ওই! অমসুং ষণগী মীৎতা ফীনা খুমজিন্দুনা তানদা চত্তুনা লৈ! কোয়না-কোয়না চৎতুনা লৈ। অসিগুম্না নুমিৎ চুপ্পা মসিনা মপান্দা থবক তৌই অমসুং থনবা ওই মদুদি কাশী য়ৌরল্লগনি! অমসুং ফী-কীশিন্বদু হাংদোক্তুনা য়েংবদা ইবুংঙো সাহেব হান্নগীদুদা অদুম! মতুংদা মদুগী ষণদুবু করি তৌবগে মদুগী থাও-শুংবদুনা? মতুং থাওথী ষণদুবু পীজে মদুদা ষণনা হরাওদুনা অমুক হন্না হৌবা ওই। মদুগুম্না মসিদা অহাওবা মথেল পীজবা ইবুংঙো ইংনা চাদুনা অমুক-হন্না হৌবা!

মসি নত্তনদি মসি নুমিৎ করম্না লেনগনি, মসিবুসু অৰাবা ওইরে। মপুরোইবা লাক্তুনা হায়গনি মদুদি, 'ঐহাক্কী হার্ট তা নাবা ওই।' মচানুপানা লাক্তুনা হায়গনি মদুদি 'ঐহাক্না ফেল ওইরে'। মপুরোইবনা হার্টতা নাবা মতমদা মদু কান্দা লোয়ন্বীনা ৱাখল লাকপা ওই মদুদি 'হার্ট ফেল' ওইরগদি করি তৌগনি, ৱাখল মখল কয়াগী কোয়শিন্বা ওই। শান্তী লৈবা ওইহনদে।

লুহোংবগী মমল করম কান্দা ওইবগে? মীওই লাক্ষ কয়া অমগী মনুংদা মীওই অমথকপু লুহোংবা ফংবা ওই, মতমদুদা। মসিদি পুন্নমক্লা লুহোংবা ওই, মদুদা করি? নুপী-নুপাগী (লুহোংলবা মতুংদা) ব্যাবহার করম্না ওইগদগে, মদুগীদি য়াম্না চাউবা কোলেজ লৈ। মসিদি তমদনা লুহোংবা ওই।

হৌজিক, অমুক্তং ইকায়বা পীবা, মদু ওইরগদি ইকায়বা পীবদু থাংবদা কায়বা ওইদে, তৌইগুম্বসুং লোয়ন্না ইকায়বা পীবদু *লক্ষ* (জাগ্রতি)তা থম্নবগী মথৌ তাই মদুদি ইকায়বা ফংন্বগীদমক পুন্সিরা? ইকায়বা পীবদা কায়বা ওইদে, তৌইগুম্বসুং ইকায়-খুম্নবগী দরকার ওইদে অমসুং ইকায়বা পীবগীসু দরকার ওইদে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী পুন্সি ইকায়বা চান্বগীদমক পুন্সিরা? অসিগুম্বা *লক্ষ* তী লৈগদবনিদনা?

লোয়ন্বীনা শাউদুনা পৈরগদি, মতমদুফাও ভগৱানবু নীংশিংবা ওই অমসুং লোয়ন্বী ৱারি শান্নবা লাক্লগদি ইবুংঙো শেমশাদুনা লৈ! মতুংদা ভগৱান অমসুং অতোপ্পা পুন্নমক নাকন অমদা! করম্বা চম্মন্বা! মসিগুম্না অৰাববু মাংবা ওইগদ্রা?

সংসার হায়বদি করিনো? খুরৌ-থাংবা। মসি হকচাং অসি ফংলি, মদুসু খুরৌ-থাংবনি! খুরৌ-থাংবগীসু করিগুম্বা অপাম্বা লৈরমগদ্রা? মসিগী মথক্তা অপাম্বা লৈবা ওই মসিসু অঙকপা অমনিদনা! ঙাগী লাং তোঙাম্বা অমসুং মসি লাং তোঙাল্লি! ঙা-গী লাংদগী ক্কথৎতুনা নান্থোকপা য়াই তৌইগুম্বসুং মসিদগী নান্থোকপা ঙমদে। অরোইবদা, কূ-পুবা মতমদা, মতমদুদা নান্থোকপা ওই!

'জ্ঞানী পুরুষ' মসি সংসার লাংদগী নান্থোক্লবগী লম্বী উহন্বা ওই, মোক্ষ লম্বী উহন্বা ওই অমসুং অচুম্বা লম্বীদা পুরকপা ওই অমসুং ঐখোয়না মাল্লি মদুদি ঐখোয়না মসি খুরৌ-থাংবদগী নান্থোকপা ওইরে!

মসিবু পুন্সি করম্না হায়গনি? পুন্সিদি মনম-নুংশিবা কয়া চেল্লি! মীওই অমমমগী মনম-নুংশিবা লাকপা ওইগদবনি। নক্লবা-য়ুমথংন্বদা শৈথাম্বা শন্দোকপা ওইবা মদুদি হায়বা ওইগনি, 'মসি সেঠজী লৈদনা, মসি কয়াদা ফঙ্খবা! মহাক্কী ৱাফম কয়াদা ফজঙ্খবা! মহাক্কী শাজৎলোন কয়াদা ফজঙ্খবা!' অসিগুম্বা শৈথবা মফম পুন্নমক্তা উবা ফংব্রা? অসিগুম্না মনম-নুংশিন্বা লাকপ্রা মীয়ামগী?

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বদা, কনা-কনাগুম্বগী মনম-নুংশিবা লাকপা ওই।

**দাদাশ্রী :** কনাগুম্বা-কনাগুম্বা মীওইবগী, তৌইগুম্বসুং মদুসু কয়াম্না? অমসুং করিগুম্বা মহাক্কী ময়ুমদা চৎতুনা হংলদি নমথীবা ওই। মপান্দা নুংশিবা লাকপা ওই, তৌইগুম্বসুং য়ুমদা চত্তুনা হংলগদি হায়গনি মদুদি, 'মহাক্কী মমীং লৌগনু, মহাক্কী ৱারি শাগনু।' হায়বদি মসি মনম-নুংশিবা কৌদে।

পুন্সিদি মতেং-পাংন্নবগীদমক চৎথবা ওইগদবনি। মসি অগরবত্তী চাকপা মতমদা, মদুদা মশাগী মনম লৌব্রা মহাক্লা?

অমসুং মসি সংসারসিদি মসিদি মিয়ুজিয়মনি। মসি ময়ুজমদা শর্ত করিনো? চংলকপদা ইবা ওই মদুদি ইবুংঙো, নংনা চাবা-থক্নীংবা, করিগুম্বা ফুগৎকদবদু মদু মনুংদা ফুগৎলু। করিসু মপান্দা পুদুনা থোক্লকলোইদবনি অমসুং খৎনরোইদবনি। কনাগুম্বগী মথক্তা চান্নবা-য়েংথীন্বা তৌরোইদবনি। চাবা-থক্নবা পুন্নমক তৌইগুম্বসুং চান্নবা-য়েংথীন্বা তৌরোইদবনি। মসি নত্তবদা মসিদি মনুংদা চংদুনা লুহোংবা ওইরি। অরে, করিগী লুহোংলিবা? মসিদি মপান্দা চৎপা মতমদা অমাংবা ওইগনি! মতুংদা মহাক্লা হায়গনি মদুদি ঐহাক পুনশিন্বা ওইরে। কানুন(লো)গী মতুং ইন্না মনুংদা চংবা অমসুং চাবা-থকপা, লুহোংলগসু কায়বা ওইদে। নুপীদা হায়য়ু, 'য়েংউ মসি সংসার মিয়ুজিয়ম অমনি, মসিদা চান্নবা-য়েংথীন্বা তৌগনু। পাম্লিবফাও মদুফাও কোয়বা চৎলু, তৌইগুম্বসুং অরোইবদা ঐখোয়না চান্নবা-নুংশিন্বা য়াউদনা থোকখিগদবনি'। মঙোন্দা য়েংথীন্বা তৌরোই। হয়েং অয়ুক অতোপ্পগা লোয়ন্না কোয়বা ওইরগদি মতমদুদসু মঙোন্দা য়েংথীন্বা তৌরোই। মসি মিয়ুজিয়ম অসিগুম্বনি। মতুংদা অদোম্না তৌনীং-তৌনীংবা ত্রিকশিংদু, মদুখৈ তৌ। হৌজিক মিয়ুজিয়মবু ইন্থোকপা য়াদে। থোকখ্রবদু মদু অচুম্বনি হৌজিক্তি। ঐখোয় সংস্কার ওইবা লৈবাক্তা পোকপা ওইরিদনা! মরমদুদা মেরেজ-বেরেস পুন্নমক্কী মওং চুন্না ওইগদবনি!

## [22] মপুরোইবা-লোয়ন্বীগী প্রাকৃতিক পর্য়ায়

**ৱাহং-হংলিবা :** নুপীশিংবু আত্মাজ্ঞান ওইবা য়াব্রা নত্রগা য়াদব্রা? সমকিত(আত্মা সাক্ষাতকার) ওইবা য়াব্রা?

**দাদাশ্রী :** তশেংবদদি ওইবা য়াদে, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না মসিদা তৌহল্লি। মরমদি প্রকৃতিগী কক্ষা(ক্লাস) অসিগুম্না ওইবা ওই মদুদি আত্মাজ্ঞান য়ৌবা ঙমদে। মরমদি নুপীশিংদা *কপট* (লোৎ-থুপ্পগী)গ্রন্থি অদুক্কী-মতীক চাউবা ওই, মোহ অমসুং *কপট* কী, মদুগী গ্রন্থি অনীশিংনা আত্মাজ্ঞানবু থেংবা ওইহনদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি ব্যাবস্থীত কী অনয়ায় ওইরেদনা মদুদি?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মহাক্তি মথংগী মপোক্তা নুপা ওইদুনা মতুংদা মোক্ষতা চৎকনি। মসি পুন্নমক্না হায়রি মদুদি নুপীশিং মোক্ষতা চৎপা ঙমদে, মদু ওইরগদি মদুগী একান্তিক ৱাফম নত্তে। নুপা ওইদুনা মতুংদা চৎলি। অসিগুম্বা করিগুম্বা কানুন (লো) লৈতে মদুদি নুপীশিংনা নুপী ওইদুনা থক লৈগনি। মখোয় নুপাগুম্না করম কান্দা ওইগনি মদুদি মহাক্না নুপাগা লোয়ন্না কমপীতিশনদা লৈবা অমসুং অহংকার হেঙ্গৎপা ওইবা, শাউবা হেঙ্গৎতুনা লৈবা, মতমদুদা মহাক নুপীওইবা মাংবা ওই। অহংকার অমসুং শাউবগী প্রকৃতি নুপাগী অমসুং মায়া অমসুং মীহৌবগী প্রকৃতি নুপীগী, অসিগুম্না তৌদুনা চৎলি মসি গাড়ী। তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কী মসি অক্রম বিজ্ঞান অসিগুম্না হায়রি মদুদি নুপীশিংগীসু মোক্ষ ওইবা য়াই। মরমদি মসি বিজ্ঞান আত্মাবু হৌগৎহল্লি। আত্মাজ্ঞান তৌবা ওইদ্রগসু, মদু ওইরগসু কায়বা ওইদে,

তৌইগুম্বসুং আত্মাবু হৌগৎহল্লি। নুপী কয়া অসিগুম্বনি মদুদি দাদাবু লেপ্প-নায়দনা পুং ২৪ নীংশিংদুনা লৈ! হিন্দুস্তানদা কয়া অমা অমসুং অমেরিকাদা কয়া অমা ওইরমগনি মদুদি মখোয়না দাদাবু পুং২৪ নীংশিংবা ওইবা!

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি আত্মাগীদি করিগুম্বা জাতি লৈবা ওইদেদনা?

**দাদাশ্রী :** আত্মাগী জাতি লৈবা ওইদেদনা! প্রাক্রুতিগী জাতি লৈবা ওই। অঙৌবা পোৎ হান্বা ওইরগদি অঙৌবা থোক্লকপা ওই। অমুবা হান্বা ওইরগদি অমুবা থোক্লকপা ওই। প্রাক্রুতি, মদুসু হাল্লকপা পোৎনি। পোৎ হালক্লিবদু মদু প্রাক্রুতি অমসুং মদুবু *পুদগল* কৌবা ওই। হায়বদি *পুরণ* (হানজিনথিবা) তৌথিবা মদুগী *গলন* (থোক্লকপা) থোক্তুনা লৈ। চাক্কী *পুরণ* তৌবা, মদু ওইরগদি মদুগী টোইলেটতা *গলন* থোকপা ওই। ঈশিং থকপা, মদু ওইরগদি মদু য়ুংদা, শোর-হোন্দোক হোনজিন, *পুদগল* পরমাণু ঙাক্তনি।

নুপা ওইগে হায়রগদি মসি গুণ অনী নান্থোকপা মতমদুদা ওইবা য়াই, মোহ অমসুং *কপট*। মোহ অমসুং *কপট* মখল অনীগী পরমাণু পুনশিন্নবা ওইরগদি নুপী ওইবা ওই অমসুং অশাউবা অমসুং নাপল অনীমক পুনশিল্লগদি নুপা ওইবা ওই। হায়বদি পরমাণুগী মখা-পোন্না মসি পুন্নমক থোক্লি।

নোংমা থক নুপীশিংনা ঐঙোন্দা হংই মদুদি ঐখোয়গী করিগুম্বা য়াম্না মরু ওইবা দোষ ওইবা ওই, মদুদা হেন্না খুদোং-থীনীংঙাই ওইবা দোষ করম্বনো? মতমদুদা ঐহাক্না হায়, 'ইশাগী *ধার্য়* তৌহন্বা পাম্বা মদু।' নুপী পুন্নমক্কী অপাম্বা অসিগুম্বা ওইবা ওই মদুদি ইশাগী *ধার্য়* তৌহন্বা। মপুরোইববুসু ওন্ননা লৈথোক্তুনা মঙোন্দা ঐখোয়গী *ধার্য়* তৌহল্লি। হায়বদি মসি অরান্বা, ওন্নবা লম্বীনি। ঐহাক্না মহাকপু ইহনলম্মী মদুদি মসি লম্বী অসি লৈরোইদবনি। *ধার্য়* তৌহন্বগী মরম করিনো? য়াম্না অমাং-অতা থোক্লীংঙাইনি!

**ৱাহং-হংলিবা :** ইমুং-মনুংগী অফবা ওইবা, অসিগুম্না ঐখোয়না তৌহল্লগদি মদুদা করি লান্বগে?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মহাক্না অফবা তৌবা ঙম্বা ওইদেদনা! *ধার্য়* তৌহন্বদুদি, মহাক্না ইমুংগী অফবা তৌদে, কৈদৌনুংদা। ইমুং অফবা কনানা তৌবা ঙম্বগে মদুদি 'পুন্নমক্কী *ধার্য়* তৌবা, অসিগুম্না তৌরগদি ফৈ', মহাক্না ইমুংগী অফবা তৌবা ঙম্মী। পুন্নমক্কী, কনাগুম্বগীসু পুক্নীং নুংঙাইতবা পীদবা, মসিগুম্না তৌবা মতমদা। *ধার্য়* তৌহন্বা পাল্লিবা, মদুদি ইমুংগী অচৌবা অমাংবা তৌবা ওই। মদু থেংগায়ন্বা অমসুং থৎন্বা তৌন্বগী খুৎলাইনি। মশাগী *ধার্য়* থোকপা ওইদ্রগদি মতুংদা চাবসু ওইদে, নুংঙাইতদুনা ফমদুনা লৈ। কনাবু য়ৈগনি, পুক্নীংবু য়ৈথৎতুনা ফমদুনা লৈ মতুংদা। অমসুং অনীসুবা নুমীত্তা *কপট* তৌই। মদু করম্বা জাৎ নো! *ধার্য়*গী মখা-পোন্না তৌবা, তৌইগুম্বসুং থোকপা ওইদ্রগদি করিবু তৌগনি? অসিগুম্বা পুন্নমক থল্লোইদবনি। ইবেম্মাশিং, হৌজিক অদোম থম্মোয়-চাউবা ওইবা ওইরো।

**ৱাহং-হংলিবা :** নুপীশিংনা মশাগী মীৎলু পীরাংশিংগী মতেংনা নুপাশিংবু পেৎথহন্বা ওই অমসুং অদোম মশাগী অরান্বদু মদুবুসু অচুম্বা হায়বা ওই। মসিগী মতাংদা অদোম্না করি হায়গনি?

**দাদাশ্রী :** ৱাফম অচুম্বনি। মদুগী মরাল মহাক্না ফংগনি অমসুং অসিগুম্বা আগ্রহ থম্মীদনা, মরমদুনা থাজবা মাংবা ওই।

কনাগুম্বগী মপুরোইবা পংবা ওইরগদি মহাক্না খুৎদোম্বী-থাংগৎলু। খুদোম্বী থাংগৎলিবা মখোয়না, মখোয়না কনা লৈত্রবা কান্দা ঐঙোন্দা হায়বা ওই, 'ঐহাক্কী ইপুরোইবা পংই, পুন্নমক পংই', মসি ইট সেল্ফ তাকপা ওই মদুদি মসি নুপীশিংদি মপুরোইববু জাগোয়-শাহন্বা ওই। মসিবু হাংদোকপা ফত্তবা উগনি। ফত্তবা উরোইদ্রা? য়াম্না হায়বা য়াদে। কনা লৈত্রবা কান্দা নুপীশিংদা হংবা মদুদি 'ইবেম্মা, অদোমগী নপুরোইবা পংব্রা?' 'য়াম্না ফংই'। পোৎ *কপট* (লোৎ-থুপ্পগী)কী পীকথন্না-হাল্লি মরমদুননি, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্না হায়বা য়াদে, ফত্তবা উবা ওই। অতোপ্পা গুণদি য়াম্না ফজবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** নুপীবু অমরোমদদি লক্ষ্মী হায়বা ওইরি অমসুং অতোপ্পরোমদা *কপট* লৈবা, মোহ লৈবা...

**দাদাশ্রী :** লক্ষ্মী কৌবা ওই। মদু ওইরগদি মহাক করিগুম্বা অসিগুম্বা- মদুগুম্বরা? মপুরোইবা নারায়ণ কৌই মদু ওইরগদি মহাক করি কৌগনি? হায়বদি মদুগী জুরাদুবু লক্ষ্মীনারায়ণ কৌবা ওই! মদু ওইরগদি মহাক করিগুম্বা অনেম্বা কক্ষা(থাক)কীরা? নুপীদি তীর্থঙ্কশিংগী মমানি। তীর্থঙ্কর ওইরিবশিংদু, ২৪, মখোয়গী মমা কনানো?

**ৱাহং-হংলিবা :** নুপীশিং।

**দাদাশ্রী :** মতমদুদা মহাকপু অনেম্বা কক্ষাগী করম্না হায়বা য়াবগে? নুপী ওইবা ওই মরমদুনা *মোহ* দি লৈবা ওইরমগনি। তৌইগুম্বসুং কনানা পোকপগে? অচৌ-অচৌবা তীর্থঙ্করশিংবু... পোকপীবা মহাক্না ওই, অথৌবা মীওইশিংবু। মহাকপু ঐখোয়না করম্না ফত্তবা হায়গনি? তৌইগুম্বসুং মদু ওইজরবসু ঐখোয়গী মীয়াম নুপীশিংবু ফত্তবা হায়বা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয় মীয়াম্না মতম চুপ্পদা নুপীদা থক্তা হায়বা ওই মদুদি নহাক্না লিমিট থমগদবনি, নুপাশিংদা হায়দে।

**দাদাশ্রী :** মদুদি ঐখোয়না মীওইববু অরান্বা শিজিন্নবনি। সত্তা(পৱর)গী ফত্তবদা শীজিন্নবনি। সত্তাগী শিজিন্নবা ২ ওইবা য়াই। অমনা অফবা শীজিন্নবা অমসুং অমনা ফত্তবদা শীজিন্নবা। অফবা তৌরগদি নুংঙাইবা ফাওবা ওই, তৌইগুম্বসুং হৌজিকসু ফত্তবা শীজিন্নরি, মরমদুনা অৱাবা ওইরি। সত্তা ফত্তবদা শীজিন্নরবদি মদুগী সত্তা মাংবা ওই অমসুং করিগুম্বা মদুগী সত্তা মতম চুপ্পগী থমগে হায়রগদি, মতম চুপ্পগীদমক ওইনা নুপা ওইনা অদোম্না লৈগে, মদু ওইরগদি সত্তাগী ফত্তবদা শীজিন্নগনু, নত্রগদি মথংগী মপোক্তা নুপী ওইবা মথৌ তাগনি সত্তা পায়রিবশিংনা! সত্তাবু ফত্তবদা শীজিন্নরগদি, সত্তা মাংবা ওই।

করিগুম্বা অমবু ওইরগসু, মপুরোইবা লৈখিদ্রগসু, মদু ওইজরগসু অতোপ্পগী মফমদা চৎপা ওইদে। মহাক করিগুম্ববু ওইরগসু, করিগুম্বা ভগৱান্না নুপা শাদুনা লাক্লগসু, মদু ওইরবসু চত্তে। 'ঐহাক্কী নাক্তা ঐহাক্কী ইপুরোইবা লৈ, ঐহাক মপুরোইবা

অমথকপু নীংবীনি' মহাক সতী কৌবা ওই। মসিগী মতমসিদা সতী কৌবা য়াবা, অসিগুম্বা লৈব্রা মথোয়শিংগী? অনম্বদা লৈতে অসিগুম্বা, নত্রনে? মতমসি তোঙান্বা মখলগীনি! সতয়ুগতা অসিগুম্বা টাইম য়াম্লা তাংনা লাকপা ওই, সতীশিংগী থক। মরমদুনা সতীশিংগী মমীং লৌইদনা মীয়াম্না!

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়।

**দাদাশ্রী :** মহাক্লা সতী ফংন্নবগী অপাম্বগী মরম্না। মহাক্কী মমীং লৌরগদি নোংমা নত্রগা নোংমদি সতী ওইগনি অমসুং বিষয়(সেক্ষ)দি থুজীশিংগী মমলদা শিৎলি(মনতেক্লরি)। অসিগুম্না অদোম্না থঙব্রা? থঙদ্রব্রা অদোম, ঐহাক্লা হায়বগী অর্থ?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, থুজিশিংগী মমলদা শীৎলি।

**দাদাশ্রী :** করম্বা বাজারদা? কোলেজশিংদা! করম্বা মমলদা য়োন্বগে? সানাগী মমলদা থুজিশিং শীৎপা ওই। মদুদা হীরাশিংগী মমলদা থুজী শীৎপ্রা! মফম পুন্নমক্তা অসিগুম্না ওই, ওইদব্রা? মফম পুন্নমক্তা অসিগুম্না ওইদে। কয়া অমদি সনা পীরগসু লৌবা ওইদে। করিগুম্বা অমবু পীরগসু মদু ওইজরগসু লৌবা ওইদে। তৌইগুম্বসুং মসি নত্তনদি শীৎলি, ঙসিগী নুপীশিং। সনাগী মমল ওইদ্রগসু অতোপ্পা মমলদসু শীৎপা ওই!

হায়বদি মসি *বিষয়*গী মরম্না নুপী ওইরি, *বিষয়* অমথক্কী মরম্না থক অমসুং নুপানা নুংঙাইথোকপা ফুগৎন্বগীদমক নুপীবু এনকরেজ(পুক্নীং-থৌগৎপা) তৌরি অমসুং তোল্লবীবু শোয়হল্লি। করিসু হৈজদবা মদু ওইজরবসু মশা হৈশীংজে, অসিগুম্না পুক্নীংদা লৌবা ওই। মতমদুদা হংবা মদুদি করম্না লৌরিবা? মতৌ করম্না লৌরিবা? পুরুষ হন্না-হন্না হায়দুনা লৈ, মরমদুনা মহাক্লা থন্বা ওই মদুদি মসি হায়রিবসি, মসিদা করিবু লান্বগে? মশা মতোম্তা লৌবা ওইদে। অদোম্না হায়বা ওইবা মদুদি নং য়াম্লা ফৈ, নংগুম্বা অতোপ্পা নুপী লৈতে। মঙোন্দা হায়রগদি মদুদি নং ফজৈ মদু ওইরগদি মহাক্লা ফজবা লৌবা ওইব্রা মশামকপু। মসি নুপাশিংনা নুপীবু নুপীগী মওং থক্তদা থম্মী। অমসুং নুপী পুক্নীংদা থন্বা ওই মদুদি ঐহাক্লা নুপাশিংবু শেমলি, অপং শেমলি। অসিগুম্না তৌদুনা নুপানা মহাকপু নুংঙাইথোক্তুনা থায়ন্বা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি অসিগুম্না নত্তে মদুদি নুপীনা শাংলবা মপোকফাও নুপী মপোক্তা লৈগনি, অসিগুম্না লেংদদুনা লৈবা ওইদে। তৌইগুম্বসুং নুপীশিংনা থঙবা ওইদে, মরমদুনা মসিগী উপায় ওইবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** উপায় ওইরগদি, মদু ওইরগদি নুপী, পুরুজনি। মহাক্লা মদুগী গ্রান্থিদুবু থঙবা ওইদে তোল্লবী অমসুং মদুদা ইন্টরেস্ট লাকপা ওই, মদুদা নুংঙাইবা ওই মরমদুনা মদুদা তাদুনা লৈ অমসুং কনাগুম্বনা অসিগুম্বা লম্বী থঙবা ওইদে মরমদুনা তাকপসু ওইদে। মসি সতী নুপীশিং থক্তনা থঙবা ওই, সতিশিংনা মহাক্কী নুপা নত্তনা অতোপ্পা কনাগুম্বগী ৱাখল থন্বা ওইদে, অমসুং কৈদৌনুংদসু তৌদে। মহাক্কী মপুৰোইবা থুদক্তা শীরগদি, চৎথিবা ওইরগদি, মদু ওইরগসু তৌদে। মদুগী মপুৰোইবদুবু মপুৰোইবনি থল্লি। মরমদুনা মদু নুপীশিংগী *কপট* পুন্নমক মাংবা ওই।

সতী-ওইবা থমলগদি *কপট* চৎখিবা ওই মশা-মতোম্তা থক। অদোম্না করিসু হায়বগী মথৌ তাদে। মুল(অশেংবা) সতী, পোকপদগী সতী ওইবা ওই। হায়বদি মঙোন্দা হান্নগী করিগুম্বা দাগ লৈতে। মসি নত্তবদা অদোমদা হান্নগী দাগ লৈবা ওই, অমসুং অমুক হন্না পুরুষ ওইবা ওই। তৌইগুম্বসুং নুপাশিংগী মনুংদসু নুপা ওইবদু, মহাক্না পুরুষ ওইরবা মতুংদা নুপা পুম্নমক চপ-মান্নদে। করিগুম্বা নুপা থরাদি নুপীশিংদৌনা তৌবসু ওই। নুপীগী লক্ষণ থরা লৈহৌবা ওই অমসুং মতুংদা করিগুম্বা *কপট* লোইবা ওইরগদি অমসুং করিগুম্বা সতী-ওইবা লাক্লগদি, মতমদুদদি (*কপট*) লোইবা ওই। নুপা ওইরগদি সতীদৌনা শেংবা ওই, অমসুং দোষ লোইশিন্বা ওই। সতী-ওইবদগী দোষ পুম্নমক লোইশিন্বা ওই। সতি ওইখ্রবশিংদু, মহাক্কী দোষ পুম্নমক লোইবা ওইরি অমসুং মহাক্না মোক্ষতা চৎপা ওই। জ্ঞানতাব্রা করিগুম্বা থরা? মোক্ষতা চৎন্বগীদমক সতী ওইবা মথৌ তাই। হোয়, সতী ওইখ্রবশিং পুম্নমক, মখোয় মোক্ষতা চৎখ্রে, নত্রগদি নুপা ওইবা মথৌ তাই। নুপা চম্বা ওই তোল্লবা, জগোয় শাহন্বা মদুগুম্না শাবা ওই। নুপা পুম্নমকশিংবু নুপীশিংনা শাহল্লি। নুপীশিংদা সতী নুপী থক্তনা নুপাশিংবু শাহন্বা তৌদে। সতীদি পরমেশ্বর ওইনা লৌই মপুরোইববু!

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্বা পুন্সি মীওই থরা-খজিক্তংগী ওইনা উবা ফংই।

**দাদাশ্রী :** মসি কলিয়ুক্তা কদায়দগী ওইগনি? সতয়ুগ তাসু সতীশিং থরা-খজীক্তং ওইবা ওই, মদু ওইরগদি মসি কলিয়ুকতা কদায়দগী ওইগনি?

হায়বদি নুপীশিংগী দোষ নত্তে, নুপীশিংদি দেবীগুম্বনি। নুপীশিংদা অমসুং নুপাশিংদা আত্মাদি আত্মানি, পেকিগ থক্কী খেৎন্বনি। 'ডিফরেন্স ওফ পেকিগ!' নুপীদি মখল অমগী 'ইফেক্ট'নি। অমসুং আত্মাদা নুপীগী 'ইফেক্ট' লৈবা ওই। মহাক্কী 'ইফেক্ট' ঐখোয়দা তাদ্রগদি চুল্লে। নুপী, মহাক্তি শক্তিনি। মসি লৈবাক্তা রাজ-নীতিদা করম্বা করম্বা নুপীশিং ওইখ্রে! অমসুং ধর্ম ক্ষেত্রদা নুপী মমাং কাখৎপা, মদুদি করম্বা ওইরমগনি? মসি ক্ষেত্রদগী জগতকী য়াইফবা থক তৌবা ওই! নুপীশিংদা জগত য়াইফন্বগী শক্তী পীকথন্না হান্দুনা লৈরি! মঙোন্দা মশাগী য়াইফবা তৌদুনা অতোপ্পশিংগী য়াইফবা তৌন্বগী শক্তি লৈ।

## [23] বিষয় লৈতবা মদুদা নুংশিবা লীপুন

লুহোংলবা পুন্সি করম কান্দা লেমজবা ওইবগে? অনীমকপু লাইহৌ-হৌবা মতমদুদা, অমসুং মখোয়না হীদাক থকপা, মদু কান্দা। লাইহৌ-হৌদনা হিদাক থক্লোইদবনি। অনীমক্কী মরাক্তা অমনা লাইহৌ-হৌদনা মহাক্না হিদাক থক্লগদি, মদু ওইরগদি মদুগী লুহোংলবা পুন্সি লেমজবা ওইদে। অনীমক্না লাইহৌ-হৌবা মতমদুদা হিদাক থকউ। দিস ইস দ ওনলী মেডিসিন(মসি হীদাক থক্কি)। মেডিসিন থুম্বা ওইবা, মদুবু নুংতিগী থক্কদবা ওইদে। লুহোংলবা পুন্সিবু লেমজহনগে হায়রগদি সঙয়ম(লিমিট)-ওইবা নুপাগী দরকার ওই। মসি শা-ষণ পুম্নমক অসঙয়ম(লিমিট লৈতবা) কৌবা ওই। মীওইবশিংগীদি সঙয়ম ওইবা পুন্সি ওইগদবনি। মাংদা রাম-সীতা চীংবা ওইখ্রবা, মখোয় নুপা পুম্নমক সঙয়ম ওইবা ওইরম্মী। নুপীগা লোয়ন্না

সঙয়ম ওইবা! হৌজিক্কী মসি অসঙয়ম মসি দেবী গুণরা? নত্তে, মদু পাশবী (শারমচৎ) গুণনি। মীওইবশিংদা অসিগুম্বা ওইরোইদবনি। মীওইবা অসঙয়ম ওইবা ওইরোইদবনি। জগত থঙবা ওইদে মদুদি *বিষয়* করিনো! অমুক্তংগী *বিষয়*দা লাক্ষ ৫-৫ জীব শীবা ওই, মদুগী থঙবা ওইদবদগী মসিদা নুংঙাইথোক্লি। থঙবা ওইদেদনা! করিগুম্বা উপায় লৈত্রকান্দা অসিগুম্বা হিংসা থোকপা, অসিগুম্বা ওইগদবনি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা থঙবা ওইদ্রগদি, মতমদুদা করি তৌগনি?

ধর্ম পুন্নমক্লা চমমন্বা তৌহল্লি মদুদি নুপীশিংগী ত্যাক তৌ। অরে, নুপীগী ত্যাক তৌরগদি, ঐ কদায়দা চৎকনি? ঐহাকপু চাক কনানা থোংদুনা পীগনি? ঐহাক্লা ইশাগী ব্যাপার তৌগদ্রা নত্রগা য়ুমদা লৈরংবু কামগদ্রা?

লুহোংলবা পুন্সিগী শৈথারি মথোয় মীয়াম্না। শাস্ত্র ইবশিংনা লুহোংলবা পুন্সিগী করিগুম্বা *নিন্দা*(শুংয়া-য়ানীংদবা) তৌখীবা ওইদে। লুহোংবা নত্তবদা অতোপ্পা ফত্তবা শাজৎলোনদু, মদুগী *নিন্দা* তৌই।

**ৱাহং-হংলিবা :** বিষয়, মচা ফংন্নবগীদমক তৌবা ওইগদ্রা নত্রগা মতুংদা বর্থ কন্ট্রোল তৌদুনা বিষয় নুংঙাইথোকপা ফুগৎপা য়াব্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, নত্তে। মদুদি ঋষি-মুনিশিংগী মতমদা, অহান্বদদি মপুরোইবা-লোয়ন্বীগী ব্যাবহার অসিগুম্বা ওইরমদে। ঋষিমুনি লুহোংবা ওইরম্মী, মতমদুদা মথোয়না অহান্বদদি লুহোংন্বা য়ারমদে। মতমদুদা ঋষি লোয়ন্বীনা হায়বা মদুদি, 'অদোম ইতোম্তা! অদোমগী সংসার ফজনা চৎথবা ওইরোই, চাউখৎপা ফজনা ওইরোই, মরমদুনা ঐথোয়গী পার্টনরশিপ থম্মু, নুপীশিংগী, মদু ওইরগদি অদোমগী ভক্তিসু পাংথোক্কনি অমসুং সংসারসু চৎকনি।' হায়বদি মথোয়শিংনা একসেপ্ট তৌখি, তৌইগুম্বসুং হায়খি মদুদি 'ঐহাক্লা নহাক্কা সংসার শেপ্লোই।' মতমদুদা মসি নুপীশিংনা হায়খি মদুদি 'নত্তে, ঐহাকপু ইচানুপা অমগী দান অমসুং ইচানুপী অমগী দান, দান অনী থক্তং পীয়ু। মদু ওইরগদি মদুগী দান মদু থক্কী সঙ্গ, অতোপ্পা করিগুম্বা সঙ্গ লৈতে। মতুংদা ঐহাক্কী অদোমগা লোয়ন্না সংসারদা ফ্রেন্ডশিপ।' হায়বদি মথোয়না একসেপ্ট তৌবা অমসুং মতুংদা মথোয়না মরুপকী ভ্রান্তি(অরান্বা বিলিফ) থক্তা লৈরম্মী, লোয়ন্বীগী মওংদা নত্তে। মহাক্লা য়ুম থবক পুন্নমক পাংথোকপা ওই অমসুং মহাক্লা মপানগী থবক পাংথোকপা ওই। মতুংদা অনীমক ভক্তি তৌন্নবা ফম্বা লোয়ন্না। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি বস মসি থবক লৈহৌরে! মরমদুনা শোয়বা ওইরি পুন্নমক। ঋষি-মুনিদি নিয়ম লৈবশিংনি।

হৌজিক করিগুম্বা মচানুপা অমা নত্রগা মচানুপীগীদমক লুহোংলগদি, মতমদুদা কায়বা ওইদে। মতুংদা মরুপ তৌনা লৈ। মতুংদা অৱাবা ওইদ্রে। মসিদি নুংঙাইবা থীবা ওই, মতুংদদি অসিগুম্না ওইগনিদনা! ক্লেম থক তৌদুনা লৈদনা! ঋষিমুনিশিংদি য়াম্না তোঙান্বা মখলগী ওই।

লোয়ন্বী অমথক্কী ব্রত(নিয়ম)কী য়াথং ইনগদ্রা? মতমদুদা হায়, 'য়াথং ইনগনি', মদু ওইরগদি অদোমগী মোক্ষ লৈ অমসুং করিগুম্বা অতোপ্পা নুপীগী থজিক্তংফাও ৱাখল লাক্লদি, মদুদগী মোক্ষ মাংলে, মরমদি মদু *অণহক্ক* (হক্কী নত্তবা)গীনি। হক্কী ওইরগদি মদুদা মোক্ষ অমসুং *অণহক্ক* ওইবা মদুদা শারমচৎ।

বিষয়গী লিমিট ওইবা ওইগদবনি। নুপী-নুপাগী *বিষয়*(সেক্ষ) কদায় ফাওবা ওইগদবনি? পরস্ত্রী(অতোপ্পা নুপী) লৈরোইদবনি অমসুং পরপুরুষ(অতোপ্পা নুপা) লৈরোইদবনি অমসুং করিগুম্বা মহাক্কী ৱাখল লাক্লগদি, মদু ওইরগদি মদুবু প্রতিক্রমণদগী চামথোক্কদবনি। অচৌবদগী-অচৌবা খুদোং-থীনীংঙাই ওইরগদি মসি থক, অতোপ্পা নুপী অমসুং অতোপ্পা নুপা! মশাগী নুপী খুদোং-থীনীংঙাই নত্তে। হৌজিক মসিদা ঐহাক্কী কদায়দা লানবগে? ঐহাক্লা করিগুম্বা চৈব্রা করিগুম্বা মখলদগী? মসিদা করিগুম্বা মরাল লৈব্রা? মসি ঐহাক্কী সায়ন্টিফিক থীজিন্বনি! নত্রগদি সাধুশিং মসি ফাওবা হায়বা ওইরি মদুদি নুপীগী ঊগী হংগী-মী ওইবা, মদুসু য়েংগনু। নুপীনা ফম্বদুদা, মদুগী মফমদুদা ফল্লোইদবনি। তৌইগুম্বসুং ঐহাক্লা অসিগুম্বা-মদুগুম্বা খুৎ-থীংজিন্বা তৌদেদনা?

মসি কাল অসিদা লোয়ন্বী অমখক্কী ব্রতপু ব্রহমচর্য কৌবা ওই অমসুং তীর্থঙ্কর ভগৱানগী মতমদা ব্রহমচর্যগী মহৈ ফংলমবদু, মদুগী মহৈদু ফংগনি, মদুগী ঐহাক্লা গেরেন্টী পীগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** লোয়ন্বী অমখক্কী ব্রত হায়রি, মদু সুক্ষ্ম(মনুং)দগীসুরা নত্রগা স্থুল (মপান থোং)থক্কী? পুক্নীংদি চৎপা ওইবা মদুগুম্বনিদনা?

**দাদাশ্রী :** সুক্ষ্মদগীসু ওইগদবনি অমসুং করিগুম্বা পুক্নীং চৎলগদি, মদু ওইরগদি পুক্নীংদগীসু তোঙান্না লৈগদবনি অমসুং মদুগী প্রতীক্রমণ তৌদুনা লৈবা মথৌ তাই। মোক্ষতা চৎন্বগী লিমিট করি? লোয়ন্বী অমখক্কী ব্রত অমসুং মপুরোইবা অমখক্কী ব্রত।

করিগুম্বা নং সংসারী(য়ুম-কৈপালগদি), মদু ওইরগদি নহাক্কী *হক্কী* বিষয় ফুগৎলু তৌইগুম্বসুং *অণহক* কী বিষয় ফুগৎপা তৌগনু। মরমদি মসিগী মহৈ য়াম্না খুদোং-থীনীংঙাইনি।

*হক্কী* থাদোক্তুনা অতোপ্পা মফমদা বিষয় ফুগৎপা ওইরগদি মদুগী নুপীদুনা চৎপা মফমদা, মদুদা অদোম্না পোকপা মথৌ তাই। মহাক্লা অনেম্বা গতীদা চৎলগদি অদোমসু মদুদা চৎপা মথৌ তাই। হৌজিকাল মপান্দদি মফম পুন্নমক্তা মসি থক্তা থোক্লি। কদায়দা পোক্কনি মদুগী মফম থঙদে! *অণহক্ক*কী বিষয় ফুগৎলিবশিংদুনা মথোয়দি য়াম্না শাথীনীংঙাই ওইবা মীরাও-খোল(চৈথেং) ফুগৎপা মথৌ তাই। মপোক অমদা মহাক্কী মচানুপীসু চারিত্রা লৈতবা ওইগনি। নিয়ম অসিগুম্বনি মদুদি অণহক্ককী বিষয় ফুগৎলিবদুগা লোয়ন্না, মহাক্কা মতুংদা মমা নত্রগা মচানুপী ওইদুনা লাকপা ওই। *অণহক্ক*কী লৌবা মতমদুদগী মীওইবা ওইবা মাংবা ওই। *অণহক্ক*কী বিষয়দি য়াম্না শাথীবা দোষ কৌবা ওই। মশামক অতোপ্পশিংগী ফুগৎলগদি মদু ওইরগদি মশাগী মচানুপীশিংবু মীয়াম্না ফুগৎপা ওই। অদোম কনাগুম্বগী ফুগৎপা মরমদুনা মশাগী মচানুশিংবু কনাগুম্বনা ফুগৎকনি, মদুগী চীন্তাদি লৈতেদনা!

*অণহক্ক*কী বিষয়দা অনম্বা মতমদা *কষায়* (অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা) থোকপা ওই অমসুং *কষায়* থোকই মরমদুনা নর্কতা চৎপা মথৌ তাই। তৌইগুম্বসুং মসি মীয়ামশিংনা থঙবা ওইদে। মরমদুনা মতুংদা কীবা ওইদে, করিগুম্বা

মখলগী অকীবসু লৈতে। হৌজিক মসি মীওইবা মপোক্তি মমাংগী মপোক্তা অফবা তৌথি, মদুগী মহৈনি।

*বিষয়* অশোন্নদগী শেম্বা ওই অমসুং মতুংদা মদুদগী *বিকর্ষণ* (লাপথোক্লবা) থোকপা ওই। লাপথোক্লবা মতমদা লমন-খুম্নবগী পুনশিন্বা ওই অমসুং লমন-খুম্নগী ফাওন্ডেশনদা মসি জগত লেপ্পা ওই।

লক্ষ্মীগী মরম্না লমন-খুম্নবগী পুনশিন্বা ওই, অহংকারগী মরম্না লমন-খুম্নবগী পুনশিন্বা ওই, তৌইগুম্বসুং মসি বিষয়গী লমন-খুম্নবগী লেপ্পসি য়াম্না মহুচেন্বা ওই।

মসি *বিষয়* অসিদগী মচাপোকপা ওই চরিত্রামোহ। মদুনা জ্ঞান অমদি পুম্নমকশিংবু মাংহন্বা ওই। হায়বদি হৌজিক ফাওবা *বিষয়গী* মরম থক্লা মসি পুম্নমক থিন্থবা ওইরি। মুল (মরুদুদি) *বিষয়নি* অমসুং মদুদগী লক্ষ্মীগী মথক্তা চান্নবা-ফম্বা অমসুং মদুগী অহংকারনি। হায়বদি করিগুম্বা *বিষয়গী* মরু মাংখ্রগদি, মদু ওইরগদি পুম্নমক চৎখ্রনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি মরুদুবু ঙৌবা হৈগদবনি, তৌইগুম্বসুং মদুবু মতৌ করম্না ঙৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মদুদি ঐখোয়গী মসি প্রতিক্রমণ দগী, *আলোচনা* (তৌথিবা দোষশিংদু নীংশিংবা), *প্রতিক্রমণ* (দোষশিংদুগী থম্মোয়-শোক্লা ঙাকপীয়ু হায়জবা)-*প্রত্যাখ্যান* (দোষশিংদু অমুক-হন্না কৈদৌঙৈদা তৌদন্বা লেংদবা ৱাশক লেপ্পা) দগী।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুখক! অতোপ্পা উপায় লৈতব্রা?

**দাদাশ্রী :** অতোপ্পা করিগুম্বা উপায় লৈতে। *তপ* (সঙয়ম থম্বা) তৌবদগীদি পুণ্য পুনশিন্বা ওই অমসুং মরুবু ঙাউবদগী উপায় লাকপা ওই। মসি সমভাব দগী *নিকাল* তৌন্বগী নিয়ম্না করিবু হায়বগে, নংনা করিগুম্বা লম্বী অমবু তৌদুবা মহাক্না লোয়ন্না লমন-খুম্নবা পুনশিন্দনবা মদুগুম্না তৌ। লমন-খুম্নবদগী নান্থোকপা ওইরো।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদা মতৌ করম্না লমন-খুম্নবগী পুনশিনখিবগে? মশীং থীঙমদ্রবা মতমশিংগী লমন-খুম্নবগী মরু তাদুনা লৈব্রা, মদু মতৌ করম্না?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি মদুদি অশিবা ওইরবা নুপা নত্রগা অশিবা ওইরবী নুপী ওইরগদি অসিগুম্না থল্লু মদুদি মদুদা হিদাক হাপ্লগদি, অমসুং নুপা নুপাদৌনা লৈরগদি অমসুং নুপী নুপীদৌনা লৈরগদি কায়দে, মহাক্না লোয়ন্না লমন-খুম্নবা পুনশিন্বা ওইদে। মরমদি মখোয় হিংবা ওইদে অমসুং মসিদি হিংবনি। হায়বদি মসিদা লমন-খুম্নবা পুনশিন্বা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু করিগী মরম্না পুনশিন্বগে?

**দাদাশ্রী :** অভিপ্রায় (ওপীনীয়ন) দা তোঙান্বা ওই মরমদুননি। অদোম্না হায়বা মদুদি, 'ঐহাক হৌজিক সিনেমা য়েংবা চৎকনি।' মতমদুদা মহাক্না হায়গনি মদুদি, 'নত্তে, ঙসিদি ঐহাক নাটক য়েংগনি।' হায়বদি টাইমিং মান্নবা ওইদে।

করিগুম্বা একজেক্ট টাইমিংগা লোয়ন্না টাইমিং মান্নবা ওইরগদি, মতমদুদা লুহোংবা ওইয়ু।

অসিগুম্বনি, মসি *ঔলমবল*(মখা-পোন্বা)গী নুংঙাইবা অদোম্না লৌখিবগেদু, মদু পুম্নমক লোন লৌবা নুংঙাইবনি, লোনদা। অমসুং লোন 'রী পে'(অমুক হন্না শিংদোকপা)মথৌ তাই।

আত্মাদগী নুংঙাইবা লৌদে অমসুং *পুদগল*দগী নুংঙাইবা নীবা অদোম্না। আত্মাগী নুংঙাইবা ওইবা মদুদা কায়বা ওইদে, তৌইগুম্বসুং *পুদগল*গী মনাক্তা চাকনীবা ওইরি, মদু শিংদোকপা মতৌ তাই। মদু লোননি। মহাও(নুংঙাইবা) ফাওরিবমথৈ, মদুথৈ মদুদগী অথাবা ফুগৎপা মথৌ তাই। মরমদি *পুদগল*(অনাত্মা-শরুক)দগী লোন লৌরি। মরমদুনা মদুবু 'রী পে' তৌবা মতমদা মদুগা চপ-মান্ননা অথাবা লাক্কনি। *পুদগল* দগী লৌবা ওইরি, মরমদুনা *পুদগল*বু 'রী পে' তৌবা মথৌ তাই।

হৌজিক্তি ঐহাকপু মীওই কয়া অমনা হায়বা ওই মদুদি, 'ঐঙোন্দা নীহন্বা ওইহল্লি।' মতমদুদা ঐহাক্না হায়, 'নহাক্কী মতীক-মগুণ মাংখ্রে, মতুংদা করিবু অমুক তৌহনগনি? থঙজিল্লু হৌজিকসু, হৌজিকসু য়োগী ওইবা ওইরো!' হৌজিক মহাকপু করম্না য়ৌবা ঙমগনি? মসি মালেম অসিবু করম্না য়ৌবা ঙমগনি?

নুপী অমা মশাগী মপুরোইববু মরীরক সাষ্টাঙ্গ (খোং-শাংনা তীংথোক্তুনা খুরুম্বা) তৌহল্লি, মদুদা অমুক্তং শোকহল্লি। অরে, মসিগী মহুৎতা করিগুম্বা মসি সমাধি লৌরগদি করিবু ফত্তবা ওইবগে? সমুদ্রদা সমাধি লৌরগদি সমুদ্রদ্রি চুমদ্রিং-চুম্মী! প্রোব্লেমদি ওইদেদনা! মসিগীদমক মরীরক সাষ্টাঙ্গ!

**ৱাহং-হংলিবা :** মমাংগী মপোক্তা ঐহাক্না মহাক্না থেংগায়নথি, মসি মপোকসিদা মহাক্না ঐহাক্না থেংগায়রি। তৌইগুম্বসুং মদুগী লম্বী পুরকপা মথৌ তাইদনা? সোল্যুশনদি পুরকপা মথৌ তাইদনা?

**দাদাশ্রী :** মদুগী সোল্যুশনদি ফংবা ওই, তৌইগুম্বসুং মীয়ামগী পুক্নীংগী-শক্তিদি শোন্বা ওইদনা!

বিকারী(সেক্ষ)শরুক থীংবা ওইরগদি মশা-মতোম্তা পুম্নমক থীংবা ওইরগনি। মদুনা মরম ওইদুনা মতম চুপ্পগীদমক ঙাংনা-শক্নবা থোকপা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক মসি করম্না তৌগনি? মসিবু মতৌ করম্না থীংগনি?

**দাদাশ্রী :** *বিষয়*দগী মাইপাকপা ওইগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** বিষয়দগী মায়পাকপা ঙমদে, মরমদুননি ঐহাক্না অদোমগী খোংয়া-থাদা চঙজরক্লিবা।

**দাদাশ্রী :** চহী কয়াদগী *বিষয়*...হনুরবা মতম লাক্লফাও মদু ওইরগসু বিষয়? য়েংউ য়েংউবদা বিষয়, বিষয় অমসুং বিষয়!

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি বিষয়শিংবু থীংবা কান্দসু থেংগায়ন্বা থোকপদি লেপ্পা ওইদে মরমদুননি ঐহাক্না অদোমগী থোংয়া-থাদা লাক্লিবা।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্না ওইথোক্তে। বিষয় থীংবা মফমদুদা, মদুদা ঐহাক্না উই, নুপা পুক্নীং থোংফম-হোংদবা ওইবশিংদু, মহাক্কী নুপীদি মপুংফানা মহাক্না হায়বগী মতুং-ইন্না লৈবা ওই।

মহাক্কা লোয়ন্না বিষয় থীংবা নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা উপায় ফংবা ওইদে মরমদি মসি সংসারদা চান্নবা–য়েংথীন্বগী মুল(মরু)ওইবা হৌরকফমদি বিষয়নি। মরু ওইবা হৌরকফমসু মসিনি। মসিদগী চান্নবা–য়েংথীন্বা পোকপা ওই। সংসার পুম্নমক মসিদগী হৌরকপা ওই। মরমদুনা সংসার থীংগী হায়রগদি মসিগী (বিষয়) থীংবা মথৌ তাই।

থৎন্নীংদবদুনা, থৎন্বগী পক্ষ লৌদবদুনা, থৎন্বগী পক্ষ(মীচং) চংদবদুনা, মহাক্না থৎন্বা থোকপদি ওই, তৌইগুম্বসুং তপ্পা–তপ্পা য়াম্না হন্থবা ওইবা ওই। মসিদি, অসিগুম্না থন্বা মদুদি থৎন্বা তৌগদবনি, মতমদুফাও থৎন্বা হেন্না-থোকপা ওই। ঐখোয়না থৎন্বগী পক্ষ লৌরোইদবনি। থৎন্বা থোকহল্লোইদবনি, অসিগুম্না কনাগুম্বনা নিশ্চয়(থোংফম হোংদবা) ওইবা, মহাক্না থৎন্বা য়াম্না হন্থনা থোকপা ওই। অমসুং থৎন্বা থোক্লিদুদা, মফমদুদা ভগৱানদি লেপ্পফাও লাপ্পা ওইদেদনা!

ডবল বেডকী সিস্টম থীংলো অমসুং সিঙ্গল বেডকী শিস্টম থম্মু। মসিদি পুম্নমক্না হায়, 'ডবল বেড শেম্মু শেম্মু, ডবল বেড...' হান্নদি হিন্দুস্তানদা কনাগুম্বা মীওইবা অসিগুম্না তুম্বা ওইদে। কনাগুম্বা ক্ষত্রিয়া তৌদে। ক্ষত্রিয়াদি য়াম্না কন্বা ওই তৌইগুম্বসুং বৈষ্য ফাও তৌদে। ব্রাহ্মণসু মসি মওংদা তুমদে, কনাগুম্বা মীওইনা তৌদে! য়েংউ মতম করম্না বিচিত্রা(ময়ামগা মান্নদবা) লাক্লি!

হীরা বা গা লোয়ন্না ঐহাক্কী বিষয় থীংবা মতমদগী, মতমদুদগী ঐহাক 'হীরা বা'(ইমা) কৌবা ওই। মদুগী মতুংদগী করিগুম্বা মরুওইবা অৱাবা লাকপা ওইদে ঐঙোন্দা। অমসুং হান্না থোকখিবদু মদু বিষয়গী সঙ্গী মরম্না, লোয়ন্না লৈমিন্নরগদি তেনৌৱা-মস্টী(মচীন্না-চীক্নবা) থোকপা ওই থজীক-থরা, তৌইগুম্বসুং মদু তেনৌৱা-মস্টী থোক্লম্মী। মীয়াম্না থল্লি মদুদি মসি তেনৌৱা নুপানা মদুগী তেনৌৱা নুপীবু চীকপা হৌরে! তৌইগুম্বসুং থোক্লি তেনৌৱা-মস্টী। তৌইগুম্বসুং বিষয়গী চীকপদু লৈরিবমখৈ, মতমদুফাও মসি মাংবা ওইদে। মদুগী চীকপদু নান্থোকপা মতমদা, মতমদুদা মাংগনি। ঐহাক্কী ইশামক্তা থোকপা অনুভাব ফোংদোক্লি। মসিদি ঐখোয়গী জ্ঞান লৈ, মদুগী মরম্না ফবা ওই নত্রগদি জ্ঞান লৈত্রগদি চীক্তুনতা লৈগনি। মদুগী মতমদুদগী অহংকার লৈদনা! মদুদা অহংকারগী শরুক অমা নুংঙাইবা ফুগৎপা ওই মদুদি মহাক্না ঐহাকপু ফুগৎলি। অমসুং নুপীনা হায়গনি, মহাক্না ঐহাকপু ফুগৎলি। অমসুং মসিদা (মসি জ্ঞান ফংলবা মতুংদা) *নিকাল* তৌবা ওই মখোয়না, মদু ওইজরবসু মদু ডিসচার্জ(হানজিনখিবদু থোক্লকপা)কী ঙাংনা-শক্নবদি লৈদনা। ঐহাক্তি মদুগী ঙাংনা-শক্নবদুদি থোক্তে, অসিগুম্বা মোৎ-খেৎন্বা লৈরমদে করিগুম্বা অমত্তগী।

বিজ্ঞানদি য়েংউ! সাংসারগা-লোয়ন্না থৎন্বা মাংবা ওইবা। লোয়ন্বীগা লোয়ন্না থৎন্বা লৈতে, তৌইগুম্বসুং সংসার পুম্নমক্কা লোয়ন্না থৎন্বা মাংবা ওই। মসি বিজ্ঞান অসি অসিগুম্বনি অমসুং থৎন্বা মাংবা হায়বদি মুক্তি(নান্থোকপা) ওইরে।

## [24] মরী-লীখুন, ঋণানুবনধ (হিসাব) কী...

হায়বদি লুহোংবদি য়াম্না ফজনা ফাজীন্বনি। ইরোইবু প্লাসতিক কনটেন্নরদা মখুম-খুজিন্বা মদুগুম্বা ফীভম ওই। মসিগী ফাজিন্বদা ফমদবা, মদুনি খ্বাইদগী অথোইবা। ফাজিন্বা মতুংদসু নাম্থোকপা ঙঙ্গলগদি খ্বাইদগী হেন্না অথোইবা। নত্রগদি অরোইবদা মহৈ-মহাও তংবগী মতুংদা নাম্থোকপা ওইগদবনি। মসি নত্তনা, আত্মা কনাগুম্বগী মপুরোইবা, নুপী নত্রগা নুপা নত্রগা কনাগুম্বগী মচানুপা ওইবা য়াদে, কর্ম পুন্নমক থকপু লোইশিন্বা ওইরি! আত্মাদদি করিসু হোংবা ওইদে। আত্মাদি আত্মা থক্তনি, পরমাত্মা থক্তনি। মসিদি ঐখোয়না লৌদুনা ফঙ্লি মদুদি মসি ঐহাক্কী নুপীনি!

মসিগী উচেক্লো ফজবা মকোন শাবা ওই, মদু ওইরগদি মহাকপু কনানা তাকপা চৎপগে? মসি সংসার চলাইবদি মশা-মতোম্তা হৈবা ওইবা মদুগুম্বনি। হোয়, '*স্বরুপ*(শক্তম)*জ্ঞান*' ফংন্নবগীদমক পুরুষার্ট তৌন্নবগী দরকার ওই। সংসার চলাইন্নবগীদমক করিসু তৌবগী মথা পোনদে। মসি মীওইবা থক্তনা দরকার ওইবদগী হেন্না মকোক লৈবা ওই। মসি শা–ষণশিংগী লোয়ন্বী–অঙাং লৈতব্রা? মহাক্কী লুহোংবীবা মথৌ তাব্রা? মসিদদি মীওইবশিং থক্তনা নুপী–অঙাং লৈবা ওইরি, মীওইবা থক্তনা লুহোংন্বগী শেমশাবদা মথৌ চিল্লি।

মসি ষণশিং–ইরোইশিংসু লুহোংলি। অঙাংশিং পুন্নমক লৈবা ওই। তৌইগুম্বসুং লৈব্রা মদুদা মপুরোইবা? মহাকসু মকুবোক ওইবা ওই, মনেমপোক ওইবা ওই, তৌইগুম্বসুং মহাক্লা বুদ্ধি লৈবশিংদৌনা করিগুম্বা ব্যাবস্থা তৌহনব্রা? কনাগুম্বনা অসিগুম্না হায়ব্রা মদুদি ঐ মসিগী মকুবোক্নি? মদু ওইজরবসু ঐখোয়দৌনা ব্যাবহার পুন্নমক লৈদনা? মহাকসু শঙোম পীথকই, ষণনাও-মচাবু লেকইদনা! ঐখোয় কোক লৈবশিং লেকপা ওইদে।

অদোম ইশামক অশেংবা আত্মানি অমসুং মসি পুন্নমক ব্যাবহার মথক–মথক্তগী হায়বদি 'সুপরফ্লুঅস' তৌগদবনি। মশামক 'হোম ডিপার্টমেন্ট' লৈয়ু অমসুং 'ফোরেন'দা 'সুপরফ্লুঅস' লৈয়ু। 'সুপরফ্লুআস' হায়বদি তন্ময়াকার ক্রুতি নত্তে মদু, 'ড্রামেটিক' থক্তা। 'ড্রামা' থক্তা শান্নগদবনি। ড্রমাদা অমাংবা ওইরগসু, নোক্কদবনি অমসুং তোংবা ওইরগসু নোক্কদবনি। 'ড্রমা'দা অভিনয়(এক্টর) তৌবা মথৌ তাই, অমাংবা লাক্লগদি মদুগুম্না উৎপা মথৌ তাই। চীন্দগী শোয়দনা হায়বা ওই মদুদি য়াম্না অচৌবা অমাংবা ওই, তৌইগুম্বসুং মনুংদা তন্ময়াকার ওইবা ওইদে। ঐখোয়না 'সলাম কোৎপা' থমগদবনি। মীওই কয়ানা হায়দব্রা মদুদি ইবুংঙো, মহাক্কা লোয়ন্নদি ঐহাক্কী 'সলাম কোৎপা' মদুগুম্বা মরীনি! মদুগুম্না সংসার পুন্নমক্কা লোয়ন্না লৈগদবনি। সংসার পুন্নমক্কা লোয়ন্না সলাম কোৎপা হৈরগদি, মহাক জ্ঞানী ওইরে। মসি হকচাং অসিগা লোয়ন্নসু 'সলাম কোৎপা'! ঐহাক্লা লেপ্লা-নায়দনা পুন্নমক্কা লোয়ন্না 'সলাম কোৎপা' থম্বা ওই, মদু ওইরজগসু পুন্নমক্লা হায়রি মদুদি 'অদোম্না ঐখোয়দা য়াম্না ফজবা ভাব থম্বা ওই।' ঐহাক্লা ব্যাবহার পুন্নমক পাংথোকপা ওই, তৌইগুম্বসুং আত্মাদা লৈদুনা।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা অসিগুম্না থোকপা ওইব্রা মদুদি লোয়ন্বীগী পুণ্যদগী নুপাগী চৎথবা ওইবা? হায়বা ওইদনা মদুদি লোয়ন্বী পুণ্যদগী মসি লক্ষ্মী লৈরি নত্রগা পুন্নমক ফবা ওইরি, অসিগুম্না ওইথোকপ্রা?

**দাদাশ্রী :** মদুদি মীয়ামশিংনা, কনাগুম্বনা মশাগী নুপীবু ফুবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি মহাকপু খঙহল্লি মদুদি অরে! নহাক্কী নুপীগী মরাইবক্তি য়েংউ। করিগী মঙোদা লাও-খোংলিবা? মহাক্কী পুণ্য লৈবদগী নং চারী-থল্লি, অসিগুম্না চৎথি। জীব পুম্নমক মশাগী পুণ্য থক্তগী চাবা ওই। অদোমগী অন্দরস্টেনদিং লাক্লেদনা? মহাক্তি অসিগুম্বা পুম্নমক তৌরবা কান্দা মতমদুদা লম্বীদা লাক্কনিদনা! পুম্নমক মশা-মশাগী পুণ্য থক্তগী ফুগৎপা ওইরি অমসুং মশাগী পাপসু মশামক্তা ফুগৎপা ওই। কনাগুম্বগী লৌবা-পীবা করিসু লৈতে মতুংদা। মদুদা শম-মনা অমত্তংফাও প্রোব্লেম ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বনা অফবা থবক তৌবা, হায়রবদা নুপানা দান তৌবা, তৌইগুম্বসুং নুপীগীসু মদুদা তেংবাংবা ওইবা, মদু ওইরগদি অনীমকপু মহৈ ফংব্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, ফংবা ওইদনা! তৌবা ওইরিবা অমসুং তেংবাংবা পীরিবা হায়বদি তৌহন্বা ওইরিবা, নত্রগা তৌরিবদুগী মথক্তা অনুমোদন তৌবা ওইরিবা, মসি পুম্নমকপু পুণ্য ফংবা ওই। অহুমদুবু, তৌবা ওইরিবা-তৌহনবা ওইরিবা অমসুং অনুমোদন তৌবা ওইরিববু পুণ্য ফংবা ওই। অদোম্না কনাগুম্বদা হায়বা মদুদি মসি তৌ, তৌবা য়াবনি, মদু তৌহন্বা-ওইবা কৌই, অদোম তৌবা-ওইরিবা কৌবা ওই অমসুং নুপী থীংদ্রগদি, মদু ওইরগদি মহাক অনুমোদনা তৌবা ওইবা। পুম্নমক্তা পুণ্য ফংবা ওই। তৌইগুম্বসুং তৌবা ওইরিবদুগী শরুক্তা ৫০% অমসুং লেমহৌবা ৫০% মখোয় অনীদা য়েন্থোক্লবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মমাং-মপোক্কী ঋণানুবনধদগী নান্থোক্লবগীদমক করি তৌগদগে?

**দাদাশ্রী :** অদোমগী মমাং-মপোক্কী ঋণানুবনধ লৈরিবদুগা অমসুং অদোম্না মহাকপু পামদবা, মহাক্কী হকথেংন্বা পামদবা, মদু ওইজরগসু মহাক্কী হকথেংন্বদা লৈবা মথৌ তারগদি, মদু ওইরগদি করি তৌগনি? মহাক্না লোয়ন্না মপানগী ব্যাবহার শুংশোয়-শোয়দনা থমগদবনি, তৌইগুম্বসুং মনুংদা মহাক্কী মমীংগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। মরমদি ঐখোয়না মমাংগী মপোক্তা অতিক্রমণ তৌখি, মদুগী মসি পরিণামনি। করি কোজেজ তৌখিবগে? হায়বা ওই মদুদি মহাক্না লোয়ন্না অতিক্রমণ তৌখি মমাং-মপোক্তা, মদুগী মসি মপোক্তা মহৈ লাক্লি, হায়বদি মদুগী প্রতিক্রমণ তৌরগদি, মদু মাংবা ওইগনি। হায়বদি মনুংদা মঙোদা লাল্লে হায়জৌ। লাল্লে হায়জদুনা লৈয়ু মদুদি ঐহাক্না তৌখিবা দোষশিংদু, মদুগী লাল্লে হায়জরি। ভগৱান অমা নত্রগা অমবু ওইরগসু সাক্ষী থমদুনা লাল্লে ঙাকপীয়ু হায়য়ু, মদু ওইরগদি পুম্নমক মাংবা ওইগনি। নত্রগদি মতুংদা করি থোকপা ওইবগে মদুদি মহাক্কী মথক্তা হেন্না দোষ দ্রষ্টি থম্বদগী, হায়বদি কনাগুম্বা নুপানা নুপী য়াম্না দোষ লৈবা ওইনা উরগদি *তিরস্কার* (উৎশিত্তনা হন্থনা য়েংবা)হেঙ্গৎকনি অমসুং *তিরস্কার* লৈবা, কান্দা অকীবা ফাওগনি। অদোম্না *তিরস্কার* ফাওরিবা অদুদা, মঙোন্দা কীবা ওইগনি অদোম্না। মহাকপু য়েংবগা অদোম্না অকীবা-মীপায়বা ফাওগনি, মসিদগী খঙবা ওইয়ু মদুদি মসি *তিরস্কার*নি। হায়বদি *তিরস্কার* থাদোক্লবগীদমক অদোম মনুংদা লাল্লে হায়জদুনা লৈয়ু। নুমিৎ অনীথক্তদা মদুগী তিরস্কার লেপ্পা ওইগনি। মহাক্না খঙবা ওইদে, অদোম্না মনুংদা লাল্লে হায়জদুনা লৈয়ু মহাক্কী মমীংদা, মহাক্কী মথক্তা তৌখিবা দোষশিংদু, 'হে ভগৱান, ঐহাক্না লাল্লে হায়জরি। মসি ঐহাক্কী দোষকী পরিণামনি।' কনাগুম্বা মীওইগী মথক্তা তৌখিবা দোষশিং, মহাক্কী মনুংদা অদোম লাল্লে হায়জদুনা লৈয়ু ভগৱানদা, মদু ওইরগদি পুম্নমক চামথোক্লগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না ধর্মগী লম্বীদা চৎকে হায়রগদি, মদু ওইরগদি য়ুম সংসার থাদোকপা মতৌ তাই। মসি ধর্ম থবক্কীদমক ফৈ, তৌইগুম্বসুং য়ুমগী মীয়ামশিংনা অৱাবা ওইবা, তৌইগুম্বসুং মশাগীদমক সংসার থাদোক্লগদি মদু অফবা কৌগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** কৌরোই। য়ুমগী মীওইশিংগী হিসাব শিংদোকপদি মথৌ তাই। মহাক্কী হিসাব শিংদোক্লবা মতুংদা, মখোয় পুম্নমক হরাওদুনা হায়গনি মদুদি 'অদোম চৎপীরো', মদু কান্দা কায়বা ওইদে। তৌইগুম্বসুং মহাকপু অৱাবা ওইবা মদুগুম্বা তৌরোইদবনি। মরমদি মদুগী এগ্রীমেন্টগী থুগায়বা য়াদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মপান-থোংগী সংসার থাদোক্লবগী পুক্কীংদা ফাওবা ওই, মদু ওইরগদি করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মপান-থোংগী সংসারদা মনুংদা-চংন্বগী পুক্কীংদা ফাওরম্মীদনা, নোংমা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু কান্দা জ্ঞান লৈরমদে। হৌজিক্তি জ্ঞান ফংলে মরমদুনা মদুদা খেৎন্বা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদুদা খেৎনগনি তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা মদুদা চংশ্রবনিনা, থোক্লকনবগী লম্বী থীবা মথৌ তাই। অসুম হেক্তা চেন্বা য়াদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** নুমিৎ অমমম হন্থবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** 'ঐগী' হায়দুনা শিবা ওই। তাশেংবদা 'ঐগী' লৈবা ওইদে। মতুংদা মহাক্লা থুনা শিরগদি ঐখোয়না ইতোম্তা-ফম্বা মথৌ তাইদনা। তশেংবা ওইরগদি অনীমকপু লোয়ন্না চৎমিন্নগনিদনা? অমসুং করিগুম্বা মপুৰোইবগী মতুংদা সতী ওইরগদি, মদু ওইরগসু মহাক্লা করম্বা মাইগৈদা চৎলমগনি অমসুং মসি মপুৰোইবনা করম্বা লম্বীদা চৎলমগনি? পুম্নক্কী মশা-মশাগী কর্মগী হিসাবতগী গতি ওইবা ওই। কনাগুম্বনা শা-ষণদা চৎপা ওই, কনাগুম্বনা মীওইবদা চৎপা ওই, কনাগুম্বনা দেব গতিদা চৎপা ওই। মদুদা সতীনা হায়গনি মদুদি ঐহাক্লা অদোমগা শিমিন্নবা ওইরগদি অদোমগা লোয়ন্না ঐহাক্কী মপোক ওইগনি, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্না থোকপা ওইদে। মসিদি পুম্নমক অঙাওবগুম্বনি। মপুৰোইবা-লোয়ন্নবী, অসিগুম্বা করিসু লৈতে। মসিদি বুদ্ধি লৈবশিংনা ব্যাবস্থা তৌরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ইবুংঙোনা হায়রি, মদুদি করিগুম্বা মখল অমগী থেংগায়ন্বা লৈত্রগদি, মদু ওইরগদি মথংগী মপোক্তা লোয়ন্না লৈমিন্নবা য়াগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** মসি মপোকসিদা লৈবা ঙমদবা। মসি মপোকসিদা ডায়বোর্স থোক্লগদি, মদু ওইরগদি মথংগী মপোক্কী ৱাফমবু কদায়দা তৌরিবনো? অসিগুম্বা নুংশিন্বা লৈতেদনা! মথংগী মপোক্কী নুংশিন্বশিংদদি খৎন্বা থোক্তে। মদুদি ইজি লাইফ(য়েৎথায়-থিংগায়বা লৈতবা পুন্সি)ওইবা ওই। য়াম্না নুংশিন্বগী পুন্সি ওইবা ওই। অশোয়বা উদে। অশোয়বা তৌরগসু উদে, অসিগুম্বা নুংশিন্বা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা অসিগুম্বা নুংশিবা-ওইবা পুন্সি ওইরগদি, মতুংদা মথংগী মপোক্তা মহাক থকপু অমুক-হন্না থেংনব্রা নত্রগা থেংন্দব্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, থেংনৈদনা, কনাগুম্বনা অসিগুম্বা পুন্সি ওইরগদি থেংনৈ। পুন্সি চুপ্পা খৎন্বা থোক্রগদি থেংনৈ।

[25] আদর্শ ব্যাবহার, পুন্সিদা...

**দাদাশ্রী :** পুন্সিবু মতৌ করম্না শেমদোক্কনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** অশেংবা লম্বীদা চৎতুনা।

**দাদাশ্রী :** চহী কয়াফাও শেমদোক্কনি? পুন্সি চুপ্পা? চহী কয়া, নুমিৎ কয়া, পুং কয়া, মতৌ করম্না শেমদোক্কনি মদু পুন্নমক?

**ৱাহং-হংলিবা :** থঙদে ঐহাক্তি।

**দাদাশ্রী :** হা...মরমদুনা শেমদোকপা ওইদেদনা! অমসুং তাশেংবদা নুমিৎ ২ থক শেমদোক্কনি, অমনা ৱর্কিঙ্গ (থবক্তা চৎপগী নুমিৎ) অমসুং অমদি হোলিদে (ছুট্টীগী নুমিৎ)। নুমিৎ ২ থক শেমদোক্কনি, অয়ুক্তগী নুমিদাং ৱাইরমফাও। অনীথক্তা অহোংবা পুরক্লগদি পুন্নমক অহোংবা ওইরগনি। ২গী সেটিঙ্গ তৌরগদি নুমিৎ খুদিং মদুগী মথা-পোন্না চত্থদুনা লৈগনি অমসুং মদুগী মথা-পোন্না চৎলগদি পুন্নমক চুম্বা ওইরগনি। অশাংবা–অপাকপা হোংবা তৌগদবা নত্তে। মথোয় পুন্নমকসু নুংতিগী হোংবা তৌদে। মসি ২গী থক সেটিঙ্গ তৌগদবনি। মসি নুমিৎ ২গী ব্যাবস্থা তৌরগদি নুমিৎ পুন্নমক মদুদা মনুং–চনখ্রে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগী ব্যাবস্থা মতৌ করম্না তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** করিগী? অয়ুক্তা হৌগৎলগদি হৌগত্তুনা হান্না ভগৱানগী সমরণ তৌগদবদু, মদু তৌবা ওইয়ু। অহান্বদদি অয়ুক্তা ঙন্না হৌগৎন্বগী হৈন্বী থমগদবনি। মরমদি পুং ৫ তারমদাইদগী হৌগৎপা ওইগদবনি মীওইবনা। মদু ওইরগদি পুং ১গা মথায় ইশাগী একাগ্রতাগী হোৎন্বা তৌগদবনি। কনাগুম্বা নীংজবা ঈশ্বোর নত্রগা অমবু ওইরগসু, মহাক্কী ভক্তি করিগুম্বা ১ নত্রগা পুং ১গা মথায়, অসিগুম্বা ব্যাবস্থা তৌগদবনি। অসিগুম্না নুংতিগী চত্থাদুনা লৈগনি মতুংদা। মতুংদা হৌগত্তুনা ব্রশ অসিনচীংবা পুন্নমক তৌথোকউ। ব্রশ তসু সিস্টম সেট তৌগদবনি। অদোম ইশামক ব্রশ লৌ, পুন্নমক ইশামক তৌ, অতোপ্পা কনাগুম্ববু হায়রোইদবনি। করিগুম্বা অনা–অয়েক ওইরগদি ৱাফম অতোপ্পা অমনি। মতুংদা চা লাক্লগদি, মতমদুদা খৎন্বা তৌরোইদবনি অমসুং করিগুম্বা লাকপদু মদু থক্কদবনি, অমসুং থক্লবা মতুংদা মঙোন্দা হায়য়ু মদুদি চীনি খরা থুম্বা ৱাৎলি, হয়েংদগী খরা হেন্না হাপ্পু। অদোম্না মঙোন্দা হায়গদবা থক্লি। খৎন্বা তৌগনু। চাগা লোয়ন্না ব্রেকফাস্ট তৌগদবদু, মদু তৌবা অমসুং মতুংদা চা-থক্তুনা জোব তা চৎকদবা ওইরগদি, চা-থক্তুনা জোবতা চৎলগদি মফমদুগী থৌদাং পাংথোকউ।

মসি য়ুমদগী খৎন্দনা থোকউ। মতুংদা জোব তৌদুনা অমুক হন্না লাকপা, অমসুং জোবতা বোসকা লোয়ন্না প্রোব্লেম ওইবা ওইরগদি, মদুবু লম্বীদা ঈংথৌ। মসি ব্রেন(কোক)কী চেক নট নম্মু, করিগুম্বা মদু রেজ(শাবা)ওইরগদি। ইংথদুনা য়ুমদা চৎলু, হায়বদি য়ুমদা করিগুম্বা থেংগায়ন্বা তৌগনু। বোসকা লোয়ন্না খৎন্বা ওইরগদি, মদুদা লোয়ন্বীগী করি দোষ তোল্লবীগী? নহাক্কী বোসকা লোয়ন্না খৎন্বা থোকপ্রা নত্রগা থোক্তব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** থোকই।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মদুদা লোয়ন্বীগী করি দোষ? মফমদুদগী থৎন্দুনা লাক্লগদি, মদুদা লোয়ন্বীনা থঙবা ওই মদুদি ঙসি অফবা মুডতা লৈতে। অফবা মুডতা লৈতেদনা?

**ৰাহং-হংলিবা :** হোয়্।

**দাদাশ্রী :** হায়বদি অসিগুম্বা ব্যাবস্থা নুমিৎ অমগী তৌবা ওইরগদি, ৰর্কিঙ্গ ডেগী অমসুং অমনা হোলীডেগী। নুমিৎ মখল অনীথক লাকপা ওই। ৩ সুবা নুমিৎ করিগুম্বা লাকপা ওইদেদনা? মরমদুনা নুমিৎ ২গী ব্যাবস্থা তৌই, মদুগী মথা পোন্না চত্থদুনা লৈগনি মতুংদা।

**ৰাহং-হংলিবা :** হৌজিক ছুট্টীগী নুমিত্তা করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** ছুট্টীগী নুমিত্তা লেপ্পা ওইয়ু মদুদি ঙসি ছুট্টীগী নুমিৎনি, মরমদুনা অঙাং, ৰাইফ, পুন্নমকপু মফম অমদা কোয়বা ফংদ্রগদি ঙসি মথোয়বু কোয়বা পুগনি, চাক-চারবা মতুংদা। অহাও—অহাওবা চানা-থক্লবা থোংগদবনি। চাক-চারবা মতুংদা কোয়বা পুবীগদবনি। মতুংদা কোয়বদা খর্চকী লিমিট থম্মু মদুদি হোলিডেগী নুমিত্তা মসি থক খর্চ! করিগুম্বা মতমদা একস্ট্রা তৌবা মথৌ তারগদি, ঐখোয়না বজেট শেমগনি, নত্রগদি মসি থক খর্চ। মসি পুন্নমক লেপ্পা ওইগদবনি অদোম্না। ৰাইফতগী লেপহল্লু অদোম।

**ৰাহং-হংলিবা :** মখোয়না হায়বা ওই মদুদি য়ুমদা পুরনপুরি (অথুম্বা রোটী) চাগদবনি। পিজ্জা চান্বগী মপান্দা চৎলোইদবনি।

**দাদাশ্রী :** হরাওনা পুরনপুরী চাও, পুন্নমক চাও, বোরা চাও, জলেবী চাও। অপাম্বখৈদু চাও।

**ৰাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং হোটলদা পিজ্জা চাবা চৎনীংদে।

**দাদাশ্রী :** পিজ্জা চাবা? মদু ঐখোয়না করম্না চাবা হৈনগনি? ঐখোয়দি আর্য প্রজা। মদু ওইজরগসু অপাম্বা ২-৪ পীজদুনা মতুংদা তপ্পা-তপ্পা থাদোকহল্লু। তপ্পা-তপ্পা থাদোকহল্লু। খুদক্তা লেপ্লগদি মদু অরান্বা কৌগনি। অদোম লোয়ন্না চামিন্নবা ওইয়ু অমসুং মতুংদা থাদোকহল্লু তপ্পা-তপ্পা।

**ৰাহং-হংলিবা :** ৰাইফনা থোং-থাকপা পামদ্রগদি মদু ওইরগদি ঐখোয়না করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** অদোম্না অপাম্বদু হোংদোক্কদবনি। অতোপ্পা পোৎশিং য়াম্না লৈ ঐখোয়গী মসিদা। অপাম্বা হোংদোকউ। হংগাম (মরু) গী-মেথীগী মরু থাও য়ৈবা পামদ্রগদি দালচীনী (উশিংশা) অমসুং গুল-মোরোক্কী মরুনা থাও য়ৈয়ু মরমদি হাওন্বা। পিজ্জাদদি করিবু চাবা য়াবগে?

হায়বদি ব্যাবস্থা তৌরগদি পুক্নি চুপ্পা ফজনা চৎথবা ওইগনি অমসুং অয়ুক্তা পুংথায় ভগৱানগী ভক্তি তৌরগদি থবক মওং চুন্না চৎথগনি। নংদি জ্ঞান ফংবা ওইরে, মরমদুনা নংদি জ্ঞান তাবা ওইরে হৌজিক। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পশিংবু জ্ঞান ফংবা ওইদ্রিবদু, মখোয়না করিগুম্বা ভক্তি তৌগদবনি! নংগীদি পুন্নমক ফজনা চত্থবা ওইরেদনা!

মসি অক্রম বিজ্ঞান ব্যাবহারবু ইন্থোক-ইনজিন তৌদে। জ্ঞান খুদিংমক, ব্যাবহারগী *তিরস্কার* তৌই। মসি বিজ্ঞান ব্যাবহারগী থজিক্তংফাও *তিরস্কার* তৌদে অমসুং মশাগী 'রিয়ালিটী'দা মপুংফানা লৈদুনা ব্যাবহারগী *তিরস্কার* তৌবা ওইদে। ব্যাবহারগী *তিরস্কার* তৌদ্রগদি, মদু সৈদ্ধানতিক পোৎ ওইবা ওই। সৈদ্ধানতিক পোৎ করম্ববু হায়বগে মদুদি করিগুম্বদফাও অসৈদ্ধানতিক ওইদবদুবু, মদুবু সিদ্ধান্ত কৌবা ওই। করিগুম্বা কাচিন-কুয়া অমত্তা লৈতে, মদুদা অসিদ্ধান্ত ওইবা। হায়বদি মসি 'রিয়ল সাইন্স'নি, 'কম্পলীট সাইন্স'নি। ব্যাবহরগী থজিক্তংফাও *তিরস্কার* তৌহন্দবা!

কনাগুম্বনা থজিক্তংফাও অৱাবা ওইদবা, মদু অরোইবা 'লাইট' কৌবা ওই। ময়োক্তা লৈরিবদুনসু শান্তি ওইবা ওই। ময়োক্তা লৈরিবদুনসু অসিগুম্না হায়বা ওই মদুদি 'ইবুংঙো, মহাক্কা অমসুং ঐগা মোৎ-খেৎন্বা ওই, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মথক্তা ঐহাক্না ভাব লৈ, ইকায়-খুম্নবা ওই' অসিগুম্না হায়রি অরোইবদা! ময়োক্তা অথীংবদি তৌবা ওই। মতমচুপ্পদা ময়োক্তা অথীংবদি শোয়দনা লৈগনি। 360 ডিগ্রীগী অমসুং 356 ডিগ্রীগীসু ময়োক্তা অথীংবদি তৌবা ওই। মতৌ অসুম্না মসি মফম পুন্নমক্তা অথীংবদি তৌবা ওই। ডিগ্রী অমথক্তা মীওইবা পুন্নমক লাকপা ঙমদে। ৱাখল মথং-মনাও নায়না অমথক্তা মীওইবা পুন্নমক লাকপা ঙমদে মরমদি মীওইবগী ৱাখল শ্রেণী( মথং-মনাও নায়ব)শিংগী লাক্ষ 14 য়োনিশিং লৈ। হায়য়ুনে, ঐখোয়দগী কয়াম্না 'এডজস্ট' তৌবা ঙম্বগে? য়োনী থরা থকশিং 'এডজস্ট' তৌবা ঙম্মী। পুম্নমক ঙম্বা ওইদে।

য়ুমদদি ফজবা ব্যাবহার তৌগদবনি। 'ৱাইফ'কী পুক্নীংদা অসিগুম্না মান্বা মদুদি অসিগুম্বা ইপুরোইবা কৈদৌনুংদা ফংলোই অমসুং মপুরোইবগী পুক্নীংদা অসিগুম্না মান্বা মদুদি অসিগুম্বা 'ৱাইফ' কৈদৌনুংদা ফংলোই! অসিগুম্বা হিসাব পুরক্লগদি, মতমদুদা ঐখোয় চুম্মে!

**ৱাহং-হংলিবা :** অধ্যাত্মদদি অদোমগী ৱাফমগীদমক করিসু হায়গদবা মদুগুম্বা লৈত্রে তৌইগুম্বসুং ব্যাবহারদসু অদোমগী ৱাফমশিং 'টোপ'কী ৱাফমশিংনি!

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, মদুদি ব্যাবহারদা 'টোপ'কী থঙদনা কনাগুম্বনা মোক্ষতা চৎপা ওইদ্রি। ফনমক কয়া অমা ওইজরগসু, লাক্ষ ১২ আত্মাজ্ঞান ওইবা, তৌইগুম্বসুং ব্যাবহারবু থঙদনা কনাগুম্বনা মোক্ষতা চৎপা ওইদে মরমদি ব্যাবহার থক্তনা নাম্থোকহনগনিদনা! মদুবু নাম্থোক্রগদি অদোম্না করি তৌগনি? অদোম 'শুদ্ধাত্মা' থক্লি তৌইগুম্বসুং ব্যাবহার অদোম্না থাদোক্লবা কান্দনিদনা? অদোম্না ব্যাবহারবু চম্মনহন্দুনা লৈহল্লি। মদুগী থুনা উপায় পুরক্লোদনা!

**-জয় সচ্চিদানন্দ**

## ওরিজিনল গুজরাতী ৱাহৈশিংগা মান্নবা ৱাহৈশিং

*অণহক্ক* : হক্কী নত্তবা

*উপরী* : বোস, মপু

*উপাধি* : মপান্দগী লাকপা অৱাবা

*ভোগৱতা* : অৱা-নুংঙাইবগী ইফেক্ট

*নিকাল* : লোইশিন্বা

*চীকনে* : য়াম্না নপশিন্নবা/ চেৎশিনখ্রবা

*ত্রাগা* : ইশাগী পুক্লীংনা পাম্বা/ ৱাফমবু য়ান্নবগীদমক তৌবা ওইবা নাটক

*নোনধ* : অদুক্কী মতীক চান্নবা নত্রগা য়েংথীন্বগা লোয়ন্না মতম কুইরফাও নীংশিংদুনা থম্বা, নোট তৌবা

## Persons to Contact

**DADA BHAGWAN PARIVAR**

**ADALAJ:** Trimandir, Simandhar City, Ahmedabad-Kalol Highway
Po/Adalaj , Dist.: Gandhinagar-382421, Gujarat, India.
Tel : +91-9328661166/ 9328661177
Email :info@dadabhagwan.org

| | | | |
|---|---|---|---|
| **Mumbai:** | 9323528901 | **Delhi:** | 9810098564 |
| **Kolkata:** | 9830093230 | **Chennai:** | 7200740000 |
| **Jaipur:** | 9351408285 | **Patna:** | 7352723132 |
| **Bhopal:** | 9425024405 | **Amravati:** | 9422915064 |
| **Indore:** | 9039936173 | **Bangalore:** | 9590979099 |
| **Raipur:** | 9329644433 | **Hyderabad:** | 9989877786 |
| **Chandigarh:** | 9780732237 | **Pune:** | 9422660497 |
| **Kanpur** | 9452525981 | **Jalandhar**: | 9814063043 |
| **Bhubaneswar** | 8763073111 | **Sangli:** | 9423870798 |
| **Varanasi** | 9795228541 | | |

**U.S.A: Dada Bhagwan Vignan Institute**
Tel:+1 877-505-DADA(3232)
Email: info@us.dadabhagwan.org
**U.K: Dada Darshan (UK)**
Tel: +44 330-111-DADA(3232)
Email: info@uk.dadabhagwan.org

| | |
|---|---|
| **Germany:** +49 700 32327474 | **Australia**:+61 402179706 |
| **UAE:**+97 1557316937 | **New Zealand**:+6421 0376434 |
| **Kenya:**+254 795-92-DADA(3232) | **Singapore:** +65 91457800 |
| **Dubai**: +971 501364530 | |

**www.dadabhagwan.org**



## খঙবগা লোয়ন্না ফজহল্লু য়ুম-সংসার

মসি অক্রম বিজ্ঞানবু য়েংবীয়ু! লোয়ন্বীগা খক্তগা লোয়ন্না নত্তে, তৌইগুম্বসুং সংসার পুন্নমক্কা লোয়ন্না খৎন্বা লৈতবা ওইবা। মসি বিজ্ঞান অসি অসিগুম্বনি! খৎন্বা লেপ্পা হায়বদি ঐখোয়না নান্থোকপা ওইরে। ইশাগী য়ুমদদি ব্যাবহার ফজবা তৌবা ওইগদবনি। 'লোয়ন্বী'গী পুক্নীংদা অসিগুম্না ফাওবা মদুদি অসুক য়াম্না(ফবা) ইপুরোইবা কৈদৌনুংদা ফংবা ওইরোই অমসুং মপুরোইবগী পুক্নীংদা অসিগুম্না ফাওবা মদুদি অসুক য়াম্না(ফবী) 'লোয়ন্বী' কৈদৌনুংদা ফংলোই। অসিগুম্বা হিসাব পুরক্লগদি মতমদুদা ঐখোয় চুমলে হায়গনি। করিগুম্বা অসিগুম্বা অন্দরস্টেন্দিং ফিট তৌরগদি পুন্সি য়াম্না ফজনা চত্থাবা ওইগনি।

**-দাদাশ্রী**



मूल दीपक से प्रकटे दीपमाला

dadabhagwan.org

9 789391 375744

Printed in India

**Price ₹70**